# বিক্রম বেতালগী ৱারী

অইবা ঃ

চুংখাম জন্মেজয় সিংহ



২০০০

মণিপুর লাইব্রেরি এসোসিয়েশন (মালা)

ইম্ফাল

# বিক্রম বেতালগী ৱারী

অইবা ঃ
চংখাম জন্মেজয় সিংহ

২০০০
মণিপুর লাইব্রেরি এসোসিয়েশন (মালা)
ইম্ফাল

*ফোংজবা ঃ*

**ডাক্তর থৌনাওজম খোমদোন সিংহ**

*প্রেসিদেন্ট, মালা*

**শ্রী এমঃ সিং চিকেন**

*সেক্রেটরী, মালা*




*অহৈবা ঃ*

**চুংখাম জন্মেজয় সিংহ**

চরাংপাৎ

*মখুম য়েকপা :*

**থৌনাওজম ওকেন সিংহ, হাওখা**

**কোপী মশীং ঃ ৫০০**

**মমল লুপা ঃ ৭৫/-**

**MANIPUR LIBRARY ASSOCIATION**
Post Box No. 173
State Central Library Complex
Imphal–795 001

---

নম্ফম ঃ ইবোয়াইমা প্রিন্টর্স, ইম্ফাল।



# অইবগী ৱাহৈ খরদং

ঐগী হন্দক্কী "বিক্রম বেতালগী ৱারী" হায়বা লাইরিক অসি হান্নদা ফোঙখ্রবা বেতাল কুনমঙা হায়বা লাইরিক অদুদগী মতমগী চানবা মওংদা খর শেমদোক শেমজিন তৌবিরগা মণিপুর লাইব্রেরি এসোসিয়েশন্না ইনৌ নৌবা মওং অমদা ফোঙদোকপীবনি। হান্নগী বেতাল কুনমঙা অদু পাবিনিংবা মীশিংনা লৈগে হায়না থীবিরকপা যাম্না য়া ওই; অদুবু য়োন্নিংঙাই কোপী অমতা লৈতবদগী নিংবা কায়না হন্নখিবা অদু যাম্না নুঙাইজদে। অমুক নমথোক্কে হায়রবসু শেল থুমগী অমসুং য়োনবগী ৱাগদবা কয়া অদু অহলনগা ওইরবনিনা খল্লুবদা কিদুনা লৈখি। তাঞ্জা অসিদা ডাক্তর থৌনাওজম খোমদোন সিংহ, ডিপুটি লাইব্রেরিয়ান, মণিপুর ইউনিভর্সিতিনা মানা থোকপা লাইরিক অসি শেমদোক শেমজিন খর তৌরগা নৌনা অমুক নমথোক্লগে হায়না তাকপিরকখি। মমৈদা লাইরিক অসি মণিপুর লাইব্রেরি এসোসিয়েশন্না ফোঙবীরগনি হায়বা তাজবদসু পুক্লিংদা থোইদোক্লা নুঙাইজবা অমা পোকচখি। মরমদি ঐনা ৱানা ইজখিবা লাইরিক অসি লাইব্রেরিদা অমর ওইনা লৈহৌরগনি অমসুং মশিং থীঙমদ্রবা মীশিংনা পাবিরগনি হায়বসি ঐনা থাজৈ। ঐগী হায়ববু হয়েং লাইরিক অসি নম্বা লোইরগা কোপী খরা পীবিরকপা অদুনা মরূপ মপাং অমসুং মরি মতাশিংদা খুদোল তমজরগা পেঙ্গবা ওইজগে। ঐনা অরোইবদা লাইরিক অসিবু ঙসিগী ফিভম অসি য়ৌরক্লবা হোৎনরকপদা মতেং পাংবিরকখিবা মীপুম খুদিংমকপু পুম্সি চুপ্পা কাওজরোই।

অদোমগী ঃ

তাং ২৩।৪।২০০০

শ্রীচুংখাম জমেজন্দ্রি

# অফোঙবগী ৱারোল

কালিদাস ভারতকী মমিং চৎলবা সংস্কৃতকী মহাকবি অমনি। মহাক্কী মমিং অসি ভারত্তদা নত্তনা পৃথিবীগী মফম কয়াদা মহাক্কী লাইরিকশিং খুদম ওইনা, সকুন্তলা, রঘুবংস, মেঘদুত অসিনচিংবা ট্রান্সলেসন পারুবদগী খঙনরকখি। ভারতনা নিং-খা তন্নবা মতুংদগীদি মহাক্না ইরম্বা লাইরিকশিং অসিগী তোঙান তোঙানবা মীৎয়েংদা নৈনদুনা য়েংবদা ফজবতনা থল্লবা, চহি যুগ কয়া কয়া নৈনবদা কান্নগদবা পাউত্তাক অমসুং মীৎয়েং য়াওবা থেংনখি। ভারতকী সাহিত্য একাদেমীনসু কালিদাসনা ইরম্বা লাইরিকশিংবু মথং মথং ফোঙদুনা হোৎনৈ।

কালিদাসকী পোকপা অমসুং শিখিবগী তারিখ অসি স্কোলার কয়ামরুমনা য়েৎনবা লৈ অদুবু মহাক অসি ৫৮ বিঃ সিঃ দা মতিক মগুণ লৈনা পাল্লম্বা নিংথৌ বিক্রমাদিত্যগী ফম্নাইবা ওইরম্বা মীশক ওইবনিনা খৃষ্টগী মমাং চহি চাদা লৈরম্বা কবিনি হায়বা অসিমদি শোয়দ্রে। অসুক কুইখ্রবা নিংশিংবা ঙমদ্রবা চহি কয়াগী মমাংদা ইরম্বা লাইরিকশিং অসিগী মহাওদি হৌজিক্কী চাওখৎলবা যুগকী মীওইশিংনসু অমুতগুম্না তংনরি। মসিনা ওইরম্বা তাই কবিশিংনা হায়নরিবা **"অফবা সাহিত্যগী মগুণদি কুইর কুইরগা হেনগৎলকই"**। কালিদাসকী ৱাখলগী শক্তি (অনুমান) অসিদি অঙকপা ফংনা ৱাংখ্রে। ৱাহৈ পরেং অমনসু ৱাহন্দোক লিশিং লিশিং থোকহনবা ঙম্বা কবিনি। মহাক্কী মগুণ অসি থারুবদা লোইবা ঙমদবা অসিমক্না মহাকপু পৃথিবী পুম্বনা মহাকবি হায়বা মিংথোল অসি পিনরিবনি।

কালিদাসনা ইবিবম্বা লাইরিকশিংগী মনুংদা বিক্রম বেতালগী ৱারী বেতাল কুনমঙা হায়বা লাইরিক অসি মীপুম খুদিংমক্না মরু ওইনা পিক্লিবা

অঙাংদগীনা মথোৎ কারকপা কারকপিশিংনা য়াম্না খোয়দাজবা; তিঃ ভিঃ দা, বেডিওদা অমসুং কোমিক্সনচিংবা মওং কয়াদা উবিরবা তাবিরবা ৱারি ঙাক্তনি। হৌজিক্কী চাওখৎলবা বিজ্ঞানগী যুগ অসিদদি মী অয়াম্বনা ভূত-প্রেতকী, লাইরেম্বা-লাইরেম্বীগী অমসুং মুনি-ঋষিশিংগী তৌবা ঙমবা শক্তিনচিংবা অসি কয়া থাজনদ্রে। অদুবু অঙকপদি বেতাল ২৫ গী ৱারিশিং অসি অমা হেক পাবা মতমদা তোঙান-তোঙানবা শিনফমদা লৈবা মীওইশিংনা মশাগী শিনফম কাওথোক্লগা ৱারি অদুগী পাত্র নত্রগা পাত্রি অমগুম্না খলহনবা ঙম্বা ৱারী ঙাক্তনি। লুরিবদি নিংশিংবা ঙমদ্রবা মতমদা পোকখিবা কবি অমনা অদুগীসু মথক্তা লাইগী লোম্নি হায়না খন্নরিবা সংস্কৃতকী লোন অমদগী লম্ফে কয়া থোক্লা লোন কয়াদা ইনখ্রবা. চোইজাইনখ্রবা ৱারীশিং অসিবু শ্রীচুংখাম জন্মেজয় সিংহ, চরাংপাৎ বোইজ এলঃ পিঃ স্কুলদা হেড পণ্ডিত ওইবিরম্বনা য়াম্না হৈশিংনা খোমজিল্লগা অর্থ ফজনা হন্দোক্লগা মণিপুরীদা ফোঙদোকপিরম্বা অসিনি। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারীশিং অসি হেক পাবদগীনা লোইবা ফাওবদা তোক্লিংদবা লোয়ন-লোয়ননা পারিবা মীদসু বেতালগী ৱাহংগী পাউখুম অসি করম্না খুমসিগে হায়না খনহনবা অদুগুম্বা মখলগী লাইরিক্লি।

থায়নগী লৈরাং অমনবী মল্ল-মল্ল লৈনুংশি হায়বগুম্মদনা থায়নগী অরিবা লাইরিকশিং অসি পাদুনা য়েংবা মতমদা মরূ য়াম্না হকপগুম তৌই। অসিগুম্বা মখলগী লাইরিক অমা পানিংঙাই লৈতনা লম্মখাংদা মাঙখ্রগদ্রা হায়না চিংনজবদগী বেতাল কুনমঙা হায়রিবা লাইরিক অসি ইনৌ নৌনা অমুক শেমদোক শেমজিন তৌরগা ঐখোয়না **"বিক্রম বেতালগী ৱারী"** হায়না মিংথোন্দুনা ফোঙদোকচবনি। ঐখোয়গী অনিংবা মওংদা লাইরিক অসি ফোঙবা য়াহনবিবগীদমক্তা শ্রীযুক্ত চুংখাম জন্মেজয় সিংহ, চরাংপাৎপু

হায়নিংঙাই লৈতনা থাগৎচরি। অসিগুম্বা লাইরিকশিং অসি ফোঙবগী ৱাফম খন্নবদা মোৎ অমতা ওইনা য়াবিবকপগীদমক্তসু মণিপুর লাইব্রেরী এসোসিয়েশনগী মেম্বরশিংবু থাগৎচবি। ঙসিগী খুৎমাবা লাইরিক অসিনা করিগুম্বা মায় পাকপা তারবদি মতুংদসু এসোসিয়েশন অসিনা অরিবা অমসুং অনৌবা মীয়ামদা পুক্লিং লৌশিং ওইবা য়াবা লাইরিক কয়া ফোঙজনবগী পান্দম থমজরি। মরম অদুনা দরকার লৈবা মীনা এসোসিয়েশনগী ওফিসতগী পাউ লৌবিনবা নিংশিংজরি।

অরোইবদা লাইরিক অসিবু ঙসিগী ফিভম অসি তারক্লবা হোৎনবদা মতেং পাংবিরকখিবা মীওই পুন্নমকপু থাগৎচরি, লোয়ন-লোননা লাইরিক অসিবু থৱাই য়াওনা পাবিগদৌরিবা মীওই পুন্নমকপুসু থাগৎচরি।

ইম্ফাল,

তাং ২৪।৫।২০০০

*অদোমগী–*

শ্রী এমঃ সিঃ টিকেন

সেক্রেটরি, মালা

*অদোমগী –*

ডাক্তর থৌনাওজম খোমদোন সিংহ

প্রেসিদেন্ট, মালা

# ৱাহৌদোক

**বিক্রমাদিত্যগী শল্লপ্পা ৱারী মতেক অমা ঃ**

বিক্রমাদিত্য কাংলগী মমিং চৎপা অফাওবা নিংথৌ অমনি। মহাক অসি গুণ পুন্নমক্লা তিনবা অমসুং পুন্য চেনবা নিংথৌ অমা ওইরম্মী। মহৈ-মশিংদসু মমান্নবা নিংথৌশিংদগী অথোইবা ওইরম্মী। মহাক লাইরবা প্রজাশিংবু মচানক্কুম্না নুংশিবিবা, অদুগা অকনবশিংগী মরক্তসু নোংশাগুম্বা নিপা অমনি, অচুম্বা ৱা ঙাঙবদা যুধিষ্টির গুম্লম্মী। মশক-মতৌ ফজবদসু **'কাম'** কৌবা লাই অদুগা মান্নৈ। মরল মথুম, ইনাক খুনবদা কুবেরদগী তাদে। মরৌশিং মবুদ্ধিদা শগোলশেল গুরুগা অম্মানি। তৌবা ঙম্বা শক্তি অমসুং মপাঙ্গল্দা **'রাবন'** নিংথৌগুম্বনি। লৈবাক প্রজা ঙাকশেন্বদা শ্রীরামচন্দ্রগী মতৌনি। নাপল, অচাউরম কাবদসু **'দুর্যোধন'**গা পাংখক্লি। দান তৌনরকপদা **'কর্ণ'** দগী ৱাত্তে। শা লান্দা **'ভীষ্ম'** দগী নোপ্তে। ৱা ঙাংনরকপদা **'সরস্বতী'** গা চাংদম্নে। মতম খুদিংমক্তা হরাও-নুংঙাইনা লেল্লি। মশাদা অশাওবা খক লৈরমদে। তাইবংপালগী গুন পুম্নমক্লা মঙোন্দা কৃক-কৃক ইন্নৈনা নপচ তাংজনা লৈরম্মী। মহাক ঈশৈ শক-শোনবদা মখোঞ্জেল য়াম্না নুংশিরম্মী।

মাগী রাজদরবারদা লৈবাক ৱায়েন্নবা অথোইবা নিপা ৯ খক লৈরম্মী। মখোয় অদুবু নবরত্না (মান্ত্রিমাপল) হায়না খঙনরম্মী। পৃথিবী অসিদা মহাক স্বর্গগী **'ইন্দ্ররাজ'** গুম্না মমিং চৎলি, মহাক্কী মতিক ময়াই মীপুম খুদিংমক্লা ঙাংন-শোন্নরম্মী।

মাগী মন্ত্রি ৯ অদুগী মমিংদি —

(১) ধন্বন্তরি, (২) রবরুচি, (৩) বরাহমিহির, (৪) ক্ষপনক, ৫) অমর সিংহ, (৬) ঘধকর্পূর, (৭) শঙ্কুর, (৮) বেতাল ভট্ট, (৯) কালিদাস অসিনি।

**'কলি যুগ'** অসিদদি মহাক্কুম্বা নিংথৌ অনিশুরমদে বিক্রমাদিত্য মহারাজ, **'তাল বেতাল'** হায়বা লাই অনি অদু লোয়নরম্মী। লাইশিং অদু উনখিবগী ৱারী ইজরক্কে।

## বিক্রমাদিত্যগা সন্ন্যাসী অমগা উনবা ঃ

নোংমা নিংথৌগী রাজ সভাদা, মতিক-মগুণ চেনখ্রবা সন্ন্যাসী অমা লাক্লম্মী। সন্ন্যাসী লাকপা উবদা নিংথৌনা মতিক চাবা ফিদা থাদুনা ফম্ফাল্লগা চেং থোইদিং পুথোক্কুনা হৌনবী পুজা কৎলম্মী। সন্ন্যাসী অদুনা নিংথৌ **'অফবা ওইয়ু'** হায়না মঙ্গল পিরম্মী। অদুগা ফজনা মুল্লবা হৈখাগোক অমা পুথোরক্কুনা নিংথৌদা পিরম্মী।

নিংথৌনসু হরাওনা উঁহৈ অদু লৌরগা মকোক্তা কৎলে অদুগা মনাই অমদা থমজিন্নবা পিরম্মী। মতুং অদুদা নিংথৌ সন্ন্যাসী মখোয় অনি ৱাবী ৱাতাই শানবা হৌরক্লে সন্ন্যাসী অদুনা ঙাংলকপা, হায়রকপা ৱা, পুন্নমক লাইনা হায়রকপগা চপ মান্নে। নিংথৌগী হৈ-শিংলবা মন্ত্রিশিং অদু সন্ন্যাসিগা মবৈ য়েৎনবদা লোয়না মাইথিবা ফংলম্মী। মরম অদুনা মখোয় পুন্নমক ইকাইরদুনা ময়ুম ময়ুমদা হন্নখিরম্মী। সভা অদু কায়নখ্রবদা সন্ন্যাসী অদুসু নিংথৌদগী বিদায় লৌদুনা মাগী মফমদা হনখিরম্মী।

নুমিৎ অদুদগী হৌরদুনা সন্ন্যাসী অদু নোংমগী লেপ্তুনা বিক্রমাদিত্যগী দববারদা লাক্লম্মী। মানা লাকপা খুদিংগী উঁহৈ অমমম তত্তনা পুরক্কুনা নিংথৌদা পিরম্মী।

নোংমা বিক্রমাদিত্য সন্ন্যাসীনা পিরম্বা উঁহে অদু চারগে হায়দুনা, মনাই অমবু খায়দোকহল্লম্মী।

অঙকপনি ! উঁহে অদুগী মনুংদা য়াম্লবা মনি মতুম অমা য়াওরম্লে। মনি অদু উরুবদা নিংথৌ ঙকপদা লোয়খ্রে। অদুগা হরাওবনসু লোয়খ্রে। অদুদগী সন্ন্যাসী অদুনা পুরকপা উঁহে পুম্নমক পুথোক্কুনা লোয়না খায়দুনা য়েংবদা, উঁহে খুদিংমক্কী মনুংদা মনি মতুম অমমম লোয়না যাওরম্লে। মনিশিং অদু উবদগী সন্ন্যাসী অদুবু নিংথৌনা, লাইগুম খনখ্রদুনা, থাজবা অমদি লুনা তৌবা হেনখরে। মথংগী নুমিত্তা সন্ন্যাসী অদুনা রাজ সভাদা লাকপা উবদা, নিংথৌনা মহৌশা তৌবদগী হেন্না লুনা চান্না তৌরম্মী।

নিংথৌগী মওং অদু উরবদা, সন্ন্যাসী অদুনা নিংথৌবু মানা খুদুম চল্লে হায়বা খঙলদুনা হায়রকই।

মহাশয় — **"মহারাজ ! ঐনা মঙ্গলগা লোয়ননা পিরম্বা উঁহেশিং অদু চারব্রা"?** নিংথৌনা খুম্লকই, — নহাক্না পীরম্বা উঁহেশিং অদুগী মনুংদা মমল নাইদ্রবা **'রত্ন'** ঙাক্তা য়াওরম্বা থেংনজরে। নিংথৌ ঐঙোন্দা সন্ন্যাসী বাবানা অসুক থৌজাল লৈবিরিবা অসিবু করি কান্নবা মরম লৈরিবগে ?

সন্ন্যাসীনা অমুক হায়রকই — মহারাজ ! মরম কয়া লৈরি মদুদি লৈবাক্কী মপু নিংথৌ, গুরু, মাইবা পাঞ্জি, নুপী মচা অপোকপা অমসুং মরুপ-মপাং হায়দুনা লৈরিবশিং অসিগী মফমদদি করিগুম্বদসু অহাংবা খুৎ-ওইহল্লোইদবনি। হায়বদি মখোয়না নিংলিবা অদু য়ারিবা মথৈ মনিং থুংহনগদবনি অদুগা মহারাজ ! নহাক্তি পুন্যচেনবা অমসুং মমিং চৎপা নিংথৌনি। অদুনা মহারাজ নঙোন্দা মঙ্গল ওইরোইদবা, অহাংবা ওইরোইদবা, পোৎ খক লৈতে।

ৱাদু তারবদা নিংথৌনা অমুক হায়রকই। 'সন্ন্যাসী গোসাইনা ঐবু চানবীবগী ৱানি। মমল অসুক য়ামখ্রবা মনিবু নুমিৎ খুদিংগী পিনবিরি। মসিগুম্বা পোৎ অসিদি, নিংথৌ ঐগী ললগৈদা লৈজদ্রি, অদুনা ঐনা ৱাখল অসুম তৌবদা সন্ন্যাসীনা করিগুম্বা অনিংবা অমদি লৈরমগনি খঞ্জে।

সন্ন্যাসী, অদুবুদি ঐনা নিংবা অমবুদি লৈ, মদু লৌশিং চাউবা নহাক্কা খন্ননিংই অদুবু অরোনবা থবক ওইনা, ময়ামগী মমাংদা হায়দোকপদা চিংনবা অমা লৈবে। অরোনবা ৱা অমদি মন্ত্র হায়বসি মীগী মমাংদা হায়দোক্লবদি পোৎ অদুগী মগুণ ৱাৎপনি।

ৱাদু তাবদগী নিংথৌগা, সন্ন্যাসীগা অথুপ্পা মফমদা চণ্ডনা ৱা খন্নখরে। অদুগা সন্ন্যাসী অদুনা অপাম্বা মোৎ অদু হংলকই। অদুগা ৱাদুনা মানা অঙম্বা থবক ওইরবদি মথৱাই থারবা ফাওবা হোৎনদুনা সাধুগী মনিং থুংহনগনি হায়বিরে।

ৱাদু তারবদা সন্ন্যাসী অদু হরাওবদা মপা লৈত্রদুনা নিংথৌবু মঙ্গলগী ৱাহৈ কয়ামরুম হায়দুনা নানখরে। থাগৎ ৱাহৈ কয়া অমসু হায়রে মতুং অদুদা মাগী থবক অমা মতেং খরা পাংবিয়ু হায়রকই। মাদুদি গোদাবরী তুরেনগী মপান্দা অচৌবা মোংফম অমা লৈ। মদুদা চৎলগা অশিবা জীববু সাধন তৌগদবনি। হন্দক্কী সাধন অসিদি অরাইবা থবক নত্তে মী খুদিংমক্না পাক হেক ঙম্লোই। অদুনা মহারাজগা ঐগা মফম অদুদা চৎলগা তৌরুসি। মাদু তৌরবদি মতুংদা ঐখোয় অনিনা অনিংবা হিরম খুদিংমক ঈশ্বরগী কৃপানা লায়না পাংথোকপা ঙমগনি।'

বিক্রম– 'সন্ন্যাসীনা তাকপিবা অপুম্বা য়াজরে থবক অদুগী কান্নবদি খঙজদ্রি, অদুবু ঐনা ঙম্লোইদবা থবক্তি লৈরমদে হৌজিকমক মফম অদুদা চৎলসি।

সন্ন্যাসী হৱাওখ্রদুনা নিংথৌবু হন্না হন্না থাগৎলি অদুগা হায়রকই। 'মহারাজ ! মাদু ঙসিগী নুমিৎ হেক তারকপা মতমদা নথন্তা লাক্কদবনি। থাংশাং অমা পুরকউ। হায়রিবা মোংফম অদু য়ৌনবা লাকউ। ঐদি হান্না চৎলগা মফম অদুদা পুজাগী থৌরাং তৌরম্লগে।'

ৱাদু হায়রম্লগা সন্ন্যাসী নিংথৌদগী বিদায় তৌদুনা চৎখ্রে। মতুং ঙহাক লৈরগা সন্ধ্যায়াচংবা মতম ওইরক্লদুনা নিংথৌ বিক্রমাদিত্য মখুত্তা থাংশাং অমা পায়রগা লাক্তুনা হান্না লৈরম্লবা সন্ন্যাসীগী মনাক্তা থুংলরে। নিংথৌ লাকপা উবদা সন্ন্যাসী নুংঙাইরে। অদুনা নিংথৌবু কয়া থাগৎলক্লে নিংথৌসু সন্ন্যাসী হৌনবী ব্যবহার তৌখরে।

বিক্রমাদিত্য – 'শাধু বাবা ! ঐ লাকচরে, হৌজিক করি থবক তৌজৌ হায়বগে তাকপিরো যোগি – 'পুক্লিং তপথৌ মহারাজ ! মরম অদু হায়রগে ! (মখুৎথিন্দুনা) য়েংউ ! মফম অসিদগী মাইল ৪ রোম লাপ্না শমশান ঘাট অমা লৈবনি। মাদুগী ময়াইমক্তা শিংশাপা (অচৌবা উ) পাম্বী অমা হৌরমগনি। মাদুগী উথক অদুদা মী অশিবগী হকচাং অমা উশাদা পন্দুনা য়াল্লিবনি মাদু নহাক্লা চৎলগা মফম অসিদা থুনমক পুরকউ। ঐহাক মফম অসিদা পুজা কৎপা হৌরম্লগে। শাধুগী মৱা তাবদা নিংথৌ চিংনবা লৈতনা অশিবা হকচাং অদু লৌগে হায়দুনা থুনমক চৎখ্রে।

নুমিৎ অদু থাশি নুমিৎনি। নোংসু কন্না চুরি অদুবু নিথৌ মপুক্লিংদা চিংনবা অমদি অকিবা লৈতনা লাক্তুনা মোংফম য়ৌরক্লে। থাশিগী অহিংনি নোংগা তারে মম্বনা লম্বী উদে নুংশিৎসু কন্না শিৎলি। অমুক অমুক নোং খোংলকপা থাক্লকপদা নাকোং য়ৈশিল্লি। মরক মরক্তা নোংথাং কুপ্লকপদা লুম্বী উবা ফংই অদুগুম্বা মতম অদুদা অমম্বা মরক্তা মা মাদুনা লাকপনা উপাম্বী অদুগী মখোংদা থুংলরে মতম অদুদা অয়াম্বা

অহিংগী তম্না লাইশিংনা মখোল থোক্লা হাংলু ফাউ হায়দুনা কয়া লাউনরকই। কনাগুম্বা মখোং নামতা ঙাইবা জীব অমনা চোং-চোংদুনা লাক্লগা নিংথৌগী মমাংমক্তা হেক লেপলে। ভূত, প্রেত, ডাকিনি, যোগিনিশিংনা লাউ-খোংদুনা জগোই শাদুনা কয়া চোং ফল্লি। মতৌ অদুদি তাইবংপান অসি মাংহল্লমদাইদা ভৈরীবী কৌবা লাইনা জগোই শাই হায়বা অদুগুমই। মমিৎ অনি অদুদগী মৈরী ফৃ-ফৃ কামথোরকই। মখোয়না চেল চোংবা অমদি নিলখোংবা অদুনা মফম অদুগী লৈবাক অদুং থক থক নিক্লম্মী। মফম-মফম খুদিংদা অশিবা মী পোৎলোইবগী মতৌগুম শীং খরা শেম, মৈ খরা থা তৌদুনা লৈরম্মী। কনাগুম্বা খরা অমনা মী অশিবগী মকোক হুন্দুনা ফিবুল হাইবী শান্নে। য়েংখি য়েংখিবা মফমদা অকিবা তুজুংবা ঙাক্তা উরম্মী। হুই অমদি লমহুইশিংনা অশিবা মীশা চাবদা কয়া অমা চিক্লরি। উরু-উরুবা পোৎ খুদিংমক যমগী লৈবাক্লম খল্লে। মওং অসি মী নত্তবা লাই ফাওবনা কিনিংঙাই ওইরবনি অদুবু বিক্রমাদিত্য নিংথৌদি থোইনা অকিবা পোকখিদে, অদুনা ময়াই কারবা শামু লমশানা তৌবগুম চংশিনখিদুনা শিংশাপা পান্বী মখোংদা থুংখরে।

উপালদু য়াম্না ৱাং চাওই, অদুগা মপাল মহৈসু য়াম্না শাংলি অমসুং পাল্লি। অদুগুম্বা উপাল অদু তাপ তাপ কোন্দুনা কাখৎলক্লে। উতোন য়ৌবদা উশাদা অশিবা হকচাং অমা থৌরিনা পুন্দুনা য়াল্লিবা তশেংনা উরে মাদুসু হেক য়েংবদা অঙকপা অকিবগী শক্তম অমনি মুনা শাংলবা মশম্না ইফা ফানা চাইথরি। মশা অদুদি মতোং য়াউদবা শরূদা উন্তনা কুপ্পা হকচাংনি। উবদা নিংথৌনা মাগী থাংশাং অদুনা পুল্লিবা থৌরি অদু ককথৎলুরে। থৌরি অদু হেক ককপদা হকচাং অদু লৈবাক মখাদা তাখরে।

নিংথৌ য়াম্নসু ৱারে, অদুবু উথক্তুগী তপ্না তপ্না অমুক কুমথরক্লে। মখা হেক য়ৌবগা তাথ্রিবা অশিবা হকচাং অদু লৌগে হায়দুনা চংখিবদা, অশিবা অদু চেনখিদুনা উথক অদুদা অমুক হন্না কাখৎখ্রে। মদু উবদা নিংথৌ অপনবা লৈতনা অমুক উথক অদুদা কারদুনা অশিবা হকচাং অদু নমদুনা ফারগা, মরেংবান্দা থোঙ্গত্তুনা মখাদা থুনা কুমথরক্লে।

## বেতালগী অহানবা ৱাহং ঃ

নিংথৌ মখা হেক য়ৌবগা অশিবা হকচাং অদু শ্বাই মাঙথোকখ্রে অদুগা বেতাল হায়বা লাইদু ওনখরে। লাই ওল্লকলিবা হকচাং অদু পুরদুনা সন্ন্যাসীনা লৈহৌবা মায়গৈরোমদা পাঙলক্লে। মদু উবদা অশিবনা ওল্লিবা লাই অদুনা হায়রকই।

"তাও হে ঃ বিক্রমাদিত্য! ঐ ৱা অমা নঙোন্দা হায়গে! নিংথৌ নহাক্না অসিবা হকচাং পুদুনা চৎলগা করি কান্নগদৌরি। মরমদি শেংনা খঙদনা মফম কদাইদা পুরিবনো? থবক অসি নিংথৌনা তৌবা মতিক চাদবনি। অশিবা হকচাংগী নমথিবা মনম অসি হঙ্গোইদরা? অদুগা মহারাজ নঙোন্দদি নীনম্বা ৱা হায়নিংদে অদুনা নহাক্না অশিবা হকচাং অসি করিগুম্বা মফম অমদা পুনিংলবদি, ঐগী ৱাশক অমা লৈরী, মদু নহাক খঙবা তায়। মাদুদি ঐনা ৱাহং খরা হংখিগনি, মদু নহাক্না অদুম-অচুম্বা পাওখুম পিবা ঙমদ্রবদি, খুদক অসিদা নথবাক শেগাইদুনা হাৎকনি। মসি ঐগী অরেপ্পা ৱাশক্নি। অদুনা হৌজিক ঐ ৱাহং অদু হংলগে মুন্না তাও! অদুগা ৱাহংগী পাওখুম অশেংবা পিয়ু।

রমানদী হায়বা সহর অমা লৈ। মাদুদা প্রতাপ মুকুট কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। নিংথৌ অদুগী মচানিপা অমা লৈ, মমিংনা ৱ্রজমুকুট তৌই।

মহারানী অদুনা মহাদেবী কৌই। নিংথৌ মচা ব্রজমুকুট, মন্ত্রিগী মচানিপা অমগা য়ান্না লুনা চান্না তিন্নে। নোংমা নুমিৎ অমদা নিংথৌ মচাগা মন্ত্রি মচা অদুগা শগোল অমমম তোংদুনা বন্দা শা তানবা চৎলম্মী। মখোয়না বন অদুদা নিংথিজখ্রবা পুখ্রি অমা থেংনরে। পুখ্রি অদুদা থরো, থম্বাল অগ্তাংবনা ফুগাইনা শাৎলি। লৈহী পাম্বা খোইশিংনা লৈরাংশিং অদুদা ঙুং ঙুং ঙংনা কোইদুনা পাইরি। কাংঙানচিংবা ঈশিংগী চেক্লাশিংনা ঈরোইদুনা কয়া শান্নরি। কোকিলশিংনা বনগী উপালশিংদা তোংদুনা **"কুহু কুহু"** খোঙলি। তাঞ্জা অদুদা মলয়া নুংশিৎ নামিবনা লিবি লিরি শিৎলক্লি। মতম অমসুং মফম অদু নহা ওইবশিংগী থম্মোই কাইনিংঙইগী মওংনি। মদু উরুবদা মরুপ অনিমক শগোলদগী কুমথরে, অদুগা পুখ্রি অদুদা মখোঙ মখুৎ শেংদোক্কুনা ঙহাক পোত্থারম্মী। মখোয়না য়েংখিবদা পুখ্রি মপাল অদুদা লাইগী মণ্ডির অমা লৈবা উরম্মী। মাদু উরবদা মখোয় অনিমক শগোল অদু পুনশিল্লম্লগা ঈশ্বর খুরুম্মুসি হায়দুনা মণ্ডির মনুংদা চঙখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা নিংথৌমচা মথন্তা মপাল থোরক্লে, মন্ত্রিমচাদি মনুংদা লৈহৌরি। তাঞ্জা অসিদা কনাগুম্বা নিংথৌ অমগী মচানুপী লৈশাবী অমা মতা মমান্নবী খবগা লোয়ননা পুখ্রি অদুদা লাক্লম্মী।

মহাক মশক মতৌ ফজবদা লম য়ৌবিনি। য়েংবদা হৌজিক কালগী হায়রগা **'সিনেমা'** গী হেরোইনগুম্বীনি। থাইনগী প্রমান তৌরগা লাইগী জগোই শাবীগুম্বনি। অদুগীসু মথক্তা ফিজেৎ লৈতেং অদুনা অমুক্কা হেন্না ফজহল্লি। নিংথিবা খিবিক্লা মঙোন্দা তিল্লি। মানা মোমোন অদুক নোক্লকপদদি উরুবদা পাখং কয়াগী থম্মোই কাইনিংঙাইনি। মিৎচিনকা হাইফেৎ য়েংথোরকপদি, উরুবা মীপুম খুদিংগী পুক্লিং শুম্নাৎনিংঙাই ওই।

মহাক অদুগী মশক অদু য়েংবদা জগৎনা হায়নরিবা ফজবগী মপু 'কাম' হায়বা অদুনা মুর্ত্তি হায়বদি মশক নাইনা লাকপদু মঙাই। অদুগুম্বী শক ফজবী নুপী মচা অদুনা মমান্নবিশিংগা লোয়ননা শামুনা চৎপগুম্না লাকপনা পুখ্রি মপাল অদুদা হেক থুংলবা মতমদা, রাজকুমার অদুসু মণ্ডির মনুংদগী থোরকপগা মখোয় অনিমক পুখ্রি মপালদা হেক উন্নরে।

মখোয় অনি অসি হেক মায়োক্নবদা অমনা অমদা য়োৎচাবীনা তৌবগুম্না, মখোয়গী থম্মোই অনি অদু চেনশিন্নখিদুনা নপ্লখ্রে। মমিৎ কুপ্লখিদে, অমনা অমদা শুক্ষৎনখ্রে। মশা মশা অদু তমথিরবা নুংশিবা হায়বা তীল অদুনা মনিঙ তৌনা চংখিদুনা মখোয়গী থম্মোয় মনুংদা লোন্না থুপ্লা চিকপা হৌখিদুনা মখোয়গী মশাশিং অদু চুন্না লেপ্লা ঙম্নখিদ্রে।

ঙাইহাক জ্ঞান মাঙলুরগা রাজকন্যা অদুনা মপুক্লিংগী অনিংবা ৱা অদু খুদম অমা তৌদুনা ফোংদোক্লকই। মদুদি – পুখ্রি অদুদগী *থম্বাল অমা হেক্লে অদুগা মশাগী নাপদা চেকশিন্না থেৎচিল্লি ঙাইহাক লৈরগা থম্বাল অদু *ময়াদা অমুক চিক্ল্মী। অদুদগী *মখোঙদা অমুক থাদরম্মী। ইকোন-কোনবদা থম্বাল অদু লৌখৎলগা মথবাক্তা কোনশিল্লি। ঈঙ্গিৎ অসি তৌরগা মহাক পুখ্রিদা কুমথদুনা ঈরুজথোক্লগা সুর্য্য পুজা কৎলম্লগা ময়ুমদা হনখিরম্মী। নুপীমচা অদুনা চৎখ্রবদা রাজকুমার লৈবা ঙমখিদ্রে। অসুম্না মথৱাই ৱারিঙৈদা মন্ত্রি মচা অদু মনাক্তা লাক্লে নিংথৌমচা অদুনা অৱাবা মাইথোং পুবা অদু উবদা মন্ত্রি মচানা হংলকই। ইতাও ! করি নুংঙাইতবা লৈরবগে ?

রাজকুমার ইতাও ! ঐহাক্কী হকচাং অসি করিগুম্বা লাইথুং অমগী অনাবা হৌরক্তুনা, মাদুগী মৈচাক খাঙবা হোৎনবদা প্রান অসি থাগদৌরি।

মন্ত্রিমচা — মরুপ ! করি অনাবনো, ঐঙোন্দা হায়দোকপিবদা করি অকাইবা লৈবগে ?

রাজকুমার — 'ঐগী লাইনা অসি মরুপ্তা হায়দোক্কদবা ইকাইজে, অদুবু তান্নদবদি য়াদ্রে মাদুদি হৌজিক্তা মরুপ্না মন্দির মনুংদা লৈরিঙৈদা, ঐঙোন্দা অঙকপা মঙগুম্বা থৌদোক অমা থোকখ্রে। কনাগুম্বী নুপীমচা অমা মমান্নবী খরগা লোয়ননা পুখ্রি অসিদা ঈরুজবা লাক্লম্মী। মহাক অদু ফজবদা হায়নিংঙাই লৈখিদ্রে। ঐনা য়েংবদা লাইগী মচাগুম্না নিংথিজে। অদুগুম্বী নুপীমচা অদুগী মিৎচিগী থৌরবা তেন অমখক্তা ঐঙোন্দা থারমদুনা ঐগী দেহে অসি মাগী তেনগী চৈনা থাঙবা হোৎনবদা খরা ৱারে। হৌজিক ঐহাক অসি মাগী নুংশি তেনগী মহুনা ডাওরে। হেক্লোইনা পুরবা মী অদুগা ঐগা অম্মা ওইরে। পুক্নিং অসি লৈতাফম খঙদ্রে।'

মন্ত্রিমচা অমুক হংলকই, যুবরাজ, পুক্নিং তপথবিয়ু হাক্না ফিংবিখিগনু। ননাই ওইবা ঐনা করিগুম্বা অমত্তা হংজখিগে। নুপীমচা অদুনা করি করি থবক অমদি করম্বা ঈঙ্গিৎ ঈরাংগা তৌরম্বা লৈবগে ?'
রাজকুমার — নুপীমচা অদুনা তৌরম্বা থবক ঈঙ্গিৎ অদু ঐ জ্ঞান তাদরে। মহাক থম্বাল অমা হেক্লগা মনাদা চিল্লি, অদুদগী ময়াদা অমুক চিকই, মখোংদা অমুক থাদে অদুগা অরোইবদা থম্বাল অদু মাগী হৃদিদা চেৎনা কোনশিল্লি। অদুগা মমৈথংদা ঈরু মাইথরগা সূর্য্যা পুজা কৎলম্লগা অদুম চৎখ্রে।

*শংস্কৃত অমসুং বেঙ্গলা লোন্দা থম্বালবু – পদ্মা মকোংবু – কর্ণ, য়াবু – দান্ত অমসুং খোঙবু – পদ কৌই। ৱারী অসি মীরৈবাক্কী ওইবনা ঐখোয়গী লোনগা চানবা খরা ৱাৎলি, অদুবু পাঠকশিংনা ৱারী অর্মান। হায়না অদুম পাবিয়ু।

মন্ত্রিমচা — রাজকুমার, মদুদি মরম অমা লৈরি। শা, উচেক ফাওবা মীনা ঙাংবা মরোল খঙলিবনি। মদু নত্তবা ঈঙ্গিৎ-ঈরাংদা খঙনবা হায়বা মওং অমসু লৈরিবনি। অদুনা মানা ৱা ঙাংদনা খুদমদা পুক্লিং খঙনসি হায়বা ৱানি। নুপীমচা অদুনা তৌরম্লিবা খুদম অদু ভাবর্থ ঐ হায়জগে মুন্না তাবীয়ু। মহাক জ্ঞান য়াম্না লৈবী নুপী মচা অমনি হায়বা ঐ খঙলে। মানা থম্বাল অদু মনাদা চিল্লিবা অদুনা তাকপদি মহাক কর্নাট লৈবাক্কী মীনি উৎপনি। ময়ানা চিক্লিবা অদুনা দন্তমুকুট মহারাজগী মমোম্নি খঙহনবনি। মখোংদা অমুক থাদবা অদুগী অর্থদি মাগী মমিং পদ্মাবতি কৌই হায়বনি। অকোনবদা থম্বাল অদু মাগী থবাক্তা চেৎনা কোল্লিবা অদুদি, রাজকুমার ! নহাকপু উবদা মাগী হৃদিনুংগী থম্বাল অদু মকা ফন্না শাৎলে হায়রম্বনি। মরম অদুনা যুবরাজ, মাগী ঈঙ্গিৎ অদুগী হায়বদি, ঐখোয়না কন্না চেকশিন্না হোৎনরবদী রাজকন্যা অদু যুবরাজগী শোয়দনা ওইগনি।

মন্ত্রি মচাগী ৱা তারবদা রাজকুমার মথৱাই অদু অৱা নুংঙাই য়াম্নানা হায়রকই। মরুপ ! নহাক অশিমক্তি লৈবাক্কী মন্ত্রি ওইবদা মতিক চারবা নিপানি। নবুদ্ধি নরৌশিংদা শগোলশেল গুরুগা পাংখক্লি। ঐদি মাগী মশক অদু উরুবদগী জ্ঞান অপুম্বা মাঙখরে। মরুপ্না হায়বা প্রমান শোয়ররোই। অদুগা নুপীমচা অদুগী মশক অমুক উবা ফংদ্রবদি ঐহাক হিংনবগী আশা লৈত্রে। ৱাখল লম্মাংনখ্রে, থম্মোই ফাবা য়াদ্রে। মরম অদুনা মরুপ নহাক্না ঐবু, নুংশিজরবী অদুগী মনাক্তা পুবিদুনা অৱাবা অসি কোকহনবিয়ু।

অসুম তৌন খন্নদুনা মখোয় অনি মফম অদুদগী লাকপনা দান্তমুকুট মহারাজগী লৈবাক কনটি য়ৌরক্লে। লৈবাক অদুগী দৃশ্য পুক্লিং হুন ফজরম্মী। মদু পুম্নমক উরবা মতুংদা রাজকুমারনা হায়রকই। মরুপ !

পদ্মাবতীগী লৈফম কদাইদা ওইরমগদবগে ? মহাকপু মতৌ করম তৌরগা উনবা ফংগদগে ?

মন্ত্রি মচা — 'রাজকুমার ! পুক্নিং তপথবিয়ু, থবক তৌবদা তফিং তফিংলবদি অশোয়ব-অকাইব থোক্লনবনি । অদুনা হৌজিক কোনুং মনুংদা চঙগদবা, অদুগা পদ্মাবতীগী মফমদা ঐখোয় লাকই হায়না পাও পিরুনবা মীশক খন্নখিশি ।'

রাজকুমার —'ইরৈবাকসু নত্তে ঐখোয়গা খংনবা মীসু লৈতে, কনাদা দুতী ওইবিয়ু । হায়জরুগনি ।'

মন্ত্রি মচা — 'শোয়দনা লৈগনি, সংসারদা লল পামদবা মী লৈতবনি যুবরাজ । ঐ মদুগী মরম হায়জগে । নিংথৌগী মচানুপী কোয়গে খল্লবদি বৈষ্ণবী, লাইনিংবী, মালিনী, গ্বালিনী (শঙ্গোম য়োনবী) অদুগা অমনা লোয়নবী মতা মমান্নবী মখোয়শিং অসিগী মরক্তগী খুদোংচাবা অমা থিরগা সনা, লুপা য়াম্না হেক পিশিন্দুনা মপুক পেলহল্লগা দুতী ওইহনগদবনি । ঐনা হায়জখ্রিবা মীশকশিং অসি দুতীগী থবকতা মতিক চারবা ঙাক্তনি ।' ৱাদু তাবদা যুবরাজ মথৱাই নুংঙাইরে, অসুম্না মখোয় অনি ৱাখল মুন্না তৌনরগা মমৈথংদা মালিনী অমগী ময়ুমদা চঙলক্লে । অহানবদা মখোয় মীরৈবাক মচানি লম কোয়বা লাকপনি, অদুনা মতম খরদং মালিনী অদুগা ময়ুমদা যুমথুং ওইজগে হায়দুনা সনা, লুপা মতিক চানা পিথোক্লে । মদুনা মালিনী অদুসু লন থুম অদু ফংবগা, লম কোয়রকপনি হায়বা অদুনা হরাও-হরাওনা লৈফম পিবিরে । মরুপ অনি অদু লৈফম ফংলবদা, হরাওনা অমুক্কা সনা লুপা কয়া অমসু পুথোক্তুনা পিশিল্লে । অদুগা হরাও নুংঙাইবগী ৱারী ৱাতাই কয়া শানদুনা য়ুম্বু অদুগী মপুক্নিং শুন্দ্ধংখ্রে ।

অঙকপনি। ললগী মগুন, মপোকচৌঙগী শক খঙন উর্নাদ্রবা মী অদুবু মচাদা মচাগুম্না খলহনখ্রে। অসুম তৌনা নুংঙাই ৱারী শানদুনা অহিং অদু লেল্লে। নোংঙাল্লক্লে, মখোয় পুম্নমক য়াহৌনরদুনা, নোংমগী অয়ুক্কী তৌফম খোকপা হৌনবী নিয়ম পুম্বা লোয়রদুনা চা থক্কদবা খর চানরে। মতুং অদুদা মন্ত্রি মচা অদুনা মালিনী অদুদা মখোয়গী অৱা নুংশি কয়া মরুমগী ৱারী অদু শাদুনা তাহল্লে, অদুগা মপুক্লিংগী অরেপ্পা ৱাসু হায়জদুনা খঙহল্লে। মমৈথংদা রাজকন্যা পদ্মাবীতগী মফমদা মখোয়গী ৱাবগী পাও অমুক্তং তম্বীরুনবা নোল্লুক্লা হায়জরে। ৱাদু মালিনী অদুনসু রাজকন্যা পদ্মাবতীগী মফমদা হায়বিরুগে য়াখ্রে। মতম অদুদা মন্ত্রি মচানা মালিনীদা হায়জরকই। 'ইমা শক্লবী ! নহাক্লা রাজ কন্যাদা হায়বিগদবা মরোল্দী অসুম্না হায়বিয়ু। নোংমা বনগী পুখ্রি মপান্দা থেংনখিবা রাজকুমার অদু হৌজিক নুংশি খোঙ্গুল লিরকপদা কণ্ডাওনদুনা ইবেনগী য়ুমদা লৈররে। অদুগা লাইবক ফবী নুজাগী নুংশি নপাওবু নোংয়িন কৌবী চেক্লানা থাজগী অমৃত ঙাইবগুম ঙাইজরি' ৱাহৈ অসিদদি তম্বীয়ু।

মন্ত্রি মচাগী নুংশিখ্রবা মৱাহৈশিং অদুনা অহল ওইরবী মালিনী অদু খুদুম চনখিদুনা, মহাক পদ্মাবতীগী মনাক্তা থুনমক চংখরে। মালিনী লাকপা উবদা রাজকুমারী পদ্মাবতীনা হরাওনা কৌশিন্দুনা মনাক্তা ফমহল্লে। অদুগা ৱারী কয়া অমসু শানরে। মমৈদা করি থবক লৈদুনা লাকলিবনো হায়না হংবিরক্লে ? মালিনী অহানবা হায়নিংবা ৱা কয়া হায়ঙমদনা লৈরম্বা অদু হায়জবা য়ানবা পাঙ্গল পিরক্লবদা, মন্ত্রি মচানা হায়রকপা ৱারোল অদু অমত্তা চিখদনা তম্লক্লে।

মালিনীগী মপাও তাবদা পদ্মাবতী থম্মোইনুংদা নুংঙাইবা লোয়রে, অদুগা মপান খোংদা শাউশিন্নদুনা মালিনীবু থিনা চৈরগা মখুৎ অনিগী

খুদোল ১০ অদু মুক লুপ্পগা মালিনীগী মরাইবক অদুদা নম্বীরে। অদুদগী ফত্তবী নুপীনি হায়না মঙক পায়দুনা ইল্লক্লে।

মালিনী মফম অদুদগী থুনমক চৎহনখ্রে। মালিনীগী মরাইবক্তা খুদোল ১০ গী মুক মফম অদু মতৌ অমগুম য়েংবদা ফজখ্রে, অদুবু মালিনী ইকাই নুংশি য়ান্ননা কপ্তুনা মযুমদা লাক্লে। মযুম য়ৌরগা মরাইবক্কী মুক অদু য়েংহন্দুনা ৱারম অচুম্বা তক্লে। নিংথৌ মচা মওং অদু উবদা মমাই মকশিল্লি, মন্ত্রি মচা অদুদি মথৱাই নুংঙাইরম্মী অদুনা হায়রকই। 'রাজকুমার ! ঐখোয়গী থবক মহৈ য়াল্লগনি, পদ্মাবতীগী চিঠী মরোল ঐ খঙলে, পাজরক্কে পুক্লিং তপ্পা তাবিয়ু।

মখুৎ ১০ গী খুদম ইবেনগী মাইদা থারক্লিবা অসিগী মরোম্দি থাসিগী শিরমদাই ১০ নি পানবা নুমিত্তা উনসি হায়রকপনি। যুবরাজ ৱাখল ফিঙ্গৎপা য়াদ্রি ইবেনবু সনা লুপা খর পিখিসি অদুগা রাজকুমারীগী মনাক্তা চৎহলখিসি'

ৱাদু তাবদা রাজকুমার মথৱাই হরাওদুনা মালিনীদা সনা খরা অমুক অৱামন ওইনা পীখরে অদুগা অমুক্তগা চৎপিখিনবা হায়জরে। মালীনীসু শেলগী ময়াইনা পুমশুম শুঙ্কৎখ্রে। মখোয়না হায়বা মখৈ য়াখরে।

মথংগী নুমিৎ অমদা মালিনী পদ্মাবতীগী নাক্তা লাক্লে। মালিনী লাকপা হেক উবদা রাজকন্যা য়াম্না শাউবগী মওংদা অমুক চৈরকই। 'মবুক ফত্তবী নুপী অসি ঐগী ইনাক অসিদা তোয়না তোয়না লাকখ্রে। কবিবু ভৌবা লাকচবা শারিবনো ?

মালিনী – 'সনা ইবেম্মা ! ননাই ঐবু রাজকুমার অদুনা অমুক্তগা চৎপিরু হায়দুনা থারকপনি। মদুদা ঐসু মাগী অৱাবা অদু য়েংঙমদদুনা

মচা ইবেম্মগী নাক্তা য়াম্না কিনা লাকচর্রিবনি ।' মালিনী ৱাঙাং হৈবী নুপীনি, ফনা চৈরবসু মাগী অনিংবা অদুমদি অদুম মহায়রম্মী । পদ্মাবতী মবেনগী ৱা অদু তারগা অমুক্তা হেননা শাওশিন্নদুনা হন্দক্তি মখুৎ খুদোল ও না কুঙ্কুম চন্দন লুপ্পগা মালিনীগী মমাইদা অমুক্তা নপ্পীরে । অদুদগী থুনমক চৎখ্রো হায়না তাল্লক্লে ।

মালিনী হন্দক্তি য়াম্নবু ফজখ্রে অদুবু মরমদি খঙদবনা মথৱাইদি কয়া নুংঙাইরমদে । নিংথৌমচাসু মবেলগী মওং অদু উবদা থোইনা হরাওরমদে । অদুবু মালিনীনা মন্ত্রি মচাদা খুদম অদু য়েংহল্লি । মদু উবদা মন্ত্রি মচা নোকই, অদুগা নিংথৌমচাদা হায়রকই — 'ইতাও ইবুংঙো ! হনদক্কী চিঠি মরোম্দি ময়েক য়াম্না শেংনা ইরক্লে, মদুদি মহাক্কী (রাজকন্যা) রজ! স্বলা (মশা শেংদবা) নুমিৎ হূর্মনি শুবে তাক্লকপনি মুনি, ঋষিশিংনা হায়নবা লৈরী । নুপীগী মশা শেংদবা অহানবা নুমিৎ অসি চণ্ডালিনী ওই । নিনি শুবনা ব্রাহ্মন হাৎপগী পাপ পুই হুমনি চনবনা অতোনবী নুপীগা মন্নে । মরিনি মঙানি হায়রবদি মপুরোইবগী সেবা য়ারে হায়নৈ । অদুনা অথুপ্পা মরোল অসি মালিনীদা খুদম্না তাক্লকপনি । পুক্রিং য়াংবিগনু, ঙসিগী নুমিৎ ও নিদং চোনথরগা রাজকুমারীগা উনবা য়ারগনি ।

ৱাথল অসি তৌনদুনা মরুপ অনি অদু নুমিৎ হুম্নি অমা ৱানা খাঙলক্লে । মরিনি শুরকপা নুমিৎ অদুদা মন্ত্রি মচানা মালিনীদা সনা খরা অমুক পিরগা রাজকন্যা পদ্মাবতীগী মনাক্তা চৎপিরুনবা হায়জরে । মালিনী মবেম্মনা থিনা-থিনা চৈরবসু সনা ফংলগা লোইরে খন্দুনা হরাওনা কোনুংদা লাক্লে । মালিনী লাকপা উবগা পদ্মাবতী চৈবা হেক্তা হৌরকই । ফত্তবী নুপী অসি অমুক লাক্লে ঙসিদি লাকউ, নত্তিক চাবা দণ্ডি তৌরগে ।" ৱাসি হায়রদুনা মতা ময়াম কৌশিল্লগা মালিনীবু ফাদুনা পুনশিনহল্লে । মদুনা মালিনী মথৱাই নুংঙাইত্রদুনা নরম করিগীনো হংজখি । নিংথৌ

মচানুপীনা নচৎ ফত্তবগীনি হায়না অমুকসু চৈবিরে। অদুগা থোংনাউলোমদা পুথোক্লগা পুল্লিবা অদু থাদোকপিরে। অদুদগী চৎখ্রো হায়না মঙক লাক্তুনা ইনখরে। মালিনী হন্দক্তি য়াম্না ইকাই-নুংশি য়ান্ননা কপ্তুনা লাক্লে। ময়ুম য়ৌরগা তৌরক্লিবা পুন্নমক অমত্তা চিংখদনা তল্লে।

মালিনীগী ৱা তাবদা মন্ত্রি মচানা হায়রকই।

যুবরাজ! হন্দক্তি শোয়দনা থবক মঙ্গল ওইরগনি।

রাজকুমার —'করিগীনো ইবেন মালিনীবু মানা ফাদুনা পুল্লিবদি মরম অদু ঐ খঙনিংই।

মন্ত্রি মচা — 'মদুগী মরম তাকচগে! ঙসি অসি রাজকুমারবু ইবেম্মা পদ্মাবতীনা নুংশি থৌরীনা পুঙ্গরগে খঙহল্লকপনি। অদুগা মিহুৎথোংলোমদা থাদোক্লকপনা লম্বী তাক্লকপনি।' ৱারী অসি শানদুনা মখোয় হরাওমিন্নরে, অদুগী ঙহাক লৈরগা নুমিৎ কৌবা অঙানবা, মনাই অনিগী নুংশি লাইজ ইখৌ লাংবা কোক্লবা নোংচুপকী চীংমরুমদা লোৎখরে। মদু উরবদা মখোয় মরুপ অনিমক চাব-থকপা লোয়খরে। মতম অদু নুমিদাংগী পুং ১০ রোম তারক্লে। তাঙ্গা অদু য়ৌরবদা মন্ত্রি মচানা মাগী নুংশিজরবা রাজকুমার অদু পুরদুনা পদ্মাবতী রাজ কুমারীগী মনাক লোমদা লাক্লে। মখোয়না লাকপসি রাজকুমারী অদুগী থোংনাউগী লম্বীদা য়ৌরক্লে। পদ্মাবতীসু থোংনাও মনাক্তা মতাশিংগা লোয়ননা মবুংঙো ঙাইদুনা লৈরম্মী। মতম অদুমক্তদা রাজকুমার লাকপা অদু উরদুনা হরাওবদা মপা লৈখিদ্রে অদুদগী নিংথৌমচাবু তরাম্না ওক্তুনা মাগী তুম্নবা কা রোমদা পুখ্রে। অদুগা য়াম্না ব্যবহারগা লোয়ননা নিংথিনা শেম শারবা কাংথোন অমগী মথক্তা ফমহল্লে। অদুদগী মনাইশিংনা অচা-অথক কয়া পুথোরক্তুনা চামিন-থকমিন্নরে। মনাইশিং মাগী মাগী মফমদা হনখ্রে।

রাজকুমার, রাজকুমারী মখোয় অনিদা ঙাইহৌরে। মতম অদুদা মখোয় মখোয়গী মবুক্কী অনিংবা ৱা কয়া পুথোক্লদুনা নুংশি ৱারী কয়া শানখ্রে। মখোয় অনি হরাও নুংঙাই ঈপাক্তা তাওথখ্রে। অহিং মমৈ ওইরক্লবদা মখোয় ঙহাক পোত্থাই। মতম অদুদা পদ্মাবতী নিংথৌ মচাদা ৱাহৈ খরা হংজরকই। ইবুংঙো! হন্দক ননাই নুপীগী পুক্লিংনা নিংবা ৱাশিং অসি করন্না খঙবিবগে? মসি ইবুংঙোগী বুদ্ধিনা খঙবিব্রা? নত্রগা কনাগুম্বা অতোপ্পা অমগী মতেং লৌবিব্রা? অসিমক্তংদি তাকপীয়ু।

রাজকুমার – 'ইবেম্মা! ঐদি মসিগী মরমদা করি অমত্তা হেক খঙদে। ঐগীমক্তবু নংগী নুংশি ৱাখন্দা ঙাওবা অদুদনি। অদুদা ঐগী চান্নবা মরুপ মন্ত্রি মচা লোয়নরকই, মহাক্না মরম অসি ঐঙোন্দা তাকপিবনি। ৱাদু তাবদা পদ্মাবতীনা মন্ত্রি মচাবু অশিংবা মীনি হায়দুনা থাগৎলি অদুগা হায়রকই। 'অদু ওইরবদি ঐহাক মন্ত্রি মচা অদুগী করিগুম্বা খুদোল পোৎ তমজনিংঙাই লৈজদে, অদুনা ঙসি নোংঙাল্লগা, মহাক্কী চানবা অথুম অহাও খরদং চেকশিন্না ইনাইশিংবু থিলহঞ্জরক্কে মদু ইবুংঙোদি হাবিরুগনু, অশিংবা নিপা অদুগীদমক্তা তোঙান্না শেমজরক্কে'।

ৱারী অসি লোয়রবা মতুং ঙহাক লৈরগা নোং অদুম ঙাল্লকপগী মওং উরক্লদুনা রাজকুমার মালিনীগী য়ুমদা হনখিরম্মী। অদুগা তৌরক্লিবা থৌদোক পুম্নমক মরুপ মন্ত্রি মচাদা তমদুনা খঙহল্লে। অদুদগী হৱাওনা ঈরু-মাইথজবা লোয়রদুনা ঈশ্বর পুজা কচ্চরে। পুজা অদু লোয়রদুনা মখোয় মরুপ অনি নুংঙাই নুংঙাইবা ৱারী কয়া শানদুনা লৈরী, মতম অদুদা রাজ কন্যা পদ্মাবতীনা মনাই নুপী অমবু (হু) হাপ্পগা অহাও অথুম খরা য়ান্না চেকশিন্না য়োম্লদুনা মন্ত্রি মচাগীদমক্লি হায়দুনা থিলহল্লকই। মদু উবদা নিংথৌ মচানা হায়রকই –'মরুপ নহাক্কী অশিংবা জ্ঞান অদুদগী

২৪২১৩

ঐখোয়গী নিংবা থুংজরিবনি অদুনা পদ্মাবতীনা মরুপকীদমক চানবা অথুম-অহাও খরদং থারকপনি মসি চাবীয়ু ।

মন্ত্রি মচা – 'রাজকুমার ! ঙসি পোৎ অসি চারবদি ঐহাক শোয়দনা শিরগনি । মসি থাজবিদ্রগা পরিক্ষা তৌজগে য়েংবিয়ু ৱাদু হায়রম্লগা হুই অমা কৌদুনা অচাপোৎ অদু পিজরম্মী । হুই অদু অচাপোৎ অদু চাবগা খুদক্তা শিরে৷ হুই অদু শিবা উরবা নিংথৌমচা ঙকপদা লোয়খ্রে অদুগা হায়রকই । এঃ ঐদি মাবু অসুক মপুক ফত্তবী নুপীনি হায়বা খঙলমদে। নিংথৌ মচা ওইবী মানা করিগী অসুক **'বিশ্বাসঘাতিনী'** ওইরি । থাজবা য়াদ্রবা মাগা ঐগা অমুক হন্না উনবা মতিক চাদ্রে য়ুমদা হল্লসি মরুপ ! অদুগা করি নুংঙাইতবা লৈদুনা মানা মরুপ্পু হাৎনবা থৌরাং তৌরক্লিবনো ?

মন্ত্রি মচা – য়ুবরাজ ! মরম অদু খঙবিনিংব্রা ? মদু হায়জগে তাবিয়ু। মদুদি য়ুবরাজ ইবেম্মা পদ্মাবতীনা য়াম্নমক নুংশিখ্রে মতম খুদিংমক্তা মনাক্তা নুংশি থৌরিনা পুন্দুনা মানা থম্লিংই। ঐখোয়গী দেশতা হলহন্নিংদে, ৱাখল পুন্নমক কাউথোহন্দুনা পুন্সি চুপ্পা মনাক্তা লৈহন্নীংই । মদুদা ঐ অসি লৈরবদি মানা নিংলিবা অদু থুংবা য়াররোই খন্দুনা ঐবু হাৎলগা মাগী মনিং থুংগে তৌবনি থাজবিয়ু । অদুন্নদি ওইরবদা মহাক অসি ঐঙোন্দদি ইমাগা মান্নরবনি। অদুগা অমরোমদা হায়রগা মরুপ অমগীদমক মতেং পাংবদা থৱাই থারবসু থোইনা কায়দে । ঐনা হায়জবা য়াবিয়ু, মাগী মশুংলাংগী ঐখোয় কয়া ৱারক্লবনি, চিংনবা ৱাখল থাদোকপিয়ু, মাগী ফত্তবা ৱাখল অদুগী মতিক চাবা প্রাইচিৎসু ওইনবা, ঙসি অহিং অসিসু য়ুবরাজগী নুংশিরবী অদুগী মনাক্তা লেংবিদুনা অথোইবা প্রেমগী খদোল লৌনবিরু । মতম অদুদা করিগুম্বা থবক অমত্তদি রাজকুমারনা পাংথোকপিরকপা তারে। মদু তৌরবদি মাগী মরাল অদু লায়না কোক্কনি ।

মরম অদু ননাই তাকচগে। ঙসি অহিংদি যুবরাজদি তুশ্বীবা য়াদ্রে, মাবু শুমদুন তুমখিনবা হোৎনবীরো মদুদা মানা তুমখ্রবদি মফৈগন্দা ত্রিশূলগী খুদম অমত্তদি থশ্বীরমউ। অদুগা মাগী মফি অমত্তং পুদুনা থুনমক হনবিরকউ। মতুং অদুদা মাগী প্রাতিকার তান্নসি।

মন্ত্রি মচানা হায়বা ৱারম পুন্নমক কায়দনা নিংথৌমচা অদুনা অহিং অদু তৌখরে। অদুগা "ত্রিশূলগী খুদম অমা তৌরম্লগা রাজকন্যাগী মফি অমা পুদুনা হল্লক্কে। ময়ুম য়ৌরগা মানা পুরকপা ফি অদু মন্ত্রি মচাদা পিররে। ফি অদু ফংলবদা মন্ত্রি মচানা রাজকুমারদা মখোয়না তৌগদবা হিরম পুন্নমক তাক্কে; অদুগা মানা সন্যাসি অমা ওইদুনা মী অশিবা পোৎলোইফম মং অমদা ফমদুনা লৈখ্রে। রাজকুমার অদুনা পদ্মাবতীগী মফি অদু পুদুনা কৈথেল অমদি দুকান্দা য়োন্নবা পুরক্কে। ফি অদু দুকান্দর অমনা হেক উবদা নিংথৌমচা নুপীগী মফিনি হায়বা খঙলদুনা মপুক্লিংদা চিংনবা পোক্তুনা নিংথৌ মনাইশিংদা তাকখ্রে। মদুদা দারুগাশিং দুনা যুবরাজবু ফারগা নিংথৌ কোনুংদা পুখৎখ্রে। অদুগা মচানুপী পদ্মাবতীগী মমিং হক্তুনা থাবা ফি অদুগা লোয়না হুরানবা ফারক্লবনি হায়দুনা নিংথৌদা পিররে। নিংথৌসু মচানুপীগী মফিনি হায়বা তশেংনা খঙলদুনা মদু করম তৌনা কদাইদগী ফংলকপগে হংলম্মী।

ৱাহং অদু তারবদা ফি য়োল্লরিবা নিপা অদুনা হায়রকই।

ঐহাক ফি অসিগী মরমদা থোইনা খঙজদে। ঐগী গুরু দেব অমা 'শ্মশান ঘাট' তা লাই নিংলি। মহাক্না ঐঙোন্দা ফি অসি য়োল্লগা চান থক্লবা পোৎ খর লৈরকউ পিরকপনি !'

ৱা তাবদা নিংথৌ অদুনা মনাই খরগা, ফিয়োনবা নিপা অদুগা লোয়ননা মাগী গুরু লৈহৌই হায়বা মফম অদুদা মরম হংনবা থাখ্রে।

অদুগা মাগী শিষ্যানা পুরক্লিবা ফি অদু কদাইদগী ফংবনো মদু রাজ কন্যাগী মফিনি হায়রকই।

ৱাদু তারবদা যোগিনা খুন্নকই। ফি অসি ঐনা ফংখিবগী ৱারী নখোয় তানিংব্রা ? মদু খঙনিংলবদি ঐ লিগে মুন্না তাও। নোংমা থাশিরমদাইগী ১৪ নি পানবা (কৃষ্ণ চতুর্দশী) নুমিৎনি। অহিং অদু ফনা থেংথ্রে; মম্বা শুকপনসু ঙকথ্রে। অদুগুম্না মতম অদুদা নিপা অমগা নুপীমচা মঙা খক্কা লোয়ননা জগোই শার-শারদুনা মফম (মোংফম) অসিদা লাক্লম্মী। মখোয় অদু ঈ থক্লুবগী অঙাওবা নেশা কাদুনা যাম্না লাও খোংলম্মী। অদুদগী 'শ্মশান' অসিদা মফি মরোল পুম্নমক লোয়না থল্লগা জগোই কয়া শারম্মী। মখোয় অদুগী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না চংখোনবী নুপীমচা অমা য়াওই, মদুগা নিপা অদুগা লাক্ল ফান তৌদুনা যাম্না নুংশিনবগী মওংগুম তৌই। মদুদা মখোয়গী নুংশি প্রেম অদুনা হাকমনখিদুনা মশাগী মফি হুন্দোক্লম্বা খঙদনা অদুম চৎথ্রবনি। অদুগুম্নী ময়াই কারবী নুপীমচা অদুগী মকৈফেগন্দা ঐগী ত্রিশূল অসিগী দাগ (খুদম) লৈখিবনি। মদু ঐনা খনবদা 'ডাকিনি' হায়বা অদু মাল্লি। মখোয়না হনথ্রগা নোংঙাল্লকপদা ফি অসি তাদুনা লৈরম্বনি। মদু ঐনা খুল্লগা শিষ্যদা য়োম্লোক্লুনবা পিখিবনি। মদুদা নিংথৌগী অমদি লৈবাক্কী করি অকাইবা ফত্তবা থোক্লবগে ?

শাধু অদুগী ৱাদু তারবদা নিংথৌ মনাইশিং থুনা চৎখিদুনা নিংথৌদা পাও অদু তম্লুরে। মাদু তাবদা নিংথৌ অঙকপা অমদি চিংনবা অমা পোক্লদুনা, কোনুংদা থুনা চংথ্রে। অদুগা মনাই নুপী অমদা মচানুপী পদ্মাবতীগী মকৈফেগন্দা হায়রিবা দাক অদু লৈব্রা য়েংউ হায়ররে। নুপী অদুনা চৎখিদুনা মচা ইবেম্মগী মকৈফেগন্দা য়েংবদা ত্রিশূলগী মফম লৈরম্না অদু তশেং তশেং উরুরে। মদু হেক উরুবদগী থুনা চৎখিদুনা মপা নিংথৌদা

অশেংবা অদু তম্লুরে। মরম অদু খঙলবদা নিংথৌ ইকাইবদা হায়নিংঙাই লৈখিদ্রে, মরমদি মাগী ঈদা ফত্তবা বদনাম লৈবাক্লা ঙাংনগদবা অদু খল্লুবদা মহাক মমাই হায়গৎনিংদ্রে। মরম অদুনা নিংথৌ মাগী ইমুং মনুংগী ফজদবা ৱাফম অদু কনাদসু খঙহন্নিংদ্রে। অদুনা যোগিগী মফমদা অমুক মনাই অমা থাদুনা মচানুপীগী প্রতিকার অমদি মতিক চাবা দন্দি করি লৈবগে হংহনখ্রে।

নিংথৌ মনাই অদুনা হংলরিবা অদুগী পাওখুম শাধুনা পিরকই। নখোয়গী মহারাজ অসি অরুবা ফিভমদা লৈরে। ধর্ম্মা বিচার তৌবা তারবদি, ব্রাহ্মণ, ষনবী, নুপী, অঙাং কিদুনা চংজরক্লবী মী অমসুং মরল মথুম লৌদুনা চাথোক্লুরবা মী মখোয় অদুদি হাৎহৈদে। মখোয় অদুগী মথৱাই লৌরুরবদি পাপ চাউই। অমদি নরক তাই। মরম অসিনা হায়রিবা মখোয়শিং অসিনা করিগুম্বা অবানবা থবক তৌদনা লৈবাক্কী অকায়বা অমা থোকপা তারবদি মখোয়বু মফম অদুদগী তাম্থোক্কদবনি, লৈবাক অদুদা লৈহল্লোইদবনি। মসিনা মখোয়গীদি মতিক চাবা দন্দিদনি। অদুনা নবুংঙোদা মচানুপী অদু বন্দা থাদোকখো হায়য়ু, মদুদা পুম্নমক্কী অফবা ওইগনি, মচানুপীগীসু মতিক চাবা প্রতিকারনি।

ৱাদু তারবদা, নিংথৌদা চত্তুনা মরম পুম্নমক অদু লোয়না তম্লুরে। ৱাদু তারবদা নিংথৌ সন্যাসিগা মৱা মদু মপুক্লিংদা য়ানিংলদুনা য়াম্না অৱা নুংঙাইতবা অমসুং ইকাইবা হেনখিদুনা মচানুপীবু বন্দা চংখিনবা হুকুম তৌরক্লে।

অশোমদা নিংথৌ মচা মন্ত্রি মচা মখোয় অনি শগোল অমমম তোংলদুনা পদ্মাবতীনা লাক্কদবা বনগী লম্বী য়েংদুনা লৈরক্লে। পদ্মাবতীনসু মপা নিংথৌগী য়াথংনা কনখিবনা খাংবা য়াদ্রদুনা ময়ুমদগী বনগী

মাইকৈরোমদা লাক্লে, মতম অদুদা মখোয় অহুম্মক বন্দা উনররে। রাজকুমারগা লোয়ননা মন্ত্রি মচা লৈরম্বা উবদা রাজকন্যা য়াম্নমক ইকায়জরম্মী। মরমদি মাবু হু পিজদুনা হাৎকে থৌরাং তৌরুবা অদুগী ফলনা ঙসি মহাক মশামক্না ফংলরিবা দশা অদুনি খঙলদুনা মন্ত্রি মচাগী মফমদা মরাল ঙাকপিয়ু হায়না নোঞ্জখিরম্মী। মদু মন্ত্রি মচা অদুনসু করি অমত্তা দোষ লৌখিদ্রে।

নিংথৌমচা মন্ত্রি মচা মখোয় অনি পদ্মাবতী রাজকন্যা পুদুনা মরৈবাক্তা হল্লক্লে। য়েংবিয়ু। লাইগী নোংদমখোল মীওইবনা খঙবা ঙমদে। অশিংবা মী কয়াসু অৱা-অনা দশা তারবদা অপংবা হেক মওল্লি। মীওইবদি লাইরদুনা জগৎকী মপু ওইরবা শ্রীরামচন্দ্র সনাগী শজি উবদা জ্ঞান মাঙখি। অষ্টবসুনসু বশিদষ্ট মুনিগী ষনবী সুরভি হুরাল্লি। তুংগী থৌদোক খঙদবনা মীওইবা তৌহৈদবা থবক কয়া তৌনৈ অদু ওইরবা ফাওবা অশিংবা মীনা খরদি চেকশিন্না থবক তৌনৈ।

দন্তমুকুট মহারাজ মরম মুন্না খঙদনা মচা নুপীবু বন্দা থাদোকখি। মদুগী নুংঙাইতবনা মরম ওইদুনা মমৈদা নিংথৌ মথৱাই থাখ্রে।

ৱারী মতাং অসি য়ৌরকপদা বেতালনা বিক্রমাদিত্যদা হংলকই। মহারাজ ! মখোয় অনি কনানা পাপ পুগনি থুনা হায়য়ু। করিগুম্বা নিংথৌ নহাক্না শাস্ত্র হৈতবা মী অমা ওইরবদি খুদক অসিদা নথবাক সেগাইদুনা হাৎকনি। অচুম্বা পাওখুম পামই।

বিক্রমাদিত্য – মদুদি মপুক্তা বিচার লিংদবা মীৱা লৌরগা বিচার তৌবা, নত্তবা বিচার তৌরিবা নিংথৌ অদুনা পাপ অদু অদুম পুজগনি। মরমদি মহাক শাধুগী মৱানা মচা নুপীবু চুমই-চুমদে খঙদনা বন্দা

থাদোকখি। মমিৎমক্লা উবা থবক নত্তবা অদুবু মনানা তারগা অচুম্বা ওইনা লৌরিবা মসি লৈবাক্কী মপু ৱায়োম্বশিং অমদি নিংথৌনা তৌগদবা ধর্ম্মা নত্তে। ৱাখল মুন্না খল্লগা মীৱা লৌদনা অচুম্বা বিচার তৌরগা মী অদুগী মতিক চাবা দন্দি পীগদবনি। পাওখুম অদু হেক তাবদা বেতাল খঙহৌদনা শিংশাপ উপালদা হন্না কাখ্রে।

মসিদা বেতালগী অহানবা ৱাহংগী ৱারী লোয়রে।

## অনিশুবা ৱাহং

বিক্রমাদিত্যাসু অমুক হন্না উথক্তা কাখ্রে। অশিবনা ওনবা বেতাল অদু অমুক ফারুরে। অদুগা মরেংবান্দা থোঙ্গত্তুনা মখাদা কুমথরক্লে। অদুগা সন্যাসিনা লৈহৌবা মাইকৈরোমদা পুদুনা লাক্লে। মদু উবদা অমুক হন্না হায়রকই। মহারাজ ঐ অতোপ্পা ৱারী অমসু হায়গে। ধর্ম্মস্থল হায়না কৌবা সহর অমা লৈরম্মী। মদুদা গুলধিপ কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। কেশব কৌবা ব্রাহ্মন অমসু লৈরম্মী। ব্রাহ্মন অদুগী মচা নুপী মন্দাবতী কৌবা মশক য়াম্না ফজবী অমা লৈ। মাগী মশক ফজমনবা অদুদা মতিক চাবা বর নিপা ফংলমদে। মরম অদুনা মপা, মমা অমসুং মবুংগী মথৱাই নুংঙাইরমদে। মহাকপু থাজবা য়াবা নিপা অমত্তা থেংনদ্রে। অদুনা মরম ওইদুনা ব্রাহ্মন অহল মপা অদু মক্মাক নিপা অমা থিগে হায়দুনা লৈবাক কয়া কোয়রকই। মপানা থুনা হল্লক্তবা অদুদা মবুং অদুসু মচলগী মতিক চাবা বর অমা থিরুগে হায়দুনা চৎখ্রে। মচানুপীনা যৌবনগী ইনখৎলকপা হকচাং অমদি ফজবা মওং অদুদা নুংঙাইত্রদুনা মমা ব্রাহ্মনী অদুসু ময়া নিপা ওইবা য়াবা মীশক অমা থিবা চৎখিরম্মী। শাগৈ জাৎ ফবা, মহৈ মশিংসু হৈবা অদুগা মশক মতৌসু ফজবা ব্রাহ্মন মচানি মখোয়না থিরিবদু।

নুমিৎ খরনি লৈরগা মখোয় অহুম্মক বর নিপা অহুম পুদুনা চপ মান্ননা হল্লক্লে । মপানা পুরকপা নিপানা ত্রিবিক্রম, মবুংনা পুরকপনা বামন, অদুগা মমানা পুরকপনা শ্রীমধুসুদন হায়না মমিং কৌরম্মী। শাগৈ-জাৎ, মশক-মতৌ অমসুং মহৈ মশিং চপ মান্নবা, মচানুপীগা লম্বা চপ চানবা বর নিপা অহুম ফংলবদা ব্রাহ্মন অহল অদু ৱাখল তৌই । মদুদি মচানুপী কনাদা লুহোংশিগে হায়না ।

লাক্লিবা নিপাশিং অদুসু নুপীমচা অদুগী মশক উবদগী মাগী মাগী মগুন থাগৎনবা হৌরকই । মশা মশাবু অথোইবনি খনখিনবা কয়া কয়া হোৎনবকই ।

অঙকপনি ! লাইগী নোংদম কনানসু খঙবা ঙমদে । মীওইবগী মনুংদা পোকপা শিবা হায়বা কর্ম্ম অনি লৈ । মদুনা করিগুম্বা লুহোংবা অমসুং অতৈ কর্ম্ম কয়াবু হেক হেক পলহল্লি । অসিগুম্বা থৌদোক অসি ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং মহেশ্বর মক্না থিংবা ঙমদ্রবনি । থৌদোক অসি ব্রাহ্মনগী ইমুং অসিদসু থোক্লরে । অহিং তুম্লিঙৈদা অমুবা লিল অমা লাক্লুনা মচানুপী লৈশাবী অদু চিক্লরে । মদুদা অখঙবগা লোয়না হৌগত্তুনা ফিংনা 'লিন্না চিক্লে' হায়না লাউরকই ।

ঙাইহাক লৈরগা লিলগী হু অদুনা থুমখিদুনা নুপীমচা অদু ৱাম্বদুনা তাখ্রে । মদু উবদা, মমা, মবুং অমসুং লাক্লিবা নিপাশিং অদু পুম্নমক চঙদুনা লিল মাইবা কৌদুনা য়েংহনবদা মাইবা অদুনা কনবা য়াররোই হায়রে । মরমদি মীওইবনা হায়নবা অকনবা নুমিৎ অকক্লবা পুংফম অমদি হকচাংগী অথুপ্পা জাগা ওইখিবনা ঙমদবনি । মাইবনা হোৎনবদা মহৈ য়ান্দ্রদুনা নুপী মচা অদু অদুম শিরে । অদুদদি মখোয় পুম্নমক অৱা-নুংঙাইতবনা কয়া কপ্পা লাউনরে, অদুগা হৌনবী মতুং ইন্না

পোৎলোইফমদা পুদুনা অশিবা অদু মৈ থাখরে, বর ওইগনি হায়দুনা লাক্লিবা নিপাশিং অদুসু মথৱাই নুংঙাইত-নুংঙাইতনা সংস্কার য়াওরে। অদুদগী বর নিপা অমনা নুপীমচা অদুগী অস্তি পুদুনা গঙ্গাদা থাদবা চৎখ্রে। বর অমনা মনাক অদুদা শঙ মচা অমা শারগা মং শঙদুনা লৈখ্রে। অতোপ্পা বর অমনা মথৱাই নুংঙাইমনখিদ্রদুনা অঙাওবগী মতৌগুম পোৎলোইবগী উৎ অদু খর লৌদুনা মাগী ফিজিদা পুনশিল্লগা ময়ুমদদি হন্দ্রদুনা লৈবাক কোয়বা চৎখ্রে। লৈরাক কোয়রকপা নিপা অসি চাদ থক্তুনা লাকপনা ৱাবনা শ্বর হোনবা ঙম্লক্লে। মানা লাকপদা ব্রাহ্মন ঙাক্তা লৈবা খুল অমা থেংনরদুনা য়ুম অমদা মহাক অতিথি ওইনা থুংলুরে। য়ুম্বু ব্রাহ্মন অদুনসু ময়ুমদা অতিথি থুংলরবদা হবাওনা অতিথি পুজা কৎনবা থৌরাং তৌ হায়দুনা মাগী ব্রাহ্মনী অদুদা হায়রে। মদুদা নুপী অদুনা হরাওনা লৈজবা পোৎ খরা থোং থাক্তুনা কন্না হোৎনরম্মী। তাঞ্জা অসিদা মাগী মচা অপিশক অমা নিঙাই তৌদুনা কপ্লম্মী। মচাগী নিংঙাই অদুদা মমা ব্রাহ্মনী অদু শাওখ্রদুনা অঙাং অপিশক অদু চাক থোংবগী লৈরং মনুং অদুদা হুঞ্জিন্দুনা মৈদা থাদোক্লে। অঙাং অদু শিখ্রে, মদুদা মমা মপা অনি অদুদি থোইনা অৱাবা নুংঙাইতবা তৌদনা অদুম চাক ইঞ্জাং অদু থোং থাক্তুনা লৈরম্মী। তৌরিবা থৌওং অদু থুংলরিবা নিপা অদুনা উরম্মী। ঙহাক লৈরগা য়ুম্বু ব্রাহ্মনী অদুনা চাক লোয়জরে চাবিরনবা হায়না তাকখিরম্মী। মতম অদুদা অতিথি ব্রাহ্মন অদু মপুক্লিংদা অঙকপা অমদি শাউনিংবনা মহাক য়ুম অদুদগী করিগুম্বা পোৎ অমত্তা চাররোই হায়না য়াখিদ্রে। অদুগা মানা হায়রকই – 'নচা হাৎপা মহা পাপীনি নখোয়গী য়ুম অসি ঐহাক চাক চারবদি পাপ পুরগনি।

অতিথি অদুগী মৱা ভাবদা য়ুম্বু ব্রাহ্মনী অনি অদু ইশি-শিনা নোক্লক্লে। অদগা হায়রকই, –'মহাশয়! নহাকপু কারি লৈবাক্তগী

লাকপনো ? মরমদি ঐখোয়গী দেশ অসিদা জীব হিংহনবা ঙমই হায়বসি নহাক খঙদবা মাল্লে । অদুনা হৌজিক শিখ্রিবা ইচা অদু হিংগৎহনগে য়েংউ ।' ৱাদু হায়রম্লগা মৈ থাখিবগী উৎ অদু খর লৌরুরে, মদুদা 'মৃত শঞ্জীবনি হায়বা মন্ত্র অদু শোন্দুনা শিখ্রিবা অঙাং অদু হিংদুনা হৌগৎলক্লে । অদুগা কপ্পুনা মমাগী মনাক্তা চেনশিনখিদুনা খোম থকখ্রে । মদু উবদা অতিথি ব্রাহ্মন অদু ঙকপনা থেঙখ্রে । মবম অদুনা য়ুম্বু অদুদা অরানবা খঙদবা পুন্নমক ঙাকপিয়ু হায়জখি । য়ুম্বু অদুনা চাক চারসি হায়রক্লে। মতম অদুদা অতিথি ব্রাহ্মন অদুনা ৱা অমত্তা হায়জখিগে হায়রক্লে । য়ুম্বু ব্রাহ্মন অদুনা হায়য়ু হায়না য়ারবদা অতিথি অদু হরাওভরদুনা হায়রকই, নখোয়গী নচা অশিবা হিংহনবা ঙম্বা মন্ত্র অদু ঐঙোন্দা পীনবিরো অদু ওইরবদি ঐ চাক অসি চাজগনি । মবমদি যান্না চঙখোনবী ব্রাহ্মন নুপীমচা অমা শিখিদুনা মাগী নুংঙাইতবনা ঐহাক অঙাওবগী পান্দনগুম পংলাক-লাকচবনি । ৱাদু তাবদা য়ুম্বু অদুনা হায়বকই মন্ত্র অসিদি মীরৈবাক্তদি থোইনা কান্নবা ফংলোই । অদুগা অশিবা অদুগী শরক নত্রগা উৎ খরা মফম অসিদা পুবিরকউ মদু ওইরবদি নুপীমচা অদু হিংহনবা ঙমগনি ।

ৱাদু হেক তাবদা অতিথি ব্রাহ্মন নুংঙাইবা হায়নিংঙাই লৈখিদরে, অদুনা হায়রকই । ঐহাক অশিবা নুপীমচা অদুগী উৎ খরা পুজরক্লি । হায়না মাগী ফিজিদা পুল্লিবা উৎ অদু লৌথোক্তুনা য়ুম্বু ব্রাহ্মন অদুদা পিরে । উৎ অদু ফংলবদা ব্রাহ্মন অদুনা মাগী মৃত শঞ্জীবনি শোন্দুনা খুদক্তা নুপীমচা অদু হিংগৎহল্লক্লে । হেক হিংদুনা হৌগৎলকপগা নুপীমচা অদু কোয়য়েং য়েংলকই অদুগা হায়রকই, ঐনা লৈরিবা মফম অসি কদাইদনো ? ইপা, ইমানা কদাইদা চৎখ্রে, য়ুম্না কদাইদা লৈখ্রে ?" ৱাদু হায়রম্লগা কপথোকখ্রে । মদু উবদা ব্রাহ্মন অদুনা তৌরক্লিবা ৱারী পুন্নমক

লীবিদুনা তাহল্লে। মরম অদু খণ্ডলবদা নুপীমচা অদু মপা মমা উননিংলে হায়দুনা, মাবু পুরকপা নিপা অদুগা লোয়ননা ময়ুমদা হন্দুনা লাক্লে।

শিগ্রবা মীনা হিংদুনা অমুক লাকপা উবদা মী পুন্নমক শুক্লখ্রে। মপা মমাগী য়ুম য়ৌরে, মদুদা ময়াম পুন্নমক নুংঙাইনখ্রে। মতম অদুদা অতোপ্পা বর নিপা অনি অদুসু পাও অসি তারদুনা অমুক হন্না লাক্লুনা নুপীমচা অদুগী মনাক্তা থুংলরে। মহৌশাগুম মফম অদুদা বর নিপা ৩ তিনখ্রে। মতম অদুদা নুপী মপা ব্রাহ্মন অমদুনা মচানুপী ময়ুমদা থমখ্রে। মদু উবদা বর নিপা ৩ অদুনা নুপীমচা অদু পিনিংবা মীদা পিরো হায়রে। মদু তাবদা মপা, মমা অমসুং মবুং মখোয় অসি কনাদা পিসিগে খন্নরি। ৱারী মতাং অসি য়ৌরবদা বেতান্না বিক্রমাদিত্যদা হংলকই। ‘মহারাজ ! নুপীমচা অসি করম্না বব নিপানা লৌগনি, অচুম্বা বিচার তৌ।’

বিক্রমাদিত্য —‘নুপীমচা অদুবু হিংহল্লকপা নিপা অদু মপামক্তি খনবা য়ারে। অদুনা মঙোন্দা কন্যা অদু পিবা মতিক চাদ্রে। অদুগা গঙ্গাদা শরু মচেৎ পুদুনা থাদরুবা নিপা অদুসু মচাগী থবক্তি মাসু নুপী ফংবা য়াবরোই। অদুনা মংফমদা য়ুম শাদুনা মং শংলিবা নিপা অদুনা কন্যা অদু ফংগনি। মসিদা করি অমত্তা চিংনর্নিংঙাই লৈতে। মসি ঐগী বিচারনি। ৱাদু হেক তাবদা বেতাল উথক্তা থুনা অদুম কাখ্রে। মসিদা বেতালগী ২ শুবা ৱাহং লোয়রে।

## অহুমশুবা ৱাহং

অশিবা হকচাং অদুনা উথক্তা কাখ্রবদা, নিংথৌসু অমুক হন্না উথক্তা কারক্লে। অদুগা অশিবা অদু ফারগা তপ্না কুমথরক্লে। অদুদগী শাধুনা লৈহৌবা মাইঁগেরোমদা চংলক্লে। মদু উবদা বেতান্না হায়রকই।

"তাও মহারাজ ! অতোপ্পা ৱাহং অমসু হংগে মদুগী পাওখুম পীখো। 'বর্দ্ধমান' হায়বা সহর অমা লৈ, মদুদা রূপশেন কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লি। মহাক য়াম্না মমিং চৎপা, ধর্ম্ম লৈবা নিংথৌনি। মহাক ইনাক য়াম্না খুল্লি, অদুনা কর্নগা মান্নবা দান তৌবা ঙমই। মাগী লৈবাক্তা বীরবর কৌবা নিংথৌমচা অমসু লৈরম্মী। মহাক অদু জ্ঞান লৈবা নিংথৌমচানি। অদুদা মীনা রূপশেন মহারাজবু থাগৎনবা মানা তারম্মী। মরম অদুনা মহাক রূপশেনগী মনাক্তা লৈরগা, নিংথৌগী থবক্তা মতেং পাংগে খন্দুনা নিংথৌগী সভাদা লাক্কুনা থুংলরে। মদুদা রূপশেন মহারাজনা, লাক্লিবা বীরবরগী পরিচয় হংখি, অদুগা করম্বা অপামবা লৈদুনা লাক্লিবনো, হংলম্মী।

বীরবরনা নিংথৌদা হঙ্গৎখি। মহারাজ, ননাই ঐহাক শ্রীযুৎকী নাক্তা ননাই ওইনা লৈজদুনা থবক তৌজগে ঐবু অতোনবনি খনবীদুনা লৌশিনবিয়ু।' বীরবরগী মৱা তাবদা নিংথৌনা চানবীরদুনা কোনুংদা লৈনবা য়াথং পিবিরে। অদুগা রাজকুমার অমনি হায়বা অদুদি মাগী নোংমগী খরচ কয়ানা কোন্নগদগে হায়না হংলম্মী।

বীরবরনা মাবু থৌজানবীদুনা য়োকপীবা তারবদি, নোংমদা সনা মুহর লিশিং অমা পিনবিয়ু হায়রম্মী। ৱাদু তাবদা নিংথৌগী অঙম-অথৌশিং অদুনা ৱা-ৱা নোকখিরম্মী।

নিংথৌনসু সনা মুহর ১০০০ অমনা নোংমদা নহাক করি অচিনবা থবক চৎনগদৌরিবনো হংলকই। বীরবরনা সনা অদু পীবিগদবা লৈরগা মরম তাকচগনি পিবিরোইদবা লৈরবদি মহাক নিংথৌগী মনাক্তা লৈজরোই, অশুকপা বন্দা চৎখিগনি হায়রম্মী। নিংথৌ রাখল তৌই: ঐনা সনা অসি পিদ্রবদি মহাক হনখিগদৌরব, লন্ অসি পাম্লনা নানা

ঐগী নাক্তা লাক্লিবনি, মহাক অসি মগুনসু য়াম্না লৈনা উই; অদুনদি ঐহাক মাগী অপাম্বা অসি থুংহল্লগে ! হায়দুনা য়াবিরে । নিংথৌগী থৌজাল ফংলবদা বীরবরনা, মাগী মথৌ থবক অদু তাকপীরো হায়জরে। নিংথৌনা মতম অয়াম্বা মনাক্তা লৈয়ু, অদুগা অহিংদা কোনুংগী থোঙ শংউ তাকপিরে। নিংথৌগী য়াথং অদুগী মতুংইন্না বীরবর মথৌ তৌখরে। মদুদা মহাক নোংমদা সনা মুহর ১০০০ অমমম ফংলম্মী । মদু মানা শরুক ৬ থোক্লা য়েম্থোক্লগা, শরুক ২ অমনা ব্রাহ্মন, বৈষ্ণবতা কখোকই । লেমহৌবা অদুনা মতুমচা থাকই। মতৌ অসুম তৌনা মতম খরা লেল্লে । নোংমদি রূপশেন নিংথৌ থোঙ শংবা অদুগী মনাক্তা অহিং তঙ্খাই চল্লকপদা লাক্লম্মী । অদুগা করি তৌরি হায়না হংলম্মী। দ্বারপাল অদুনা নিংথৌদা, অথেংবা অহিং অদুদা কনাগুম্বী নুপীগী খোঞ্জেল অমনা কপলিবা অদু তাও হায়রম্মী ।

মদুদা নিংথৌনসু মদুগী মরম থিরকপনি খুমখি । নিংথৌগী ব্রা তারগা বীরবর থীন্দনা অকপ্পা খোঞ্জেল লাকপা মাইঁগেরোমদা চৎখ্রে । অহিং অদুদা মাইঁগে থোইনা খঙলমদে; খোঞ্জেল তাবা অদোমদা অদুম চৎখিরম্মী । মতৌ অদু উবদা নিংথৌ মথৱাই নুংঙাইদুনা মাসু শম্ত্রিনা চৎখ্রিবা অদুগী মতুংদা লোন্না অদুম ইন্নরম্মী। খরা চৎলগা নুপীমচা অমা মোংফমদা কপ্পুনা লৈরম্বা থেংনরে । মহাক অদু মথৱাই য়াম্না ব্রাবগী মওংনি । মশম মনা ইফা ফাই, নিংবা কায়বগী ফিজেৎ শেৎলি । অমুক কপই, অমুক নোকই, অদুগা লৈমাইদা থরো থরো হেক ওল্লি, অদুগা খোঞ্জেল কন্না অমুকসু লাউরকই । নহা ওইবী নুপী মচা অদু ব্রাবনা ক্রুম্বংনরম্মী। পিনা মশা অদু পুমচোৎ চোৎলি। অঙকপা মতৌ মদু উবদা বীরবরনা হংলকই ।

নুপীমচা নহাকপু কনানো ? অহিং অথেংবা অমম্বা অসিদা মোংফম অসিদা কপ্পুনা লৈরিবদি, যক্ষ নুপীরা, কিনরীবা লাইরেম্বীরা, হিংচাবীরা, ভুত-প্রেত নত্রগা তাইবং মীরা ? নংগী করি অৱাবা লৈরবগে ? ঐঙোন্দা মরম অদু তাকউ, নতেং পাংবা ঙম্বা য়েংগে।' ৱাদু তাবদা কপ্লিবী নুপী অদুনা হায়রকই। 'ঐহাক রূপশেন মহারাজগী রাজলক্ষ্মীনি। মতম কুইনা নিংথৌগী মনাক্তা লৈরক্লবনি। অদুদা হৌজিক নিংথৌগী অৱাবা মতম য়ৌরক্লদুনা ঐগী থৱাই য়াম্না নুংঙাইতে। মদুদি ঙসিদগী নুমিৎ হুমনিদং লৈরগা মহাক শিরগনি। মদু খল্লুবদা ৱাবনা খাঙবা ঙমদ্রদুনা কপ্লিবনি।

ৱাদু তাবদা বীরবরসু ৱাবনা মমাই মকশিনখ্রে। অদুদগী মরম খঙনিংদুনা হংলকই। 'ইমা, লক্ষ্মী ! নিংথৌগী হিংনবা উপাই করি অমত্তা লৈত্রব্রা ? করিগুম্বা ইনিংথৌনা হিংবা য়াগদবা মরম লৈরবদি ঐঙোন্দা তাকপিয়ু।

রাজ লক্ষ্মী – 'নহাক মীওইবনা ঙমফদ্রবা থবক অমা তৌরবদি, নিংথৌ অসি চহি ১০০ পুন্সিখিগনি। মদুদি নহাক্কী নচা অমা বলি তৌদুনা কৎলু; মদু ওইরবদি নিংথৌগী য়াইফবা শোয়দনা ওইগনি। রাজলক্ষ্মীগী ৱা অদু তাবদা বীরবব, মদুমক তৌদুনা নিংথৌগী উশিল পীগনি হায়রম্লগা ময়ুমলোমদা থুনা চৎখ্রে। রূপশেন মহারাজসু মনাইগী মতুং লোন্না-অদুম ইন্নখ্রে। বীরবর ময়ুম য়ৌরে। মতম অদু মচাশিংদি নুঙাইনা তুমদুনা লৈজরম্মী। মদু মানা লাউদুনা তুম্বা অদু হৌদোকউরে। মখোয়না হৌগৎলক্লবদা, মচানিপা অদুগী মফমদা থোকখ্রিবা ৱারী পুন্নমক লীদুনা তাহল্লে। মপাগী ৱা তারগা মচানিপা অদুনা হায়রকই। পাবুং ! নিংথৌ মাগী মনা-মথুন্না ঐখোয়গী জীব হিংলিবনি। অদুগা লৈবাক্কী মপু ওইবা মহাক্কী মথৱাই কন্নবগীদমক, নচাগী থৱাই কৎপদি তৌদবা যাদ্রবা

ইথৌনি। ঐ ইশানা য়াজরে, পুক্লিং চিংনবিগনু। নিংথৌনা করিগুম্বদসু মীনমদুনা প্রজা ৱাহনবা হৌনদে। মপা মমানা মচাবু নমথাক তৌদুনা 'হু' পীজনিংবা হৌনদে। মী ওইবা ঐখোয়দি, পোল্লবদি অমুক শিগদবা লৈরবনি, অশিববু থিংবা ঙম্বা কনা লৈ, পুম্নমক নোংমা নত্রগা নোংমদি শিগদবা ঙাক্তনি। অদুদসু ঐনা শিবা কিদুনা ইপাগী য়াথং ইল্লোইদবগী মরম লৈতে। হৌজিক ঐহাক নিংথৌগী মহুৎ শিনদুনা শিজবা য়াজরে।

মচানিপানা হরাওনা য়ারবদা, মপা-মচা অনিমক রাজলক্ষ্মীনা লৈহৌবা মফম অদুদা চৎখ্রে। বীরবরগী নুপী অদু মশক মতৌ ফজবী হৌন লোনচৎ খঙবিনি। মপুরোইববু লাইগুম খনবিনি। মচা নিপানা শিখ্রগা, লৈবাক্কী মপু নিংথৌনা চহি চামা হিংহৌগনি হায়বা অদুদা, মপুরোইবনা তৌবা থবক অদু ফনা অৱাবা ওইরবসু থিংবদি ঙমখিদে। অদুমক্তি ওইরগা মচা নুংশিবগী মৈনা মশা অদুদি অঙাওবিগুমখ্রে। ৱাখিবনা মশা অদু তনিক তনিক থম্মোইনুংদা কপই। অদুগা মচল নুপী অদুসু মবুং শিরনি খনবদা থোইনা ৱাখরে। মপাগী থবক অদু মহাক হায়ফম খঙদনা ঙকখ্রে। নিংথৌ পুন্সিনবগী মচামক করম্না হাৎকদৌরিবনো, য়েংনিংলম্মী। মরম অদুনা মমা মচা অনিসু মতুং ইন্নরক্লে। মদু উবদা বীরবরনা হায়রকই। নখোয় নমা নচানা মফম অদুদা চৎপগী থোইনা কান্নবা লৈবোই, ঐগী ৱা লৌ য়ুমদা লৈহৌ। নুপী অদুনা হায়রকই — ইবুংঙোনা তাইবং পানবগী লল ওইরবা নচামক, নখুৎনা বলি কৎকদৌরি, মদুদা ঐখোয়না কনাগী মশক য়েংদুনা, করি হরাওদুনা লৈহৌগদৌরিবনো ? নুপী ঐখোয়গীদি মপুরোইবগী মতুং ইন্দুনা চৎপদা থোইনা অকাইবা লৈতে। ৱাদু তাবদা বীরবরনা, মচানুপী অদু পুদুনা মপামদা চৎখ্রো হায়রকই। মদুদা নুপী অদুনা অমুক্কা হায়রকই। 'মপুরোইবদি নুপী ঐখোয়গীদি ঈশ্বরনি, মরম্নি অদুনা মপুরোইববু খক

সনা লুপা অমসুং পুন্সি শাংনা লৈবা পান্নক্রে। মরম অদুনা মাসু মনাই বীরবরগী মতুং ইন্দুনা শিগ্রগে খন্দুনা থাংশাং অদু লৌখত্তুনা মথন্তগী মঙক কক্লগে হায়না থৌরাং তৌরক্লে। নিংথৌগী ৱাখল অদু উবদা রাজলক্ষ্মানা হায়রকহ।

'মহারাজ ! করিনো মওং অদু লাল্লে; হৌনদবা থবক্লি নহাক্লা খল্লিবা অদু, হৌজিক ঐঙোন্দগী অপাম্বা বর অমা নিয়ু।'

নিংথৌ – ইমা লক্ষ্মী' ! কৃপা তৌবয়ু, ননাইদা বর পিবিগে হায়রবদি বীরবরগী শিথ্রিবা ইমুং অপুম্বা অসি অমুক হিংহনবিয়ু। নিংথৌনা হায়জবা অদুদা রাজলক্ষ্মীনা য়াবিরদুনা, অমৃত খরা পুরক্লগা অশিবা হকচাংশিং অদুদা থিকপিরে। লক্ষ্মীগী কৃপা হেক ফংবগা মখোয় লোয়না হিংগৎলক্লে। মনাইশিংনা হিংগৎলকপা উবদা ৱপশেন মহারাজ নুংঙাইবদা পান্দম লৈখিদ্রে। হরাওমনখ্রদুনা মনাই বীরবরদা মাগী লৈবাক অদুগী তঙ্খাই অমা লল থুম, মনাই মশন কয়াগা লোয়ননা পিবিদুনা নিংথৌ শেম্বীরে। অদুদগী য়ামনা নুংঙাইবা ৱাখলগা লোয়ননা কোনুংদা হনখিরম্মী।

মসিদা বেতান্না হংলকই –'মহারাজ ! বীরবরগী ইমুংগী মী ৪ অমসুং ৱপশেন নিংথৌ মখোয় মঙা অসি কনানা পুকচেল চাউবা হেনবগে থুনা হায়য়ু।

বিক্রমাদিত্য – 'ঐনা ৱাখল তৌজবদা, মনাইনা মবুঙোগীদমক প্রান থাবা মখৈ হোৎনবদা থোইনা কাইদে। অদুগা মনাইগীদমক মবুঙোনা থৱাই থাদোকপসি থোইনা থেংনদ্রি অমরোমদা খল্লবসু মহাক লৈবাক অমগী নিংথৌ ওইদুনা মতম কুইনা লৈগদববু থৌশাদনা শিগে থৌরাংবা ঙস্বা নিংথৌনা পুকচেল চাউবা খ্বাইদগী পুমহেল হেল্লি। ৱাদু হেক তাবগা

বেতাল শিংশাপা মথক্তা কাখ্রে। নিংথৌসু অপনবা লৈতনা অমুক উথক্তা কাদুনা অশিবা অদু ফানবা হোৎনখি।

মসিদা বেতালগী ৩ শুবা ৱাহং লোয়রে।

## মরিশুবা ৱাহং

নিংথৌ অশিবা হকচাং অদু মরেংবান্দা থোঙ্গত্তুনা নুংঙাইনা উখাদা অমুক কুমথরক্লে। মদু উবদা বেতান্না হায়রকই। তাও বিক্রমাদিত্য নিংথৌ ! ভোগবতী লৈবাক্তা রূপশেন কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। মহাক মগুণ য়াম্না লৈ, মশক মতৌ ফজে। নুমিৎ চুপ্পা হরাও তয়ামদুনতা লেল্লি। মাগী তেনৱা লাবা অমা যোকই, মদুগী মগুণ কবিদবু হায়সিগে? মঙোন্দা হেক হংবা ৱা মখৈ, তুংদা থোক্লগদবা অপুম্বা হায়বা ঙমই। নোংমা নিংথৌ অসিনা মাগী তেনৱা অদুদা ৱারম অমা হংলম্মী।" ঐগুম্না শক ফজবা অমসুং ফজবী নিংথৌগী মচা নুপী নুপা, মফম কদাই কদাইদা লৈবগে ? অদুগা ঐগী মহারাণী ওইগদবা নুপী অসি কদাইদগী ফংগনি ? হৌজিক যৌবনগী মথোৎকারকপা মতমদা মহারাণী লৈতবা অসি নিংবা অমা থুংদ্রে।'

তেনৱা অদুনা খুমখি – 'মহারাজ ! পুক্লিং শান্তি ওইবিয়ু, ঐ মরম হায়জগে ! মগধ দেশতা মগধ ঈশ্বর কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লি। মাগী মচানুপী হরসুন্দরী কৌবী মশক মতৌ য়াম্না ফজবী অমা লৈরি। য়াম্না মতিকমগুন লৈবীনি, ইবুঙোগী ইবেম্মা ওইবদা মতিক চাবদি মহাক্তনি। তেনৱাগী মৱা তাবদা নিংথৌ হরাওরে। ঈশ্বরগী খুৎশেম অঙকপনি, নিংথৌ অমসুং নিংথৌ মচানুপী অনিগী নুংশি পম্বুং ৱারী। মগধ নিংথৌগী মমোম রাজকুমারী অসিগীসু তেনৱা অমোম অমা সনাগী পোন্দা

য়োকচরম্মী। মদুসু য়াম্না খঙ-হৈবী তেনৱা ওইরম্মী মঙোন্দা নোংমা হরসুন্দরী রাজকন্যানা হংলম্মী।

"হায়য়ু ইতা তেনৱা ! ঐগুম্না শক ফজবা, ইপুরোইবা ওইবদা মতিক চাবা বর নিপা কনা করম্বা দেশতা লৈবগে ?"

তেনৱানা খুমখি –'ভোগবতী লৈবাক্তা নিংথৌ রূপশেন কৌবা অমা লৈ। মহাক মশক-মতৌ অমসুং মগুণ য়াম্না চেনবা ফজবা নিংথৌনি। মদু ইবেম্মা নহাক্কী নপুরোইবা শোয়দনা ওইররগনি।' ৱাদু হেক তাবদা রাজকুমারী অদু মশক খঙদবা অদুগী নুংশি মৈচাক্লা থম্মোই অদু নৈহৎলে। মাগী খঙহৌদনা নুংশি ঈচেল অমা হৌরক্লিবা অদু থৎপিনিংঙাই লৈত্রে। মশা, অদু য়াম্না চোকথরে, অদুনা মাগী তেনৱাগা খন্নদুনা চিঠি অমা ইরে। অদুগা চিঠি অদু মনাই অমদা পীদুনা রূপশেনগী মনাক্তা থাখ্রে। চিঠি মরোল য়ামনা ইখিদে, ৱাহৈ খরদংদা লোয়শিনখি। মরোন্দি অসিনি 'ইবুঙো মহারাজ ! চরনখাদা তোল্লবী ঐগী থৱাই মঙা কচ্চরে লৎনদনা লৌশিনবীয়ু।' নুংশি মৈনা ৱাইদুনা ৱারবী হরসুন্দরী হায়না থাদুনা ইরম্মী। মদু দূতনা পুরক্তুনা ভোগবতী দেশ য়ৌখরে। থবক অসি কনাগুম্বা অতোপ্পা অমা খঙখিদে। দুত অদু রূপশেন মহারাজগী সভাদা য়ৌরদুনা নিংথৌগী মমাংদা খুরম্নগা চিঠি অদু কৎশিনখ্রে। অদুগা হায়নিংবা ৱারোল খরা হঙ্গৎলে। মরোল খঙলবদা নিংথৌ হরাওনা চিঠি অদু লৌরগা হাংদোক্তুনা পারে, চিঠিগী মরোল তারবদা রূপশেন নুংঙাইবনা মতু চুংলম্মী। অদুদগী থীষ্টবা তৌদনা মাগী তেনৱা অদু পুদুনা রূপশেন মহারাজ মগধ লৈবাক য়ৌনবা চৎখ্রে।

মগধ ঈশ্বরগা উনরে মদুদা নিংথৌ অদুনসু তরাম্না মাবু ওকপিরে। অদুগা নিংথৌগী রাজসভাদা ফম্মিন্নদুনা ৱারী-ৱাতাই শানখি মতুংদা মানা লাকপগী মরম হংলকই।

রূপশেন নিংথৌনা মগধ ঈশ্বরদা নোল্লুক্লা হায়রকই । মহারাজ ! ঐনা লাকচবদি, নচা ইবেম্মা অসি পীনবিরো, নিংথৌ ঐগী মহারাণী হাপচরগে, মহারাণী লৈতবনা প্রজাগী নিংবা থুংনদ্রে । মগধ নিংথৌ মতিক চাবা নিংথৌ মমান্নবা ওইবা অমদি মশক-মতৌ য়াম্না ফজবা অদুদা মচা নুপী থাজবা য়াথ্রে, অদুনা অপনবা লৈতনা অফবা নুমিৎ য়েংদুনা মচা নুপী লুহোংবীরে । লুহোংবা মতুংদা মচা মক্কাক অনিমক নিংথিজরবা য়ুম অমা শাবীদুনা মতম খরগীদমক লৈহল্লে । নিংথৌ রূপশেন, হরসুন্দরীগী সনাগী পোন্দা তেনৱা অমোম অমা লৈরম্লা উরদুনা মাগী তেনৱা লাবা অদু পুরক্তুনা মাগী পোন অদুদা হাপচিল্লরে । রাজ-রাণী অনি অদু নুংঙাইবগী চাংদম খঙখিদ্রে । রূপশেনগী তেনৱা লাবনি, হরসুন্দরীগী তেনৱা অমোম্নি, মরম অদুনা নিংথৌ রাণী অনিনা মখোয়গী হরাও নুংঙাইবদা মতেং ওইনবা তেনৱা লাবা অদু তেনৱা অমোমগী মনাক্তা হাপচিল্লুবনি । মদুদা তেনৱা লাবা অদু উবদগী অমোম অদু মমাই লুকথখ্রে । মদু উবদা তেনৱা লাবা অদুনা হায়রকই । বিধিগী নোংদম মতুং ইন্না ঐখোয় অনি লৈমিন্নররে । মসিদা নহাক্না ৱাবগী মরম করিনো ? ঐদি নংগী নুংশি মৈচাক্লা দেহে অসি পুবা য়াদ্রে । চান্নথোইরবী নহাক্না ঐবু হরাও তরামহনবীয়ু । তেনৱা অমোম অদু মমাই অদুম লুকথনা ৱা হায়রকই ।

নিপা (লাবা) ওইবা জাৎসি ঐঙোন্দদি থোইনা কান্নবা লৈজদ্রে । মখোয়গী মমাই য়েংউরবদি পাপ চংগদ্রা খঞ্জরে । মরমদি নিপা হায়বা জাৎসি য়াম্না বিশ্বাসঘাতক ওই । মদু তাবদা তেনৱা লাবা অদু খরা ইকাইরে অদুনা মাসু ৱা হায়রকই ।

'নিপাবু ইকাই-হঙ্গোই খঙদবী নুপী কয়ামুক সু উরে । শগোল, শামু ফাওবা অয়াম্বা খৈন্নে, য়োৎ অমদি উ-করিগুম্বদা মান্নদেদো; মতম

অয়াম্বদা নুং অমসুং রত্ন খেন্নবগুম্বনি ! অদুগুম্না নিপা, নুপী ওইবশিংসু য়াম্না য়ান্নখিদরে । কনাগুম্বী মতম খুদিং লমচৎ নাইদবী, মীগী মরল পাম্বী, নুংশি হৈতবী, পাপীনি ওইবী নুপী কয়াসু লৈরি । মখোয় অদু মশাদা থাজবা লৈত্রবা মপুরোইবা ফাওব হাৎপা ঙম্বী নুপীনি । মতৌ অসুম্না মখোয় অনিমক অমগা অমগা খৎনরক্লে । তেনৱা অনি অদুগী ঙাংনবা ৱাদু নিংথৌনা তারদুনা করিগী শাউরিবনো হংলকই । নিংথৌগী ৱা তাবদা তেনৱা অমোম অদুনা হায়রকই । নিপা ওইবা জাৎসি মহাপাপীগী শাজৎ চৎলি হায়দুনা ঐদি নিপা মমাই য়েংদবা কুইজরে । মখোয়দি নুপী হাৎপগী অকিবা মশাদা লৈতে, মদুগী ৱারী অমা লিজগে ।

এলাগর কৌবা সহর অমা লৈরম্মী । মদুদা ইনাক-কৈরাক খুনবা হিদিঙ্গা লল্লোনবা নিপা অমা লৈরম্মী । মাগী ধনঞ্জয় কৌবা মচা নিপা অমা লৈ । মহাক অদু ময়ুম-মকৈ পানবা য়ারক্লদুনা মপানা মতিক চাবা মমৌ য়েংবঁদা, বর্দ্ধমান দেশতা মাগুম্না হিদিঙ্গা লল্লোনবা ইনাকখুনবা নিপা অমগী মচানুপী রাজবতী কৌবী শকহেনবী অমা থেংনদুনা, মদু হায়রগা মচা নিপাদা লুহোংবিরে ।

নুপী মপা অদুনা মচাগী অওং-অউন কয়া তমদুনা মচাবু মপুরোইবগী ময়ুমদা থিনখ্রে । মতৌ অসুম তৌনা নুংঙাইনা মতম খবা লৈরম্লগা মপা ইনাক খুনবা অসি নোঙ্গাখরে । মপাগী মরল পুম্নমক মচা নিপানা লোয়না ফংহৌরে । অদুদগী ধনঞ্জয় অসিনা মপানা তাল্লম্বা মরল পুম্নমক জুৱারদা লোয়না থাদোক্লুনা মাঙহনখ্রে । মমৈথংদদি শেৎন-চানবা পোৎ অমত্তা লৈরক্লদুনা, মতৈ মনাউ মখোয় অনি নুপী মপামদা চৎখ্রে । মকু মনেমনা মচা নুপীনা মপুরোইবগা লোয়ননা লাকপা অদু উবদা য়াম্না হরাওনা তৌরম্মী । কুইনা উনদ্রবা মচা মক্কাক লাকপা অদুদা, নুংঙাইদুনা ইনাকখুনবা নিপা অদুনা মাগী মরুপ মপাং অমদি শাগৈ

নাতৈ পুন্নমক তিন্নদুনা অচা-অথক অমসুং হরাও কুম্মে কয়া তৌরম্মী। মতৌ অসুম তৌনা মতম খরা ধনঞ্জয় নুপীপামদা লৈরম্মী। অদুদগী ময়ুমদা হল্লগে হায়না মতৈ মনাউ মখোই অনি লাক্নে। মখোয়না লম্বী খরা চৎলগা মাগী নুপীদা হায়বম্মী। 'মফম অসি ডাকু-কনবা মীনা কিনবা জগানি। নংগী লিক ফিরোল পুন্নমক য়োমশিল্লগা ঐঙোন্দা পিরকউ, ঐ মী খঙহন্দনা পুবিগে। অদুগা নহাক্তি য়াম্না তোল্লবা অনংবা অমা শাদুনা চৎলু'। ৱাদু তাবদা নুপী অদুনা মপুরোইবনা হায়বা অদুমক তৌরে। পোৎ অদু হেক ফংবগা ধনঞ্জয় মাগী নুপী অদুবু নুংশিবা খঙদনা গুহা অমদা ইষ্থবিরম্লগা পোৎ অদু পুদুনা চেনখ্রে। মদুদা নুপী অদু কয়া কয়া লাউজে অদুবু হন্না ফাওবা য়েংঙমদনা অদুম চেনখ্রে। কনাগুম্বা লম্বী চৎপা নিপা অমনা মীকপ খোঞ্জেল অদু তাদুনা গুহাদা য়েংবদা নুপীমচা অদু উবদগী মানা উপায় তৌবিদুনা নুপী মচা অদু গুহাদগী লৌখৎপিখি। অদুদগী করিগী গুহাদা তারিবনো হংবদা নুপী অদুনা অচুম্বা ৱা তাকখিদে, ওইদবা ৱা খরা শাজিন্দুনা হায়খি। অদুগা য়াম্না কিনা অমসুং কপ্পা কপ্পা চৎখিদুনা মমা-মপাগী য়ুমদা অমুক থুংলরে। মচানুপীনা মথন্তা তৌরক্লিবা মওং অদু উবদা মপানা ঙকখ্রদুনা হংলকই। নুপী মচা নপুরোইবনা কদাইদা লৈহৌরে, অদুগা নফি-নরোল লিক কোন্না কদাইদা থমখ্রে, নহাক্না অঙাওবীগুম লাক্লিবা করিগীনো ?

মচানুপী অদুনা ওইদবা ৱানা অওয় শাদুনা হায়রকই। পাবুং ! লম্বীদা ডাকুশিংনা পোৎ-চৈ পুন্নমক মুল্লগা, ইপুরোইববুসু ফাদুনা পুল্লগা থমখ্রে। মদুদা ঐনা ইজৎ মাংহন্নিংদদুনা চেল্লকপনি। মচানুপীগী ৱীনম ৱাহৈ অদু তাবদা মপা মমা অমসুং মীয়াম পুন্নমক ৱানরম্মী। অদুবু মচা নুপীবুদি ৱাকুরবগনু হায়না থেমজিনবীরম্মী।

ধনঞ্জয়দি নুপীগী মপোৎ মচৈ পুম্নমক ফংলবদা হরাওনা অদুম চৎখ্রে। ময়ুম য়ৌরগা পোৎশিং অদু য়োম্থোক্লুনা, অফংবা শেল অদুনা জুৱার অমুক শান্নরে। মদুমসু লোয়না অমুক মাংখ্রে। গতি লৈত্রে, চানিংঙাই থক্লিংঙাই লৈরক্রদুনা মতম খরা খাংলম্লগা ইকাই ইকি হুন্দোক্লুনা মকু মনেমগী য়ুমদা অমুক লাক্লে। অদুবু পাকহেক চঙবদি ঙম্লমদে। মপুরোইবনা অমুক লাকপা উরবদা নুপা অদু মাগী ফত্তবা পুম্নমক কাউথোক্লুনা হরাওনা ওকচদুনা ময়ুমদা পুশিল্লে। অদুগা লোন্না হায়রম্মী, ইবুংঙো, করি অমত্তা চিংনবীগনু, ডাকুনা পোৎ চৈ মুনখিবনি হায়না ঐনা ময়াম্বু থাজহল্লবনি। ইবুংঙোগী দোষ লৈতে, পুম্নমক ঈশ্বরগী লিলানি। ৱাদু তাববদা ধনঞ্জয নুংঙাইনা অমুক মকু মনেমগী য়ুমদা লৈরক্লে। মতৌ অসুন্না লৈবা অদুদা নুপীমচা অদুগী মফি মরোল অমদি লিক কোন লৈজদবা অদু মমানা অমুক লোয়না হান্নগুম্না থোনবিরে। অসুম তৌনা মতম খরা অমুক নুংঙাইনা লৈরে। অদুদগী ধনঞ্জয় মাগী নুপী পুদুনা ময়ুমদা অমুক লাক্লে। মখোয়না লাকপদা লমখাংদা নুমিৎ তাথোকখিদুনা মখোয় মফম অমদা অহিং অদু লেক্লম্মী। অহিং অদুদা ধনঞ্জয় পৈশাগী ৱাখন্না নুপী অদুবু নুংশিবা খঙলক্লে, অদুনা মতু অদু খঙহন্দনা হাৎতোক্লম্লগা মাগী মপোৎ মচৈ পুম্নমক পুদুনা চৎখ্রে। নুপী অদু নিপা থাজক্রবগী মথৱাই অদুম থাখিরম্মী।

য়েংবিয়ু, মহারাজ ! নিপা ওইবগী থবক হৌনদবা লমচৎনা, মহাকমক্কী নুপী হাৎপা ঙমখি ! মসি ইনিৎমক্লা উজরক্লবনি, মহারাজ ! ওইদবনি হায়না চিংনবীগনু। মরম অদুনা ঐহাক নিপা মমাই য়েংজনিংদ্রে।" তেনৱা অমোমগী ৱারী অদু লোয়ববদা, নিংথৌনা মাগী তেনৱা লাবা অদুদা অমুক হংলকই। নহাক্তি করি মরম খঙদুনা মাগা খৎনরুরিবনো ? নুপীগী ফত্তবা লমচৎ করি খঙই, নিপাগী ফত্তবদি নহাক

তারেদো, নুপীগী ফত্তবা লমচৎ অমুক নং হায়য়ু তাসি। নিংথৌগী য়াথং ফংলবদা তেনৱা লাবা অদুনা নুপীগী মরমদা অমুক হায়রকই। মহারাজ ! ঐ নুপীগী ফত্তবা লমচৎ অখঙবা খরা হায়জগে। কানপুর সহরদা শাধু ইনাক খুনবা নিপা অমা লৈরম্মী। মমিং নাগরদত্ত কৌই। মাগী মচা নিপা শ্রীমন্ত কৌবা অমা লৈ। মচানিপা অদু ময়ুম পানবা মতম ওইরদুনা, ত্রিপুরা সহরদা লৈবা সোমদত্তগী মচা নুপী হায়জদুনা লুহোংলে।

লম লম অদুগী চৎনবী নিয়মগী মতুংইন্না নিংঙোল মৱানা নুপীপামদা লৈবা অদুনা শ্রীমন্ত অউনপোৎ কয়াগা লোয়ননা য়াওং ইন্দুনা লৈরম্মী। নুমিৎ খরনি লৈরগা শ্রীমন্ত অরাপ্পা দেশ অমদা লল্লোনবা চৎখিরম্মী। খোংফম অসি মহাক ময়ুমদা পাক হেক হল্লকখিদ্রে। লংফৈদা শাংনা লৈখ্রে। নুপী অদুদি মপুরোইবা য়াওদনা মতম কুইনা লৈবা অদু নহা ওইবগী হৌনশা কয়া নুংঙাইজরমদে। অদুনা মমান্নবীশিংদা ৱারী শাজখি। নহা ওইবা ঐখোয়না ইপুরোইবা লৈমিন্নদবা অসিদি, পুন্সি অসি অরেম্বা ওইরে ইপুরোইবগী সেবা ফংজদ্রে। নুংশি মৈচাক্কা থম্মোই কারে। মহাক্তি নুংশি মশক খঙদবগুম লংফৈদা মতম কুইনা লৈথোকপিখ্রে। ঐগী মথোৎ কারকপগী পুন্সি অসি নুংঙাইবা মশক খঙদনা তোকপা তারে, হৌজিক করি গতি লৈরী ইতাশা ! ৱাহৈ অসি ঙাংলদুনা অঙাওবীগী চোইরোনগুম ঙাংলদুনা, মতা অমগী মখুৎ পায়রগা দলাল মথক্তা চিংদুনা পুখৎখ্রে অদুদগী মথ্বাই নুংঙাইতনা লম্বীরোনদা য়েংদুনা ফল্লম্মী।

তাঞ্জা অসিদা মশক মতৌ ফজথ্রবা নিপা পাখং অমা মানা য়েংলিবা লম্বী অদুদা চৎলম্মী। মদুদা নিপা অদুসু থোইনা ৱাখল তৌরুদনা দলাল মথক অদোমদা হেক য়েংলুরে। মদুদা ৱাখল কঙাওনদুনা লৈরিবা নুপী মচা অদুগা ঈথক ইরাংদা লাক্লিবা নিপা অদুগা হেক মিং চানরুরে।

মখোয় অনিগী মিৎ মরি অদু অমনা অমদগী লৈথোক্লবা পাক ঙম্নখিদ্রে; অদুনা মহৈ মহৈ মিৎচিগী তেনথানদুনা অমনা অমগী পুক্লিং হুনখ্রে। সোমদত্তগী মচানুপী মপুক্লিং তফিং-তফিংলে, থম্মোই ইংথবা ঙমখিদ্রে। মরম অদুনা অফ ফত্ত ৱাখল তৌদনা মতা অমদা নিপা অদুগী মনাক্তা দুতী ওইনা থাখিরম্মী। মরোন্দি, নিপা অদুগা মাগা অহিং অমত্তা ৱারী শাজনিংই। মরমদি মহাক্কী মপুরোইবা লংফৈদা লৈখ্রে, মতম অসিদা নহা ওইবগী লাকঙম ফাঙমদ্রবা নুংশি প্রেমগী ঈথক অমা হৌরক্লুনা ৱাখলগী হিবু মাইগৈ খঙদনা পুখিগদৌরে। পুন্সি তোর্বান য়ৌনা হি হোনবিনবা হিগী মপু য়াওদ্রে, তাইবং ঈরোন্নুংদা ঈরাক্লদুনা য়াইবী মাঙবা ভারে। অদুনা ইবুংঙোনা চানবীদুনা কংগাওনরবা হিগী হিনাও শাবিদুনা তাইবং ঈপাক লানবিয়ু হায়হনবনি। অদুগা করিগুম্বা নিপা অদুনা য়াবিরবদি মহাক মালিনীগী য়ুমদা লৈবিরম্মু; মহাকসু মতম চানা লাকচগে অদুগা উনাসি হায়খিরম্মী। মবেম্মগী মপুক খঙলবা দুতী অদসু থিন্দনা নিপা অদুগী মনাক্তা চৎখ্রে। অদুগা শাধুগী মচা নুপীনা হায়রকপা ৱারম অপুম্বা চিংখদনা হায়কুরে। মদুদা নিপা অদসু হরাওনা য়ারক্লে। মহাক ঈরুজনিংবগা থোঙ্গ্রা তেকপগা মান্নৈ হায়বা প্রমান অদুগুমখ্রে। অদুগা শোয়দনা অহিং অদু মালিনীগী য়ুমদা লাকচগে হায়রম্লগা ময়ুম চৎখ্রে। ৱারম অদু শাধুগী মচানুপীনা খঙলবদা হরাওজখ্রে। নিপা অদুগী শক্কী লাংদা থুখিদুনা নুপীমচা অদু তাইবংপানবগী অফ-ফত্ত অমসুং হকাই ইখি ৱাখল তৌখিদ্রে। অতোপ্পা নিপাগা উনবগী মশাদা হঙ্গোইবা লৌখিদরে।

অহিং য়ৌরক্লে। শাধুগী মমোম ইবেম্মা, নিংথিবা ফিজেৎ লৈতেংলে। কেবা হৌনবা মখৈ কেজরদুনা মালিনীগী ময়ুমদা চৎখরে। নিপা অদুসু লাক্লদুনা, মখোয় অনি উনরে, মতম অদুদগী মপুক্লিংগী অনিংবা ৱা কয়া ফোংদোক্লদুনা নুংশি ঈখৌ লাংনখ্রে। চামিন-থকমিন্নদুনা

নুংঙাই ঈপাক্তা তাওথনখ্রে। অহিং মনৈ ওইরক্লবদা মখোয়ময়ুম-ময়ুমদা হন্নখ্রে। অসুম তৌনা নুমিৎ খুদিংগী মখোয় অনি লৈমিন্নরে। মখোয়গী নুংশি প্রেম মথং মথং হেনগৎখ্রে।

অসিগুম্বা মতম অসি য়ৌরকপা কান অসিদা শাধুগী মচানুপীগী মপুরোইবা লংফৈ চৎখিবা অদু ময়ুমদা হল্লক্তুনা থুংলরে। মক্ষাকনিপা লাকপা উরবদা মকু-মনেমশিংদি য়াম্না হরাওরে। অদুগা মচানুপী অদুদি নুংঙাইবগী মহুত্তা অৱাবা ৱাখন্না ঈরাক্লদুনা ৱাখলগী সমুদ্রদা তাখরে ৱা ঙাংবা থোকখিদ্রে, খল্ল, খল্লগা হেন্না ৱাখরে। নুজাগী অৱাবা য়েংনিংদদুনা অঙানবা নুমিৎ তাখ্রে; থোইনা হেন্না অৱাবা অহিং লাক্লে। অহিংগী মতম ওইরক্লবদা, মখোয় পুম্নমক্না চাবা-থকপা লোইরদুনা মাগী মাগী তুম্নবা কাদা (Bed Room) চংনখ্রে। মতম অদুদা নুপীগী মমানা মচানুপীদা মপুরোইবগী মনাক্তা চঙদুনা সেবা তৌরুনবা হায়রম্মী। অদুবু মচানুপীনদি মমাগী ৱা তারমদে। অশাওবগী মওংদা মমাদদুম হায়রকই। 'ঐহাক অসি নহা ওইবগী হরাও তয়াম্বা মতম হেনখিদুনা, মৌয়াই চল্লে। নয়া নিপা অসিনা লংফৈদা কয়া কুইনা লৈরুরবনো! হৌজিক্তি ঐগী নুংঙাইজনবগী শরুক অপুম্বা অৱা ৱাখন্না কুপখ্রে।' ৱাহৈ খরা অসি হায়রম্নগা মতা মমান্নবী অমদা ঈঙ্গিৎ অমা তৌরম্লগা মাগী কাদা চঙখিরম্মী।

মতম অদুদা নিপা অদুদি মতম কুইনা থাদোক্লম্লবা, নুংশিজবী থম্মোইগী মবেম্মনি খন্দুনা হরাওনা, নুংশি ৱারী কয়া শান্নদুনা প্রেমগী খুদোন লৌজগে খঞ্জখি অদুবু ওন্ন তৈনবা ৱাখল থোকখ্রে। মরমদি নুপী অদুনা মফিনা মকোক মমাই খুমজিল্লগা মপুরোইবনা ঙাংবা হায়বা পুম্নমক অমত্তা থৌওইনা তাদনা মা মাগী ফমুংদা চংদুনা তুমখ্রে। মানা নুংশি ৱাহৈনা ফনা থেমজদুনসু নুপী অদুনা করিগুম্বা ৱা অমত্তা থৌওইনা

খুমদ্রবা অদুদদি মাসু ইকাইবা অমা পোল্লদুনা মখা ৱা অমুক ঙাংখিদ্রে; মাগী তুম্নবা মফমদা চংদুনা অদুম শাওনিংনা তুমথখ্রে।

তাঞ্জা অসিমক্তদা হুরানবা কাংবু অমা লাক্কুনা মখোয়গী য়ুম অদুদা থুংলরে। অদুগা শঙ্গোন্দা লোত্তুনা মখোয়না ঙাংন হায়নবা ৱা পুন্না লোয়না তারম্মী। নিপা অদুনা তুমখ্রবা ঙহাক লৈরগা নুপী অদু লোন্না হৌগৎলক্লে, অদুগা মাগী মরুপ্পী অদুগী মনাক্তা লোন্না চৎখ্রে। অদুগা মতা অমনা মহুৎ শিন্দুনা মাগী ফমুংদা তুমদুনা লৈহৌরে। তৌনরিবা হিরম অদু নিপা নিঙোল মৱা অদুদি করি অমত্তা হেক খঙদে। অদুগা হুরানবা লাক্লিবা মখোয়নদি তশেংনা খঙ-উরম্মী। মদুদা হুরানবশিং অদু হুরানবা তোক্কুনা ৱা অমা খন্নখি। ‘কয়াদা তৌবা ঙমখ্রবী নুপীনো মপুরোইববু নমথাক তৌরম্লগা, অরোনবা নিপাগী মনাক্তা তুমিন্না চৎলিবসি, মাগী নিপা অসিনা করিগুম্বা মতুনি হায়দুনা মাগীমশা অসি হেক শোকপদা মহাক পাপ চঙলগদবনি। থৌদোক অসি নুমিৎ খুদিংগী নুপী অসিগী মচৎ ওইরগনি। ঙসিদি ঐখোয় পোৎ হুবা তোল্লসি, অদুগা ওক্তবী নুপী অসিগী মতিক চাবা প্রতিকার অমত্তদি তৌরুসি।’ ৱা অসি খন্নদুনা হুরানবশিং অদুনা হান্ননা মালিনীগী ময়ুমদা য়ৌরক্লে।

মতম অদুদা মখোয়না য়েংবদা নিপা অমা তুমদুনা লৈরম্বা অদু উরে। মদু উবদা হুরানবশিং অদু শাউনিংমনখ্রদুনা লোন্না চঙলগা, নিপা অদুবু থাংনা থিন্দুনা হাত্তোক্লে। অদুদগী নুপী অদুনা করি তৌরবগে য়েংসি হায়দুনা মচি অমদা য়ৈশিন্দুনা লৈখ্রে। ঙহাক লৈরগা নুপী অদু য়ৌরক্লে, অদুগা হিপলিবা নিপা অদুগী মনাক্তা চংখিরম্মী। অদুদগী নিপা অদুগী মফি হাইদোক্কুনা য়েংলুবদা, শিদুনা লৈরম্বা অদু উবদা, মথ্বাই নুংঙাইখিদ্রদুনা অশিবা হকচাং অদু কোল্লগা কপখ্রে। মতৌ মদু উবদা

ডাকুশিং অদুনা ঙাংনৈ, নুপী অসি মপোক ফত্তৱী তোল্লবী অমনি। মাবু লৌরিবা নিপা অদুসু মরাইবক থিরবা তোনগ্রবা নিপা অমনি। অসিগুম্বা নুপী অসি লৈবনা তাইবংপাল অসি মাংহল্লবনি।

মতম অদুমক্তদা যক্ষ নিপা অমা বট পাম্বী অমগী মথক্তা তোংদুনা লৈরম্মী। তৌরিবা থবক অদু মানা উরদুনা থুনমক অশিবা অদুগী দেহে মনুংদা মায়াগী শাক্তনা চংখিবম্মী। মানা হেক চংখিবগা অশিবা অদু খঙহৌদনা হিংগৎলক্তুনা, নুপী অদুবু চেৎজেৎ কোনশিল্লগা নুপী অদুগী মনাতোল অদু ময়ান থবৎ তৎপমখৈ চিকথৎখ্রে। অদুদগী অমুক যক্ষ অদু মাগী হান্নগী উথক অদুদা কাখ্রে। নিপা অদু শিদুনা অমুক লৈহৌরে। নুপী অদু খঙহৌদনা মনাতোল চিকথৎখ্রবা অদুদাদি মশা দু ঈনা পুমঙাং ঙাংনা চেম্বুরে। মওং অদু উবদা হুবানবাশিং অদু কল্লক পেন্না নোকখিরম্মী।

নুপী অদুদি হান্না ৱাবগী মথক্তা অমুক খুদোং চাদবা মওং কায়বা অমা ফংজরদুনা, নুংশা থিবা অমসু য়াওনা কপ্পা কপ্পা মতাশিংগী মফমদা চৎখিদুনা ৱারম পুন্নমক অদু তমদুনা তাহল্লে। মাগী ৱাদু তাবদা য়াম্না হৈশিংবী মতা অমনা ৱারোল অমা তাকপিখি। 'নহাক লোন্না নপুরোইবগী মনাক্তা চংখিদুনা অহিং অসি খঙতন্দনা লৈকরো। অদুগা নোংহেক ঙাল্লকপদা নহাক কপ্তুনা য়াহৌরকউ। নংগী মীকপ খোঞ্জেল তাবদা ময়ামনা করি তৌরবগে হায়না মরাইনা হংজরক্কনি। মতম অদুদা নপুরোইবনা নুংশি হৈতনা নাতোন ককথৎপিরে হায়না হেক হায়রু।

মতা হৈশিংবী অদুগী ৱা তারবদা, খরা হরাওরদুনা ৱাথোক চাউরবী নুপী অদু মবাগী মনাক্তা তুমিন্না চঙখ্রে। অদুদগী মফি মরোল অপুন্না হুন্দোক্তনা লৈপাক্তা থরো থরো ওন্দুনা খোঞ্জেল ৱাংনা কপ্লক্লে। খঙহৌদনা মীকপ খোঞ্জেল ত দা, মপা মমা পুন্নমক চেনশিন্নরক্তুন

করি তৌরবগে হায়না হংলকই। মতম অদুদা মচানুপী অদুনা য়াম্না তোনবা মী অমগুম্না মনাতোন য়াওদনা মশা অদু ঈ ঙাক্তা তৈদুনা লৈরম্বা মওং অদু উরে, মদুদা ঙকখ্রদুনা কনানা করি তৌরম্লিবনো হংলকই। মপা মমা উরবদা নুপী অদু কপ্প-কপ্পা পাও তম্লকই।

'নখোয়না ঐবু ডাকু মীহাৎপা ঙম্না অমদা লুহোংবীরে। মানা অফ-ফত্ত, অচুম অরান করি অমতা খনবিদনা খৎনবা হৌবিবগা ঐবু নাতোন ককথৎপিবিবনি। আসিগুম্বা তমথিরবা নুপা অসিদি নুপী হাৎপগী মশাদা অকিবা লৈরোই। অদুবু ইরাইবক্তা ইপুরোইবা ওইয়ু তম্বীরম্লে। হৌজিক্তি ঐ ঈশিংদা চোংখদুনা শিখিত্রা নত্রগা হু চাদুনা শিত্রা অমা তৌজরগে। হিংবগী খোইনা কান্নদ্রে।

মচানুপীগী মীনম ৱাহৈশিং অদুনা অপংবা মপা-মমা অনি ৱাহল্লে, অদুনা মরাল লৈজদবা নিপা অদুবু থিনা চৈবিরে, অদুগা নুপীগী মনাতোল ককপগী মতিক চাবা দণ্ডি পীগনি হায়রে। থৌদোক অদু নিপা অদুদি করি অমত্তা খঙদবনা মঙোন্দদি পুমঙক ঙক্লা থোকখিরম্মী। অদুগা মশা মথন্তনা খঞ্জরম্মী। 'মচৎ ফত্তবী নুপীগী মওং অসুম্না তৌবোইরে, অহনশিংনা হায়নবা প্রমান চুম্লে মদুদি মহু পুবা লিল, থাং হায়বা নিপা, কা হেন্না ঙাওরবা অমদি নুপী ওইবা জাৎ থাজরবদি অৱাবা নংই হায়বা অদু মকু মনেমগী অথিবা ৱাহৈ ওইদবা ৱাহৈশিং মহাক ভাব তাবা ঙমদ্রে অদুনা মহাক মদুগী মরমদা করি অমত্তা খংদে হায়রবসু কনানসু মৱা লৌবিখিদ্রে, থোইনদুম থিনা চৈবিরে।

অদুগা ফাদুনা, ৱায়েল্লিবা নিংথৌগী মফমদা পুখত্তুনা নতিক চাবা দণ্ডি পীবিনবা ৱাকৎখ্রে। মদুদা নিংথৌনা বিচার তৌবদা নুপী অদুগী ৱানা মপা মমানা হায়রিবা অচম্বা ওইরবোই খন্দুনা মতুমক্কী মনাতোল ককপা

ঙম্বা নিপা অসিদি মহাডাকুনি, মী হাৎপসু ঙমগনি, অদুনা মাগী মরাল মী হাৎপগা মান্নরে। মরম অদুনা মাবুসু হাৎপনা মতিক চারে হায়না রায় তাখরে।

মতম অদুদা, নিংথৌগী চুমদবা বিচার অদু তাবদা হুরানবা কাংবু অদু মথৱাই নুংঙাইত্রদুনা মরাল লৈজদবা নিপা অদু কনগে হায়বগীদমক মখোয় মশা মশানা সাক্ষি ওইনা চোংথোরক্তুনা নুপী অমদি মপাগী ৱাদু অরাম্বনি হায়না আপিল তৌরকই।

শ্রীযুৎ ইবুংঙো ৱায়েনবা মপুনা নাকল নামতগী ৱা তারগা অচুম চুমদা করম্না খঙবিগনি। কনানা করি তৌখিবা, করি হায়বা, খঙবনা কনা লৈবা, পুম্নমক থিগৎপিরগা ধর্ম্মা তৌবিয়ু; মদু নত্তনা অমত্তগী ৱা তারগা ওইদবা বিচার তৌবিরবদি ধর্ম্ম পুম্নমক মাঙলগনি। মচৎ ফত্তরবী নুপী অদুগী ৱা লৌবিদুনা মরাল লৈজদবা নিপা অসি হাৎপিগনু। থৌদোক অসিগী ৱারী ননাই ঐখোয় য়াম্না মুন্না খঙজে অমসুং ইমিৎনা উজে, মাদু পুম্নমক মকোক্তগী লোয়বা ফাওবা লিজগে।' ৱাসি হায়দুনা হুরানবশিং অদুনা থৌদোক অদুগী ৱারী অদু মথং মথং লিথরক্লে।

হুরানবগী ৱারী অদু তাবদা নিংথৌ মতু চুংবমখৈ ঙকখিরম্মী, অদুনা অওইবা প্রমান অমা পুথোকউ হায়রক্লে। ৱাদু তারবদা হুরানবশিং অদুনা অশিবা, মালিনীগী য়ুমদা লৈরিবা অদুগী ময়াদা নুপী অদুগী মনাতোল শোয়দনা লৈরমগনি মদু চৎতুনা য়েংবিয়ু হায়জরম্মী। মদুনা নিংথৌনা অশাওবা অমদি নুংঙাইতবগা লোয়ননা মনাই অমা থাদুনা সাধুগী মচানুপী ওক্তবী অদু কোনুংদা কৌখৎহনখ্রে। মদু উবদা মপা সাধু অদু মচানুপীনা কোর্ট কারবদা ইকাইবনা থেংখ্রে। অদুদগী নিংথৌনা মীয়াম পুদুনা শিদুনা লৈরিবা নিপা অদুগী মনাক্তা চৎতুনা য়েংলরে।

মদুদা অশিবা নিপা অদুগী ময়াদা নুপী অদুগী নাসিকা য়াওবা নাতোল অদু লৈরম্বা উরে। অউবা মী মখৈ ঙক্লম্রে, নিংথৌ শাওবনা মৈ থোক্লে। অদুনা নুপী অদুগী মরানগী মতিক চাবা দন্দি লাউথোকখ্রে। মদুদি 'মমাই কালি তৈরগা, মরু কোকথোক্লো, অদুগা গধাগী (শগোলগুম্বা শা) মথক্তা তোংহল্লগা কৈথেল-কৈথেল খুদিংদা পুদুনা খুঙ্গোইনৌ' হায়খ্রে।

অদুগা নিঙোল মৱা অদুবুনা মপা-মমাগী ময়ুমদা চৎহনবিখ্রে। হুরানবশিং অদুবনা মনা-মথুম চাউনা পিবিরম্মী।

ৱারী অসি তেনৱা লাবা অদুনা লিরগা অমুক হায়রকই 'মহারাজ! ননাইগী ৱারী তাবিরেদনা! মরম অদু লৈবনা ঐনা নুপী (অমোম) মমাই য়েংজদবনি। মসি পুম্নমক অশেংবা ঙাক্তনি, ঐনা লিজরিবসি, নিপা ওইবগী লাইবক, নুপী ওইবীগী লমচৎ ঈশ্বরমক্না খঙবা ঙমদে। মসিদা ঐখোয়না করিদি খঙগনি, মসিদগী হেনবা কয়া কয়াসু লৈরিবনি; মীওইবগী লমচৎপু কনানা শিংথাদুনা লোয়বা ঙমগনি।' ৱারী অসি অসুম শারম্বদগী তেনৱা অনি মদু মখোয়গী লৈরম্বা শাপ কোকখিদুনা, রূপশেন মহারাজদা, অফ-ফত্তগী ত্তান খরা হায়রম্লগা গন্ধর্ব্বগী মশক ওইরক্তুনা ইখঙ খঙহৌদনা মাঙথোকখ্রে।

বেতাল্লা বিক্রমাদিত্যদা হংলম্মী। 'মহারাজ! মতু হাৎপা নিপা অদুগা মৱাদা নমথাক তৌবা নুপী অদুগা কনানা পাপ চাউবগে?

বিক্রমাদিত্য – 'মপুরোইববু থাদোক্তুনা অতোপ্পা নিপা উনবা, অহিংদা লোন্না চৎপী, ময়ুম থাদোক্তুনা নুমিদাং অথেংবদা কোইবী নুপী অদুনা খরা হেন্না শাপ লৈগনি, হায়না ঐগী ৱাখন্দা লৈজে।'

বেতাল্লা ৱাদু হেক তাবগা শিংশাপা পাম্বীদা থুনা অমুক কাখ্রে।

মসিদা বেতালগী ৪ শুবা ৱাহং লোয়রে।

## মঙাশুবা ৱাহং

নিংথৌ বিক্রমাদিত্য অপনবা তৌদনা উথক্তা অমুক কাদুনা বেতাল অদু অমুক ফারে, অদুগা থুনমক কুমথক্লে। মদু উবদা বেতালনা অমুক হায়রকই। 'মহারাজ ! কদাইদা চৎলিবনো ঐগী অতোপ্পা ৱাহং অমসু তাখো।

উজয়েণী কৌবা দেশ অমা লৈরম্মী। মদুদা মহাবল কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। নিংথৌ অসিগী য়াম্না হৈ-শিংবা হরিদাস কৌবা মন্ত্রি অমা লৈরম্মী। হরিদাসগী মশক মতৌ ফজবী মহাদেবী কৌবী মচানুপী অমা লৈরম্মী। মশক ফন-ফজদুনসু, ময়ুম পানবগী মতম ওইরফাওবা মতিক চাবা বর নিপা থেংনদে। মরম অদুনা মপানা মচানুপীগী মপা চাবা অমা থিগে খনখি। মচানুপী অদুসু মাগা লান্না মান্নবা নিপাদা লৈগে খল্লি।

হরিদাস, মন্ধাক ওইবদা মতিক চাবা নিপা থিগে হায়না লৈবাক কয়া কোইরক্লম্মী। মানা অসুম লাকপদা খা থংবা ভারত্তা লৈবা নিংথৌ অমগী দরবারদা থুংলম্মী।

নিংথৌ অদুনা হরিদাসবু হরাও-হরাও তৌদুনা মাগী দরবারদা লৈহল্লম্মী। ৱারী ৱাতাই কয়া নিংথৌগা হরিদাসগা শান্নে। ৱারী অসুম শানবা অদুদা হরিদাসবু মতিক মগুণ লৈবা অশিংবা মীনি হয়বা খঙলদুনা, কলি যুগকী মওং অদু করম তৌগদগে খর হায়য়ু তাসি হায়খি।

মদুদা হরিদাসনা মানা খঙজবা কলিগী লমচৎ খর নিংথৌদা হঙ্গৎখি। 'মহারাজ ! কলি হায়বা যুগ অসিগী মগুন্দি অঙকপনি হৌজিক কলি চঙলকপদা ঙাইরি। মাবু মপুং ফারে খঙদবা মওংদি ঐনা খঙজবা খরা হায়জগে ! মদুদি মী পুম্নমক অসি অশাওবা ঙাক্তা ওইরগনি:

শান্তিগী ৱা কয়া লৈররোই । মী পুম্নমক ধর্ম্ম কিররোই, ধর্ম্ম নত্তবদা মপুক্লিং লুপ্লগনি । অহল-লমন, গুরুজনশিংবু থৌশানরক্লরোই ব্রাহ্মণগী মগুণ ৱাৎলক্লগনি । ওইদবা ৱানা মীবু পেনহন্নবা হোৎনররগনি । মী নোক্লবনা মথৌ ওইররগনি । নিপাশিংনা নুপীগুম্লগনি । নুপীনা মনিং তম্লরগনি । ষন্বীদা শঙ্গোম ৱাৎলক্লগনি । মহৈ-মরোং চুম্লরোই; ব্রাহ্মণশিংনা বেদ থাদোক্লরগনি । মী পুম্নমক ললগী মীহৌ চাওবদা শিনররগনি ।

অচৌ অপিশক জাৎ থাইররোই; মাগী জাতি ধর্ম্ম থাদোক্লুনা অতোপ্পগী ধর্ম্ম পাম্লগনি । মচাশিংনা মপা মমাবু নুংশিবা ৱাৎলরগনি । মপুরোইবা লৈবগুম্না তৌররগনি । মী পুম্নমক চিঞ্জাক নত্তবা চারগনি । শিষ্যশিংনা গুরুগী মপোৎ হুররগনি । ঙাংহৈ-তৌহৈদবা থবক কয়া তৌনররগনি । মচা সেবক্কী নুপীদা গুরুনা নত্তবা মিৎয়েং য়েংলরগনি । নুপীশিংনা মপুরোইববু থৌশারক্লরোই । ব্রাহ্মনশিংনা অতোনবা জাৎকা তিন্নরগনি । জাৎ-বিজাৎ খায়ররোই। ম্লেচ্ছগী মরোল তম্লরগনি । মহৈ হৈবনা লাই ওইররগনি। অতোনবা জাৎনা হেন্না ইনাক কৈরাক খুল্লরগনি । অফবা মীবু নিন্দা তৌনরবগনি । ফত্তবা মীবুনা থাগৎনরগনি; নিপা খুদিংমক মপা-মমাবু মতুনা হেন্না চান্না তৌররগনি । নিংথৌ অমসুং লৈবাক্কী ৱায়েনবশিংনা শাস্ত্রগী নিয়ম চৎলররোই । নিংথৌনা অচম্বা নুপী লৌররগনি; ৱায়াম ঙাংবা মচিন থিবা মীনা পণ্ডিত ওইররগনি । খর হৈশিংবা মীনা ময়াম্বু নক্ষৎলরগনি ।

মাগী ৱাহৈশিং অদু তাবদা নিংথৌ নুংঙাইরদুনা হরিদাসনা লাকপগী মরম করিগীনো হংলকই ।

হরিদাসনা মাগী মচানুপী মশক মতৌ ফজবী অমা লৈ; মদু থাজনবা মতিক চাবা বরনিপা অমা থিরকপনি হায়খি।

ৱাদু তাবদা মহাক মশামক গুণ লৈবা মতিক চাবা নিপা অমনি; মরম অদুনা মঙোন্দা মচানুপী অদু কন্যাদান তৌরো হায়খি। হরিদাসনা নিংথৌগী গুণ করি লৈবগে অশেংবা খঙনবা তাকউ হায়খি। মদু তাবদা নিংথৌনা মখুৎমক্রা দোলাই অপাইবা অমা শারে; অদুগা দোলাই অদু তোংদুনা চৎনিংবা মফমদা চৎপা য়াগনি হায়রে।

মওং অদু উরবদা হরিদাস, নিংথৌগা লোয়ননা দোলাই অদুদা তোংলগা মিৎনকুপ্পদা মরৈবাক য়ৌরক্লে।

হরিদাসকী মচানিপাসু মচলগী মতিক চাবা বর নিপা অমা পুরক্তুনা ময়ুমদা থুংলরে। মহাক অদুসু মশক মতৌ ফজবা শাস্ত্র য়াম্না হৈবা পণ্ডিতনি। পাঞ্জি ওইনা য়েংবদা মানা খঙদবা, উদবা লৈতে।

অদুগা অতোপ্পা অমনা হরিদাসগী নুপীনা মচানুপীগীদমক ময়া ওইনবা বর নিপা অমা থিরুদুনা পুরক্লম্মী মদুসু মতিক মগুণ লৈবা শা, লালগী মহৈদা চংখোন্না হৈবা অকনবা নিপা অমনি। মতম অমত্তদা বর নিপা ৩ মক পুন্না মফম অদুদা থুংখরে। হৌজিক হরিদাস করম্বা নিপাদা মচানুপী পিশিগে খল্লম্মী। মতম অদুমক্তদা নোংদম থীবা অমা মখোয়দা থোকখিরম্মী। মদুদি মফম অদুদা খঙহৌদনা অহিংদা হিংচাবা অমা লাক্তুনা থুঙলরে। মতম অদুমক্তি নুপীমচা অদু করিসু খঙজদনা মাগী কাদা তুমদুনা লৈজরম্মী। মদু হিংচাবা অদুনা উরদুনা মশক মতৌ ফজবা অদুদা ফাদুনা হেক পুথোকখ্রে। মরমদি খ্বাইদগী হেনমনবা থবক নত্রগা পোৎ অসি খরা খুদোং চাগন্দে। মমাংঙৈদা রাবন্না সিতা পামমনবদগী মমৈদা লঙ্কা

তুমখি। দান হাকমনবদগী বলি নিংথৌ পতাল চংখি। দুর্ষ্যোধন্না চাউথোকমনবদগী শাগৈ মুৎখি। খোঞ্জেল ফমনবদগী স্বমঙ্গল মমৈদা ৱা ঙাংখিদে। অদুগুমদুনা শক ফজমনবগী নুপী মচা অদু মাঙখরে। মীতৈরোলগী ৱাহৈগী মমৈদা মনবা য়াওরবদি খুদোংথিবা শোয়দনা পোক্কল্লি।

নোং ঙাল্লকপদা নুপীমচা মশক ফজমনবীদু লৈরমদ্রে। মদু উবদা মপা, মমা অমসুং মবুং মখোয় নুংঙাইতনা কয়া কপ্পরে। অদুদগী থিবা য়াবা মফম থিবদা ফংখিদ্রে। মখোয়গী মওং মতৌ অদু উবদা লাক্লিবা বর নিপাশিং অদুদগী পাঞ্জি হৈবা অদুনা হোত্তুনা য়েংবদা, হিংচাবনা পুখিদুনা বিন্ধ্যচীংদা লৈবা অদু খণ্ডলে। অদুগা অরাপ্পা মফম অদুদা কনানা চত্তুনা কল্লুগনি হায়রে। ৱাদু তাবদা অকনবা লাল হৈবা অদুনা করিগুম্বা চৎপা ঙম্বগী শক্তি লৈরবদি হিংচাবা অদু ইরাই লাইনা হাত্তুনা নুপী অদু পুরকপা ঙমগনি অমুক হায়রে। ৱাদু তাবদা, দোলাই অপাইবা পুরকপা নিংথৌ অদুনা, হিংচাববু হাৎপা ঙমগদবা লৈরবদি, মাগী অপাইবা দোলাই অদু তোংদুনা চৎলু মিৎনা কুপ্পদা বিন্ধ্য চীং য়ৌগনি হায়রে। ৱাদু তারবদা অকনবা নিপা অদুনা দোলাই অপাইবা অদু তোংদুনা বিন্ধ্য চীংদা চৎখ্রে। থুনমক মফম অদু য়ৌরদুনা হিংচাবা অদু কোইথি থিরে। অহানবদা থেংনদে, ঙহাক লৈরগা থেংনদুনা হিংচাবা অদু থাংনা মণ্ডক কক্কুনা হাৎলগা নুপীমচা অদু পুদুনা অমুক লাক্লে। ময়ুম য়ৌরগা হরিদাসতা মচা নুপী অদু শিন্নরে। মচা ফংলবনিনা হরিদাস হরাওরে। মতম অদুদা হরিদাস মচানুপী করম্বা বর নিপাদা পিসিগে খল্লি। বর অহুম্মক মতিক চাবা নিপা ঙাক্তনি। মখোয় অহুমসু নুপী অদু মাগী মাগী ওইনিংই।

বেতাল —'কন্যা অদু করম্বা বর নিপানা লৌগনি ?'

বিক্রমাদিত্য –‘হিংচাবা হাত্তুনা নুপী মচা অদু পুরক্লিবা অকনবা নিপা অদুনা কন্যা অদু শোয়দনা ফংফম থোকই। ঐগী রায়দি অসিনি।’

বেতাল –‘বর নিপা ৩ মক মতিক মগুণ লৈবা চপ মান্নে। অদুগা করিগী মানা ফংফম থোক্লিবনো ? ঐদি মদু কয়া য়ানীংদে। ভাব তানা তাকউ মহারাজ।’

বিক্রমাদিত্য –হিংচবা হাত্তুনা কন্য অদু মুল্লকপা, খুৎলাই পায়বা শিবা য়াবা উপায় তৌবা মীনি মহাক্তি ! অদুনা বিচারদা মহাক্কী নুপী ওইফম থোকই।’

ৱাদু তাবগা বেতাল মাঙখরে। শিংশাপা পাম্বীদা অমুক হন্না চৎখ্রে।

মসিদা বেতালগী ৱাহং ৫ লোয়রে।

## তরুকশুবা ৱাহং

বেতালনা মাঙখ্রবদা বিক্রমাদিত্যসু অমুক হন্না উথক্তা কাখ্রে। বেতাল অদু অমুক ফাদুনা মখাদা কুমথরক্লে। অশিবগী মশক ওইরবা বেতাল অদু মরেংবান্দা থোঙ্গত্তুনা সন্ন্যাসিগী মনাক্লোমদা পুবক্লে। মদু উবদা বেতালনা হায়রকই।

মহারাজ ! নহাক ঐবু পুদুনা কদাইদা চৎলিবনো ? ঐ অতোপ্পা ৱাহং অমসু হায়গে তাও ! ধর্ম্মপুর কৌবা সহর অমা লৈরম্মী। মদুদা ধর্ম্ম শালি কৌবা শাধু নিপা অমা লৈরম্মী। মচানিপা বিলুপাক্ষ কৌবা অমা লৈ। মহাক লাইরিক লাইশু হৈ, ধর্ম্মসু য়াম্না খঙই। ময়ুম পানবা মতমদি ওইরে অদুবু লুহোংবদি তৌদ্রি। মহাক মথরাই যাম্না নুংঙাইরমদে অদুবু কনাদসু মাগী নুংঙাইতবা ফোঙদোক্তে। মহাক ৱাখল য়াম্না খল্লি;

মমৈদা মা মতম খরা তীর্থ চৎকে লেপলে। নোংমা তুমিন্না নোং ঙাল্লকপদা হৌগত্তুনা লোননা ময়ুমদগী থোক্লক্লগা মহাক মতোমতা তীর্থদা চৎখ্রে। দেশ, তীর্থ মফম কয়ামরুম কোইখ্রে। মমৈদা মহাক লৈবাক অমদা থুংলরে। মফম অদুদা **'চণ্ডিকা'** দেবীগী মন্দির অমা থেংনরে। মন্দির অদু মনি-মুক্তানা হক্তুনা শেমই, য়াম্না ফজৈ য়েংবদা পুমলং লংই, য়েংবদা পুক্লিং হুনা ফজৈ। মদু পুম্নমক উবদগী মহাক লাইশং অদুদা চংলগা দেবী খুরুমগে খল্লে।

তাঞ্জা অদুদা কনাগুম্বী নুপী মচা অমসু মমান্নবীশিংগা লোয়ননা লাইরেম্বী অদু খুরুম্বা লাক্লম্মী। নুপী মচা অদু মশক য়াম্না ফজখ্রে; মুনা শাংলবা শম্লাংনা চোইনা তারকপা ফজবা করি হায়রুনি। মাইথোংনা থাজ মাল্লি। হায়ফেৎ নোল্লকপা ঙাংলকপা উরুবা মী কয়াগী থম্মোই শুঙ্খৎনিংঙাইনি। মহাক অদু শক ফজবদা চাংদম্লিংঙাই লৈত্রে, ফজৈ হায়না মীনা ঙাংনবা অপুম্বা মঙোন্দা অমত্তা ৱাৎখিদে; লাইগী মচাগুম্মী।

অদুগুম্বী নুপীমচা অদুগী মশক উরুবদা শাধুগী মচা নিপা অদু হেলোইনা পুবা মীগুম পুমশুম শুঙ্খৎখ্রে। অদুনা মহাক নুপীমচা অদুগী পরিচয় খঙনিংবদগী মমান্নবী মতা অমদা হংলুরে। মদুদা মখোয়না মবি মখোং লোয়না তাক্লম্লে। অদুগা নুপী মচাশিং অদু ময়ুমদা হনখিরম্মী। শাধু কুমার অদু মথৱাই নুংঙাইত্রে। লাইনা ফাবগুম্লে। মমৈথংদা মহাক দেবীগী মন্দির মনুংদা চংখিদুনা, দেবীগী চরন্দা ৱাশক্কা লোয়ননা খুরুমজরম্মী। 'হে ইমা দেবী! ঙসিগী নুপী মচা অসিবু ঐগী ওইনা হেক লুহোংদুনা পিবিরবদি ননাই ঐগী ইকোক অসি দেবীগী চরন্দা কচ্চগনি।' ৱাহৈ অসি হায়রম্লগা মহাক ময়ুমদা থুনা চনখ্রে।

ময়ুম য়ৌরগা মপাগী মফমদা নুপীমচা অদুবু মাগীদমক হায়দুনা লুহোংবিয়ু হায়জখি। মচাগী মৱা তাবদা শাধু অদুনা মী অমা নুপীমচা অদুগী মপাদা, মচানুপী হায়জরুনবা থাখ্রে। মদুদা মহাক্না (মপা) অকুপ্পা মরোল ইবা চিঠি অমা পিখিরম্মী। নিপা অদুনা লাক্কুনা ইন্নাক খুনবা নুপীগী মপা অদুদা মরোল পুন্নমক তমদুনা চিঠি অদু পিরুরে। চিঠিগী মরোল খঙলদুনা মচানুপী পিবদা য়াখরে।

মরম অদুনা অফবা নুমিৎ থা য়েংখরে, অদুগা চিঠি অমা অমুক ইদুনা পিরক্লে। পাও চৎখিবা অদুনা হল্লক্কুনা চিঠি অমুক পিররবদা, মরোল পুন্নমক খঙলদুনা, ময়াম্মক হরাওনা লুহোংবগী থৌরাং লোয়খ্রে। লুহোংবা অদু চৎনবা মী পুন্নমক শেম শানখ্রে। শাধুগী মচানিপা মাগী চান্নবা মরুপ অমগা লোয়ননা বরগী যাত্রা তৌরক্লে। মতৌ অসুম তৌনা মখোয় পুন্নমক মতম চানা নুপী ময়ুম য়ৌখরে। লুহোংবা মতম ওইরদুনা বর ফমফমদগী থোরক্কুনা লুহোংবা অদু লোয়খরে।

লুহোংবা লোয়রবদা, নাকল অনিমক্কী মী তিন্নদুনা হরাও কুম্মৌ কয়া তৌদুনা অহিং অদুমা লেল্লে। নোং ঙাল্লে, নিপা ময়ুমগী মী পুন্নমক বর কন্যা পুদুনা ময়ুমদা হল্লগে হায়রক্লে। মতম মদু য়ৌরবদা নুপী মপানা ৱা অমা হায়খি। মদুদি মখোয়গী লৈবাক্কী চৎনবী লুহোংবা নুপী থিল্লমদাইদা, মখোয়গী মবেম্মা চণ্ডিকা দেবীবু বর কন্যা অনিনা খুরম্নমগদবনি।

ৱাদু তাবদা মী পুন্নমক দেবীগী মন্দিরদা বর কন্যা অনি পুদুনা চংখ্রে। মন্দির য়ৌরবদা বর নিপা অদু মরুপ অমা লোয়ননা দেবী মন্দির মনুংদা চঙখ্রে। চণ্ডিকা দেবীগী মুর্ত্তি অদু য়েংবদা অঙকপা পোকই। মদুদা মখোয় মরুপ অনিমক দণ্ডবৎ প্রনাম তৌনা দেবীগী চরন খুরুমখরে।

মতম অদুমক্তদা শাধুগী মচা বর নিপা অদু মপুক্লিংদা মমাংঙৈগী ব্রা অমা খংনিং নিংশিংলক্নে। মানা মমাংঙৈদা দেবী অসিগী চরন্দা, নুপীমচা অদু মাগী ওইনা লুহোংহনবিরবদি মাগী মকোক কক্তুনা কচ্চগনি হায়না ব্রাশকখি। অদুনা মানা নিংজবা অদু থুংলবদা ঙাক্লগে হায়দুনা খঙহৌদনা নাকন্দগী থাংশাং শত্তুনা মঙক ককচখ্রে। থৌদোক অদু উবদা লোয়নরকপা মরুপ অদু অঙকপা অমদি অকিবা পোক্লে।

মানা খঞ্জখি – 'মরুপ অসিনা শিরিবসি মীনা ঙক্লরগনি। ঐনা অচুম্বা ফনা হায়জবদা মীনা থাজবিররোই। শোইদনা ঐনা হাৎপনি খন্নগরনি। ঐগী মিংচৎ থীবা শোইদনা ওইরগনি মরমদি মফম অসিদা ঐখোয় অনিদমক লৈবনিনা ; মানা শিরিবসি ঐনা হাৎপনি হায়রগনি। মথন্ত শিজবনি হায়বা থাজররোই ঐবু মীনসু থিনা ঙাংনবা, মতুংদা নিংথৌগী বিচারদা মীহাৎপগী দণ্ডি ঐবুসু হাৎপা শোয়দ্রে। ঐহাক পুন্সি লোয়য়ু তন্নবনি। অদুনদি মীগী বদনাম লৈনা শিগদবগী শরুক ইথন্তা শিজরগে। ব্রাখল অসি তৌরম্লগা মাসু থাংনা মঙক ককচদুনা শিদোকখ্রে।

ঙহাক লৈরগা কন্যা অদু দেবী খুরুম্বা চঙলক্লে। মানা চঙলকপদা দেবীগী মমাংদা নিপা অনিনা শিদুনা লৈরম্বা থেঙনরুরে। মদু হেক উবদা নুপীমচা অদু জ্ঞান মাঙখ্রে। মহাক অঙাওবীগুম মকোক্তা মখুৎ থাঙ্গত্তুনা মাঙলে মাঙলে হায়না লাউরক্লে। মপুরোইবগী প্রেম্না মহাক ব্রামনখ্রদুনা লৈপাক্তা থরো-থরো ওন্দুনা কপ্লক্লে; অদুগা ব্রাখল অমা তৌরকই। নুপী ওইবা ঐখোয়দি ইপুরোইবা লৈত্রবদি করি গতি লৈত্রে। অদুনদি ঐনা হিংদুনা লৈবগী নুংঙাইবা, পুন্সি অসিদা ফংলরোই। অদুনা ঐসু ইপুরোইবগী তুংইনখ্রগে!' ব্রাখল অসি তৌরদুনা থাংশাং অদু লৌখত্তুনা মঙক ককচরগে তৌরক্লে।

মতম অদুমক্তদা চণ্ডিকা দেবীনা মখোল থোক্লা খামজিন ৱাহৈনা লাউরকই। "ঙাইখো নুপীমচা ! নহাক্লা তৌরিবা অদু লাল্লে; ঐ ৱা অমা হায়গে মুন্না তাও। শিরিবা নিপা অনি অদু হিংহনবিরগে, নহাক মখোয়গী মকোকশিং অদু মশা মশাদা শমজিল্লু। অদুগা ঐগী চর্ণা মৃত অসি লৌরগা খর-খর খিকপিয়ু।" দেবীগী ৱা তাবদা নুপীমচা অদু হরাওখ্রদুনা মখুত্তগী থাং থাদরে। অদুগা অককপা কোকশিং অদু করম্বনা মপুরোইবনো হায়বা মহাক তশেংনা খঙলমদে, অদুনা থোকউ থোকউবা কোক অনি অদু মশা মশাদা হেক শমজিল্লে, মদুদা মপুরোইবা শাধুগী মচা নিপাগী মকোক্লা মাগী মরুপ অদুগী মশাদা, অদুগা মরুপ অদুগী মকোক্লা মপুরোইবগী মশাদা শমজিল্লগা, দেবীগী চর্ণা মৃত লৌদুনা খিকউরে।

দেবীগী কৃপা হেক ফংবদা শিখ্রবা নিপা ২ অদু অমুক হন্না অককপা কোকশিং অদু মশা-মশাদা শৌজিনখি জীব লাক্তুনা ফুক-ফুক হেক হৌগৎলক্লে।

মদুগী মওং অদু উবদা মী পুম্নমক ঙক্লখি। অদুগা মখোয়না হিংগৎলক্লগা নুপী অদু ঐগীনি ঐগীনি হায়না মুন্নরক্লম্মী।

বেতালনা, বিক্রমাদিত্যদা হংলকই। 'করম্বা নিপানা নুপী অদু লৌকন থোকপগে থুনা হায়য়ু।"

নিংথৌ – 'মহাশয় ! মীওইবগী মরুওইবা হকচাংগী শরুক্তি কোক্নি; অদুনা শাধুগী মচানিপাগী মকোক পানবা হকচাং অদুনা নুপী অদু শোয়দনা লৌগনি। মসি ৱাখল তৌদুনা য়েংবিয়ু।'

ৱাদু হেক তাবগা বেতাল উথক্তা হন্না কাখ্রে।

মসিদা বেতালগী ৬ শুবা ৱাহং লোয়রে।

## তরেৎশুবা ৱাহং

নিংথৌসু উথক্তা অমুক হন্না কাখ্রে। বেতাল অদু অমুক ফারগা মখাদা কুমথরক্লে। অদুগা সন্ন্যাসীগী মনাক্লোমদা পুরক্লে। মদু উবদা বেতান্না অমুক হায়খি, 'মহারাজ! নহাক করিগী নবুক অদু য়াংলি, ঐগী ৱাহং অমসু তাখো! পুষ্পপুরী কৌবা লৈবাক অমা লৈরম্মী। মদুদা ধর্ম্ম কেশ কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী।

মাগী মচানুপী সুলোচনা কৌবী অমা লৈরম্মী। মহাক অদু মশক ফজবদা তাইবংপাল অসিদা মপা লৈরমদে। মরম অদুনা নিংথৌনা মচানুপী অসি মতিক চাবা বর নিপাদা থাজগে খল্লি। অদুনা দেশ কয়া কয়া চত্তুনা মশক ফজবা, অমদি মগুণ লৈবা বর নিপা থিরম্মী। মপানা চৎলমদাইদা মচা নুপীনা মশক ফজবা নিপাশিংগী ফোটো পুবিরকউ হায়খি। মচাগী ৱা মতুং ইন্না লৈবাক কয়াদা লৈরম্না নিংথৌ অমদি নিংথৌমচা ১০০/১০০ গী ফোটো লৌদুনা পুরক্লম্মী। মপানা পুরকপা ফোটোশিং অদু য়েংবদা মানা পাম্বা অমত্তা হেক য়াওদে। মরম অদুনা অমুক হন্না বর থিবা চৎপা তারম্মী। পাউ অসি লৈবাক খুদিং শন্দোকখিরম্মী। পাও অসি তাবদগী অতোপ-অতোপ্পা লৈবাক্তগী নিপা ৫ খক মখোয় মশা মশাশিং অদু হিরম খুদিংমক্তা মতিক চারবনি খন্দুনা, নিংথৌ মচানুপী লৌগনি হায়দুনা পুষ্পপুরী কোনুংদা লাক্তুনা থুংলরে।

লাক্লিবা মখোয়গী মওং খঙলদুনা নিংথৌনা, মাগী রাজদরবারদা ফমহল্লে। মখোয় ৪ গী মগুণ পুম্নমক অমমম ওইনা মথং মথং হায়য়ু তাগে হায়রে। মদু তাবদা নিপা অমনা হায়রকই।

১ বা নিপা — ঐহাক লাইয়েকপা য়াম্না ফজনা, মমল য়াম্বা লাইশিং

অদু নোংমদা লাই ৫/৫ য়েকপা ঙমই। অদুগুম্বা লাই অমমমগী মমল রতন ১ ওইরম্মী। রতন অমনা ব্রাহ্মন বৈষ্ণবতা য়েহ্থোকই। রতন অনিনা ঈশ্বরদা কৎলি। রতন অমনা শাগৈ ঙাইগী কান্নবা তৌই। অদুগা অরেম্বা রতন অমদি ঐগী নুপীগী ওইনবা খাক্তুনা থমজৈ। মসি ঐগী লৈজবা ইগুন্নি, অদুগা শক অমসুং পাঙ্গল সনা মিৎয়েং তাবিয়ু।

২ শুবা নিপা-ননাই ঐদি সংসারদা লৈরিবা জীবা শা উচেক, পুন্নমক্কী মরোল লোয়না খঙই; শক অমসুং পাঙ্গল চাং য়েংবিয়ু।

৩ শুবা নিপা – 'শ্রীযুৎ ইবুংঙো! ননাই ঐহাক্তি পৃথিবীদা লৈরিবা শাস্ত্র অমসুং লাইরিক পুন্নমকসি লোয়না হৈ অমদি খঙজৈ। অতৈ মরম মিৎয়েং তাবিয়ু।

৪ শুবা নিপা –'ননাই ঐদি শা লালগী মহৈ থাং তা খুজু খুৎলাইদা য়াম্না হৈজৈ; পাঙ্গল কল্লি, ইমান্নবসু লায়না জয় তৌবা ঙমজগনি।'

নিংথৌ নিপা ৪ গী মৱা মথং মথং লোয়না তারে, ৱাখল তৌবদা করম্বা নিপাদা মচানুপী থাজগদগে হায়ফম খঙদ্রে; মরমদি মখোয় খুদিংমক মগুণ লৈবা ঙাক্তনি, মশকসু লোয়না ফজৈ।

বেতান্না বিক্রমাদিত্যাদা হংলকই। 'করম্বা মহৈ হৈবা নিপানা নিংথৌগী মচানুপী লৌগনি, মসি নিংথৌ নহাক্না বিচার তৌ।'

বিক্রমাদিত্য–'মহাশয়! নহাক্কী ৱাহং অসিগী পাওখুম করম্না পিসিগে। নোংমদা লাই ৫/৫ য়েকপা ঙম্না নিপা অদুসু রাজকন্যা ফংলোই শা-উচেক মরোল খংবা অদুসু নুপী ফংলোই। শাস্ত্র, লাইরিক য়াম্না হৈবা নিপা অদুসু ব্রাহ্মণ পণ্ডিতকী থবক্লি নিংথৌ মচানুপী লৌবা য়ারোই।

লালগী মহৈ হৈবা মমান্নবা লাম্বা পাবা ঙম্বা নিপা অদু অশেংবা ক্ষেত্রিমচানি, অদুনা বরনিপাশিংগী মনুংদা মানা অথোইবনি, মরম অদুনা অকনবা নিপা অদুনা রাজকন্যা অদু লুহোংদুনা লৌফম থোকই।' মসি ঐগী রায়নি।'

ৱাদু তাবগা বেতাল শিংশাপা বৃক্ষদা হন্না কাখ্রে।

মসিদা বেতালগী ৭ শুবা ৱাহং লোয়বে।

## নিপানশুবা ৱাহং

বিক্রমাদিত্যসু হন্না উথক্তা, কাখিদুনা বেতাল অমুক ফারগা মরেংবান্দা থোঙ্গত্তুনা মখাদা কুমথরক্লগা সন্ন্যাসীগী মনাক্লোমদা চৎলক্লে। মদু উবদা বেতান্না অমুকসু হায়রকই।

'মহারাজ ঃ পুক্লিং শান্তি ওইবিয়ু, ঐবু কদাইদা পুদুনা চৎলিবনো? নহাক য়েংবদা, জ্ঞান লৈতবগুম নপুক তয়াং তয়াং তৌরে। ৱাহং ১ সু হংগে তাও! মিথিলা লৈবাক্তা গুনাধিপ কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লি। মহাক কুবেরগুম্না লল থুম লৈরম্মী। মহাক রাবন নিংথৌগুম্নসু কল্লি লৈবাক অদুগী খা থংবা শরুক্তা অতোপ্পা নিংথৌমচা অমসু লৈরম্মী। মহাক অদুদি লৈবাক্কী মপু ওইনা লৈবা পামজদে; অদুনা গুনাধিপ মহারাজগী থৌগল ওইনা লৈগে খন্দুনা মাগী লৈজবা সনা লুপা খরা পুরগা মিথিলা লৈবাক্তা লাক্লে। নিংথৌ অদুদি কোনুং মনুংদা ঙাক লৈবনা, মাগা উনজবা খক ফংখিদে।

মতৌ অসুন্না লৈরকপা অসি চহি ১ শুরক্লে। মদুদা পুজরকপা মরল পুন্নমক লোইথোকখ্রে। মহাক চানিংঙাই লৈতদুনা মশা অদু ময়েং

তারক্লে। য়ামনা ৱানা মতম লেল্লে। মমৈথংদা উপায় লৈত্রদুনা বন্দা চত্তুনা উঁহৈ-ৱাহৈ থিদুনা চারগা লৈরক্লে।

নোংমদি গুনাধিপ নিংথৌসু মনাই মশল পুদুনা **'মৃগয়া'** (শজি ফাবা) চৎলম্মী। নিংথৌ শগোল তোংদুনা চৎলম্মী। মখোয় ময়াম্না লাকপা অসি নিংথৌ মচা অমনা উঁহৈ ৱাহৈ থিবিবা বণ অদুদা ওইরম্মী। মতম অদুদা নিংথৌনা মমাংমক্তদা শজি অমা চেনবা উরম্মী। মদু উবদা তেন্দোংদগী অথৌবা তেল অমা শৎলগা কাপ্পুনা শজি অদুদা থাবম্মী। তৌইগুম্বসুং শজি অদুদি তেন্না থাবদা শির্বদি ঙমদ্রদুনা কন্না চেনখ্রে। ফারগনি নিংলম্না শানা চেনখিবা উবদা নিংথৌসু মতুং ইন্নদুনা অদুম তান্নখ্রে। তৌনরিবা থৌওং অদু বন্দা হান্না লৈরম্লিবা রাজকুমার অদু উরদুনা, মহাকসু নিংথৌ অদুগী মতুং ইন্নদুনা লাক্লে। নিংথৌ লাপ্না লাক্লে অদুবু শজি অদুবুদি তানবা ফংদ্রে, অদুগা ৱাবনসু হায়নিংঙাই লৈত্রদুনা উখোং অমদা ফমদুনা পোত্থারম্মী। মতম অদুদা রাজকুমার অদুসু নিংথৌগী মনাক য়ৌরক্লে, অদুগা হংলকই। 'মহাশয় ! নহাকপু কনানো ?

ৱাহং অদু তাবদা গুনাধিপ নিংথৌনা মহাক, লৈবাক অদুগী মপুনি হায়না খঙহল্লম্মী। লৈবাক অদুগী নিংথৌনি হায়বা তশেংনা খঙলবদা, রাজকুমার অদুনা মনাক্তা চংশিল্লক্তুনা খুরুমজরম্মী। মতৌ অদু উবদা নিংথৌনা হংলকই।

'নহাক নথন্তা লাক্লিবদি অতৈ লাম্মীশিংদি কদাইদা লৈহৌরে ? রাজকুমার – মহারাজ ! ননাই ঐদি, ঐবুংঙোগী খাথংবা শরুক্তা লৈবা লম অমগী নিংথৌ মচানি অদুদা মহারাজগী মিং তাজদুনা ননাই ওইনা লৈদুনা সেবা তৌজগে হায়দুনা লাকচবা চহি অমা ফারে অদুবু লাইবক

থীবদী ইবুংঙোগা উনজবা খক ফংখিদে; ঙসিদি ঈশ্বরগী থৌজান্দগী বন অসিদা উনজরিবা অসিনি।

ৱাদু তাবদা নিংথৌনা হায়রকই। 'ফরে হৌজিক ঐহাক ঈশিং য়াম্না খৌরাংখ্রে, অদুনা ঐঙোন্দা ঈশিং খরদং থিরুদুনা পিথকখো অদুগা মতুংদা ৱা পুমনমক ঙাংনসি।'

নিংথৌগী অরাম-খৌরাংবা অদু উরবদা রাজকুমার অদুনা থুনমক উঁহৈ-ৱাহৈ অমদি ঈশিং থিরুদুনা, নিংথৌবু পিজ-পিথক তৌরে। অদুদগী নিংথৌ অৱাবা খর ফরদুনা, নিপা অদুবু য়াম্না থাগৎপগা লোয়ননা পুদুনা মাগী কোনুংদা মখোয় হনমিন্নখ্রে।

কোনুং য়ৌরগা নিংথৌনা রাজকুমার অদুবু মনা মথুম য়াম্না পিদুনা কোনুংদা অদুম লৈহল্লে। মতৌ অসুম তৌনা মতম খর লৈরগা নোংমদি, রাজকুমার অদু নিংথৌগী থবক অমগীদমক অরাপ্পা মফম অমদা চৎখিরম্মী। মানা লাকপসি সমুদ্র মপাল য়ৌরক্লে। মফম অদুদা ঈশ্বরগী মন্দির অমা লৈরম্মী। মদু উদুনা ঈশ্বর খুরুমগে হায়দুনা মন্দির মনুংদা চঙখিদুনা খুরুমলুরে। লাই খুরুম্বা অদু লোয়রগা হৌগৎলকপদদি মহাক্কী মনাতোল মওং কায়না চাউথোকখিদুনা ফিভম অমা ওনখ্রে। মদুদা পুমঙক ঙকখ্রে। তাঞ্জা অসিমক্তদা রাজকুমারী অমা মমান্নবীশিংগা লোয়ননা দেবী অদু পুজা কৎপা লাক্লম্মী। নিংথৌ মচানুপী অদুনা মন্দির অদুদা নিপা লৈরম্বা উবদা ঙক্কুনা হায়খি 'নিপানা মফম অসিদা লাক্লিবা করিগীনো ? মফম অসিদদি নিপানা খুরুম্বা য়াবা দেবী নত্তে, নহাক মরম খঙদ্রা ?'

ৱাদু তাবদা রাজকুমার অদুনা মাগী পবিচয় তাক্লে, অদুগা থৌদোক অদুগী প্রতিকার লৈরবদি তাকপিয়ু হায়জখি। মদুদা নুপীমচা অদুনা দেবীগী

মন্দির মনাক্তা লৈরিবা পুখ্রি অদুদা পুক্লিং চঙনা স্নান তৌ অদু ওইরবদি নাতোল অদু হান্নগী মওং তাগনি তাকপিরে। মরম খঙলবদা নিংথৌমচা অদু দেবীগী পুখ্রিদা কুমথদুনা ঈরুজবদগী মাগী পাপ কোক্তুনা হান্নগী ফিভমদা হনজল্লে। মদুদগী মহাক হরাওনা ময়ুমদা অদুম লাক্লে। ময়ুম য়ৌরগা অঙকপা ৱারী অদু গুনাধিপ মহারাজদা হেক তমলুরে। ৱারী অদু তাবদা নিংথৌনা মাবু, অঙকপা দেবীগী মন্দির অদুদা পুদুনা চৎলু দেবী অদু য়েংগে হায়রে।

মরম অদুনা নিংথৌ অমসুং নিংথৌ মচা মখোয় অনি তন্না অমুক লাক্তুনা দেবীগী মন্দির অদুদা থুংলরে। দেবী অদু উবদা গুনধিপ নিংথৌ য়াম্না নুংঙাইখ্রে, অদুবু মনাতোল মওং কাবগদ্রা চিংনদুনা দেবী খুরুমবদি ঙমদে। মতম অসিদা অমুক নহালগী নিংথৌ মচানুপী অদু মতাশিংগা লাক্তুনা দেবীগী মন্দিরদা থুংলরে। মদুদা রাজকন্যা অদুগী মশক-মতৌ ফজবা, অমদি ফিজেৎ লৈতেং অদুনা নিংথিমনখ্রদুনা অউবা নীপুম খুদিংমক্কী মপুক্লিং শুক্ষৎলি। য়েংখিবদা মিৎফম তোংবা য়ানদে; শাবান্না নোংশা অমোমগুমই অদুগুম্বা নুপী মচা অদু উবদা গুনাধিপ নিংথৌ জ্ঞান মাংখ্রে। নিংথৌ মচানুপী অদুসু গুনাধিপকী ফজবা শকওং অদু উবদা মশা অদু চোকথরম্মী। মরম অদুনা রাজকন্যা অদু থুনমক দেবীগী চরন্দা চঙখিদুনা, লাক্লিবা মশক ফজবা নিপা অদু মপুরোইবা ওইজগে হায়না প্রার্থনা তৌজখি।

অদুদগী মহাক প্রেমগী ঈচেল অমা হৌরক্তুনা অঙাওবীগী পান্দমগুম হায়রকই। 'মহাশয় ! নহাক লৈবাক অমগী মপু নিংথৌগী মওং মাল্লি, অদুগা মরম করি লৈদুনা দেবীগী মন্দির অসিদা লেঙশিনবিরকপনো ? ঐহাকসু নিংথৌমচানুপীনি, ইপানা ঐবু থাজয়োঙ্ক তৌদ্রি। হৌজিক ঐহাক

কনাগুম্বা অমগী মখা পোনবী নচ্চদে, অদুনা করিগুম্বা ইবুংঙোনা আশা লৈবিরবদি তাকপীবা নয়াথং পুম্বা ঙাকচগনি।

রাজকন্যাগী ৱা তাবদা গুনাধিপনা হায়রকই। 'ইবেম্মা রাজকন্যা! নহাক্না হায়বা ৱা পুম্নমক অরেম্না থক ওইরোই খঞ্জে। অদুনা ইবেম্মনা ঐগী ৱা ইনবিগনি হায়রবনিনা, ঐগা লাকমিন্নরিবা নিপা অসিসু রাজকুমারনি অদুনা নহাক মঙোন্দা লুহোংবা তারে।

নিংথৌগী ৱা তাবদা, নুপীমচা অদু পুমঙক ঙকখ্রে, মরমদি মহাক্না খঞ্জবনা নিংথৌ মাবুনি, অদুবু নিংথৌনা ওন্ন-তৈননা হায়রকপদা মহাক মথ্বাই ৱানা অমুক হায়রকই। 'মহাবাজ চঙজরকপী তোল্লবীনি খনবিদুনা ঐবু হুন্দোকপীগনু। ঐবু লুহোংদুনা লৌবিয়ু। ৱাদু তারবদা নিংথৌনা অমুক হায়রকই! ইবেম্মা! নহাক্না ঐগী ৱা ইনবিগদবা লৈরবদি নহাক শোয়দনা রাজকুমার অসিদা লুহোংদুনা লৈয়ু, মাবু নপুরোইবা ওইয়ু। নিংথৌনা যাররোই হায়বা পুকচেল অদু উবদগী রাজকন্যা অদু গতি লৈত্রদুনা, মরাইবক্না তম্বনি খন্দুনা বাজকুমার অদু পুদুনা ময়ুমদা হনখরে। গুনাধিপ নিংথৌসু মরৈবাক্তা অদুম চৎখ্রে।

মতাং অসিদা বেতান্না বিক্রমাদিত্যদা হংলকই।

'গুনাধিপ মহারাজগা, রাজকুমার অদুগা মখোয় অনি অসি অমনা অমগী মতেং কয়া পাংনখ্রে। অদুবু, হায়য়ু মহারাজ নহাক মুন্না ৱাখল তৌরগা, মখোয় অনি অসি কবম্বনা হেন্না **'উপকার'** (মতেং পাংনবা) তৌবগে?

বিক্রমাদিত্য — (ৱাখল ঙহাক তৌরগা) "রাজকুমার অদুনা হেন্না মতেং পাংখি।" বেতাল ৱাদু হেক তাবগা উথক্তা কাখ্রে।

মসিদা বেতালগী ৮ শুবা ৱাহং লোয়রে।

## মাপনশুবা ৱাহং

বিক্রমাদিত্যসু তন্না অমুক উথক্তা কাদুনা বেতাল অদু ফারগা মখাদা কুমথরক্নে। অদুগা সন্ন্যাসিগী মনাক্লোমদা থুনা লাক্নে। মদু উবদা বেতান্না হায়রকই। "মহারাজ ! কদাইদা চৎলিবনো? নহাক্তি রাজ-নিতিদা য়াম্না হৈ-শিংবা নিপানি। অতোপ্পা ৱাহং অমসু হায়গে তাও।

**'মগধপুর'** কৌবা লৈবাক অমা লৈরম্মী। মদুদা বীরবর কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লি। লৈবাক অদুদা হিরন্যদত্ত কৌবা ইনাক খুনবা নিপা অমা লৈরম্মী। লল্লোল-ইতিক্কী থবক কন্না তৌদুনা মহাক শেল য়াম্না তাল্লি। মাগী মশক মতৌ ফজরবী মচানুপী মমিং মদনসেন কৌবী অমা লৈ। মহাক অদু লাইগী মচাগুম নিংথিজৈ। বসন্ত ঋতুনি, অয়াম্বা লৈরাংশিংদা খোইমুনা লৈহী চুপলি। অসিগুম্বা মতম অসিদা মদনসেন কৌবী নুপীমচা অসি মমান্নবীশিংগা লোয়ননা লৈকোনগী বন্দা চত্তুনা শান্নরি।

অদুগা ধর্ম্মদত্ত কৌবা ইনাক খুনবা নিপা অমসু লৈরম্মী। মহাক্কীসু মচানিপা সোমদত্ত কৌবা অমা লৈরম্মী। সোমদত্তসু মরুপ-মপাং খরগা কোয়রকপদা, লৈগী বন অদুদা থুংলরে। মতম অদুদা শক ফজথ্রবী নুপী মচা অমা মতাশিংগা লোয়ননা লৈরম্বা অদু উরুরে। মদু হেক উবদা সোমদত্ত, নুপীমচা অদুগী ফজবা মঙান্না মপুক্লিং শুম্নৎখ্রে। মশা অদু খঙহৌদনা অপাম নুংশিগী মৈরি অমনা ফুরক্তুনা নিকখরে। মতম অদুদা মহাক্না খল্লি। নুপীমচা অসি মশক ফজমল্লি, ঐনা মাবু লুহোংদুনা লৌবা ফংগনি থাজদে। অদুবু করিগুম্বা ঈশ্বরগী কৃপানা ফংজরবদি, ঐহাক পোকপগী মহৈ য়ানবা হায়বা অদু ওইগনি। ৱাখল ময়াম অসিনা মহাক য়াম্না ৱাখরে। ৱানা-ৱানা মহাক অদুম মযুমদা হনখ্রে।

অপাম নুংশি মৈচাক অদুনা মশা অদু ইচোক চোকথরে। অহিং অদু ৱাখন্না লাকহৎখিদুনা মিং কল্পা (মিকুপ) অমা তুম্বা য়াখিদ্রে। নোংঙাল্লে, মহাক হৌগত্তুনা মথন্তা ঙরাংগী লৈকোল অদুদা চৎখ্রে। অহিং অদুমা হৌখ্রবদা নুপীমচা অদুসু মাগী নোংমগী মথৌ লৈ হেকপা, নুমিৎ অদুদি মথন্তা হেক লাক্লম্মী।

ইথা হেক থাজদনা নুপীমচা অদু লাকপা হেক উবদা সোমদত্ত হরাওবনা লুতোন কাখ্রে। মহাক 'অতাংবনা চেংখাও ফংবগুমই' হায়বা প্রমান অদুগুমখ্রে। অপাম্বা, কল্লকপনা মশা অদু ময়াই কাগ্রদুনা মহাক অফ-ফত্তগী ৱাখল তৌখিদ্রে। মরম অদুনা থুনমক চংশিনখিদুনা নুপীমচা অদুগী মখুৎ হেত্তা পায়রুরে। অদুগা তনিকপা ৱাহৈনা ভিক্ষা নিরক্লে। কবিগুম্বা ভিক্ষা অদু হাপ্পিদ্রবদি মহাক খুদক অদুদা শিরগনি হায়রক্লে। মতৌ অদু উবদা নুপীমচা অদনা হায়খি 'ইবুংঙো ! মাদু মতিক চাদবা থবক্লি, নমদুনা ঐবু ধৰ্ম্ম মাঙহনবিগনু।'

সোমদত্ত – 'মসি ঐগী ইৱাল নত্তে ! ইবেম্মগী নিংথিবী শাওং-শাদা, হায়ফেৎ যেংবিরকপা মিৎমৈগী তেন্না মহ পুরবা লিল ওইদুনা, মদুনা পাখংগী ইন্দ্রি'নুংদা চিকপদগী মৈচাক অদু খাঙজবা ঙমদ্রদুনা ঐহাক অদু অফ ফত্ত খঙদ্রে। অঙাওবা হুইগী পান্দমগুমলে লম্বী চৎফম খঙদ্রে, লম্মাংনখ্রে।

নুপীমচা – মহাশয় ! নহাক অপাম-লাংদা থুদুনা নশা অদু ইকাই-ইকি খঙদ্রমানে, অদুবু পুক্লিং শান্তি ওইবিয়ু, ঐ নফমদা ৱাশকচগে ! মদুদি – ঐগী লুহোংবা নুমিৎ ৫ নি হেক শুবা অদুদা ঐ ননাক্তা শোয়দনা লাকচগে ! অদুগুম্বা নুমিৎ অদুদা ইবুংঙোগী অপাম্বা অদু ননিং থুংনা

পাংথোকপিয়ু, অদুগী তুংদা ইপুরোইবগী সেবা ফংজগে, অমম অঙান ঈশ্বর অনিনা শাক্ষি ওইহনসি, হায়খিবা ৱা শোয়জরোই। নুপীমচা অদুনা ম্ৰেপ্পা পুকচেল অমগা লোয়ননা অকনবা ৱাশক লৌখ্রবদা সোমদত্ত ইকাই নুংশি য়ান্নরা ময়ুমদা হনখি। নুপীমচা অদুসু ময়ুমদা চৎখ্রে।

অদুদগী মতম খরা লৈরগা নুপীমচা অদু মাগী হান্না নুংশিনজবা **‘গুনাকর’** কৌবা ইনাক খুনবগী মচানিপা অমগা লুহোংখ্রে। মপুরোইবগী য়ুমদা থিন্দুনা লৈরে, মতম অদুদা মদনশেন মাগী মমাংঙৈগী সোমদত্তদা ৱাশক্লম্বা অদু নিংশিংলক্লে। মরম অদুনা মপুরোইবদা চিংনবা লৈতনা মমাংঙৈগী হৌখ্রবা ৱাথোক পুন্নমক তমদুনা তাহল্লে; অদুগা হায়রকই। ঐহাক **‘বল্যৎকার’** কিবদগী সত্য তৌরম্বনি; হৌজিক করম্না ৱাশক অসি ঙাক্লুগদগে ইবুংঙোনা তাকপীয়ু। ওক্তবী ওইদুনা অতোপ্পা নিপা পামবা নচ্চদে। ইবুংঙোনা অসুম তৌ হয়না তাকপীবা ইঞ্জগনি। নয়াথং ঙাইজরি।

নিপা অদুনা নুংশিনা ঙরাংতা লুহোংলক্লিবা নুপী অদুগী অতিংবা মপুকচেল অদু উবদা পেল্লদুনা হায়কই।

‘ইবেম্মা! নহাক হায়নখিবা সত্য ৱাশক অদু ঙাকপনা অশেংবা ধর্ম্মনি। মীওইবনা ধর্ম্মবু চত্তবদি অমাঙবা লৈখা তাবা ওইরক্লনি। অদুনা নহাক ৱাশক অদু ঙাক্লুনবা থৌরাং তৌজরো, ঐনা য়াথং পিরবনি। মপুরোইবগী য়াথং ফংলবদা, মদনসেন, থোইনা অকে অমৌ ফিজেৎ লৈতেং য়াওদনা অহিং অমম্বা অদুদা মথন্তা সোমদত্তনা লৈবা মফমদা চৎখ্রে। মতম অদু অহিংগী পুং ১০ রোম তাখ্রে। মহাক থোইনা চিংনবা লৈতনা চৎলম্মী। মানা অসুম লাকপদা লম্বীদা ডাকু হুরানবা অমা থেংনরে।

ডাকু অদুনা হায়রকই –'নুপীমচা নহাক্লা অহিং অথেংবদা নথন্তা চৎলিবদি কদাইদনো ? নপুক্লিংদা অকিবা খক পোক্লা ?

নুপীমচা 'ঐহাক ইথন্তা চৎপা নত্তে, কাম' কৌবা লাই অদুগী লিরুং তেন পুরিবনি, অদুনা থোইনা অকিবা লৈতে।

ডাকু -- 'করেদা, বিধিনা ঐগীদমক্তা নহাক থারক্লবনি, অদুনা ঙসিদি ঐগা লোয়ননা শান্নবা তারে, অদুগী মতুংদা নফি-নরোল লিক-কোনসু ঐনা লৌহৌরগনি। অদুদগী নহাক্লা চৎনিংবা মফমদা চৎখিবা য়াগনি।'

মদনসেন মথরাই ৱাবনা লোয়রে, অদুবু মাগী তৌরক্লিবা অশেংবা ৱারী অদু হুরানবদা লিদুনা ভাহল্লে। অদুগা হায়রকই। 'ঐহাক ৱাশক অদু ঙাক্লুরবা মতুংদা, মফম অসিদা অমুক শোয়দনা লাকচগে, মতম অদুদা অপাম্না থবক চৎথরীয়ু, ঐগী হান্নগী ৱাশক্তি থুগায়বিগনু।' মহাক অমুক হন্না ৱাশক্লে। মদু তাবদা ডাকু অদু য়ারদুনা মাবু চৎলো হায়না থাদোকখ্রে। মদনসেনসু থুনমক চৎখিদুনা সোমদত্তগী মনাক্তা থুংলবে। নুপী অদু উবদা সোমদত্তনা হংলকই – 'নুপী নহাক কনানো ? অহিংদা নথন্তা কোয়না চৎলিবদি নহাক হিংচাবিরা ? মায়া তৌদুনা মীগী মশক লৌদুনা চৎলিব্রা ? ঐগী নাক্তা লাকপনা মরম করি লৈবগে হায়য়ু।' ৱাদু তাবদা মদনসেন্না হায়রকই—নহাক, হিরন্যদত্তগী মচানুপীবু মশক খঙদ্রে মমাংঙৈগী ৱা কাউবব্রা ! লৈকোন্দা নংগী নফমদা ৱাশকখিবা নুপী অদু ঐনি। ঙসি ৱাশক অদু ঙাক্কে হায়দুনা নফমদা লাক্লিবনি। হৌজিক নহাক্কী য়াথং ঙাইজরি, অপাম্বা থবক পাংথোকপিবা য়ারগনি।

সোমদত্ত অঙকপগা লোয়ননা হায়রকই –ইবেম্মা, শকহেনবী নহাক্কী থৌরাং অঙকপনি ! অহিং অথেংবা অসিদা নথন্তা লাকপদি অকিবা

পোক্লা ? অহিং অসি নোংয়াই চবুক য়ৌখ্রে। লুহোংবদা ঙাইরিবী নহাক্লা নথন্তা অহিংদা লাকপদি লম্বী লমশাং অসিদা ফত্তবা মী কয়া থেংনবা য়াই। অদুগা অমরোমদা নপুরোইবা অদু খঙহৌব্রা, নত্রগা লোন্না লাকপ্রা ?

নুপীমচা – 'ঐহাক ইপুরোইবদা থৌদোক ৱারী অপুমবা তম্লগা লাকচবনি।'

সোমদত্ত – 'নপুরোইবা অদুদি করিদি হায়হৌই ?'

নুপী – 'মহাক্তি য়াম্না পুকচেল চাউবা নিপানি, মানা হায়রকপদি, 'মীওইবগী লৈতেং পুন্নমক্তগী ফি নত্তনা অতোপ্পা লৈতেংনা ফজবা লৈতে। ৱাখল্দা নিপা নুপীগী **'শৃঙ্গার'** রসতগী হেন্না নুংঙাইবা অমা লৈতে। মৈনা চাকথোকখ্রবা অকোকপা বল্দা শজিনা লৈবা নুংঙাইবা হৌনদে। ৱাখল ফত্তবদি হকচাংগী কুচু মাঙবনি। মচা ওক্তবা পোল্লগা মীৱা তাবনি, নংগী অশেংবা থম্মোইনা ঐগী মঙ্গোল্নি। মরম অদুনা ৱাশক ঙাকপনা পুন্যানি, ননিং তম্না চৎলু তাকপীরকই।"

সোমদত্ত ৱাখল তৌই, নুপী অসিগী মফমদা ঐনা প্রেমগী খুদোন লৌবা মতিক চাদ্রে, ফোংনা হায়রকই – ইবেম্মা নিংথীবী। ঐদি মপুরোইবা লৈবী অতোপ্পী নুপীগী মফমদা নত্তবা লমচৎ চচ্চরোই। অদুনা নহাক্তি অশেংবা সতীনি। মফম অসিদা কুইনা লৈবা মতিক চাদ্রে, থুনমক নবুংঙোগী নাক্তা হনখ্রো।

ৱাদু তাবদা মদনসেন নুংঙাইবগী হায়নিংঙাই লৈতনা মফম অদুদগী লাক্কুনা ঙসাইগী ডাকু অদুগী মনাক্তা অমুক থুংলরে। অদুগা মহাক্লা তৌরক্লিবা ৱারী পুন্নমক অদু তমদুনা তাহল্লে। অদুগা মমৈদা ডাকু অদুনা অপামবা থবক তৌবা য়ারগনি হায়রে। বা পুন্নমক অদু তারুবদগী হুরানবা

নিপা অদুসু মপুক্লিং পেনখ্রদুনা মদনসেনবু অকিবা অথুকপা লৈতনা নয়মদা হনখ্রো তাকপীরে। মতৌ অসুম্না ডাকুগী মখুত্তগী নাম্থোক্তুনা লাকপনা মপুরোইবগী নাক্তা থুংলদুনা তৌরক্লিবা ৱারম পুম্নমক তম্লদুনা তাহল্লে। মপুরোইবা অদুসু মাগী নুপীগী মপুকচেল অদুদা হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইজখি।

বেতাল্না বিক্রমাদিত্যদা হংলকই – 'নুপী অদুগী মপুরোইবা, হুরানবা নিপা অমসুং সোমদত্ত মখোয় অহুম অদুগী মরক্তা কনানা খ্বাইদগী হেন্না পুকচেল চাউবগে? নিংথৌ নহাক্না ৱাখল তৌরগা অচুম্বা অদু তাকউ।''

বিক্রমাদিত্য – 'খ্বাইদগী পুকচেল চাউবা নিপাদি হুরানবা অদুনি।''

বেতাল – 'করিগীদমক হুরানবা ডাকু অদুনা পুকচেল চাউবা হোল্লবনো?

বিক্রম –'ধর্ম্ম কিবদগী নুপী অদুনা মপুরোইবদা ফাওবা ৱা অদু তাকপনি। ধর্ম্ম অদু ঙাক্লবা মপুরোইবনা মাবু থাবনি; মথৱাইনা পাম্না চৎহনবা নত্তে, ধর্ম্ম কিবদগীনি। সোমদত্তসু মপুরোইবা অদুনা তাবা খঙবা য়াদবা থবকপু থর্ম্ম কিবদগী য়ারকপনি খল্লবদা, মহাকসু ফত্তবা থবক অদু তৌরুবগা, মাগী অমঙ্গল ওইগনি খন্দুনা কিবদগী থাদোক্লকপনি। অদুনা হুরানবা হায়বা জাৎসিদি অফ-ফত্ত খন্দবা ধর্ম্ম কিদবা মীনি। অদুবু মানা থাদোকফম থোক্রুবনি, মখোয়দি তাঙ্গা, ফংলবদা মীগী মপোৎ লৌবনা মথৌনি। অদুগুম্বা ফত্তবা মীদুনা অচুম্বা থবক তৌরক্লিবা অদুনদি মানা খ্বাইদগী মপুকচেল চাউবা ইহেল হেল্লি।'' ৱাদু তাবগা বেতাল উথক্তা কাখ্রে।

মসিদা বেতালগী ৯ শুবা ৱাহং লোয়রে।

## তরাশুবা ৱাহং

বিক্রমদিত্যসু অমুক উথক্তা কাখ্রে অদুগা বেতাল অদু হন্না ফারুরে। অদুদগী নুংঙাইনা সন্ন্যাসীগী মনাক্তা পুদুনা চৎলক্লে। বেতাল্লা অমুক হায়রকই। "মহারাজ! নহাক ঐবু পুদুনা কদাইদা চৎলিবনো? পুক্লিং তপথৌ অতোপ্পা ৱাহং অমসু হংখিগে, মদুগী পাওখুম পীখো।

**'পুন্যপুর'** কৌবা দেশ অদুদা বল্লভদাস কৌবা অফাওবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। মহাক্কী মন্ত্রি অদুগী নুপী অদু য়াম্না মগুণ চেনবী, মহৈ-মশিংদসু অথোইবী, মপুরোইবগী সেবাদসু য়াম্না চংখোনবী নুপীনি। মমিংনা লক্ষ্মীপ্রিয়া কৌই। মহাক অসি মন্ত্রিগী অথোইবা লন্নি, গুণ পুন্নমক্লা মঙোন্দা পুল্লি; ৱা ঙাংবা শকপদা পাণ্ডিতকী মতৌনি। অরুবা ৱাখল পুথোকপা ঙম্বীনি।

নিংথৌ অদুসু মপাঙ্গন্দা রাবন নিংথৌগুম্বনি। মথন্না কুবেরনি মথৌনা মরিল লৈবা অচুম্বা চৎপা মীনি। নোংমা নিংথৌ অসিনা মন্ত্রি অদুদা হায়খি — 'ঐহাক লৈবাক্কী ৱায়েন থৌদাদা পুন্সিগী হরাও তয়াম্বা ইফং ফংজদ্রে। অদুনা মন্ত্রি নহাক্না লৈবাক্কী ৱায়েন থৌদা মতম খরদং পুরম্মু। ঐহাক কোনুং মনুংদা রাণীশিংগা লোয়ননা মতম খরনিদং নুংঙাইনা পোথাগে। ৱাদু হায়রম্লগা নিংথৌ কোনুং মনুংদা লেংশিনখ্রে। রাজদরবারদা মতম কুইনা নিংথৌ থোরক্ত্রে। মন্ত্রি মথন্তনা লৈবাক ঙাক্লুনা মতম কুইনা লৈরে, মদুদা মন্ত্রিগী মশা অদু প্রজাশিংগী অৱা নুংঙাইগী ৱাখন্না ইচোক-চোকথরে। নোংমতা পোথাবা ফংজখিদ্রে।

মন্ত্রিগী অৱাবা মতৌ অদু উবদা মন্ত্রিণী অদুনা নোংমা হায়রকই — 'ইবুংঙো, নহাক্না হকচাং ময়েং তারদুনা অৱাবা শকফম উরিববু করি নুংঙাইতবা লৈরবগে?'

মন্ত্রি যাম্না নিংবা কায়বগা লোয়ননা হায়খি 'ইবেম্মা ! ইনিংথৌনা লৈবাক্কী ভার পুন্নমক ঐঙোন্দা দায়ী পিরম্লগা কোনুং মনুংদা রাণীশিংগা লোয়ননা নুংঙাইনা লৈথোকখ্রে। মদুদা করিগুম্বা লৈবাক্কী থবক থৌদা শিনবদা অসোই অঙাম থোক্কদ্রা শল্লুবদা যাম্না রাখ্রে। ৱাখল ৱাবনা হকচাং ময়েং তারিবনি। হৌজিক ঐহাক সম্পতি পাম্লক্রে; লাইনিংদুনা লৈনিংলে।"

ৱা তারবদা মন্ত্রিগী নুপীনা অমুক হায়রকই—"ইবুংঙোনা পোথাবিগে খল্লবদি, নোংমা কোনুংদা লেংশিল্লগা নিংথৌ মশামক্তা অমুক লৈবাক্কী ভার শিন্নবিরম্লগা তির্থ লেংবিখ্রো। মদু ওইরবদি মতম খরদি পুক্নিং ৱাই শংলগনি।"

নুপীগী ৱা ওইরবসু অফবা মরম ওইবনা মন্ত্রি হরাওনা ৱারম অদু য়ানিংলদুনা, মথংগী নুমিত্তা কোনুংদা চংখিদুনা মবুঙোদা অমুক লৈবাক রাযেনবগী থবক অদু শিন্নজরুরে। নিংথৌসু যাবিরে অদুনা লৈবাক্কী রাযেন বিচার অমুক তৌখরে। অদুগী মতুংদা মন্ত্রি নিংথৌগী বিদায় লৌরদুনা তীর্থ যাত্রা তৌখ্রে। মফম কয়া চৎতুনা তীর্থ কয়ামরুম স্নান তৌখরে। মমৈথংদা **'সেতুবন্ধ'** দা রামেশ্বরগী মনাক্তা থুংলবে মহাদেব দরশন তৌজরে। অদুদগী সমুদ্র মপান্দা চৎতুনা অৱা পোথারম্মী। মতম অদুমক্তদা অঙকপা থৌওং অমা মন্ত্রিনা উরম্মী। মদুদি সমুদ্র ঈরোননুংদগী উপাল অমা খঙহৌদনা হৌগৎলক্লম্মী। উপাল অদু সনানা মঊনি, মনিনা মনা ওই মপান্না রতন মতয়না মুত্তানি। উপাল অদুগী মথক্তা নিংথিজবা আসন অমদা নুপী মচা অমা ফমই। মশক মতৌদা মপা লৈতনা ফজৈ, ফজবদা মাগা চাংদম্নগদবা নুপী লৈত্রে। অদুগুম্বী নুপী অদুনা **'বীনাযন্ত্র'** অমা পাই, মচিন্দা শ্লোক ২ খক থিরকই। শ্লোক অদু থিবা লোয়রক্না

সমুদ্র নুংদা লুপথখ্রে থৌওং অদু মন্ত্রি অঙকপগা লোয়ননা নুংঙাইনা য়েংলম্মী। অদুদগী মন্ত্রি তীর্থ কয়া কোয়রুরগা ময়ুমদা হল্লক্লে। মন্ত্রি ময়ুম য়ৌরবদা, নিংথৌগী মনাক্তা চৎতুনা খুরুমজরুরে। নিংথৌসু মন্ত্রি উরবদা য়াম্না হরাওরে। অদুগা মন্ত্রিনা তীর্থ চৎলুবগী অৱা-নুংঙাই অমসুং অঙকপা, অকিবা ফজবা ৱারী পুম্নমক তম্মু তাগে হায়রক্লে। মদুদা মন্ত্রিনা অয়াম্বা ৱারী লীদুনা তাহল্লি। মমৈথংদা মহাক্না সেতুবন্ধদা রামেশ্বর খুরুম্বা চৎপদা সমুদ্রগী উপাল হৌরকপা, নুপীমচা অমনা শ্লোক থিরম্লগা অমুক লুপখিবা ৱারী অদু হেক শারুই। অদুগা হায়রকই শ্রীযুট ইবুংঙো অদুক ঙকপা থৌওং ননাই ঐ থেংনজরক্রে। ৱাদু হেক তাবদা নিংথৌ য়াম্নমক মফম অদুদা চৎনিংলে; অদুনা মন্ত্রিদা অমুক লৈবাক শিন্নরম্লগা সেতুবন্ধ রামেশ্বরগী মফম য়ৌননবা অহিং-নুংথিল লেপ্তুনা চৎখ্রে। মতম খরগী মতুংদা সেতুবন্ধ য়ৌরে। রামেশ্বর খুরুমলে, অদুগা সমুদ্র মপান্দা চৎতুনা ফমলুরে। মতম অদুমক্তদা মন্ত্রিনা হায়বগুম্নদুনা সমুদ্র মনুংদগী সনাগী উপাল অদু নুপীমচা অদুগা লোয়ননা ফাওগৎলক্লে। অদুগা মাগী বীনা অদু পায়দুনা শ্লোক ২ অদু থিরক্লে। ওস্তোকপনি ! নুপীমচা অদুগী মশক-মতৌ, মানা মোমোন নোকপদি নোংথাং কুপ্লগী মতৌগুমই, মীগী পুক্লিং শুক্ষৎপিনি। হেক উবদা মী অদু কামগী তেন্না মী অদুগী হৃদিদা হেক্তা থাই। মদু হেক উরুবদা নিংথৌ জ্ঞান মাঙখ্রে।

ঈশ্বরগী খুজিল অঙকপনি, খঙহৌদনা উপাল অদু নিংথৌনা লৈরিবা অদুগী মনাক্তা নক্না চংশিল্লক্লে। মদু উবদা নিংথৌ ৱাখল ইতৌ তৌবা নংদনা উপাল অদুদা কাখৎখ্রে। নিংথৌনা হেক কাবগা উপাল অদু ঈরোন্নুংদা লুপথখ্রে। অদুগা পাতাল লৈবাক য়ৌনা চংখ্রে। নুপী মচা অদনা মতৌ অসুম তৌনা হরাওনা নিংথৌবু পুদুনা চৎখ্রে। খরা চৎলগা সনামক্তনা শাবা কোনুং অমা য়ৌরে। কোনুং অদু মনি মুক্তাগী মঙান্না

নুমিৎ-থা থোক্লমই। লৈবাক অদু য়ৌরবা মতমদা নুপীমচা অদুনা নিংথৌ য়েংদুনা হায়জরকই।

'ঐগী নাক্তা লাকপিরিবা ইবুংঙো নহাকপু কনানো ? করি ৱাখল লৈবিদুনা ইনাক্তা লাকপীরিবনো ? মরম শেংনা হায়বিয়ু।"

নিংথৌ – 'ইবেম্মা ! ঐহাক সংসারগী মায়া সমুদ্রদা তাওরবা হরাও-তয়াম্বা পামজরবা নিপা অমনি। মদুদা নিংথিরবী নহাক্কী নশক অসি উরুবদা ঐহাক ঙাওরে। অদুবু হৌজিক ঈশ্বরগী কৃপানা য়ৌরক্লিবা অসিনি।

নুপী – 'ঐহাক খঙজবে, নহাক শোয়দনা লৈবাক্কী মপু নিংথৌ ওইরম্লগনি অদুনা হৌজিক মপুক্লিংগী অনিংবা পুম্বা তাকপিবা য়াগনি। অদুবু ৱা অমত্তদি হায়জগৌগে। মদুদি থা খুদিংগী থাশিরমদাই ১৪ নি পানবা নুমিৎ হেক লাকপা মতমদদি ঐগা ইবুংঙোগা উনবা য়াদ্রে।

ৱারম পুন্নমক অদু নিংথৌনা য়ারদুনা মখোয় অনি নুমিৎ অদুদা *গন্ধর্ব্ব বিবাহ তৌখরে। নিংথৌ কন্যা অনিমক অহিং অদু নুংঙাইনা লেল্লে। মতৌ অসুম তৌনা নুংঙাইনা মখোয়না লৈরকপসি নুমিৎ ১২ নি শুখ্রে। অদুগা থংনবা নুমিৎ অদুদি কৃষ্ণ চতুর্দ্দশী (থাশিরমদাই ১৪ নি পানবা) হায়বা নুমিৎ অদু থোক্লে। মরম অদুনা কন্যা অদুনা নিংথৌদা মখুৎ লোন্নদুনা নুমিৎ অদুমদি মনাক্তা লৈবিরনু, করিগুম্বা লৈবা থোক্লবদি অৱাবা নংবা য়াই হায়জরমই। অদুগা তৌগদৌরিবা অরোনবা থবক

* লুহোংবা (বিবাহ) মখল নিপাল শুইঃ– মদুদি –(১) ব্রহ্ম, (২) দৈব, (৩) আর্য, (৪) প্রজাপত্য, (৫) আসুর, (৬) গন্ধর্ব্ব, (৭) রাক্ষষ (৮) পৈশাচ।

অদুদি থক হায়দোকখিদ্রে। মরম অদুনা নিংথৌনা অরোনবা থবক অদু খঙনিংলদুনা থোঙজাওগী মরুমদা লোন্না লোৎতুনা লৈখ্রে।

মহৌশাদগী হৌনা কৃষ্ণা চতুর্দ্দশী নুমিৎ অসিদা রাক্ষষ অমা লাক্লগা নুপীমচা অদুবু ফারগা শান্নবা জাৎনি। অদুগুমদুনা নুমিৎ অদুসু রাক্ষষ অদু লাক্লে। মদু উবদা নুপীমচা অদু কিবনা কন্না লাউরম্মী। রাক্ষষ অদুনা নুপীমচা অদু ফারগা শান্নবা হৌরকই। থৌওং অদু অদু নিংথৌনা থোঙ মরুমদা লৈদুনা উরম্মী। মাগী নুপীনা অৱাবা নুংঙাইতবা মওং অদু উবদা মহাক মথৱাই নুংঙাইত্রে; অদুনা হিংচাবা অদু হাৎকে হায়না মখুত্তা খন্দুনা থাংশাং অমা পায়দুনা থুনমক চংখ্রে। অদুগা রাক্ষষ (হিংচাবা) অদুবু মীওইবদা হৌনদবা লমচৎ-চৎলি হায়দুনা চৈরগা থাংনা মঙক ককথৎলে। রাক্ষষ শিরে, মদু উবদা নুপীমচা অদু হরাওবনা লুত্তোন কাখ্রে। মরম অদুনা নিংথৌগী মখোং কোন্দুনা খুরুম্লগা হায়জবকই। ইবুংঙো! নহাক্না হিংচাবা অসি লায়না হাৎপিরে। নহাক্কুম্বা নিপাদি অনি শুগনি নিংজদ্রে। লিল খুদিংমক্তা মনি য়াওদে। বন পুন্নমক্তা চন্দন পাম্বী হেক্তা হৌবা নত্তে। মফম অয়াম্বদা শাধু হেক্তা লৈতে, শামু ময়ামক মুক্তা চেনবা ঙাক নত্তে; অদুগুম্না ইবুংঙো নহাক্না নুপা মরক্তগী অথোইবনি।"

নিংথৌ – 'ইবেম্মা! নহাক অশেংবা কনানো? পাতাল অসিদা নতোমতা লৈরিবা করিগীনো? কনাগী মচানো? অদুগা রাক্ষষনা ওৎ নৈরিবা অসিনা করিগীনো অচুম্বা তাকউ।"

নুপীমচা –'ঐ গন্ধর্ব্ব নিঙোন্নি, ইমিংনা সুন্দরী কৌই। ইপাগী মমিংনা চিতাধর কৌই। মদুদা ইপানা ঐবু অঙাং ওইরিঙৈদগী য়াম্না নুংশিনা চান্না তৌবি।

ইপানা চানবা মরমনা নুমিৎ খুদিংগী ঐগা লোয়ননা চাদ্রবদি, চাক খক চাদে। মদুদা নোংমদি ঐহাক চাক চাবা মতম ওইরবদা ইপাগী মনাক্তা চংলুদ্রে। ঐ য়াওদ্রবা অদুদা মহাকসু নিংবা কায়দুনা ঐবু ঙাইদুনা চাক অদু চাদ্রে; মদুদা মহাক খরা ৱানা ঐবু ঙাইরে। মতম অদুমক্তদা ঐসু পাবুংগী নাক্তা লাক্লে। ঐবু হেক উবা অদুদা শাওখিদুনা শাপ ওইনা চৈরকই।

'গন্ধর্বগী দেশ অসিদা নহাক লৈবা মতিক চাদ্রে। পাতাল লৈবাক্তা চৎলগা নথন্তা লৈরুরো। অদুগা থা খুদিংগী কৃষ্ণ পক্ষগী চতুর্দ্দশী হেক-হেক ওইরকপদা রাক্ষষ অমা লাক্লুনা নংবু ওৎলসনু' মসি ঐবু পোকপা পল্টৌনা চৈখিবনি, মদুদা ঐনা থৱাই য়াম্না ৱানা পল্টৌগী চরন্দা করি করম তৌরগা ঐগী শাপ অসি কোক্কদগে অশাওবা পুম্নমক নেমথবিদুনা শাপ কোক্লবিয়ু হঙ্গৎচৈ। মদুদা ইপানা অমুক তাকপিখি মদুদি হয়েং মতম অমদা ননাক্তা মীওইবগী অথোইবা নিংথৌ অমা লাক্কনি, মানা লাক্লগা হিংচাবা অদু থাংনা কক্তুনা হাৎলনি। নুমিৎ অদুদা নহাক্কী অৱাবা কোকচৌ হায়না।

ইপাগী ৱাহৈ অদু হৌজিক ইবুংঙোনা পাংথোকপীরে, নহাক্কী থৌজান্না ঐগী শাপ কোকখরে। অদুবু করিগুম্বা ৱা অমত্তং ইবুংঙোদা হঙ্গচ্চনিংই। মদুদি; মতম য়াম্না কুইরে ইপাগী চরন খুরুমজদবা, অদুনা মাগী চরন অমুক্তং খুরুমলুরগা ননাক্তা তন্না হঞ্জরক্কে হৌজিক মফম অসি থাদোক্লসি।

"নিংথিরবী ! নহাক্না হায়রিবা ৱাদু মতিক চাবা অমা ওইদ্রে। মরমদি নহাক অহানবদা ঐগী কোনুং য়ৌখিগদবনি। অদুগী মতুংদা নপাগী মনাক্তা অমুক চৎকদবনি।" নিংথৌগী ৱাদু নুপীমচা অদুনা য়ারদুনা মাগী

**‘আকর্ষনী বিদ্যা’** নিংশিংলক্কে। অঙকপনি মন্ত্রগী শক্তি মখোয় অনিমক খঙহৌদনা নিংথৌগী কোনুংদা য়ৌখরে। কোনুংগী মীশিং অদু নুপীমচা অদুগী মশক মতৌ অদু উবদা ময়ামগী পুক্নিং শুদ্ধৎখি। কনানা লাইগী মচানি হায়নৈ কনা অমনা গন্ধর্ব্বনি শোন্নে। কনা অমনসু মীনিদা ঙাংনৈ। কনা কনাগুম্বনা লিল নিংঙোল ওইরমগনি খন্নরম্মী। মতৌ অসুম তৌনা নিংথৌনা থুংলরবদা প্রজা পুম্নমক নুংঙাইনরে। নিংথৌসু ফজরবী নুপী অদু ফংলবদা, হরাওনা কোনুং মনুংদা অদুম লৈথোকখ্রে। মতম কুইনা রাজদরবারদা লেংথোক্লক্ত্রে।

মতম খরগী মতুংদা নুপীমচা অদু মপামদা চৎনিংলক্কে। অদুগা মবুংঙোদা মপাগী নাক্তা চৎনবা য়াথং নিরক্কে। নিংথৌনসু য়াবিরে, অদুগা নুপীমচা অদু মাগী আকর্ষনী মন্ত্র অদু নিংশিংবা থোকখিদ্রে, মরম অদুনা মহাক মপাম গন্ধর্ব্ব লোক্তা চৎপা ঙম্মখিদে। মন্ত্র অদু নিংশিংবা থোক্ত্রবদা মহাক মথৱাই য়াম্না ৱাখি। মওং অদু উবদা নিংথৌনা করি তৌরে হংখি।

নুপীমচা অদুনা মন্ত্র কাওখ্রে হায়রম্মী। ৱাদু তাবদা নিংথৌদি হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইখি। মরম অদুনা অমুক ইনৌ নৌনা য়াইফ মঙ্গোল তৌরম্মী। লৈবাক শিনবা থুংনা হরাও খোঞ্জেন্না নিন্নরম্মী।

ব্রাহ্মন-বৈষ্ণবতা সনা-লুপা ফিরোল কয়া দান তৌরম্মী। হরাও-কুম্মৈনা কোনুং-মনুং অদু থল্লম্মী। ময়াম্না হরাওনবা মতম অদুদা মন্ত্রি অদুদি মথন্তা তানা থিঞ্জদুনা শিখিরম্মী।

মন্ত্রি শিরে হায়বা পাও তাবদা নিংথৌ মথৱাই ৱানা কপখিরম্মী। মন্ত্রিগী মতিক মগুন অমদি মবুদ্ধি মরৌশিং খল্লুবদা থোইনা নিংঙমদবা পোকখি।

বেতান্না বিক্রমাদিত্যদা হংলকই – "মহারাজ ! অচুম্বা মরম তাকউ। মদুদি নুপীমচা অদুনা মাগী মন্ত্র নিংশিংবা করিগী থোক্রিবনো ? অদুগা মন্ত্রিনা মথন্ত শিজরিবনা করিগীনো ?"

বিক্রমাদিত্য – 'নুপীমচা অদু মতম কুইনা মীগী মরক্তা লৈরে মীগী চিঞ্জাক চাদুনা মীওইবগী ৱাখল ঙাক্তা খন্দুনা লৈরে; মদুনা মরম ওইদুনা লাইগী মন্ত্র অদু কাউখ্রিবনি। অদুনা মহাক মপাম চৎপা ঙমদ্রিবনি। অতোপ্পা অমনা নিংথিজরবী গন্ধর্ব্বী নিংঙোল অদু ফংবদগী নিংথৌ লৈবাক্কী ৱায়েন থৌদা তৌখিদ্রে। মতম খুদিং কোনুং মনুংদা লৈদুনা প্রজাগী অৱাবা খঙখিদ্রে। নোংমতা রাজদরবারদা থোক্লক্ত্রে। নুপীগী ৱাখন্দা তাউদুনা লৈথোকখ্রে। নিংথৌনা প্রজাগী অৱা-অনা উবিদবা, মশাগী নুংঙাইবনা প্রজাগী অৱাবা ওইহনবা মদু উবদগী মন্ত্রি হিংনিংদ্রদুনা শিজখিবনি।"

ৱাদু হেক তাবগা বেতাল পেনখ্রদুনা উথক্তা অমুক কাখ্রে।

মসিদা বেতালগী ১০ শুবা ৱাহং লোয়রে।

## তরামাথোইশুবা ৱাহং

নিংথৌসু উথক্তা অমুক কাদুনা বেতাল অদু ফারগা কুমথরক্লে। অদুগা সন্ন্যাসীগী মনাক্লোমদা পুদুনা চৎলক্লে। মদু উবদা বেতান্না হায়রকই –'মহারাজ ! নহাক্লা ঐবু হন্না-হন্না ফারিবা করিগীনো ? মদুক ফত্তবা সন্ন্যাসী অদুনা হায়বা ৱাবু নহাক্লা অফবা ওইরবোই নিংদুনা করিগী অপংবা মতৌ উৎলিবনো ? ঐ ৱাহং অমসু হায়গে তাও।

মমাংঙৈদা 'চুড়াপুর' কৌবা দেশতা চুড়ামনি কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। মহাক দান-ধর্ম্মদা কর্ণগা মান্নে। নাপন্দনা দূর্য্যোধনগুমই। লানগী মহৈদা ভীষ্মগা চাংদম্নে। অদুগুম্বা নিংথৌ অদুগী রাজ পুরোহিৎ অমা লৈ; মদুগী মচানিপা দেব স্বামী অমা লৈরম্মী। ব্রাহ্মন মচা অদু মহৈ শাস্ত্রদা অথোইবা পণ্ডিত অমা ওইরম্মী। অদুগা মরনসু কুবেরগুম্না লৈরম্মী। মশকসু কাম কৌবা লাইগা মান্ননা ফজে। অদুগুম্বা ব্রাহ্মন মচা অদুগী ফজখ্রবী নুপী অমা লুহোংলুরে। নুপীমচা অদুসু হায়নিংঙাই লৈতনা ফজে, য়েংবদা মী পুম্নমক্কী পুক্নিং খোইরাংহনবিনি।

ফজবদা মপা লৈত্রবা নিপা অমগা ফজখ্রবী নুপী অমগা লৈমিন্নবদা মখোয়গী নুংঙাইবা চাংদম খণ্ডদে। কবিগী কল্পনানা মখোয়গী নুংঙাইবগী চাং অদু য়ৌনা ইবা ঙম্বা শক্তি লৈত্রে, মখোয়গী নুংঙাইবনা অদুম মহেল্লবা জাৎনি।

মখোয় অনি অদু ঙহাক্তা থাদোক্নদে; থবক ইনখাং নোমদ্রে, নুমিৎ চুপ্পা নোক খেদুনা লৈবনা মখোয়গী মশিন্নি।

লাইগী খুজিল অণ্ডকপনি। নোংমা ওলাং থাগী অহিং অমদা নুপী অদুনা মপুরোইবদা হায়জখি। 'ঙসিদি য়াম্না ওলাং-ওনশাউখ্রে, ইমুংদা লৈবা ঙমদ্রে, হুমাংনা হকচাং অসি চোৎলে; অদুনা ঙাইহাক হকচিক লাংবা ওইনা দোলান মথক্তা তুম্লুরসি।"

মখোয় অনি হরাওনা মপাল থোকখ্রে। অহিং অদু নোংয়াই চবুক লোনখ্রে, পূর্ণিমাগী থাজনা মপুং ফানা ঙাল্লি; লিরি হুম্বা নামিবা নুংশিৎনা তত্তনা হুন্নক্লি। মদুদা মখোয় অনি নুংঙাইমনখ্রদুনা দোলান মথক অদুদা ঙহাক পোত্থাবদগী তুমথোকখ্রে।

থোইদোক্লা ফজখ্রবী নুপী অদুনা মফি মরোল য়াওদনা তুমদুনা লৈবা অদু শূলতরংদা লৈবা গন্ধর্ব্ব অমনা উরদুনা খঙহন্দনা লাক্কুনা ব্রাহ্মনী অদু লোন্না পুদুনা চৎখ্রে, থৌদোক অদু ব্রাহ্মন মৱা অদু করি অমত্তা খঙহৌদ্রে। মানা মিকপ থোরকপদদি, মনাক্তা নুপী অদু লৈরমদ্রে, মফিদি তাদুনা লৈবা উরম্মী।

মওং অদুদা ঙকখ্রদুনা ইমুং-মনুংদা চংদুনা কোয়থি থিরম্মী, মফম খঙদ্রে মহাক মথৱাই ৱারে। অদুদগী লৈকাই, খুল্লক, চীংমান অমসুং লৈকুৎ-লৈরাইদা থিরে অদুবু ফংদ্রে।

মফম কদাইদসু থিবা ফংদ্রবা অদুদদি ব্রাহ্মন মচা অদু ঙাওরে, ময়ুমদা অমুক লাক্লে, অদুসু অহাংবা ওইদুনা অদুম লৈবল্লবদা মহাক অৱাবা শকক অনি ওইখ্রে। মমৈথংদদি গতি লৈত্রদুনা কপ লাউদুনা লৈরে। মাগী অৱাবগী চাংদম খংদ্রে।

নুপী অদুনা মফম মথাং খঙদনা মাঙখ্রবদা ব্রাহ্মন মচা অদু তাইবংপান অসিদা মাগী পোৎনি হায়বা করি অমত্তা থমনিংদে। মহাক তীর্থ কোয়দুনা মপুন্সি লেল্লগে খনখ্রে। মশাদা ফিজেৎ লৈতেং পামদ্রে, অদুনা লম্বোইবগী ফিজেৎ শেত্তুনা দেশ দেশ চৎলক্লে। মানা অসুম চৎলকপদা নোংমা নুমিৎযুবা কান্দা য়াম্না অরাম থৌরাংনা মশা অদু চোকথরে, অদুনা **'পলাস'** কৌবা উ অদুগী মনানা দোনা অমা শারগা, কনাগুম্বা ব্রাহ্মন অমগী য়ুমদা অচা-অথক খরা ভিক্ষা নিরম্মী।

নুমিৎ য়ুংবা কান্দা অতিথী অমা লাকপা অদু উবদা, য়ুম্বু ব্রাহ্মনী অদুনা হরাওনা অচা-অথক খরা মাগী দোনা অদূদা হাপ্লম্মী। মদুদা ভিক্ষারী অদু হরাওনা পোৎ অদু চারম্মী। অরাম্বনা হেনখিদুনা খরসু

ফিংনা চারম্মী। চাবা অদু হেক লোয়রকপদা মহাক 'হু' চাবগী মতৌগুম ওইরক্লে। মওং অদু তৌরক্লবদা, ব্রাহ্মনী অদুগী মনাক্তা লাক্তুনা হায়রে। 'মতিক চাদবা ঐঙোন্দা হু পিজরিবদি করিগীনো ? ঐ শিবা তারে।'

ব্রাহ্মনী অদু ঙকখ্রদুনা ৱা অমত্তা খুমদনা লৈরম্মী। মতম অদুমক্তদা মরাইবক্লা তমখিবনা ব্রাহ্মন ভিক্ষারী অদু মথাই থাখ্রে। অঙকপা থৌওং অদু উবদা য়ুম্ন ব্রাহ্মন নিপা অদুনা শাউনা নিংবা কায়বগা লোয়ননা ব্রাহ্মনী অদুদা হায়খি।

'নুপী নংনা ফত্তবা থবক অসি করিগী তৌরিবনো ? অতিথিবু হু পিজবা হৌনব্রা ? নং ব্রাহ্মন হাৎপগী পাপ নশাদা লৈরে। অদুনা য়ুম অসিদা নহাক লৈবা মতিক চাদ্রে, মফম অসিদগী নং লাপ্পা চৎখ্রো।' মতৌ অসুম তৌনা ব্রাহ্মনী অদু তাম্থোকখ্রে।

বেতাল –'হায়য়ু য়েংশি মহারাজ ! অথুপ্পা মরম অদু; কনানা ভিক্ষারী ব্রাহ্মন হাৎপগী পাপ পুগনি।

বিক্রমাদিত্য – 'ভিক্ষারী অদু মাগী মপুন্সি লোয়দুনা শিজরবনি। কবিগুম্বা মানা দোনা শারিবা উনা অদুদা লিলগী হু তাহৌবা ওইরিনি। মদু মহাক্কী দোষ নত্তে; খঙদদুনা চারুবনি। অদুগা ব্রাহ্মনী অদুদি মথৱাই য়াওনা ভিক্ষা হাপচবনি। মঙোন্দা করিগুম্বা পাপ অমত্তা লৈরোই নিংই। মদুদা মরাল লৈজদবী ব্রাহ্মনী অদুবু তাম্থোকখিবা ব্রাহ্মন অদুনা পাপকী শরুক খরা ফংগনি।'

নিংথৌগী নিংথিবা পাওখুম অদু তাবদা বেতাল হরাওনা উথক্তা অমুক কাখ্রে।

মসিদা বেতালগী ১১ শুবা ৱাহং লোয়রে।

# তরানিথোইশুবা ৱাহং

বিক্রমাদিত্য নিংথৌসু অমুক হন্না উথক্তা কারগা অশিবগী মশক ওইরবা বেতাল অদু কারগা মখাদা কুমথরক্লে । অদুগা সন্ন্যাসিগী মনাক্লোমদা পুদুনা চৎলক্লে । মদু উবদা বেতান্না হায়রকই ।

'মহারাজ ! অতোপ্পা ৱাহং অমসু হায়গে তাও ! 'চন্দ্রপুর' কৌবা সহর অদুদা গুনাধিপ কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী । লৈবাক অদুদা ধর্ম্মরাজ কৌবা লল্লোনবা ইনাকখুনবা নিপা অমা লৈ । মহাক মরল লৈবদা নত্তনা ধর্ম্মসু য়াম্না লৈ । মাগী মচা নুপী মশক মতৌ ফজখ্রবী অমা লৈরম্মী । মশক মতৌ ফজবা অমদি লমচৎ ব্যবহার য়েংবদা মীনা থাগৎনৈ । অদুবু মহাক মাতক চাবা নিপা ফংদদুনা ময়ুম পান্দ্রি । কনা কনাগুম্বনা লৌগে হায়রবসু মানা পামদবনা খক য়াখিদে ।

মতম অদুদা লৈবাক অদুগী সহর মনুং অদু হুরানবগী অকিবা অমা পোক্লরম্মী । মদুগী মরমদা প্রজাশিংনা নিংথৌদা কয়া ৱাকৎলম্মী । মরমদি হুবানবা অদুনা ওৎ-নৈবদা প্রজা পুন্নমক খাঙবা ঙম্লদ্রে; মদু নিংথৌনা থিংবিদ্রবদি মখোয় লৈবাক অদুদা লৈজররোই হায়জরম্মী । হুরানবা অদুনা মরক-মরক্তা প্রজাগী মরল-মথুম কুবা অদুদা মীয়াম পুন্নমক অদু হুরানবগী মিপাইনরম্মী । প্রজাশিংগী মৱা অদু তাবদা নিংথৌ শাওবনা মৈ থোক্লে । নিংথৌনা ফম্নাইবশিং অমসুং মনাই মশলশিংবু পুলিশ কৌদুনা থিনা চৈ-থাংখি ।

নিংথৌগী অশাওবা অদু উবদা মনাইশিং অদু কিবনা হুবানবা থিংনবা তৌজরগে, মখোয়গী মরাল ঙাকপীয়ু হায়জরে । অদুদগী মনাইশিং অদু সহর মনুংদা, খুল্লক্তা চত্তুনা হুরানবা থিবা হৌরক্লে । তৌইগুম্বসুং

মচানুপীগী ৱা তাবদা মপা অদু ঙকখ্রে। মরম অদুনা মচা নুপীদা মতিক চাদবা ৱানি হায়গনু হায়না খামজে। মরমদি নিংথৌনা হুরানবা অদুবু করিগুম্বদসু থাদোকপিয়ু য়ারোই হায়বসি খঙই। করিগীনো হায়বদা হুরানবা অদুনা লৈবাক প্রজাবু য়াম্না ওৎ-নৈখ্রে। অদুগীসু মথক্তা নিংথৌগী লাম্মী কয়াবুসু মাবু ফানবা হোৎনবদা মথৱাই থাখ্রে; মরম অদুনা করিগীদমক নপুরোইবা ওইগে খল্লুরিবনো হায়রুবদা ইকাইনিংঙাইনি হায়না য়াখিদ্রে।

মচানুপী –'ইপা ইবুংঙো' নহাক্লা নিপা অসিবু পুবিরক্লুবদি নচাদি শোয়দনা শিরগনি ঐ হিংবগী আশা লৈত্রে।

মপা অদু ঙর্মখৈ খঙদনা ৱাখ্রে, অদুবু মচাগী মরাইবক য়েংবিগে খন্দুনা নিংথৌগী মনাক্তা থুনা চৎখিদুনা ৱারম অদু হঙ্গৎলুরে।

অদুগা অমুকসু হায়জরকই, করিগুম্বা শ্রীযুটনা য়াবিরবদি সনাচরন্দা সনা মুহোর লাক্ক অমা নিপা অসিগী মমল ওইনা কচ্চগনি' হায়রম্মী। ৱাদু হেক তাবদা হুরানবা নিপা অদু হৌনা ফাক ফাক হেক নোক্লম্মী। অদুদগী ঙাইহাক লৈরগা অমুক হিক হিক কপথোকখ্রে।

নিংথৌনা হায়খি –'মহাজন ! নহাক্লা করিগুম্বা অপাম্বা পোৎ অমা ঐঙোন্দা নিবদা য়াদবা লৈরোই; অদুবু হন্দক্কী হুরানবা নিপা অসি থাদোকপা য়াদ্রে।' ৱাদু হায়রল্লগা থুনমক হুরানবা অদু তানা থিন্দুনা হাৎখ্রে। হুরানবা শিরে; পাও অসি নুপীমচা অদুনা তারদুনা মপাদা হায়জখি।

'পাবুং নচাগী লাইবক্তা ঈশ্বরনা অসুম থোকউ তমথ্রমাল্লে। ঐগী পুক্লিংনা হুরানবা নিপা অদুবু ইপুরোইবা ওইগে খঞ্জখ্রে। অদুনা ধর্ম্মগী

মরমদা য়েংলুবদা হুরানবা নিপা অদু ঐগীদি ইপুরোইবা ওইরবনি মরম অদুনা মহাক শিরবদি ঐসু মাগা লোয়ননা চৎখিবা (শিখিব) তারবনি। ঐবু থিংবা কনাগীসু মথৌ নত্রে' হৌজিক ঐগী থৌরাং লোইজরে।' মপা অদু ৱাখিবনা থৌরি চরম ফুনখ্রে, ৱাঙাংবা থোকখিদ্রে। অদুবু মচাগী নিংলিবা অদু থিংবা য়াররোই খঙলদুনা অপাম্বা তৌরো হায়রে মপা মচাগী ৱাফম অসি লৈবাক্কী মী পুন্নমক তানদুনা কুম্মে য়েংগদবগী লাক্লদুনা তিল্লরে।

মতম অদুদা হুরানবা নিপা অদুসু তাদগী লৌথোক্লগা সংস্কার (পোৎলোইবা) তৌনবা পুখ্রে। মপুরোইবা শিরগা মাগী নুপীসু লোইননা পোৎলোইবা অসি মখোয় লৈবাক্কী চৎনবী নিয়মনি। শ্মশান মফম অদুদা পোৎলোইনবা শীং শেমদুনা হুরানবা অদু মৈ থাবা হৌরক্লে। মতম অদুদা নুপীমচা অদু লাক্লুনা পোৎলোইবগী শেল্লিবা চিতা অদু ৭ লক হন্না কোইরগা, মৈনুং অদুদা চোংশিন্দুনা শিগদবগী থৌরাং তৌরক্লে।

মতম অদুমক্তদা ইথং হেক খংহৌদনা লাইগী য়াথং অমা লাউরক্লে। নুপীমচা! নহাক শিবা য়াদ্রি নংদি ধর্ম্ম লৈবী নপুরোইবা নীংবী মহাসতীনি। মরম অদুনা নংগী পুনাগী মতেংনা নপুরোইবনি খল্লিবা অদুগী মথৱাই হিংলগনি। মদুগী মরম তাক্কে হৌজিকমক তৌ। মোংফম অদুগী মনাক্তা লৈরিবা ভদ্রকালীগী মন্দির অদুদগী দেবীগী চরনামৃত খর থুনা লৌরু চৎলু। মদু অশিবা হকচাং অদুদা খিকপীয়ু, শোয়দনা নবুংঙো অদু হিংগৎলক্কনি। লাইগী য়াথং তাবদা নুপীমচা অদু শিগে তৌরম্বদগী হরাওনা দেবীগী মনাক্তা চেনখ্রে; অদুগা দেবীগী চরনামৃত লৌরুরে। অদুগা থুনা অশিবা হকচাং অদুদা খিক্লবে। দেবীগী কৃপা ফংবদা হুরানবা নিপা অদু অমুক হন্না হিংদুনা হৌগৎলক্লে। মদু উবদা নুপী মচা অদুসু হরাওরে অদুগা নিপা অদু ময়ুমদা পুদুনা চৎখ্রে।

নিংথৌ —'লৈবাক প্রজা পুম্নমক, হৌজিক হুরানবা ফারগনি নুংশা থিরুবনু ।' ৱাদু হায়রম্লগা অকন অথৌশিংদা লৈবাক্কী খোংমী লাম্মী খোমগৎনবা হুকুম তৌরে । অঙম্নশিংনসু লাম্মী অমসুং শগোল শামু পুদুনা, হুরানবা লৈবা বন অদুদা লাক্কুনা থুংলরে । জঙ্গোল অদুগী ময়াইমক্তুদা শুরুংগী থোঙ অমা লৈবা অদু ময়ামদা তাক্কুনা খঙহল্লে; অদুগা মদু য়ানখাইয়ু মনুংদা অঙকপা কয়া লৈরমগনি হায়রে । মদু উবদা মীয়াম পুম্নমক ঙক্লখি ।

মীয়াম পুম্নমক সুরুং অদুগী থোঙ অদু ককথত্তুনা মনুংদা চঙলক্লে । খরা চৎলবা মতুংদা হুরানবগী লৈফম অদু য়ৌরে মফম অদু লাইগী লৈবাক্কুম ফজৈ । মীয়াম লাকপগী মনিল অদু তাবদা হুরানবা নিপা অদু শাওথ্রদুনা মখুত্তা থাংশাং অমা পায়রগা যমগী দুতনা অশিবা লৌবা লাকপগুম চেপ্পোরক্লে । মমিৎ অনি অদু উরু-উরু লৈনা য়েংই, মখা ক্রুক-ক্রুক চিক্কুনা মখোঙনা লৈপাক্তা থীন্দুনা চেপ্পোরকই । মতৌ অদু উরকপদা মাং থাদুনা লম্বী শেম্লম্বা কাংবু অদু মখুত্তগী য়োৎনচিংবা খুৎলাই হুন্দোক্লমদুনা চেম্নরক্লে মওং অদু উবদা নিংথৌনা লাওরকই ।' 'লৈবাক মচাশা ! হুরানবা হায়বা নিপা অদু থোরকিলবা নিপা অদুনি । মহাকপু ময়াম চঙদুনা ফাও ।'

হুরানবা – 'নখোয় ময়াম নথ্বাই মাঙনিংদ্রবদি চেনখ্রো, নত্রগা শিনিংলগা ঐগী নাক্তা লাউ ।' অসুম তৌনা নিংথৌ অমসুং হুরানবা মখোয় অনি লাউনরকই।

তাঞ্জা অসিদা নিংথৌগী সেনাপতি অদুনা হুরানবা নিপা অদু ফাগে হায়দুনা চেনশিনখি । হুরানবা অমসুং সেনাপতি মখোয় অনি কোম্নদুনা নম্নরকই । হুরানবনা কনবা হেন্দুনা খোঙপাক্লা কাউবদা সেনাপতি থরো

থারো ওন্না তাই। হুরানবা নিপা অদুগী মপাঙ্গল-মথৌনা অঙকপনি, মীয়ামনি হায়দুনা মশাদা অকিবা লৈতে। মহাক মথন্তনা নিংথৌগী লাম্নী শগোল শামু কয়া কয়া থাংনা কক্কুনা হাৎলম্মী। মওং অদু থাইনা পাণ্ডপকী আর্জ্জুন্না নিংথৌ লক্ষা অমগা লান থেংনবগুমই। শা লান্দা য়াম্না হৈশিংবা নিপা অমা ওইরম্মী।

মওং অদু উরবদা নিংথৌ অমদি অঙম অথৌ ময়াম খন্নদুনা কৌরোপকী তেঙ্গোল ময়াম চঙদুনা অভিমৈন্যু হাৎপগুম অমুক্কদা নিপা ১০০ (চামা) পুল্লপ চংদুনা হুরানবা নিপা অদু ফারে। ময়াম চংদুনা থৌরিনা মখোং মখুৎ পুনশিল্লে হুরানবা গতি লৈত্রে।

হুরানবা অদু ফারবদা নিংথৌ হরাওনা জয়ধ্বনি লাওদুনা কোনুংদা হল্লক্লে। কোনুং য়ৌরগা মন্ত্রিদা হুরানবা নিপা অদু তানা লেংদুনা হাৎনবা হুকুম পিথোক্লে। নিংথৌগী হুকুম ফংলবদা মন্ত্রিনা মীহাৎপুংদা পুথোক্লে। পাও অসি তাবদা লৈবাক্কী মীয়াম পুম্নমক হুরানবা হাৎপা য়েংবা লাক্লম্মী। মতম অসিমক্তদা ইনাকখুনবগী মচা নুপী অদুসু দলান মথক্তা কুম্মে অদু য়েংগে হায়দুনা লৈরম্মী। হুরানবা অদু লম্বীদা পুরকপদা ইনাক খুন্নগী মচানুপী অসিগা হেক মিৎচান্নরুরে। হুরানবা অদু হেক উরুবা অদুদা নুপীমচা অদুনা মাগী মতিক চাব বর নিপাদি মহাক্তনি হায়না হেক খনখ্রে। মরম অদুনা হুরানবা নিপা অদু মপুরোইবা ওইরগে খল্লদুনা, মপাগী মনাক্তা থুনমক চৎখিদুনা হায়জরুরে।

ইপা ইবুংঙো নমোমগী মতিক চাবা বর নিপাদি হন্দক নিংথৌনা ফাদুনা হাৎকনি হায়না পুরক্লিবা নিপা অসিতনি। ঐহাক মঙোন্দা লুহোংদুনা লৈগে খঞ্জখ্রে। মরম অদুনা নিংথৌগী মনাক্তা চৎপীদুনা সনা, লুপা মতিক চানা পিরগা হুরানবা অসিবু থাদোকতনবিয়ু অদুগা মাবু পুবিরকউ।

মখোয় কনা অমত্তনা হুরানবা অদু ফাবা ঙমখিদে। মরম অদুনা কোনুংদা মখোয় হল্লক্কুনা নিংথৌদা হুরানবা থিবা ফংদ্রে হঙ্ৎলৈ।

মদু তাবদা নিংথৌনা মখোয়বু মতিক চাদবা ফম্লাইবনি হায়না অমুকসু থিনা চৈরে, অদুগা মহাক (নিংথৌ) মশামক্লা হুরানবা অদু ফাগনি হায়না লাওথোক্লে।

নোংমা শুক্লাগী নিপাল্লি পানবা থানা তাপ্রবা, অহিং অদু তচ্থাই চল্লবা মতম অদুদা নিংথৌ মতোমতা সহরগী ময়াইদা চৎথোক্লম্মী। অদুগা হুরানবগী মওং খঙননবা অশুকপা মফম অমদা তুমিন্না লোত্তুনা লৈখিরম্মী।

ঙাইহাক লৈরবা মতুংদা মফম অদুদা মশা-মউ য়াম্না ফববা নিপা অমা মথন্তা লাক্লম্মী। মদু উবদা নিংথৌ ৱাখল তৌই।

'মসি কনা ওইরিগদগে !' অসুম্না খল্লিঙৈদা নিপা অদু মনাক য়ৌরক্লে মতম অদুদা নিংথৌনা হংখি।

'অথেংবা অহিংদা নথন্তা লাক্লিবা নহাক কনানো ?' মফম কদাইদা চৎলিবনো মরম তাকউ।

লাক্লিবা নিপা —'ঐবুদি হুরানবনি, মীগী পোৎ হুবা চৎলিবনি হংলক্লিবা নহাকপু কনানো হায়য়ু ?'

নিংথৌ —'ঐহাক লৈবাক অসিগী নিংথৌনি। অদুদা হুরানবগী থবক অসি তমনিংদুনা লৈরল্লিবনি। মদুদা ইথন্ত ইপাং লৈতদুনা লৈরিবনি। তৌজিক্তি নহাক লাক্লবনিনা য়াম্না ফরে ঐখোয় অনি পুন্না হুরানবা চৎমিন্নসি' হুরানবা নিপা অদুসু য়ারদুনা মখোয় অনি সহর মনুং অদুদা

হুরানবা চঙখ্রে। খরা চৎলগা ইনাক খুনবা দুকান্দার অমগী য়ুমদা চঙখ্রে। ইমুং অদুদা লৈরম্বা সনা, লুপা মখৈ হুদুনা পুথোক্লক্লে অদুগা মখোয় অনি থুনা সহরগী ৱাংমদা চৎখ্রে। খর চৎলগা জঙ্গোল অমদা চঙলক্লে। জঙ্গোল অদুগী ময়াইমক্তদা সুরুংগী থোঙ অমা লৈরম্লে।

থোঙ অদুদা হুরানবা নিপা অদুনা নিংথৌবু পুদুনা চঙখ্রে। মদু খরা চংলগা অঙকপা ফংনা ফজখ্রবা কোনুং অমা লৈরম্লে। নিংথৌনা মদু পতাল লৈবাক ওইরবোই খল্লি। ফুরা-দলান্না পিক থল্লি, মফম মফম খুদিংদা মনিগী থাউমৈ থাল্লম্মী। মদু য়ৌরবদা নিপা অদুনা নিংথৌবু কোনুং অদুদী মপান্দা থনম্লগা মহাক্লা হুরানপোৎ অদু পুদুনা মনুংদা চঙখ্রে। নিংথৌ মথম্তা ৱাখল তৌদুনা লৈহৌই।

ঙাইহাক্তং লৈরগা হুরানবগী মনাই নিপা অমখক থবক অমগী মপান্দা থোরকই। মানা নিংথৌবু উরদুনা মপুক্লিংদা, নুংঙাইতবা অমা পোক্লদুনা মনাক্তা লাক্লগা হায়রে। 'মহারাজ ! নহাক হুরানবগী জাগা অসিদা লাক্লিবদি করিগীনো ? হৌজিক হুরানবা অদু থোরক্লগা মহারাজবু শোয়দনা হাৎলরগনি।'

নিংথৌ মিপাইরে অদুনা নিপা অদুদা মানা চেনখিনবা লম্বী খরা তাকপীয়ু হায়জরে। মিনাই অদুনা অরোনবা লম্বী অমা নিংথৌদা তাক্লে। লম্বী অদুগী মতুং ইন্না লাকপনা নিংথৌ কোনুংদা থুংখরে। অহিং অদু নোংঙাল্লে; রাজদরবারদা মীয়াম তিল্লরে। মতম অদুদা, ঙরাংগী মপোৎ হুখিবা দুকান্দার অদু লাক্তুনা নিংথৌদা ৱাকৎলরে, অদুগা হুরানবশিংবু লাকশিনবিবা ঙম্বীদ্রবদি, মহাক (দুকান্দার) লৈবাক অদুদা লৈজররোই হঙ্গৎলৈ।

বেতালনা বিক্রমাদিত্যদা হংলকই —'মহারাজ ! হুরানবা নিপা অদুনা নুপীমচা অদুগী মপানা সনা মুহোর লাক্ষ অমা পিজগে, মাবু থাদোকপীয়ু হায়না নিংথৌদা হায়বা তারগা, মানা নোকখ্রিবদুগী মরম করিনো ? অদুগা অমুক কপ্লিবা অদু পুন্নমক ঐ ভাব তাদ্রে। মদুগী মরম খঙলবদি নহাক হায়য়ু।'

বিক্রমাদিত্য —'হুরানবনা নোকপা অদুদি হরাও মিনোক নত্তে অঙকপা মিনোক্লি। অদুগা মানা অমুক কপ্পগী মরমদি মাবু থাদোক্লবগী সনা মুহোব লাক্ষ অমা নিংথৌদা কচ্চগে হায়বা অদুদা মানা থনখি, হুরানবা ওইবা মাগী মতেং পাংবিনিংঙাই লৈত্রবদুদা, মশক মশাসু খঙনদবা নিপা অমনা মাবু থৌজানবীবগী ৱাদু তাবদা মপুক্লিং নুংশিদুনা কপ্লনি। মরমদি ফত্তবা মীবু কন্নবগীদমক সনা, লুপা তিংগে হায়বা অসি নহাক ঙক্লা থোকখি।

ৱাদু হেক তাবগা শিংশাপা মথক্তা অমুর্ক কাখ্রে।

মতাং অসিদা বেতালগী ১২ শুবা ৱাহং লোয়রে।

## তরাহুমদোইশুবা ৱাহং

বেতালগী ১২ শুবা ৱাহংগী পাওখুম বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা পিরবদা বেতাল অমুক হন্না শিংশাপা উথক্তা কাখিরম্মী। মদু উরবদা নিংথৌ বিক্রমাদিত্যসু থিন্দনা উথক অদুদা কারগা বেতালবু ফারুরে। অদুগা অশিবগী মশক ওইরবা হকচাং অদু পুরগা হরাওনা সন্ন্যাসিগী মনাক তান্না চৎলক্লে। মদু উরবদা বেতালনা হায়খি। 'অশিবগী হকচাং অসি নিংথৌ নহাক্লা হন্না হন্না পুদুনা চৎলিবসি করি কান্নগদৌরিবনো। থাদোকউ ঐবু ফাগনু নত্রগা ৱাহং অমসু হংগে তাও।

কুসুমবতী দেশকী নিংথৌগী মমিং তারম্লগনি; মাগী মচা নুপী চন্দ্রপ্রাভা কৌবী শকহেনবী অমা লৈ। মহাক মশক মতৌ য়াম্না ফজবী রাজকুমাৰীনি, অদুবু মথোং কারকপা মতমদা পুম্সিগী খোংলোই ফংদবগী মথৱায় নুংঙাইরমদে। নোংমাদি রাজকন্যা অসি মমান্নবীশিংগা লোয়ননা লৈকোন্দা কোয়রম্মী। মতম অদুসু বসন্তগী লম য়ৌবা তাঞ্জানি; মায়গৈ ৪ দগী নামিবা মলয়ানা তপ্না তপ্না হৈনম লৈনম পুদুনা লিরি লিরি শিংলকই। অয়াম্বা লৈবাংনা ফুগায়না লৈকা ফম্না শাংলি, মদুগী মনম্না মীওইবশিংগী প্ৰাক্লিং, ঈথক ঈপোম অমা হৌহল্লি।

অদুগুম্না বসন্তগী ঈথক ঈপোম অদুগী মরক্তা মশক হেনবা ব্ৰাহ্মন পাখং অমসু বনগী লৈরাং ফজবাশিং হেক্কে হায়বগী মফম অদুদা লাক্লম্মী।

ব্ৰাহ্মন পাখং অদুগী চেংলৌ হেনমনবা অউবদা নুজাশিংগা মপুক্লিং শুক্নাৎনবগী শক্তম অদু রাজকন্যা অদুনা উরম্মী। রাজ কন্যা অদুসু মপা লৈতনা ফজবা শক্লি, হায়বিবা মখোয় অনি অসি হেক উনবদা, অমনা অমগী মপুক্লিং তেক্তা হুনখ্রে। অনিমক ৱাদি অমত্তা শক ঙাংনখিদে। অদুবু থম্মোয় অনি অদুদি অমনা অমদা য়োৎচাবীদা যোংনা নপশিনবগুম নপনাখিরম্মী। রাজকন্যা অদু মথৱায ঈনুং নুংঙাইতনা ময়ুম হনখিরম্মী। ব্ৰাহ্মন পাখং অদুদি অপাম নুংশি মৈনা হেনমনখিদুনা মীওইবগী লৌশিং পুম্বা মাঙখ্রে, অদুনা জ্ঞান য়াওদনা অশিবদৌনা লৈমায় থক্তা ৱাম্থদুনা তাখ্রে। নুমিৎ ময়ুম চংখ্রে, অমম্না অহিং লাক্লে অদু ফাওবা পাখং অদুদি জ্ঞান লাক্তনা অদুম তাদুনা লৈরে।

মতম অদুদা গন্ধৰ্ব্ব অথোইবা শসী মৌলিদেব কৌবা অনিখক মফম অদুদা লাক্লম্মী। লৈবাংশিংগী গন্ধ (মনম) অদুনা গন্ধৰ্ব্ব অনি অদু মতু চুংলম্মী, মথন্তবু মশানা কাওথোকচরদুনা লৈকোল অদুদা মনিং তৌনা

অদুম কোয়রক্লম্মী। মখোয়না অসুম লাকপদা ব্রাহ্মন মচা অদুনা লৈমায়দা তুম্বগী মওং ওইনা লৈবা অদু থেংনরদুনা মাবু হৌগৎলো হায়না হৌদোকপীরম্মী। মদুদা ব্রাহ্মন মচা অদুনা মচেৎ মচেৎ ওইবা মেংলবা ৱাহৈনা হায়জখি।

'ঐহাক থৱায় থারগে হিংদুনা লৈবগী থোইনা কান্নদ্রে শিনিংলে ব্রাহ্মনগী ৱা অদু তাবদা গন্ধর্ব্বশিং অঙকপগা লোয়ননা হংখিরম্মী মরম করি লৈদুনা নংনা শিনিংলিবনো ? ব্রাহ্মন —'নিংথৌগী মমোল্লোই অমা বনা অসিদা লাক্লম্মী। মাগী ফজবা শক, নিংথিবা মওং ঐনা করি অমুক হায়সিগে। তমফম খঙদ্রে, মাগী মশক অদু উরুবদগী ঐগী দেহে অসি কামগী পঙ্গ শ্বরনা পান্দুনা খাঙবা ঙমখিদ্রে, স্বর ফুনগৎলক্লে, থৱায় থাখিগদৌরে। হৌজিক করি উপায় তৌরগা, কদায়দা চৎলগা মাবু ফংবা ঙমগদগে ? নখোয় খর তাকপীয়ু।

ৱা অদু তাবদা গন্ধর্ব্ব অনিনা হায়খি —'ব্রাহ্মন ওইবা নহাক্লা কনাগুম্বী নুজা অমা হেক উরগা পঙথবা হৌনদে, মদু ব্রাহ্মনগী মথৌ নত্তে, নয়ুমদুম চংলো লাইনিংবনা ব্রাহ্মনগী নথৌান, ফত্তবা লমচৎ করি অদুক পাল্লুরি। ব্রাহ্মন—নখোয়না ঐবু করিগীদমক অদুক নুংশি হৈতবা ৱাহৈনা চৈরিবনো ? হকচাং অসিদি নুংশি মৈচাক্লা কাথেক্লে। ঐগী পাঙ্গল লৈরক্ত্রে। মদুদা ধর্ম্ম অধর্ম্মগী জ্ঞান যাওদ্রে।

নীওইনা পোক্লগা ফজবা নুপীগা লোয়নবা ঙমদ্রবদি নিপা অদুগী পুন্সি অদু নুংঙাইবা মশক খংদ্রে হায়বা য়ারবনি। অতৈ করি অমুক হায়খিগনি। রাজ কন্যা অদুবু ফংলবদি ঐগী পূক্লিং পেনবা ওইগনি, নত্রবদি ইথৱায় অসি মাঙবা শোয়দ্রবনি, মরুপশা ! ব্রাহ্মন মচা অদুগী অৱাবা মওং অদু উরবদা মৌলিদেবনা হায়খি। 'নহাক শোয়দনা রাজ

কন্যা অদু ফংহনবীগনি' । অদু হায়রগা গুলি অমা পুথোক্লক্লে । মদু ব্রাহ্মন মচাগী ময়াদা উমহল্লে । মদু উম্বদা খঙহৌদনা চহি ১২ রোমগী নুজা অমা ওনখ্রে । মৌলিদেবসু গুলি অমা মচিন্দা উমখ্রে, মদুদদি মাসু ব্রাহ্মন অহল অমা ওইখ্রে । অদুগী মতুংদা হৌজিক্তা ওইখ্রিবা নুজা অদু পুরদুনা নিংথৌগী মনাক কোনূংদা চৎখরে । থিন্দনা নিংথৌগী শঙ্গাই য়ৌখ্রে । মতিক মগুন লৈরবা ব্রাহ্মন লাকপা উরবদা নিংথৌ অদুনা চেং থোইদিং পুথোক্তুনা হৌনবী পুজা কৎলে, অদুগা ব্রাহ্মন নুজা লৈশাবী অমগা লোয়নননা লাকপগী মরম হংখিরম্মী । ব্রাহ্মন্না হায়খি — মহারাজ ! ঐহাক ব্রাহ্মনী অদুগা ইপারী অমগা য়ুমদা থনম্লগা মখা থংবা দেশ অসিগী নুজা লৈশাবী অসি ইমৌ ওইগে হায়জদুনা লৌজরুবনি । ইমৌ অসি পুদুনা ইয়ুমদা লাকপা কান্দা, ঐনা য়ুম য়ৌবদদি মখোয় কনা অমত্তা য়ুমদা লৈরমদ্রে । ঐনা য়ুম থাদোক্তুনা চৎখ্রিঙৈদা দেশ অসিদা করি থৌদোক থোকখিবা ঐ করি অমত্তা খঙদ্রে ।

মী পুম্নমক মরল মথুন পুদুনা লোয়না চেন্নাখিরল্লে । অদুনা লৈকাই খুঙ্গং অদু অহাংবা মফম অমা ওইরল্লে । মরম অদুনা ইমৌ অসি কন্যাগী ময়ুমদা থমগদগে, হংদ্রদুনা, মহারাজ নাক্তা খর থমজরমগে, মরম্দি নিংথৌদি ধর্ম্ম খঙবা পুন্য চেনবনি খঞ্জদুনা লাকচবনি । ঐদি ইচা অমসুং নুপী মমা-মচাগী খোঙ্গুল লিজর্কখিগে, মখোয়বু ফংলবা কান্দা ইমৌ অসি অমুক লৌজরগে । ব্রাহ্মনগী অৱাবা মতৌ অদু উবদা নিংথৌনা হরাও হরাও কোনুংদা চেকশিন্না থম্বীগনি হায়না য়াবিরে । খুদক অদুমক্তদা মচানুপী কৌথোক্তুনা ব্রাহ্মনগী মমৌ নুপী অদু মাগী মনাক্তা লৈমিন্নৌ হায়না শিন্নখ্রে । ব্রাহ্মন অহল অদুসু নিংথৌদগী বিদায় লৌরগা হরাওনা চৎখ্রে । ব্রাহ্মনগী মমৌ নুপী রাজকন্যাগী নাক্তা নুংঙাইনা লৈরে । অফবা খেনফম অমদা রাজকন্যা অমসুং ব্রাহ্মনগী মমৌ অনি অসি চান্নরা

তিন্নখরে। শামান লেঙমান্নবী ওইবনা মখোয় মতা অনি পুল্লপ চার্মিন্নে অমসুং হিপর্মিন্নে। মতম অদুদা ব্রাহ্মনগী মমৌ অদুনা হংখি। রাজকুমারি ! নহাক্কা অসুক নয়াং কংলিবা করিগীনো ? রাজ কন্যানা খুমখি – ঐনা য়াং কংলিবগী মরম খঙনিংব্রা ? মদু ঐ হায়গে।

নোংমা ঐনা বন্দা লৈ হেকপা চৎলম্মী। মতম অদুদা মশক মতৌ ফজখ্রবা ব্রাহ্মন মচা পাখং অমা উখি। মাবু উরুবদগী ঐগী থম্মোয় অসি মাগী ৱাখল খল্লুবদা নুংশিবা কৌবা থোৎনা মেঙলবা তীল অদুনা চিকখিদুনা হকচাংগী জ্ঞান পুন্নমক চুপথোকখ্রে, মরম অদুনা চায় হাওতে, তুমই নুংঙাইতে ইতা ! অদুবু সমাজগী চৎনবী ইকায়বা হায়বা লাঙ অদুনা থৎখিদুনা কনাদসু হায়দোকচবা ঙমখিদে। ঐগী ৱাখলদা মাবু অমুক ফংনবা উপায় লৈত্রে। নুমিৎ অদুদগী ঐগী নিংবা কায়বা হাযবা অদু ওইদুনা নুংশি মৈশা লাংনা য়ুমদা হল্লকপদগী ঙসি ফাওবা মাগী নুংশি মৈচাক অসে মুথৎপা ঙমখিদ্রে অদুননি ঐনা য়াং কংলিবা অসি। মসি ইতা নঙোন্দা ঙসি হায়জরিবা অসিনি। থম্মোয়দা অৱা মৈচাক ফুম্না অসিদি য়াম্নমক ৱাথ্রবা জাৎনি, থাঙ্গৈশেংনা ঐ খঙজবে। ব্রাহ্মনগী মমৌ অদুনা রাজকন্যাগী মপুক্লিংগী ৱা খঙলবদা হায়রকই – ইতা ! নহাক্কা হায়রিবা ব্রাহ্মন মচা পাখং অদুনা ঐনা হৌজিকমক পুরক্কুনা পিরবদি নহাক ঐঙোন্দা করি মনা পিগনি ? ঐ শোয়দনা পুরকপা ঙমগনি।' রাজকন্যা অমুক হায়রকই – নহাক্কা ঐবু অমুক শরুক অনি হেন্না ৱাহল্লে, করম তৌরগা মাবু মফম অসিদা পুরক্কদৌরিবা ? অদুগা অমনা নঙনা মাবু করম্না মশক খঙলুরিবনো ?'

ব্রাহ্মনগী মমৌনা নোক্না হায়রকই – ঐগী শক্তি অমা লৈ, থাজদ্রগা য়েংউ হৌজিক মাবু পুবিরক্লগে।' ৱাদু তারবদা রাজকন্যানা হায়খি –

ব্রাহ্মনগী মচা অদুবু হৌজিকমক ইনাক্তা পুরকপা ঙম্লবদি পুন্সি চুপ্পা ননাই ওইদুনা ইতা নংনা হায়বা পুম্না য়াগে, ঈশ্বরনা শাক্ষি। মখোয় অনিগী ঙাংনবা ৱাদু হেক লোয়রবদা ব্রাহ্মনগী মমৌ অদুনা মচিন্দা উল্লিবা গুলি অদু ওথোরক্লে। গুলি অদু ওথোকপগা ব্রাহ্মনগী মমৌ ওইরম্বা অদু খঙহৌদনা মাগী হান্নগী ব্রাহ্মন পাখং অদু অমুক ওনখ্রে। মশক মতৌনা **'কাম'** কৌবা লাই অদুগুম্না ফজখ্রবা ব্রাহ্মন পাখং অদু মঙগী মতৌগুন্না হেক উবদুদা, রাজকন্যা য়াম্নমক ইকায়খ্রে। অদুগা মপুক্লিংদদি হরাওমনখ্রদুনা মোমোন নোকচখি। মশা অপুম্বা নুংঙাইবনা মতু চুংলম্মী। ব্রাহ্মন মচা অমদি রাজকন্যা অনিগী অনিংবা পুম্নমক থুংনরদুনা মখোয় অনিমক গন্ধর্ব্ব বিবাহ তৌরগা লৈনখ্রে।

মখোয় কয়ামুক নুংঙাইবগে হরাওবগে হায়বা শিংথাদুনা লোইররোই, শন্না মপালাক্লুনা হায়রবদা মশাবু মশানা কাওনখ্রে, নুংঙাইবা ৱারী কয়া শাদুনা অহিং অদু লেল্লে, নোং হেক ঙানবগা ব্রাহ্মন মচানা হৌগৎলগা মাগী গুলি অদু অমুক উমখিরম্মী ব্রাহ্মনগী মমৌ নুপী ওইদুনা অমুক লৈরে। মওং অসুম্না অহিংদনা নিপা, অয়ুক নুংথিন্দনা নুপী ওইদুনা মতম খর নুংঙাইনা লৈমিন্নখ্রে। লাইগী ৱায়েল রাজকন্যা গর্ভবতী ওইরক্লে। নোংমা নিংথৌ অসিগী মন্ত্রি অদু মপাগী শ্রাদ্ধ দিন থোক্লদুনা কোনুংদা নিমন্ত্রণ কচ্চবা লাক্লম্মী। মানা নিংথৌদা কোনুংগী মী পুম্নমক অমত্তা চিংথদনা লাকপীয়ু হায়জরম্মী। মন্ত্রি হনখ্রে, নিংথৌনা মনাইগী বার্ত্তন ফংলবদা হরাওনা কোনুংগী মচা-মনাই পুম্নমক পুরদুনা মন্ত্রিগী শ্রাদ্ধ চৎখিরম্মী। নিংথৌ লেঙলকপা উরবদা মন্ত্রিনা মতিকচাবা সনমান উৎতুনা মফম চানা ফমহনখ্রে। মহারানীনা মচা নুপী অমসুং ব্রাহ্মনগী মমৌ নুপী অনি অদু পুদুনা মন্ত্রিগী ইমুংদা চৎখিরম্মী। মতম অদুদা মন্ত্রিগী

মচানিপানা ব্রাহ্মনগী মমৌ নুপী অদুগী ফজবা মশক অদু উখ্রে। মন্ত্রি মচা নুংশি মৈশা লাংবা হৌরে। অদুনা মরম ওইরদুনা ইকায় ইকি খঙখিদ্রে, মপুক্লিং তপথবা ঙমদ্রদুনা মপা মন্ত্রিদা রাজ কন্যাগা লোয়নরক্লিবা নুপী মচা অদু মহারাজদা হায়বীরগা মাগা লুহোংবীয়ু হায়জখি।

মচাগী ৱা তাবদা মন্ত্রিনা খামজখি – অফবা কর্ম্ম নত্তে, মীনা নোক্লখিগনি খামজরম্মী। মন্ত্রি মচানা মপাগী ৱাদু তারগা মথৱায় য়াম্না ৱাখিরম্মী; অদুনা মহাক শিজখ্রগে হায়রে। অদুগা থাঙ্গৈশেংনা থাংশাং পায়রদুনা মঙক ককচগে হোৎনরক্লে। মচাগী থৌরাং অদু উবদা মপা মন্ত্রি ঙকখ্রে, অদুনা মচাদা হায়খিরম্মী। থাং অদু থাদখো নপুক্লিং তপথৌ। নুপী মচা অসি শোয়দনা লুহোংনবা তৌরগে। মচাবু খাম্নম্নগা মন্ত্রি নিংথৌগী মনাক্তা চৎখিদুনা থৌদোক পুম্নমক তমদুনা তাহনখ্রে। অদুগা অমুক্তা হায়খিরম্মী – ননাই ঐহাক অৱাবগী সমুদ্রদা তারে, ইচানিপা অদু অঙাওবগী মতৌগুম জ্ঞান য়াওদ্রে। নুপী মচা অসিবু ফংহনবিদ্রবদি মহাক শোয়দনা শিগদৌরি। ইচানা করিগুম্না শিখ্রবদি ঐসু ইচাগী প্রেম্না মতুং ইনখিবা তারে। মরম অদুনা শ্রীযুৎনা সনা বুদ্ধি অমত্তং তৌবিয়ু। মন্ত্রিগী ৱা তারগা নিংথৌনা হায়খি – মন্ত্রি, মরম পুম্নমক নহাক খঙলিবনি। ব্রাহ্মন অহল অদুনা মমৌ অসি ঐঙোন্দা চেকশিন্না শিন্নরম্বনি। নিংথৌ ওইবা ঐনা করম্না অরানবা থবক অসি তৌসিগে। থবক অসি পাংথোক্লবদি ঐবু বিশ্বাসঘাতক ওইবা তাখ্রে।

নত্তবা ধর্ম্ম করম্না তৌগনি। ৱাদু তারবদা লৈবাক্কী অঙম-অথৌশিংনা অমুক হঙ্গৎলি। মহারাজ ব্রাহ্মনগী মমৌ অসি মন্ত্রি মচানুপাদা পীবীয়ু নত্রবদি মহাক শোয়দনা শিখিবা তারবনি মচা শিরবদি মপা মন্ত্রিসু মতুং ইন্নদুনা শিখিবা তারে মদু থোক্লবদি ইনিংথৌনা জীব অনি হাৎপগী

দোষ পুবিরগনি। অমরোমদা মন্ত্রি লৈতনা নিংথৌ করম্না পানগনি ব্রাহ্মন অদুনা লাক্কুনা মমৌ পিরো হায়রবা মতমদা সনা, লুপা য়াম্না পিরগা পেলহল্লসি। শেল পিরবদা য়ারোইদবা থবক লৈতবনি। করম্বা মতমদা ব্রাহ্মন অদু লাক্কনি হায়বসু খঙবা নত্তে। মন্ত্রি মপা-মচা অনিমক শিরবদি মহারাজগীসু নুংঙাইবা ওইবিরোই অদুনা ৱাখল তৌবিদুনা নুপীমচা অসি পীনবীয়। প্রজাশিংগী মরা তারবদা নিংথৌ ৱাখল ঙহাক খল্লুরগা নুপী মচা অদু মন্ত্রি মচাদা পিনবা য়াথং তৌবিরে। মন্ত্রি মচা হরাওবদা হায়নিংঙাই লৈখিদ্রে। থিন্দনা ব্রাহ্মনগী মমৌ নুপী অদুগী মনাক্তা চৎখিদুনা ৱা হায়জরুরে। ইবেম্মা শক ফজবী ! নহাক ঐঙোন্দা লুহোংবা তারে ' ব্রাহ্মনগী মমৌ ঙকখ্রে। অদুনা হায়রকই — নহাক অঙাওবগী চোইরোন মাল্লে, য়ুম পাল্লবা ঐবু অমুক করম্না লুহোংগদৌরিবা ওইথোক্তবা ৱাদু ঐঙোন্দা হায়রিবা লৈবাক অসিগী নীশিং অসিবু জ্ঞান য়াওদবা জাৎলা ? করি বিচার কৌবগে ? মন্ত্রি মচানা হায়রকই — 'ইবেম্মা নহাক্কী ফজবা শক অদু উরুবদা লাইবক থীবা ঐগী প্রান অসি নহাকপু ফংদ্রবদি শোয়দনা মাঙবা তারে ; অদুনা নহাক্না ঐবু নুংশিবীদুনা লুহোংবা অসি য়াবিয়ু। মসিনা করিগুম্বা য়াবিদবা থোক্লবদি নমাং অসিমক্তদা ঐহাক শিরগদবনি। মন্ত্রি মচাগী অশেংবা, মাবু নুংশিবগী থুদম অসি খঙলদুনা ব্রাহ্মনগী মমৌ নুপী অদু লুহোংবা অদুদা য়াখিরম্মী। অদুগা ৱাখল অমা তৌরুরগা হায়খিরম্মী —'ইবুংঙো নহাক মতম খরদি তীর্থদা চত্তুনা কোয়বিরুখো। মরমদি নহাক্কী দেহে অসি পাপ লৈতনবা। অদুদগী হল্লক্লগা ঐখোয় অনি মতম অয়াম্বা নুংঙাইনা লৈমিন্নসি, ৱাফম অদু মন্ত্রি মচানা য়ারদুনা মখোয় অনি গন্ধর্ব্ব বিবাহ তৌখ্রে। হিরম খুদিংমক রাজকন্যা অদুনা খঙলদুনা মথৱায় য়াম্না নুংঙাইখিরমদে মমিৎ অনি অদু প্রেমগী ঈরা চেনখ্রে। মমায় মকশিনখ্রে, রাহুনা উম্বা থাগুমখ্রে। নুংঙাইতবদি লোয়রে খোঞ্জেল থোক্লা

কপ্পদি ঙমখিদে। অৱা মৈচাক্লা হেনখিদুনা ব্রাহ্মনগী মমৌ অদুবু মিৎচিনা ফাওবা হন্না য়েংখিদে। রাজকন্যাগী মপুক্লিং খঙলদুনা ব্রাহ্মনগী মমৌ অদুনা লোন্না ৱারম খরা হায়খিরম্মী 'মসি ঈশ্বরগী নোংদম্নি ঐগী ইৱাল, ঐহাক নংগী লোয়নবী ওইনা মতম খুদিং অদুম লৈগনি, নপুক্লিং হরাওনা নয়ুমদা হল্লো, করিগুম্বা তাঞ্জা চাবা লাক্লগা ঐনা নংবু য়ুমদা পুদুনা চৎকনি নহাক জ্ঞান তান ঐনা হায়বা য়াও, রাজকন্যা ময়ুমদা হনখ্রে। অহিং অদু নোংঙাল্লে, মন্ত্রি মচা য়াহৌরে, অদুগা মাগী নুপী অহন্দা (হান্নগী নুপী) ৱাবম খরা শিন্নরমই। ইবেম্মা ননাও নুপী অসি নঙোন্দা শিন্নরমগে। মাবু মপুক্লিং নুংশিহনগনু, চেৎনা চান্না লৈমিন্নরম্মু। নখোয় অনিপুন্না চানিন্নৌ অমসুং হিপমিন্নৌ। মপুক শেংলবনি খন্দুনা চেকশিন্দবা তৌগনু মফম কদায়দসু মতোমতা চখোকহনগনু।' ৱারম খর অসি হায়বল্লগা নাত্রে তীর্থ কোয়বা চৎখ্রে।

ময়ুমদা নুপী অনি লৈমিন্নহৌরে। অহিং নুংথিল মতম পুম্বা মখোয় অনি শুকথা থানদে। নুংঙাই নুংঙাইবা ৱারী-ৱাতাই শাদুনা নোক খেদুনা অহিং অসি হেক হেক লেল্লি। নোংমদি নুপী অহল অদুনা মনাওনুপী ব্রাহ্মননুবী অদুদা হায়রকই। ইনাও ইবেম্মা। ঐখোয় অনি অসি লাইবক থিখ্রেদকো। মরমদি নহা ওইরিবী ঐখোয়না ইপুরোইবগা তিন্ননা লৈমিন্নদুনা হরাও তয়াম্বা ফংজদে। সংসার অসিদা ইয়ুম পানবগী নুংঙাইবা শরুক ফংজদ্রে।' নুপী অহল অদুগী মথৱায় নুংঙাইতবা অদু খঙলদুনা ব্রাহ্মন নুপী অদুনা ৱারম খর হায়রকই। ইচে নহাকপু নুপা ওইবশিংগা মতম খুদিং তিন্ন-খোৎনদুনা লৈবা অদু পাম্বা '? পাম্লবদি ঐ নিপা ওনগে, ঐগী নিপা ওনবা ঙম্বা শক্তি অমা লৈদো। অদুগা অতোপ্পা মী খঙহনবদি য়াদে; নঙ ঐদা খঙনাগদবনি। য়েংঙু হৌজিক নমাং অসিনক্তুদা নিপা ' ' অমা ওনগে।' নুপী অহল অদুনা মনাউগী ফাগীনি হায়দুনা

নোক্ল-নোক্লা হায়রকই। 'ফরেনে নহাক্লা নিপা ওনবা হৌজিকমক ওল্লো, ঐনা নুপী ওইনা নংগী সেবা তৌদুনা নুংঙাইনা মী খঙহন্দনা লৈথোকসি। ৱাদু তাবদা ব্রাহ্মন মচা অদু নুংঙাইরদুনা মচিন্দগী গুলি অদু ওথোক্লে।

গুলি অদু ওথোকপগা মাগী হান্নগী নিংথিজবা ব্রাহ্মন পাখং অদু অমুক ওনখ্রে। মন্ত্রি মচাগী হান্নগী নুপী অদু মথৱায়সু নুংঙাইরম্মী, অদুগা ইকায়সু ইকায়রম্মী। অদুবু মখোয় অনি পাখং লৈশাবীগুন্না নুংঙাইনা ৱাৰী ৱাতাই শাদুনা অহিং অদু নোং হেক ঙানবগা মাগী গুলি অদু মচিন্দা হেক্তা উমশিনখি। অদুগা মাগী মৌ অনৌবী অদু হেক্তা ওল্লি। মতৌ অসুম তৌনা অহিংদনা নিপা, নুংথিন্দনা নুপী ওন্দুনা লৈরকপসি নুমিৎ কয়ানিমুক হৌখ্রে। মখোয় অনিগী হরাওবা নুংঙাইবা নোংম-নোংমগী হেনগৎলকই। মিৎনা কুপ্পা অমা থাদোক্লদে। মখোয় অনিগী চান্নবা নুংশিনবা অসি য়োং অনি মৈনা শৌজিন্নবগুমখ্রে। নুমিৎ কয়ানিগী মতুংদা গন্ধৰ্ব্ব অনিনা ব্রাহ্মন মচা অমা কোনুংদা থমখিবা অদু নিংশিংলক্লে। অদুনা মখোয় অনি ৱা তান্নরক্লে। অদুগা গন্ধৰ্ব্ব সশীগী মচিন্দা গুলি অমা উমশিনখ্রে, কয়া ঙকখ্রবা গুলি অদুগী শক্তি, চহি তরাতরুক লোমগী ব্রাহ্মন পাখং ওনখ্রে। মৌলিদেবনা গুলি অমা উমখ্রে, মদুনা নহালগী ব্রাহ্মন অহল অদু ওইরে। মখোয় অনি মপা-মচা শারদুনা কোনুংদা লাক্লে। কোনুং য়ৌরগা নিংথৌদা হায়রকই, 'মহারাজ।

ঐহাক দেশ য়াম্না চৎলুবে, মমৈদা অযোধ্যা লৈবাক্তা ঐগী ইচা অসি থেংনরদুনা য়ুমদা লাক্তুনা থুংলবা নুমিৎ মঙানি শুরে। ঐনা হায়জবা ইচানিপা অদু মসিনি। য়েংবিয়ু ? মহাক অসি মশক মতৌ ফজবা, মমৈদা শগোলশেল গুরুগুম্বনি। য়ুমদা মমা ব্রাহ্মনী মথন্তা নুংঙাইতনা লৈহৌরে। অদুনা ঐনা থমজরম্না ইমৌ নুপী অদু পীনবীরো থুনমক চচ্চরগে। নিংথৌ

ৱাবদা ৱা ঙাংথোকপা ঙমখিদ্রে। উপায় অমত্তা লৈত্রে খনফম থোক্ত্রে। নিংথৌগী মওং অদু উবদা মন্ত্রিনা নিংথৌরোমদা মুন্না য়েংলকই। অয়াম্বা মী পুম্নমক মরু লুকথদুনা লৈনবে। মদু উবদা ব্রাহ্মন্না হন্ন-হন্না হায়রকই। ঐগী ইমৌ অদু খর থুনা পুথোকপীরক্লো কুইনা লৈনিংদ্রে। নিংথৌ থোইনা হেন্না ইকায়খিবনা মমিৎ পাংজবা ফাওবা ঙমখিদ্রে। অদুবু খুমদবা য়াদবনা, মমায় হাইগত্তনা ৱা হায়রকই —'নমৌ নুপী অদু ইনাক্তা থনম্লগা নহাক চৎখ্রে। মদুদা ঐগী মন্ত্রিগী মচানিপানা নমৌ নুপীগী ফজবা শক অদু হেক উবদা, মরম খঙদনা মাগা লুহোংগে হায়না ৱাশক্লুবে। করিগুম্বা লুহোংবা অদু ফংদ্রবদি মহাক শিরগনি হায়না থৌরাং তৌরে। মচা শিরবদি মপা মন্ত্রিসু শিবগনি হায়রে।

অদুনা অয়াম্বা প্রজাশিংনা ঐঙোন্দা, নুপী মচা অসিগীদমক নিপা মপা মচা অনিমক পুন্না শিবা তারে, অদুনা নুপী মচা অসি মন্ত্রি মচাদা লুহোংবীখ্রো হায়ররে। ময়ামগী ৱাখন্দা ঐসু খাঙবা ঙমদদুনা নমৌ অদু পিথোকখ্রবনি। ঐগী অরানবা পুমবা ব্রাহ্মন্না ঙাকপিয়ু, হায়জরিবা ৱা পুম্নমক অসি অচুম্বা ঙাক্তনি। মীওইবা ঐখোয় অসি পোকপা, শিবা অমসুং লুহোংবা হায়বসি লাইগী নোংদম্লি। ওইখ্রবা, হৌখ্রবা থবক্তি অমুক হল্লকপা হৌনদে। হৌজিক নচানিপা অসিগী নমৌ নুপী অমা ঐখোয় খাই ময়াম চঙদুনা লুহোংনবা তৌরসি। মদুদা চঙবা খরচ পুম্নমক নিংথৌ ঐগী দায়ত্ব ওইগনি। মরম অদুনা নহাক চৎতুনা ফজরবী নমৌ অমম্মক থিরুরো ঐনা লুপা লাক্ষ অমা পিরগনি। ব্রাহ্মন শাওবনা মমিৎ ঈ কাখ্রে। ময়া ক্রক ক্রক চিকই, নুংশা শ্বর ফুইনা হোল্লি, অদুগা নিংথৌ য়েংদুনা অয়াকপা বাহৈনা হায়রকই — 'হে: ফত্তবা নিংথৌ! নহাকুম্বা পাপকী থবক তৌবা নিংথৌ, ঐ শক উখিদ্রি। অচল ওইরবা ঐনা ইপাঙ্গল

থোক্লা লৈবাক কয়া কোয়দুনা থিজরুবদা নুপী মচা অসিমখক্তা পুক্লিং তাবা থেংনজরকপনি।

অদুনা মহাক্তবু ইচাগা লুহোংজগে পুজরকপনি। লাইগী নোংদম থিবনা ইচা লৈরমদদুনা ইমৌ অসি নঙোন্দা থাজনা শিন্নজরম্বনি। অদুগুম্বা ঐগী ইমৌ অদুবু করিগীদমক মন্ত্রি মচাদা লুহোংখিবনো? অসুক ফত্তবা নিংথৌনি খঙলম্লবদি ঐ থম্লম্লোইদবনি। হৌজিক্তি নহাক বিস্বাস ঘাতক ওইদুনা মীংচৎ থীবা থবক তৌরে। নিংথৌগী তৌবা ঙম্বা শক্তি অদনা ব্রাহ্মনবু করি অমত্তা য়েংদ্রে অদুনদি হৌজিক্তি ঐসু ব্রাহ্মনগী হৌনবী 'অভিসাপ তৌদুনা নহাক্কী মরি মতা পুম্বা অমত্তা থম্লরোই'।

নিংথৌ, ব্রাহ্মনগী শাপ কিখিবনা মশা অদু নিকখ্রে। গতি লৈত্রদুনা ব্রাহ্মনগী চরন পায়দুনা চংজরুরে। ময়ামগী থৌইনশিন্দগী ফত্তবা কর্ম্ম তৌরুরে। ব্রাহ্মন্না, নিংথৌ অমনি খনবীদুনা ইরাল পুম্বা ঙাকপীয়ু। ব্রাহ্মন ঐনা হায়জবা অসি য়াবিরবদি তৌজৌ তাকপিবা থবক পাংথোকচগনি।

নিংথৌগী অরাবা অকিবা মতৌ অদু ব্রাহ্মন্না খঙলদুনা হায়রকই — ঐবু নরাল ঙাকউ হায়রর্বাদি, নহাক থবক অমা হৌজিকমক পাঙথোকপা তায়। মদুদি নহাক্লা ইমৌবু মীঙোন্দা পীখ্রে, মদুগী মহুৎ ওইনা নচা নুপী অসি ইচানুপাদা পিদুনা লুহোংলো। মদু নত্তবা অতৈ ব্রা ঙাংনিংঙাই লৈত্রে। ব্রাহ্মনগী ব্রা তাবদা নিংথৌ হরাওনা মচা নুপী পুথোক্লক্তুনা ব্রাহ্মন মচাদা 'গন্ধর্ব্ববিবাহ তৌখরে।

গন্ধর্ব্ব অনি, শসি অমদি মৌলিদেব মখোয়দি হরাওরে। অদুনা রাজকন্যা অদু পুদুনা চৎখ্রে ব্রাহ্মন মচা অদুদি মন্ত্রিগী মমৌ শাদুনা অদুম

লৈরে। অদুগা কোনুংগী থৌদোক পুন্নমক্তি লোয়না তারম্মী। পাওশিং অদু তারবদা মহাক ৱাখল তৌদুনা লোয়না তারম্মী। পাওশিং অদু তারবদা মহাক ৱাখল তৌদুনা মচিন্দগী গুলি অদু লোন্না লৌথোক্লে, অদুগা ব্রাহ্মন মচা অদু ওল্লবদা থীন্দনা চৎখিদুনা গন্ধর্ব্ব শসী অমসুং মৌলিদেব অনি অদু ফারুরে অদুগা হায়রকই – শসী, মৌলিদেব ! নখোয় অনিনা তৌরিবা অসি করি মতৌনো ? ঐগী নুপীবু নখোয়না কদায়দা পুদুনা চৎলিবনো ? শসীনা খুল্লকই – রাজকন্যা অসিদি ঐগী নুপীনি মপা মহারাজনা ঐঙোন্দা কন্যাদান তৌরক্লবনি।

ৱাদু তারবদা ব্রাহ্মন মচানা মৌলিদেবদা অমুক হায়রকই – মৌলিদেব। নহাক্তি খঙলিবনি, নিংথৌ মচানুপী অসিদি ঐগী নুপীনি হায়বা অদুগা মহাক্তী ঐগী তীল অমা মপুক্তা য়াওরবনি। মরম অদুনা নখোয়না মাবু পুখিবদি মতিক চাদে। ব্রাহ্মন মচা অমদি গন্ধর্ব্ব অনি নুপী অসি মুন্নরে। বেতালনা বিক্রমাদিত্যদা হংলকই – 'ব্রাহ্মন মচা অমদি গন্ধর্ব্ব মখোয় অনী কনানা রাজকন্যা অদু ফংগনি অচুম্বা পাওখুম অদু থুনা পীয়ু।

বিক্রমাদিত্য – 'নুপী মচা অদু গন্ধর্ব্ব শসীনা ফংগনি। মসি শাস্ত্রগী নিয়মনি।'

বেতাল – ব্রাহ্মন অদুগী ধারা (মচা) নুপী অদুগী গর্ভদা য়াওরিবা অদুদি করম তৌগনি। মদুবু করন্না গন্ধর্ব্ব শসীনা লৌগদৌরিবনো ? মহারাজগী ৱা অসি ঐ খঙবা ঙমদ্রে।

বিক্রমাদিত্য – ৱারম অদু শন্দোক্লা হায়জগে। মদুদি বেদ, অমদি পুরান্দা মপা-মমানা মচাবু থাজনৈ অদুনা নিংথৌ অদুনা মচা নুপী অদু গন্ধর্ব্ব শসীগী মখুত্তা শীন্নরক্লবনি।

মপানা কন্যাদান-কৎলক্লবা নুপী অদুদি মহাক্লা লৌফম থোকই। মী পুন্নমক্কী মমাংদা পিরক্লবনি। ব্রাহ্মন মচাগা রাজকন্যাগা লৈনবা মরমদি মী কনা অমত্তা খঙদে। মথোয়-মথোয়গী অপাম্বনা হেনমনখিদুনা লোন্না চান্নজবনি। মদুনা লুহোংবা অচুম্বদি নত্তে, মদুদি ওক্তবগী খুদম্নি। মদুগী প্রমান মহাভারত্তা ব্যাস মুনিনা তশেংনা তাকখ্রে। কুন্তী কৌবীনা মপামদা লৈরিঙৈদা নুমিৎ কৌবা লাইগা তিন্নদুনা কর্ন পোকখি, মদু ঈশিংদা থাদখি মতুংদা পাণ্ডব নিংথৌনা লুহোংদুনা লৌথি মরম অদুনা রাজ কন্যা অসি গন্ধর্ব্ব শসীনা লৌফম থোকই।

ৱাদু হেক তাবদা বেতাল হরাওনা শিংশাপা মথক্তা অমুক হন্না চৎখ্রে।

## তরামরিশুবা ৱাহং

অশিবনা চেনখ্রবদা নিংথৌ ৱাখল তৌই; অদুগা অমুক উথক্তা কাদুনা অশিবগী মশক ওইরিবা বেতাল অদু ফারুরে। অদুদগী সন্ন্যাসিগী মনাক্লোমদা চৎলক্লে মদু উবদা বেতান্না বিক্রমাদিত্যদা হায়রকই—'মহারাজ। নহাক কদায়দা ঐবু পুদুনা চৎলিবনো '? ঐগী ৱাহং তাখো। বিদ্যাধর কৌবা নিংথৌ অমা লৈরম্মী মাগী লৈবাক্তি হিমালয় চীংদনি। মহারানিগী মমিংনা জীবকেতু কৌই মচা ফংদদুনা মতম খুদিং মচাগী ৱাখল তৌরম্মী। মচাগীদমক শ্রীমহাদেববু পুক্লিং চঙনা নিংজৈ। নোংমগী অরেপ্পা লৈতনা ভবানীগী চরন্দা হৈ-লৈ কৎলি। মদুম তৌবা অদুদা পেল্লদুনা মতম খরগী মতুংদা মহাদেবনা রানী অদুদা মচা ফংজরো হায়না বর পিবিরে।

বর ফংলবদা রাণী হরাওনা লৈজরে। নুমিৎ খরনিগী মতুংদা রাণী গর্ভবতী ওইরক্লদুনা, নুমিৎ শুরগা নিংথি-ফজখ্রবা মচা নিপা অমা পোকচরে।

নিংথৌ মচাগী নিংথিবা শকফম অদু উবদা হরাওগ্রদুনা হরাও কুম্মে কয়া তৌরে, দান কয়া কৎলে। বেদগী মতুং ইন্না মচাগী হৌনবী পুন্বা মথং মথং তৌরে, মমৈদা মমিং থোনবা মতম য়ৌরদুনা জীমুত বাহন কৌরে। থাজনা নোংম নোংমগী চাওখৎলকপগুম রাজকুমার অসি চাউখৎলক্লে। মহাক মপাঙ্গল কল্লি অমসুং মশক মতৌ য়াম্না ফজে। অদুগা ধর্ম্মসু লৈরম্মী। মচাগী মওং উবদা মপানিংথৌ নুংঙাইজে। চহি খরা লৈরগা, বিদ্যাধর নিংথৌ মচাদা নিংথৌ খুভম (রাজপদবী) শিন্নরম্লগা নুংঙাইনা লাই নিংদুনা লৈরে। জীমুত বাহন নিংথৌ ওইরে। রাম রাজ্যগী মতৌগুম প্রজা নুংঙাইরমই। নোং মতম চানা নিংথিনা চুই। মরম অদুনা লৈপাক্তা হৌবা মহৈ মরোং নিংথিনা মপুং ফানা হৌই। হৈপাল, লৈপাল, মহৈ মরোং চুমই। ষণবী পুমবা মখোম থোকই মী পুম্নমক অরানবা থবক চৎনদে, ওইদবা ৱা ঙাংনদে। মতম চাদনা অনা-অয়েক তৌদে, মী শিদে। মী পুম্নমক নিংথৌ অসিবু ভক্তি তৌনৈ। অদুগা কলপ বৃক্ষন ওইরবা ঈশ্বর অদুবুদি নুমিৎ খুদিংগী সেবা কায়জদে।

মতৌ অদুদা মহাদেবনা মাবু থৌজানবীদুনা হাযরম্মী – ‘মহারাজ নহাক্কী সেবাদা ঐহাক পেল্লে। অপাম্বা বর নিজৌ পিবিগে।’

ৱাদু তাবদা নিংথৌ জীমুত বাহন্না হঙ্গৎলি। ঐগী হেক লৈর্জারবা প্রজা পুম্নমক, ইনাক খুলহনবীয়ু; অদুগা অচুম্বা ধর্ম্ম চৎপা পীনবীয়ু; মদু ঐনা পামজবা বরনি।’ মদুদা ঈশ্বরনা মাবু পুন্য চেনবা নিংথৌনি হায়না থাগৎপিরে। অদুগা বর পিবিরে, মদুদা নিংথৌ হরাওনা ময়ুমদা চৎখরে। ঈশ্বরগী বর লৈবনা প্রজা পুম্নমক নোংম-নোংমগী নুংঙাইরক্লে। নিংথৌগী শাগৈ-নাতৈ পুম্নমক ইনাক কৈরাক খুল্লক্লে। অৱাৎ-অপা লৈত্রবা অদুদা শাগৈ পুম্নমক তিন্নদুনা বা খন্নরে। অদুগা নিংথৌগী মথক্তা লাল হৌরক্লে।

মওং অদু উবদা জীমূত বাহন্না মপাদা শাগৈগী লাল অদু মিৎনা কুপ্পদা ঙমজগে, মমায় মায়থিহনগে লালগী য়াথং পিনবিয়ু হায়জরম্মী। মচাগী ৱা তাবদা মপানা নথম্ভগা ময়ামগা লাম্বা পাবা মতিক চাদে, লাল তৌগনু খামখি। অদুগা মরু ওইবা পাওতাক কয়ামুক পীখি 'ইবুংঙো! সংসারদা নুংঙাইবা অমসুং নিংথৌগী পদবীনচিংবা পুম্বা অসি অরেপ্পা নত্তে মায়ানি। অমরোমদা শাগৈ হাৎপগী পাপ য়াম্না চাওবনি। লাল তৌনিংগনু, অশাওবা পুন্না থাদোকউ। মীবু ঙাকপীবনা মমৈদা নহাক্কী য়াইফবা ওইরক্কনি।

মমাংঙৈদা ধর্ম্মগী মচানিপা যুধিষ্ঠিরনা মদু খঙহৌদদুনা লৈবাক পাম্বদগী দুর্যোধনগী শাগৈ তুম্না হাৎখি। শাগৈ হাৎলুবগী পাপ মতুংদা খঙখি। মদু কোক্লবা 'অশ্বমেধ' যজ্ঞ তৌখি। মদুত্তদা পাপ অদু কোর্কাখিবনি। মরম অদুনা শাগৈ লোয়নগা লাল শোক্লবা মতিক চাদে।' মপাগী পাওতাক তারবদা জীমূত বাহন নিংথৌ শাগৈশিংদা লৈবাক অদু পিথোকাখি। মরেবাক লৈত্রবদা মপা মচা অনিমক 'হিমালয় পর্ব্বত্তো চত্তুনা লাই নিংখ্রে।

চীংথক অদুদা খাংপোকশঙ মচা অমা শারগা বিদ্যাধর অমসুং মচানিপা জীমূত বাহন লাই নিংবদা মপুক্লিং চংখিরম্মী।

জীমূত বাহন মপাবুংগী সেবা লুনা তৌজরম্মী। মতৌ অসুম তৌনা লৈরকপদা, নোংমা মুনিগী মচানিপা অমা মখোয়গী মনাক্তা লাক্লম্মী। হেক উন্নবদা মুনি মচা অমদি নিংথৌ মচা মখোয় অনি য়াম্না নুংশিনরম্মী, অদুনা মখোয় অনি য়াম্না চান্ননা লৌমন্নখ্রে। নোংমা মরুপ অনি অসি হিমালয় চীংদা কোয়থোকররুই। মদুদা লাইগী জাগা অমা থেঙনরে।

মদুদা অষ্ট ভুজা মহামায়া' (পান্থোম নিপাল পানবী দেবী অমগী মূর্ত্তি লৈবম্মী ।)

জীমুত বাহন দেবীগী মূর্ত্তি অদু উবদা, মপুক্কিংদা প্রেম অমা পোক্লদুনা দেবীগী চরন্দা দণ্ডবত ওইনা খুরুমজরমই । মতম অদুমক্তদা অতোপ্পা নিংথৌগী মচানুপী রাজকন্যা অমসু ভাগবতী অদু দর্শন লাক্লম্মী । মাদি পুং যন্ত্র কয়া খোংলদুনা মতাশিংগা লোয়নননা লাক্লম্মী ।

রাজকন্যা অদু থোইদোক্লা মশক ফজে, য়েংবদা 'কাম কৌবা' লাইগী 'রতী' গুমই । কলা তরাতরুক্লা তিল্লবা মপুং ফারনা পূর্ণিমাগী থাজগুম মণ্ডাল চাওই অমসুং ইংই । রাজকুমার অমসুং রাজকুমাবী অনি অসি হেক মিৎচানরুরে । উনবমক্ত অনি অসি অমনা অমগী পুক্লিং হুনখ্রে, মশা মশাদ্ নুংশি মৈচাক্লা খাওফম খঙনখিদ্রে । জীমুত বাহন্না মাগী মরুপ্তা হায়খি ।

'মশক মতৌ নিংথিবী লাইগী জগোয় শাবীগুম্বী নুজা অসি কনাগী মমোল্লো ? মাগী পুন্সি লৈপুল লৈরব্রা ? নত্রগা লৈত্রিব্রা মরুপ্পা খঙলবদি শরা তাকপীয়ু ।' মুনি মচা-মরুপ ! লাক্লিবী নুজা অসি প্রলয়কীর্তি নিংথৌগী মমোম্নি । যুমলেপ চার তমদ্রি, মমিং মলয়াবতী কৌই মগুন চেনবী রাজ কন্যানি ।

জীমুত বাহন ফম তাবা ওইবনা, নিংবা অপুম্বা কাযরম্মী । মতম অদুমক্তদা রাজকন্যা অদুনা মরুপ অমগী মতৌগুম ৱা হংখিরম্মী ।

মহাশয় নহাক য়েংবদা রাজকুমার ওইরমগনি খল্লি । করম্বা নিংথৌগী পারিনো, মিংনা করি কৌরিবনো ? চিংন পরৈ থাদোক্তুনা অশেংবা নপাও তাকপীয়ু । অদুগা মফম অসিদা লাকপিবনা করি থবক

লৈবিবগে ? রাজকুমারনা-ইবেম্মা ঐহাক নিংথৌগী পারিনি ইমিংনা জীমুত বাহন মিংগৌইজে। নিংথৌগী বৈভব পাম্বদগী শাগোশিংনা লাল হৌরকই। মদুদা শাগে হাৎপগী পাপ কিজদনা, লাল শোক্করমদনা ইরৈবাক পিথোক্লম্লগা পাবুং মতারাজগা লোমননা বন্দা লাকপানি। হৌজিক মলয়া পর্ব্বতা (মালায় চিং) ইনাগী শঙ মচা অমা শাবগা লাইনিংদুনা মতম লেপ্তাব।

ৱাদু তাবগা রাজকুমার অদু মপামদা ওনখ্রে। মথুম মৌবগা রাজকন্যা ৱা লাল অমত্তা ভাংদনা তমিন্না চুমদুনা লেপ্রে। রাজকুমার অদসু মরুপ অদগা লোয়ননা মথরায় নুংঙাইতোনা মপাবুংগী নাক্তা চৎখরে। মতম অদু থেংজিল্লক্লে, অদুনা মতাশিংনা রাজকন্যা লুক হাননবা লেংঙখৎলো হায়না কৌদোক্লম্মী। অদুগু রাজকন্যাগী মথরায় নুংঙাইতবদগী মতাশিংগী ৱা তারমদে অসুম ভুমাশিন্নদুনা লেপ্লম্মা। মদু ইবেম্মাগী মঙং অদু থংলবদা মনাইশিংনা মমা মতারানীদা পাও তম্লরে। মনাইশাগী ৱা তারগা মমা ইবেম্মা মচাগী নাক্তা লাক্লে। শুগা মাগা নহাক্না হৌজিক কাওবা চাক চাদ্রিবা কবি তৌরবগে" অশাওবা মীনা তৌবওম্না তুমদুনা কারগী লৈবি ? নথৱায নুংঙাইতবা অবাবা পুম্না ইমাদা তম্মু।

ৱা ঙাংনা ঙাংনা মচানু কোনাশংহাপবগা নুংশিনা মবাইবক্তা চুপ্পীরে। মমাগী নুংশি খুদমশিং অদুনা রাজকন্যা অঙোইননা ওইনা চাউখ্রে। হিক-হিক কল্লদুনা হায়বকই —"ইমাগী চবন্দা ঙক্নখদবস্ ঙক্তোইজে। অদুগা মীয়ামগী লোক্ক ৱাইহৈসু খাঙবা ঙমজদে মতম লেপ্লক্খাওবা মথুন পান্দে; ইমাদা হেক হায়রুবাদি ঙমদে, অদুনু ঈশ্বরা ইবাংদা কয়া প্রমান তৌনবে। মীগী মীনোক খাঙবদা ঐহাক ৱাবে।" চাদনা শিরাশবা হায়না খল্লে।" মমামগী ৱাদ্ তাবদা মনাশঙ মতাবানা ঙকপ্রে। ৱাখল তাম্না মংদ্রেদুনা

মবুংঙো নিংথৌদা হঙ্গৎলুরে। শ্রীযুৎ ইবুংঙো ! নজা ইবেম্মা চাওশিল্লক্লে। থাজ য়োঞ্জবা মতম ওইরে। সনা বুদ্ধি তৌবিদুনা মতিক চাবা বর য়েংবিরো।

নীংঙাইদনা লৈথোকপা মতম ওইদ্রে অকবা নিপা বর খল্লগা লুহোংথ্রসি। মতম খুদিং লৈবাক্কী থবক্লা কনবনা নচাগী ৱাখল তৌদ্রমাল্লে। মতম চানা নিংঙোল থাজহৌদ্রবদি ধর্ম্মদা অকায়বা লাক্লগনি।’

রানিগী ৱা তাবদা নিংথৌ ৱাখল তৌরে। রাণীগী ৱাদু অচুম্বনি খন্দুনা মনাইশিংদা য়াথং অমা লাউথোক্লম্মী। ঐগী ইবেম্মা মলয়াবতী অসি থা মখাই অসিগী মনুংদা লুহোংবা তারে। প্রজা নখোয়না ইচাগী মতিক চাবা বর নিপা অমা থিরকউ, মপা ইবুংঙোগী হুকুম অদু তাবদুনা মলয়াবতীনা মমাদা ৱা হায়খি ইমা নমোমগীদমক নী অতোপ্পা অমা বর ওইনবা থিবিরুগনু। লৈবাক ফাওনা মমিং চৎলবা বিদ্যাধর মহাবাজগী মরৈবাক মরল মথুম পুন্নমক শাগৈশিংদা লাল শোক্লদনা ধর্ম্ম য়েংনবদগী লোয়না পিথোক্লম্লগা, মচাগা লোয়ননা বন্দা লাই নিংদুনা লৈখরে।

মচানিপা অদুগী মমিং জীমুত বাহন কৌই। মশক মতৌ মগুন শিংথানিংঙাই লৈত্রে। ঐগা নোংমা ভাগবতী দর্শন লাক্লমদুনা উনরুরে। মহাক ঐগী মতিক চারবা বর নিপানি। মহাক নত্তনা অতোপ্পা বর থিবিরুগনু।’ মচাগী ৱাখল খঙলদুনা, মমানা মপা নিংথৌদা মরোল পুন্বা তল্লে। নিংথৌসু হরাওনা য়ারদুনা রাজকুমার জীমুত বাহন কৌরুনবা য়াথং পিবিরে। অতৈ মনাইশিং চংহন্দ্রে, মচা নিপা অতল যুবরাজবু মচনগী বর নিপা লৌরুনবা, মশক মতৌ অমদি মওং পুন্নমক লোয়না তাকখ্রে। মপা নিংথৌগী য়াথং ফংলবদা যুবরাজ অদু থিন্দনা, বিদ্যাধর নিংথৌগী লাইনিংফমদা চৎখিদুনা থুংখ্রে।

অদুগা মরম পুন্নমক নিংথৌদা হায়রুরে, বিদ্যাধরসু মচাগীদমক মতিক চাবা মমৌ ফংলগনি তাবদা হরাওনা য়াখ্রে। অদুনা মচানিপাদা লাক্লিবা রাজকুমার অদুগা লোয়ননা কোনুংদা চৎখিনবা য়াথং পিবিরে। মপাবুংগী য়াথং ফংলবদা জীমুত বাহন চৎখিদুনা কোনুংদা থুংখরে। কোনুংগী মীয়াম পুন্নমক মলয়াবতী লুহোংলগনি তাবদা হরাও খোঞ্জেলনা নিল খোংনরে। শাগৈ ঙাই, মরুপ মপাং পুন্নমক লুহোংবগী বার্ত্তা ফংলদুনা কোনুংদা লাক্লুনা লোয়না তিল্লরে।

প্রলয়কীর্তি মহারাজ অফবা মতম য়েংদুনা মমোমগী কন্যাদান কৎখরে। অয়াম্বা কোনুংগী নুপী মচাশিংনা হরাওনা কুম্মৈ কয়া তৌরে। মতুংদা রাজকুমার অমদি রাজকুমারী অনি শঙ্গাই মচা (য়াওশং) অমদা নুংঙাইনা লৈরে। নোংঙাল্লে, জীমুত বাহন বন্দা লৈবিবা মপাবুং মহারাজ খুরুম্বা চৎখ্রে।

মচাগী লুহোংবগী পাও অদু তাবদা বিদ্যাধর হরাওরে। মচা লাকপা উবদা লৈ-শু-চেং পুথোক্লুনা মঙ্গল আশির্ব্বাদ পিবিরে। অদুগা অমুক কোনুংদা হনখিনবা য়াথং পিবিরে, মপাবুংগী য়াথং ফংলবদা রাজকুমার মনেম মকুগী নাক কোনুংদা লাক্লে। জীমুত বাহন লাকপা উবদা ময়াম্মক হরাওনরে। অহাও অহাওবা পোৎ চৈ কয়া পুথোক্লুনা চামিন থকমিল্লরে। খ্বাই পুন্নমক হরাওনা মতম খরা লৈরে। মলয়াবতীগী মবুং অহল যুবরাজ বিশ্বাবসু মশেনগা লোয়ননা নোংমা মলয়াচীংদা চত্তুনা চীংগী ফজবা দৃশ্য য়েংলম্মী। মদুদা মখোয়না অঙকপা মফম অমা উখি। মফম অদু শরু মক্তুনা চীংদুম অমগুম পৈদুনা লৈরম্মী। মদু উবদা জীমুত বাহন্না মবাইদা করিগী শরুনো হংলম্মী মতম অদুমক্তদা অনকপদা মীখোল খোঞ্জেল অমসু তারম্মী। খোঞ্জেল অদু তাবদা মখোয় অনি ৱা লান ঙাংনদনা

মায়কৈ লাক্কুনা লাক্লম্মী। খব চৎলগাদি লিল নিংঙোল অহল ওইরবী অমা মনাক্তা নিপা মচা অমগা লোয়ননা কপ্পুনা লৈবা উরম্মী। মদু উবদা জীমুত বাহন খুনমক চঙদুনা মরম করিগী লাক্লিবনো হংলম্মী লিল নুপী অদুনা খুমখি হংলিবা নহাকপু কনানো? ঐদি লাইবক থিরবী অৱাবা দশা তারবী লিল নিংঙোল অমান, মরমদি ঐগী ইচা নিপা অসি মমিং শঙ্খচূড় কৌই। মাবু হৌজিকমক অচৌবা উচেক গরুড লাক্কুনা চাবরগদবনি। মদুদা ঐগীদি ইচা নিপা অসি নংভুনা কনাগুম্না জীব অমত্তা লৈজদ্রে। ইচা শিগ্রগা ঐনা কবম লৈহৌগদগে?

ৱাদু হায়বম্লগা অমুক হন্না কপখ্রে। মদু উবদা রাজকুমার জীমুত বাহন্না লিল মমা মচা অনিমক ময়মদা হন্নাখিনবা হায়রম্মী। মরমদি নহাক (রাজকুমার মশামক) শঙ্খচূড়গী মহুৎ শীন্দুনা গরুড়দা পিজবগে হায়খিবম্মী।

লিল নুপী অদুনা হায়রকই -- ইনুংঙো নহাক্না মীগী মথৱায় কন্নবগীদমক নথাৱা শাবা হৌনদে; শঙ্খচূড়গীদি মরাইবক্না তমখ্রবনি। শঙ্খচূড়নাসু মাগীদি পুন্সি লোয়নবান, সংসার অসিদা থৱায়গা মান্ননা নুংশিবা পোৎশক লৈত্রবনি। অদুগুম্না প্রান অদুবু করিগীদমক ঐগী মহুৎ শিন্দুনা শিগদৌরিবনো হায়জখি। জীমুত বাহন্না অমুক হায়খি — ঐগীদি হায়খ্রবদি অরেপ্পনি, নহাক নমা পুরগা নয়মদা হনখ্রো। গরুড় লাক্লগা ঐবু চাবসনু। শঙ্খচূড় মমাগা লোয়ননা হনখ্রে। জীমুত বাহন মফম অদুদা গরুড় ঙাইদুনা লৈহৌরে। ঙহাক লৈবগা গরুড় স্বর্গদগী নোংখাকপগুম ঙংদুনা পাইবক্লে। মখোল অদু তাবদা মীনা অকিবা পোক্লম্মী। থিন্দনা পাইবক্কুনা চীংথক অদুদা তানরে। অদুগা মখোঙ থাংদুনা লাকপদা মখোঙ খজিল অদু থুম্না থুম্না লৈনুংদা চঙলম্মী।

গরুড়গী মকোক অদু অতিয়াদা থাঙ্গৎতুনা লাকপা অদুদা মাগী মমিং অনি অদু নুমিং খমত্রাং থোক্লুমই। মশা অনি অদুনা মায়কৈ অনি শিনবা থুংনা শন্দোকই। মমিংকী অরংবা মঙাল্লা য়ুথক ১০০গী লম ঙাল্লি। গরুড়গী হকচাংগী অচৌবা সিমানা হায়ফম খঙদে; য়াম্না চাউই হায়বা অসিনা ঙমখৈনি। অদুগুম্বা অচৌবা উচেক অদুনা লেপ্তুনা চৎলক্তুনা রাজকুমার জীমুত বাহনবু মচিন্না লাক্তুনা লৌখৎখ্রে। অদুগা অতিয়াদা পাইখ্রে।

রাজকুমার জীমুত বাহনগী শেৎ-ইনখিবা ফিবোল পুম্নমক নাম্থোক্তুনা পৃথিবীদা তারক্লে। হকচাং অদু অনাবগী চৈনাখোল খাঙবদা ময়াদা ঈ ওরম্মী। মতম অদুমক্তি মলয়াবতীসু মতাশিংগা লোয়ননা য়ুমগী দলানগী মথক্তা ফমদুনা হরাও তয়ামনা লৈরম্মী। জীমুত বাহনগী হকচাংদগী ঈ শিম্থরম্মী, অদুগা লোয়ননা জীমুত বাহনগী মমিং থাবা ফিবোল পাইথরক্তুনা মলয়াবতীগী মমাংমক্তদা তারম্মী। ফি অদু উরবদা মলয়াবতী খঙহৌদনা ৱাম্থখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা জ্ঞান তারক্লদুনা হৌগৎলক্লে, অদুগা মপা নিংথৌদা অমদি মমা মহারানীগী মফমদা পাও অদু তল্লুরে। মবন খঙলবদা মখোয় পুম্নমক গরুড়গী মনাক্তা লাক্লে। মতম অদুমক্তদা শঙ্খচুড়না হন্ন-হন্না লাউরকই হে: গরুড়! নহাক চুমদবা থবক তৌরে। নচিঙ্গাক ওইবা ঐবুদি থাদোক্লগা করিগী অতোপ্পা মীবু ফারিবা!

অদুগুম্বা লমচৎ নত্তবা করিগী তৌরিবনো'?

গরুড় ঙকপদা হায়নিংঙাই লৈত্রে, অদুনা মচিন্দগী জীমুত বাহনবু থুনমক থাদোক্লে। অদুগা হংলকই, নহাক কনানো? কনাগী মচানো? শেংনা তাকউ।

রাজকুমারনা হায়রকই — 'মহাশয় ! নহাকনা মদু হংবগী করি কান্নবা লৈ, অদুগী মহুত্তা ঐবু থুনা ফাদুনা নহাক্কী অপেনবা ওইয়ু ।' ঐবু ফাবগী করিগুম্বা মরম অমত্তা নঙোন্দা তাক্লোই ।

গরুড় —'নহাক নশানা য়ানা শিনিংলিবা করিগীনো ?

রাজকুমার — মীগী মথ্বাই কন্নবগী ঐগী থৱাই থাগদৌরিবনি '।

গরুড় — 'মীগী মথ্বাই কন্নবগীদমক নথৱাই কথোকপসি ঐ ঙক্কবা ঙমদে । মীগীদমক প্রান মাঙবা হৌনদে ।

রাজকুমার — হে: গরুড় ! মীওইবগী হকচাং অসি অরেপ্পা নত্তে । পোক্লবদি শিদবা য়াদ্রবনি । হৌজিক শিবা নত্রবসু চহি কয়াগী মতুংদা শিবা শোয়দ্রবনি । অদুদা হিংলিবা মতম অদুদা মীগী কান্ননবা তৌরম্বা অথোইবনি। অমুক পোকপা অমুক শিবা জীবগী হৌনশানি। মীগী কান্ননবা তৌরগা শিরবদি অতোপ্পা মপোক অমদা অফবা অচৌবা পদবী ফংগনি, অদুগী প্রমানদি মনম নুংশিবা চন্দন অদু হন্না হন্না নৈরগা হেন্না মনম নুংশিরকপনি । মৈদা হন্না হন্না চঙলগা সনানা হেন্না মচু লঙলকপনি । অদুগুম্বা অফবা থবক তৌর তৌরগা অফবা অদুম ওইরক্কনি । মপোক হন্না হন্না পোক্লগা ধর্ম্মদা পুক্নিং চঙজবা পামজৈ । ৱাদু তাবদা গরুড় নুংঙাইগী পান্দম খঙখিদ্রে। মদুনা মরম ওইদুনা বাজকুমার জীমুত বাহন্দা অপাম্বা বর অমা নিয়ু হায়বম্মী ।

রাজকুমার — মতম কুইনদগী লিলশিংবু চারকপা, অদুগুম্বা লিলশিং অদুগী মথৱায় পুম্নমক অমুক হন্না হিংহনবিয়ু ।'

ৱাদু তাবদা গরুড় ঙকখ্রে । জীমুত বাহনবু মহা সাধুনি হায়না থাগৎলকই, অদুগা হায়খি — নহাক্কী পুন্যগী পাঙ্গলনা অয়াম্বা লিল পুম্নমক হিংবা ওইরসনু । অদুগা অতোপ্পা অমনা নহাকসু নরৈবাক্তা হন্দুনা নিংথৌ

খুভম অমুক ফংজরো। মতুংদা নমান্নবা নিংথৌশিংনা নংগী সেবা তৌবা ওইরসনু। ৱাসি হায়রবল্লগা গরুড় পতালদা চঙখ্রে; অদুগা অমৃত পুরক্তুনা শিখ্রবা লিলশিং অদুবু অমৃত চাইদুনা হিংহল্লে। লিল পুন্নমক্লা জীমুত বাহন্দা মঙ্গোল কয়া পিরমল্লগা পতালদা চঙখ্রে। ৱারম পুন্নমক অসি তারবদা শাগৈ পুন্নমক গরুড় কিবদগী লোয়না লাক্তুনা জীমুত বাহন্দা লৈবাক অমুক শিন্নররে।

মতাং অসিদা বেতান্না বিক্রমাদিত্যদা হংলকই – মহারাজ ! নহাক ৱারী পুম্বা তারেদো। অদুনা হৌজিক গরুড়, শঙ্খচুড় অমসুং জীমুত বাহন মখোয় অহুমগী মরক্তা কনানা হেন্না সত্য অমদি ধর্ম্ম লৈবগে ?

বিক্রমাদিত্য – 'শঙ্খচুড়না সত্য অমসুং ধর্ম্ম খঙবা হেল্লি।

বেতাল – শঙ্খচুড়না সত্য লৈবা হেনবগী মরম করিনো ? মীগী মথৱাই কন্নবগীদমক মথৱাই কখোকপা ঙম্বা রাজকুমার জীমুত বাহন্না করিগী সত্য ধর্ম্ম হেন্দ্রিবনো ?

বিক্রমাদিত্য – জীমুত বাহন্দি অশেংবা ক্ষেত্রিমচানি। ক্ষেত্রি ধর্ম্মদি অশিবা কিবা হৌনদে। মীগী উপাকারগীদমক মথৱাই থাবা চিংনগন্দে। মরম অদুনা লিলা শঙ্খচুড়, শিগদবদগী কনবীবনি। শঙ্খচুড় মথৱাই হিংজরবনি, অদুদা মহাক্লা অমুক হন্না খোঞ্জেল লাউনা গরুড় কৌদুনা নংনা চাগদবা শঙ্খচুড়দি নমাঙদা লৈরিবা ঐনি, অদুদা করিগী অতোপ্পা মী চারিবনো ? তাকখ্রে, মহাক অশিবা অদু মথৌনি নিংদুনা অকিবা লৈখিদে, চেনখিগদবা মানা চেন্দদুনা গরুড়বু হন্না কৌদুনা তাকখি। মরম অদুনা ঐগী ৱাখন্দদি শঙ্খচুড়দা হেন্না সত্য অমদি ধর্ম্ম লৈব্রা খল্লি।'

ৱাদু হেক তাবদা বেতাল হরাওরে, থিন্দনা শিংশাপা মথক্তা কাখ্রে।

মতাং অসিদা বেতালগী ১৮ শুবা ৱাহং পাউখুম লোয়রে।

## তরামঙাশুবা ৱাহং

নিংথৌ বিক্রমাদিত্যসু অমুক হন্না উজাও অদুদা কাখ্রে, অদুগা অশিবগী মশক ওইরবা বেতালবু অমুক ফাদুনা পুথরক্লে। অদুদগী সন্ন্যাসিগী মনাক্লোমদা চংলক্লে। নিংথৌগী থৌরাং অদু উবদা বেতান্না হায়রকই।

মহারাজ কদায়দা চৎলিবনো ? নহাক্কী অচুম্বা পাউখুম তাবদা ঐহাক পুক্লিং পেল্লে। অতোপ্পা ৱারী অমসু হায়গে তাও। অচিন্তশিখর কৌবা সহর অমা লৈরম্মী। মদুগী নিংথৌগী মমিং সুখদ্দেসন কৌই। লৈবাক অদুদা রত্নদত্ত কৌবা ইনাক কৈরাক য়াম্না খুনবা নিপা অমা লৈরম্মী। মাগী মরল সনা, লুপা হিবোং তরেৎ লৈবম্মী। ইনাক খুনবা নিপা অসিগী মচানুপী উন্মাদিনি কৌবী মশক মতৌ ফজবী অমা লৈ। মহাক্কী মশক ফজবসি অসুক ফজৈ হায়না শিংথাবদা ঙম্মরোই, মানা ফজবনা মহেল্লবনি। অদুনা য়াম্না ফজৈ হায়রগা লোয়বে। মাবু উরুবা নিপা খুদিংমক পংথদনিঙাই লৈত্রে। মশক ফজমনবা অদুনা মতিক চাবা বব নিপা ফংদদুনা মহাক ময়ুম পান্দ্রি। মপানা মচানুপীগী মশক মতৌ চংখোনবা অদুদা কনাদা থাজসিগে খল্লি। মমৈথংদা মরৈবাক্কী নিংথৌদা চত্তুনা হায়জরুরে। মশক মতৌ ফজবী মচানুপী অদু নিংথৌগী মহারানী ওই নিংথৌদা কচ্চগে হায়জরুরে। নিপা অদুগী ৱা তাবদা নিংথৌ অদুনা মন্ত্রিশিংদা নিপা অদুগী মচানুপী অদু মশক ফজরবদি মহারানী হাপকে, অদুনা ময়াম্না ফজৈ ফজদে মশক য়েংবিরু হায়রে।

নিংথৌগী য়াথং ফংলবদা অঙম অথৌশিংনা ইনাক খুনবগী য়ুমদা মচানুপী য়েংবা লাক্লে। ইনাকখুনবনসু মচানুপী য়েংহল্লে। নুপীমচা অদুগী মশক উরুবদা লাক্লিবা মীশিং অদু ঙ্গান মাঙলে কয়াদি ফজখ্রে, মাইথোং

অদুনা থম্বালগুম্না থোৎ নৌই, নাতোন অনি অদুনা থোইদিং মপাল শাবগুমই, মসি থাইনগী লাইশিংগী ফজবগী প্রমান্নি। বসন্তগী মতমদা থোইমু লাবশিংনা লৈরাং লৈহী থিরকপদা, নুজা মাগী মাইথোং উরুবদা লৈরাং ওইরবোই নিংদুনা, মঙোন তম্না পাইশিন্নে। মহাক্কী ফজবা মওং মতৌ মথং মথং লোয়না হায়বা তারবদি লেখক্কী কলম মচিন কুমদুনা তোক্লগনি খন্দুনা শম্লপ্পা ফজবা পুম্নমক্কী হৌরকফম ওই হায়বা অসিদা মাগী ফজবগী চাং লোয়রে। অদুগুম্বী মশক ফজবী ইনাকখুনবী মমোম নুজা অদু উরুবদা লাক্লিবা মীশিং অদু পুমঙক ঙকখ্রে। চহি মতাংসু ১৮ লোমদগী হেনদ্রিবীনি। শকফম অদু উরুবদা নিংথৌ মনাইশিং অদু ৱা থন্নে।

নুপীমচা অসিবু ইনিংথৌনা লৌখ্রবদি লৈবাক্কী ৱায়েল থৌদা অমত্তা লৈররোই। কোনুং মনুংদা নুজা অসিগা লোয়নননা অদুম লৈখ্রগনি। প্রজাগী ৱাখল অমুক তৌররোই। মদু ওইরবদি কনানা নিংথৌগী মহুৎ শিন্দুনা লৈবাক ৱায়েনবীগনি। নিংথৌগী চৈরাক লৈত্রবদি প্রজা য়াম্না ৱানরগনি। ৱাখলশিং অসি খন্নরদুনা মখোয় কোনুংদা হনখরে অদুগা নিংথৌদা হায়জরুরে।

'মহারাজ! হন্দক্কী নুপীমচা অসি থোইদোক্লা কাহেন্না ফজবা শক নত্তে, খ্বাইগী শক্কী শক অসি মঙাই।'

ৱাদু তাবদা নিংথৌনা রত্নদত্তদা হায়খি—'মহাশয়! নহাক্কী নচানুপী অসি অদুক য়াম্না ফজবা শক নত্তমাল্লে।

রত্নদত্ত মথৱাই নুংঙাইরমদ্রে, অদুনা অতোপ্পা বর অমা থিরক্লে। মদুদা নিংথৌ অদুগী সেনাপতি বলভদ্র কৌবা মরন লৈবা নিপা অমা থেংনরদুনা মঙোন্দা মচানুপী অদু থাজরম্মী।

অফবা নুমিৎ য়েংদুনা সেনাপাতি অসিদা উম্মাদিণী কন্যা লুহোংখ্রে। থোইদোক্লা চংখোল্লবী নুজা অমা ফংলবদা সেনাপতি নুংঙাইবগী চাংদম লৈখিদ্রে। মখোয় অনিগী হরাও নুংশিগী ৱারী নোংম-নোংমগী হেল্লম্মী। অসুম তৌনা নুংঙাইনা মতম খরা লেল্লক্লে। নোংমদি উম্মাদিণী মতাশিংগা লোয়ননা মখোয়গী য়ুম দলাল অদুগী মথক্তা ফমদুনা রাজপথ (নিংথৌগী লম্বী) দা য়েংলম্মী। মদুগী ফজবা মওংদি করি হায়রুনি। অমঙবা নোংগী মরক্তগী অঙানবা নুমিৎনা থোরকপা মতৌগুমই। উম্মাদিণীগী হকচাংগী মঙান্না য়ুম অদুগী ফজবা হাপকৎলে। তাঞ্জা অসিদা নিংথৌ অদুসু লম্বী অসিমক্তদা লাক্লম্মী। খঙহৌদনা উম্মাদিণীবু নিংথৌনা উরুরে। মহাক অদুদি নিংথৌ অসিনা মনাইগী মচিন্দগী মশক ফজদে হায়দুনা থাদোক্লম্বা নুপীনি। মরম অদুনা উম্মাদিণী নিংথৌবু উবদা ইকাইজরম্মী। অদুগা নিংথৌনদি নুপীমচা অদু উরুবদা জ্ঞান পুম্বা মাঙখ্রে। মদু মরম খঙদবদগী নিংথৌনা মনাইশিংদা নুপীমচা অদু কনানো হংলম্মী। অদুগা হায়রম্মী নুপী অসিগুম্না শক ফজবীদি ঐ করিগুম্বদসু উখিদ্রি। মহাক অসি য়ুম পাল্লব্রা ? পান্দ্রিব্রা ? মপা মমাগী নাক্তা লৈবা নিংঙোল্লা ? অশেংবা তাকউ।' মনাইশিংনা মখুৎ লোন্নদুনা হঙ্গৎলম্মী। 'ঈনিংথৌ নুপী মচা অসি রত্নদত্তগী মচানুপী উম্মাদিণী হায়বী অদুনি। মপানা মহারাজদা কচ্চগে হায়জরম্বদুনি। হৌজিক ইবুংঙোগী সেনাপতি বলভদ্রনা লুহোংদুনা লৌরবনি। মনাইশিংগী ৱা তারগা নিংথৌ মথ্বাই নুংঙাইত নুংঙাইতনা ৱা অমত্তা ঙাংলমদনা কোনুংদা হনখ্রে। অদুবু উম্মাদিণীগী শক্তম অদু নিংথৌগী থম্মোইনুংদা চেৎন উফম চনখ্রবা ফোটোগুম্না লৈখ্রে।

নিংথৌ নুংঙাইতবা ৱাখন্না থম্মোই কাখ্রে। নুপীমচা অদুগী ৱাখন্না হেঞ্জিনখিদুনা মনাইশিংদা অয়াকপা ৱাহৈনা চৈরকই। রত্নদত্তগী মচানুপী পুন্নমক্তগী অথোইবী অসিবু নখোয়না ঐঙোন্দা মীনমদুনা ফজদে হায়খ্রে।

খুরক্কী ঈনা লাই শাবা হায়বা অদু ওইখ্রে। ইশাগী থবক্তা মীবু থাজদুনা তৌহল্লুবা ঐগী ইরান্নি। ঐনা মরম খঙজরম্লবদি ... ?

মনাইশিংনা হঙ্গৎখি – 'মহাক অসি লাইগী কর্ম্মদদি থোইদোক্লা অফবা থবক চিংদে, মহারাজ ! অদুনা ননাই ঐখোয়না থিংজখিবনি। ঐখোয়গী অরানবা ঙাকপিগনি খঞ্জে।

মনাইশিং পুম্নমক চপ মান্ননা য়ানিংদবা অদু উৎখি। অদুদগী অতোপ্পা ৱারী শাদুনা নিংথৌগী পুক্লিং য়ৈথৎনবা হোৎনরম্মী। ময়াম্না ফনা হোৎনজে হায়বা অদু মঙাই, নিংথৌদি নুংঙাইখিদবনা মাইথোং লাংশিনখ্রে, নিংবা পুম্বা কায়দুনা ৱানা লৈখ্রে।

নিংথৌগী ৱাখল ময়াম্না খঙলে, অদুবু উপায় লৈতবনা খ্বাইসু ৱা ঙাংনখিদ্রে। মতম অদুমক্তদা সেনাপতি বলভদ্র নিংথৌগী নাক্তা লাক্লুনা থুংলরে। নিংথৌনা মাইথোং লাংশিন্না মরু লুকথদুনা ফম্লম্বা অদু উবদা মন্ত্রিদা মরম করিগীনো হংলম্মী। মন্ত্রিনা তমদবা য়াদ্রদুনা ৱারোল পুম্বা লোয়না সেনাপতিদা তমখি। মন্ত্রিগী ৱা অদু তারগা সেনাপতি করি উপায় তৌসিগে ৱাখল তৌই। ৱাখল ঙহাক তৌরুরগা নিংথৌগী নাক্তা চংখিদুনা প্রনাম ভক্তি তৌরুরে, অদুগা মখুৎ লোন্নদুনা হঙ্গৎলকই। মহারাজ ! ঙসি ননাইনা য়েংজবদা স্না পুক্লিং য়াম্না ৱানা উজববু মরম করিগীনো ? শ্রীযুৎনা তৌঙমদবা থবক করি লৈরি ? পুক্লিংগী অপাম্বা থবক পাংথোকপীয়ু মদুদা কনাগীসু অথিংবা অয়েৎপা লৈজরোই।

মন্ত্রিগী মচিন্দগী ৱারম পুম্বা ননাই ঐহাক খঙজরে। ননাইগী মপোৎ মরন্দি মপুগীসু অধিকার (মপু ওইবগী থবক) ওই। পুক্লিং চিংনবিগনু, অপামবা মতুংইন্না ননাইগী হাওনুবী অদু ইবুংঙোইগী মহারাণী ওইবিখিবা

য়াজৈ। ননাইদা য়াথং পীনবীয়ু, তোল্লবী ননাই অদু পুজরক্কুনা শ্রীচরন্দা কচ্চগে। শ্রীযুৎনা য়াবিরবদি ননাইগীদি অরেপ্পনি।

সেনাপতিগী ৱা তারগা নিংথৌনা হায়রকই –

'সেনাপতি নহাক্না হায়রিবা ৱা অদু হৌনদবা চুমদবা থবক্নি। থৱাই অসি থাখিবা তারবসু ঐহাক পর নারী (মীগী নুপী) দি লৌররোই।

বলভদ্র – 'ইবুংঙো! মমাংঙৈগী ৱা অমা লৈরী। মদুদি কামোদ্ভোব না ওক্কী নুপী কয়া পুদুনা শান্নখি।'

নিংথৌ –'সেনাপতি! তাউ! উম্মাদিণী ওক্কবী নুজাদি নত্তে। সতী ওইবী নুপীবু ধর্ম্ম মাঙহল্লবদি সোয়দনা নরক তাগনি।

সেনাপতি –'মহাকপু হৌজিক ওক্কবী নুপী ওইহঞ্জগে। মরমদি বেদনা মপুরোইবা মঙা ওইরবদি ওক্কবীশিংদা চল্লি হায়নৈ। অদুনা মাবু নিপা মঙা শুহল্লগা ওক্কবী ওইরবা কাল অদুদা শ্রীযুৎকী নাক্তা পুজরক্নে।

নিংথৌ শাওনা –উম্মাদিণীবু নহাক্না সতি ধর্ম্ম মাঙহল্লবদি মদুগী মতিক চাবা ফল নথৱাই মাঙহনগনি।' অদুগুম্না ফজদবা ৱাহৈ অদু ঐঙোন্দা অমুক তাহল্লগনু; নয়ুমদা থুনমক চংখ্রো।'

বলভদ্র, অফবা ওইগদ্রা খন্দুনা হায়জরুবা ৱা অদু ওন্ন-তৈননা থোকখ্রদুনা ইকাইনা ময়ুমদা হনখিরম্মী।

নিংথৌসু মপুক্লিং থোইনা ৱাখ্রদুনা চাক চাদ্রে, তুমদ্রে মশা অদু ময়েং তারে। মতম খুদিং উম্মাদিণীগী ৱাখল তৌখ্রে, ভাবনা মাগী শক্তম হেক হেক উখরে। অতোপ্পা ৱাখল চংখিদ্রে মরুপ মপাংগা ৱারী ৱাতাই শাবা লৈখিদ্রে। অহানবদা লৈবাক্কী মপু নিংথৌ অমা ওইনা নুংঙাইনা

লৈরম্বনি। অনিশুবা শরুক্তা ৱাখন্না লাইনা ওইনা লৈরক্লে। অহুমশুবা থাক্তা নুংশা মপী ফুইনা হোন্দুনা নিংবা থুংদবা ওইখরে। মরিশুবা মতাংদা নিংথৌ কোনুং মনুংদা লৈনিংদদুনা মপান্দা কোইচৎ চৎপা হৌরক্লে। হঞ্জিল্লক্কবদগী ময়াম্না তোইনা থিনরম্মী। মঙাশুবা খুদমদদি মশা অদু নিঙঙমদবা মৈচাক্লা হেনখিদুনা চৎপা ঙম্লক্করে, হাইরক্লে। মীওইবা পুন্নমকসি **'কামগী পঞ্চরস'** না পাল্লবদা থৱাই মাঙবা পামুরক্রুবনি। তরুকশুবা তাঞ্জাদি চানিং থক্লিংবা পুম্বা কাউখ্রে। তরেৎশুবা কান্দদি দেহে অদু নিক্লক্লে। নিপালশুরকপা পান্দমদি ইকাই ইকি খঙলক্লে অফ-ফত্ত জ্ঞান লৈত্রে, অঙাওবগী মতৌগুমখ্রে। মাপল শুবা মতাংদা নিংথৌ শ্বর ফুনগৎলক্লে। তরাশুবা তাঙ্কক্তা নিংথৌ প্রান থাখ্রে।

উম্মাদিনীগী অৱা ৱাখন্না নিংথৌ (স্বগতী) ওইখ্রবদা, কোনুংগী মী পুন্নমক কপ্প লাওনখ্রে। লৈবাক অদুগী মী পুম্বা তেংথা খোন্না নিনখ্রে। বলভদ্র ৱাবনা পুক্লিং তপথবা ঙমখিদ্রে। মিৎকী পি থিংবা ঙমখিদ্রে। অৱাবা ৱাখন্না সংসারগী অপাম্বা পুম্বা হুন্দোক্তুনা নিংথৌগী **'স্মসান'** মোংফমদা চৎলগা মথন্তা শোঞ্জে।

তাইবংপাল অসি যাদু হৈবা মীগী মিত্রংগুম্বনি, পুন্নমক মীনম্বনি। অরেপ্পা লৈত্রবা সংসার অসিদা মীওইবা ঐখোয়না লুপ্তুনা লৈনরি। শা-তানবা মীনা নুমিৎ চুপ্পা বন্দা ৱানা কোয়দুনা শজি থিরি। তাইবংপাল মীওইবা ঐখোয়সে মায়াগী লাং অমনা শুক্ষত্তুনা থম্লি। হৌজিক নিংথৌ লৈত্রবনিনা মন্ত্রি অসিনা (কাম, ক্রোধ, লোভ, মোহ, মদ, ম্যাসর্য্য) হায়বদি অপাম্বা, অশাওবা, মিহৌবা, শুক্ষৎপা, ময়াইকাবা অমসুং অচৌবা পদবী পাম্বা) অসিনা থুক্ষৎখিদুনা অরেপ্পা লৈতনা উৎ-পাৎ তৌরক্লগনি। মন্ত্রিগী চিরোন্দগী অফবা জ্ঞান পুম্বা মাঙখ্রগনি। ফত্তবা

থবক কয়া তৌরক্লগনি। মদু তৌরক্লবদি শোয়দনা নরক তারগনি। নিংথৌদি নুংঙাইবা ৱাখল্লা লমজিংদুনা থৱাই থাজখিবনি। ঐদি লৈবগী করি কান্নখিগনি। ৱাখল কয়ামরুম খল্লম্লগা মৈগী কুণ্ড অমা শেল্লগা চোংথদুনা শিদোকখ্রে।

নিংথৌসু শিখ্রে, সেনাপতিসু মতুং ইনখ্রে। পাও অসি উন্মাদিণীনা তারে। মকোক্তা মখুৎ হাপ্তুনা কয়ামরুম কপলে, অদুগা হায়রকই – 'ঐনা নহালমুক্কী মপোক্তা পাপ খরা তৌরকপনা হন্দক্কী মপোক অসিদা ফংলরিবা দশানি। অদুনদি ঐহাকসু পুন্সি অসি মতোল লোম্লগে। হৌজিক থিঙ্কবগী মতম নত্রে, ইপুরোইবগা লোয়ননা চৎমিন্নখ্রগে।'

পাও অদু উন্মাদিণীগী মপা মমা তারদুনা কয়ামুক য়াম্না খামজখি, অদুবু উন্মাদিণীগী মপুরোইবগী মতুংইন্বদি অথোইবা ধর্ম্মনি হায়না য়াখিদ্রে। যুগ ১৪ লোয়বা ফাওবা স্বর্গদা লৈবা পামদদুনা করিগী নরক য়েংগদগে, হায়দুনা য়াখিদ্রে। অদুনা মপুরোইবগী মতুং ইনখ্রে (শিখ্রে)। পাও অসি অতাবা অমদি অউবা মী পুন্নমক্তা উন্মাদিণীবু থাগৎনৈ।

ৱারী মতাং অসিদা বেতাল্না বিক্রমাদিত্যদা হংলকই –

উন্মাদিণী, বলভদ্র অমসুং নিংথৌ অহুম অসি কনানা হেন্না মপুক লেপ্পা অমসুং পুকচেল চাউবগে ? বিচার মুন্না তৌ ?

বিক্রমাদিত্য – 'নিংথৌ অদুনা হেন্না মপুক চেৎপা অমসুং পুকচেল চাওবা হেল্লি।

বেতাল –'করিগী নিংথৌ অদুনা মপুকচেল চেৎপা হেল্লিবনো ?

বিক্রমাদিত্য – 'বলভদ্রনা নিংথৌগীদমক মহাকমক্কী নুপীবু

কখোকনিংলম্মী। অদুবু নিংথৌনা লৌ হায়বা য়াখিদ্রে। মহাক্না (বলভদ্র) শিখিবদি অতোপ্পা ৱাখল অমদগী শিজবনি, অঙকপা ওইদে। মপুরোইবগীদমক মনাই নুপীনা শিবসু নুপীগীদি অথোইবা ধর্ম্মনি শিফম থোকই। অসুন্না ৱাখল তৌবদা ধর্ম্ম লৈবা সত্য ঙাকপা মীদি নিংথৌ ওইগনি।' ৱাদু হেক তাবদা বেতাল উথক্তা অমুক হন্না কাখ্রে।

মসিদা বেতালগী ১৫ শুবা ৱাহং লোয়রে।

## তরাতরুকশুবা ৱাহং

নিংথৌসু অমুক থীন্দনা বেতাল অদু ফারুরে। অদুগা সন্ন্যাসিগী মনাক্লোমদা চৎখরে। মদু উবদা বেতান্না অমুক হায়রকই। মহারাজ! নহাক কদাইদা চৎলিবনো? অতোপ্পা ৱাহং অমসু হায়গে তাও!

উজ্জ্যণী সহরদা, দেব শর্ম্মা কৌবা নিপা অমা লৈরম্মী। মাগী মচানিপা গুনাকর কৌবা অমা লৈ। মহাক লাইরিক লাইসু তমদে। শাস্ত্র-কুম্মেদা মপুক্লিং চঙই। দেব শর্ম্মা মতম খরা লংফৈদা চৎখিরম্মী। মচা নিপানা ময়ুমদা লৈহৌই। মপা লৈত্রিবৈঙদা ইমুংগী পোৎ-চৈ মরন মথুম পুম্বা জুৱারদা লোয়না থাদোক্কুনা মাঙহল্লম্মী।

গুনাকরগী শাজৎ অদু উবদা শাগৈ-নাতৈ, মরি মতানা মাবু ময়ুমদগী তাস্থোকখ্রে। গুনাকর ইকাই-নুংশি য়ান্ননা, দেশ খুদিং কোয়না চৎলকই। নোংমদি মহাক বন অমদা থুংলরে। মফম অদু মী তাবা লম নত্তে, অদুনা মহাক চিংনরম্মী। লম্বী লমশাং লাকপগী অৱাবা অমদি অরাম খৌরাংবনা হকচাং অদু থোইদোক্লা চোকথরম্মী। মতম অদু নুমিৎসু তাখ্রে, মহাক উপায় লৈত্রে।

মতম অদুদা খোংনাংবট পাম্বী মখোংদা নিপা অমা মমিং উইশিন্দুনা ফম্লগা যোগ সাধন তৌরম্মী। নিপা অদু মশম জটা (তাই) পুই। মখ্বাংদা কৈ মউল শেংলি। মঙক্তা **'রুদ্রক্ষ'** মালা (করিগুম্বা পোংশক অমগী পরেং) না লৈতেংই, মমিং অনি অদু অনৌবা নুমিৎকী মঙালগুমই, মগুণ য়াম্না চেল্লি। মদু উরুবদা গুনাকর মথ্বাই হরাওরে।

সন্ন্যাসি অদুগী মনাক্তা চঙখিদুনা প্রনাম ভক্তি ওইজরুরে। অদুগা হায়জখি, ঐহাক সন্ন্যাসিগী নাক্তা ঙসিদি অতিথি ওইনা চঙজরক্লিবনি। ৱাদু তাবদা সন্ন্যাসি অদুনা হায়খি।

'ঐনা থোংদুনা থল্লিবা মীগী মরাইবক্তগী চাক অসি নহাক চাও !

গুনাকর – ঐদি সন্ন্যাসিদি নত্তে, করম্না অশিবা মীবু শোক্কনি, চাক অসি করম্না চাসিগে। মসি নত্তবা অতোপ্পা লৈরবদি পিনবীয়ু। ৱাদু তাবদা যোগী নোকফেৎ তৌরগা যোগনী মন্ত্র শোন্দুনা কৌরক্লে। মতম অদুদা খঙহৌদনা যোগনী অমা মনাক্তা লাক্লে। অদুগা করিগী মাবু কৌরিবনো হংলকই।

যোগী – মহাক (গুনাকর) ঙসি ঐগী আশ্রমদা অতিথি ওইনা লাক্লবনি। মাবু চাননবা সেবা খরা তৌ। অদুগা নেংঙাল্লগা নফমদা হনখো। যোগী য়াথং ফংলবদা যোগনী হরাওনা য়ারে। অদুদগী খঙহৌদনা মায়াগী ফুরা অমা খুদক্তা শেমখরে। অদুগা গুনাকর পুদুনা য়ুম অদুদা চঙখরে। ফজনা শেম শারবা মফম অদুদা যোগনী অদুনা চান-থক্লবা পোৎলম থৌরাং তৌখরে। অয়াম্বা পোৎলম অদু পিজ পিথক তৌরক্লে। চাক চাবা অদু লোয়রবদা খ্বানচিংবা পুথোক্তুনা পিজরে। মনম নুংশিরবা থাউনচিংবা পুরক্তনা মশা অদু নোইবিরে। নিংথিরবা ফমুং অমদা মখোয়

অনি তুম্মিন্নরে। যোগনী অদুগী ফজবা শাওং করি হায়রুনি। হেক য়েংবদা পুক্লিং শুক্ষৎনিংঙাইনি। গুনাকর অহিং অদু নুংঙাইনা রতি রসতা লেনখ্রে। মতম অদু হৌখ্রবদা, নোংঙাল্লমদাই ঙহাক পোখাবদগী তুমথোকখ্রে। নোংঙাল্লবা অদুদদি যোগনী মাঙখ্রে। গুনাকর মিকপ থোরকপদদি য়ুম দোলান অদুসু লৈরমদ্রে। মদু উবদা গুনাকর ঙকপদা হায়নিংঙাই লৈত্রে। মরম অদুনা যোগীগী নাক্তা চৎখিদুনা মরোল অদু তম্মুরে। ঙসি অহিং লেনমিন্নবী ফজবী নুপী অদু নোংঙাল্লগা মফম কদাইদা চৎখ্রে।' মাগী ৱাদু তাবদা যোগীনা হায় – ব্রাহ্মন মচা ! নহাক কয়াদা পংখ্রবনো ! মন্ত্রগী শক্তিনা শেম্বা মী অদুবু নঙনা করিগী অমুক থিরিবা ! নোং ঙাল্লবদি নহাক য়ুমদা চৎখিবা য়ারে। ৱাদু তাবদা গুনাকরনা হায়খি –ঐদি য়ুম চৎপগী থোইনা কান্নদ্রবা মীনি। যোগীগী সেবা তৌজদুনা মফম অসিদা লৈজরগে। অদুগা মন্ত্র অদু ঐঙোন্দা পীনবিরো গুনাকরগী ৱাদু তাবদা যোগীনা নুংশিবিরে। অদুনা হায়রকই –'ঐহাক মন্ত্র অসি নঙোন্দা পিবিরগে, নহাক ঈরুজরগা থুনা লাকউ। মন্ত্র অদু যোগীনা গুনাকরদা পিরে. অদুগা হায়রকই –'মন্ত্র অসি নহাক ঈশিং মনুংদা লৈরিঙৈদা শান্নগদবনি। মন্ত্র শোনগদবা মশিং অসি শুরগা নহাক মফম অসিদা লাকউ। অদুগা তৌগদবা মওং খরা কোন্না তাক্লে।

ৱাদু তাবদা গুনাকর হরাওজরে, অদুনা ঈশিংদা কুমদুনা মন্ত্র অদু শোনবা হৌরক্লে। ঈশিং ময়াইদা শোনগদবা মন্ত্রশিং অদু শোনবা লোইরদুনা, গুনাকর গুরু অদুগী মনাক্তা হল্লক্লে। অদুগা যোগী অদুগী চরন্দা খুরুম্লরে। অদুদগী হায়রকই–'ননাই ঐহাক মন্ত্র মশিং শুনা শোঞরুরে।

যোগী – অদু ওইরবদি মাইগে ৪ দা মৈ থাগৎলো। অদুগা মতম

খরদং মদুগী ময়াইদা মন্ত্র অমুক শোন্নবা হোৎনসি। মদুদা নপুক্লিং তয়াং তশোয়বা তৌরোয়দবনি। মদু তৌরগা নহাক্কী শিদ্ধ শোইদনা ওইরগনি।' ৱাদু তারগা গুনাকরনা হায়জখি— 'ননাই ঐহাক ইয়ুমদা অমুক্তা চচ্চরুখিগে, ঐগী মরুপ মপাং বন্ধু, বান্ধু পুম্নমক অমুক্তা উনজরুখিগে। অদুগা থিন্দনা অমুক লাকচরগে মন্ত্র অসি লোয়নবা সাধন তৌজরগে। ৱাসি হায়রন্নগা মরৈবাক্তা চৎখ্রে। মরৈবাক য়ৌরবদা, মহাক ৱাখল তৌই। মদুদি মহাক ময়ুমদা চঙলরোই, অদুনা মগী মামগী য়ুমদা থুংখরে। গুনাকর লাক্লে হায়বসি মরুপ মপাশিংনা তারদুনা, মাগা উনবা ময়াম লাক্লম্মী। লাক্লিবা ময়াম পুম্নমক মাগা ৱারী ৱাতাই শান্নরম্মী। ময়াম্না মাবু মঙ্গোল অশিৰ্ব্বাদ তৌবিরম্মী। পাও অসি মপাবুং দেব শৰ্ম্ম তারম্মী। মচাগী ৱাখন্দা ৱানা লৈরন্নবা মপানা, মচা উনবা থুনা চেনখিরম্মী। থীন্দনা মচাগী মনাক্তা থুগুদুনা মপা মচা উনরে। মপা উরবদা গুনাকর মপাগী চরন খুরুম্লে। মতম কুইনগী মতুংদা মচা উনরবদা ব্রাহ্মন অহল অদু, মচা কোন্দুনা কপখ্রে। অদুগা হায়খি —ইবুংঙো ! নহাক্না মতম অসুক কুইবসি য়ুম থাদোক্তুনা দেশ দেশ কোইরুরিবা করিগীনো ? ইচা উদবদা ইপা লৈফম খঙদ্রবনি হৌজিক য়ুমদা, চৎলসি '।

গুনাকর—'পাবুং ! সংসার অসি ঐঙোন্দা করিসু কান্নদ্রে। মীনস্বগী লাংনা ঐবু পুন্দুনা করিগী লৈরুগদগে ! ঐহাক মতম চুপ্পা গুরুগী চরন সেবা তৌদুনা লৈজরুগে !'

মপা—'গুনাকর ! নহাক ৱাখল থেনমল্লে। য়ুমদা নহাক্কী ননাই নুপী য়াম্না নহা ওইনা লৈহৌরি। মহাক লমচৎ ফজবী ধৰ্ম্ম কায়দবী নুপী মচানি। থোইদোক্লা য়েংবদা নিংথিবী মপুক্লিং তপ্পী অমদি মপুরোইবা নিংবী ইমৌনি। অদুগুম্বী নুপী অদু নহাক হৌজিক থাদোক্কে হায়বা ! মাদু

তৌরবদি নহাক ব্রাহ্মণী হাৎপা পাপ পুরগনি। ননাই নুপী ওইবা অদুনা মথোৎকারকপগী মতম খুদিং নুংশি মৈশা লাংহৌরিবা, মপুক্লিংগী অনিংবা কয়া থুংনদনা মতম লেনবা পুন্নমক অসি নহাক্না, উবিদ্রবদি, নহাক চণ্ডালগা মান্নরগনি। গুন পুন্নমক্না তিল্লবী ননাই নুপী নয়ুমদা নহাকপু ঙাইদুনা লৈরি। অদুনা নহাক য়ুম চত্তবা য়াদে। নওগী কর্ম্ম য়াম্না ৱাৎলি।’

গুনাকর– ‘মদু জ্ঞান লৈতবগী ৱানি। সংসার অসিদা কনানা মচানো! মরূপ মপাং মতু মচা পুন্নমক মীনম্বা ঙাক্তনি শিরবদা কনাবু মরিমতা লৈরুখিগদগে! অমুক পোকপা অমুক শিবা জীবগী হৌনবনি। হন্না হন্না পোকপা শিবা তাইবংপালগী চৎনবিনি। ঈ মতুম অমনা হকচাং অসি শারকপনি। মদুদা, থি, য়ুং ফত্তবনা থন্না লৈরিবনি। মদুনা তীল, কাণ্ড, কয়ানা চিকলিবা, খন্দুনা য়েংবিয়ু মদুগী লাইথুং লাইনানা কয়া অমা ৱাহল্লিবা জীবগী পুন্সি অসি। মরম অদুনা ফত্তে, খণ্ডলবা পোৎ অদু করিগী অমুক শোক্লুখিগদগে! ঐগী, মাগী হায়বা থবক অদুনা শুদ্ধৎখিদুনা ফত্তবা লম্বীদা চত্তুনা ওন্ন-তৈনবা কয়া তৌরগনি। অদুগা ঐহাক অদুগুম্বা লম্বী অদু চচ্চরোই। মরম অদুনা ইপা ইবুংঙোনা, সংসার মায়া লাইরেম্বীগী খায়াত্তগী নাম্থোকপা ঙমদনবা শিনবিরগনু। সংসারগী মরুওইবা মচিদি ঈশ্বরগী চরন্না অথোয়বনি। ননাই ঐহাক যোগ শাস্ত্রদা খরদং পুক্লিং চণ্ডজখরগে। তাইবং পানবগী গৃহস্থ (য়ুমপানবগী থবক) লম্বীদো পামজদ্রে।’

ৱাসি হায়রদুনা মপা খুরুম্লম্লগা সন্ন্যাসিগী মনাক্তা অমুক হন্না চৎখিদুনা থুংখরে অদুদগী মন্ত্রদু শিদ্ধ ওইগনি খনবদগী মথৱাই হন্নাওনা, মাইগে ৪ দা মৈ থাগৎলে। গুনাকর মৈ ময়াই অদুদা কুশগী আসন অমা থাদুনা ফল্লগা মন্ত্র সাধন তৌরক্লে। মানা মন্ত্র অদু সোনগদবা মশিং অদু

শুরবা ফাওবা নহালগী যোগীনী অদু লাক্লে। যোগীনী অদুনা লাক্লবদা গুনাকর গুরুগী মনাক্তা লাক্তুনা হায়রে।

গুরু য়াথং মতুং ইন্না ননাই ঐহাক মন্ত্র মশিং অদু শুদুনা সাধন তৌজরে। অদুবু করিগীদমকনো মন্ত্র অসি শিদ্ধ ওইদ্রিবসি।

গুরু—'গুনাকর ! নহাক পুক্লিং তপথৌ। মদুগী মরম কয়া লৈরি, ঐহাক মাদু তাক্কে।

মতাং অসিদা বেতাল্লা, বিক্রমাদিত্যদা হংলকই।

'গুনাকরগী মন্ত্রনা শিদ্ধ ওইদ্রিবা করিগীনো ?

বিক্রমাদিত্য – 'শাস্ত্রগী নিয়ম কায়বগী মপুক্লিংদা চিংনবা ফংলিবনি। ধৰ্ম্ম মন্ত্র শান্নবা মীদা মপুক্লিং অনি লোংলবদি, করিগুম্বদসু মন্ত্র অদু কান্নবা ফংলোই। অদুননি খঙবীয়ু।

বেতাল 'গুনাকরসু মাগী গুরু যোগী অদুনা তাকপা মন্ত্র সাধন অদু অমত্তা চিংখদনা শোল্লে। অদুবু করিগীদমক যোগীনী অদু উবা ফংদ্রিবনো ?

বিক্রমাদিত্য –'গুরুনা, গুনাকরদা মৈগী ময়াইদা ফমদুনা মন্ত্র অদু শান্নৌ মদু নত্রবদি মন্ত্র অদু মহৈ যাল্লোই হায়না তাকখি। মদুদা গুনাকরনা গুরুগী য়াথং হিক্তোকখ্রে, মরমদি মহাক মরৈবাক্তা অমুক চত্তুনা মরুপ মপাং উনরুরে। মদু উবদা গুরু অদুনা মপুক্তা খনখি, মাগী য়াথং ইন্দনা চংখ্রে হায়না। মরম অদুনা পুক্লিং অনি লোংলবা মীদি থবক মাঙ্গোল খক ওইরোই গুরু মপুক্লিংদা খরা শাওনিংখি গুরুনা পেন্দ্রবা কৰ্ম্ম অদু করম্না মহয় য়ানগদৌরিবনো ? মরম অদুনা মহাশয় ঐনা হায়জরিবা

অসিনি। মরম অদু লৈবনা যোগীনী অদু গুনাকরনা কৌবদা লাক্কৃবনি। নিংথৌগী ৱাদু তাবদা বেতাল পেনখ্রদুনা থিন্দনা শিংশাপা পাম্বীদা কাখ্রে।

মসিদা ১৬ শুবা বেতালগী ৱাহং লোয়রে।

## তরাতরেৎশুবা ৱাহং

নিংথৌসু অমুক হন্না উথক্তা কাখ্রে, অদুগা য়াম্না চেকশিন্না বেতাল অদু ফারুরে। অদুগা মরেংবান্দা থোঙ্গৎলদুনা কুমথরক্লগা সন্ন্যসিগী মনাক্লোমদা লাক্লে।

মদু উবদা বেতান্না হায়রকই—'মহাশয়! নহাক্না ঐবু পুদুনা তুমিন চৎলিবা অদু সন্ন্যাসিগী মনাক্তনি হায়বা খঙলে সন্ন্যাসি মচা অদুনা হায়বা ৱাদু, করিগী জ্ঞান লৈতবদৌনা অপংবা উৎলিবা ?

ফরে; নপুক্লিংদা অপাম্বা থবক অদু তৌ, অদুবু ঐনা হায়বা অসি লৌ ৱাহং অমসু হায়গে তাও !

কোরলপুর হায়বা লৈবাক অদুদা সন্দরাক্ষ কৌবা অফাওবা নিংথৌ অমা পাল্লি। লৈবাক অদুদা ধনঞ্জয় কৌবা সৌদাগর (হি ললোনবা) অমা লৈ। মাগী মচানুপীগী মমিং ধনবতী কৌই। মহাক গৌরীদত্তদা থাজরম্মী।

ঈশ্বরগী নোংদম খঙবা ঙমদে, ধনবতী মতম খরা লৈরগা মীরোনবগী মওং ওইরক্লে।

নুমিৎ থা শুরদুনা মচানুপী অমা পোকচরে। মচানুপী অদু য়েংবদা থোইদোক্লা নিংথিবী ওইরম্মী, অদুনা মমিং মোহিনী থোল্লি।

মতম খরগী মতুংদা নোংমা খঙহৌদনা বজ্র তারক্তনা

পান্দুনা শিখ্রে। মদু উবদা ধনবতী ৱাবনা হায়নিংঙাই লৈখিদ্রদুনা লৈবাক্তা থরো থরো ওন্দুনা কয়া কপখি। ধনবতী অদু মপুরোইবা লৈত্রবা অদুদা নিংবা পুম্বা কায়রদুনা যুম অদুদা লৈনিংদ্রে অঙাওবীগুমখ্রে। অদুনা মচানুপী অদু পোরদুনা, মমিত্তদি পিনা অরেপ্পা লৈতনা শিন্থরদুনা যুম অদুগী মপাল থোকখ্রে। অহিং অদু অসুক্কী মতিক মমখ্রে, মাইগৈ মফম খঙখিদ্রে, অদুনা মহাক সেরান্ননা মোংফম মাইগৈরোমদা চৎলক্লে। লাইগী নোংদম অঙকপনি। মোংফম অদুদা হুরানবা অমা তানা লেংদুনা লৈরম্মী। অদুগুম্বা মফম অদুদা চংলদুনা ধনবতীনা হুরানবা অদুগী মশাদা হেক থেঙলুরে। মদুদা হুরানবা অদু যাম্না ৱাখ্রে অদুগা হায়রকই। 'বিধাতানা ঐগী অৱাবা অসি হেন্না হেন্না ৱাও তমখ্রমাল্লে। খঙলে, পুন্নমক অসি বিধাতাগী নোংদম্নি। অফবা ফত্তবা কয়ামুক নহাক্মুক্কী মপোক্তা তৌরকপা কম্মগী ফলনি, মীনা ঐবু ৱাহনবা নত্তে।' ৱাহৈশিং অসি মথন্তা ঙাংজরগা ধনবতীগী মফমদা হায়রকখি অহিং অথেংবা অসিদা নুপী ওইবী নহাক্না মোংফম অসিদা লাক্লিবদি করিগীনো ? মরম অদু ঐঙোন্দা শেংনা তাকউ।'

ধনবতী – ঐহাক অৱা নুংশিনা দেহে অসি চাকথেক্লদুনা ইচানুপী পিশকসি পুদুনা অরাপ্পা লৈবাক্তা চৎখ্রগে লাক্লিবনি। ঐগী অশেংবা নঙোন্দা তাক্লগা করি কান্নগদগে। ঐঙোন্দা হংলকইবা নহাকপুনা কনানো ?

হুরানবা – 'ঐবুদি ফত্তবা মীনি, ঐনা তৌজবা কম্মগী মতুং ইন্না হৌজিক তানা লেংলবা অসি ফাওবা শিবা ঙমদদুনা লৈরিবনি'

ধনবতী –'তানা লেংলবা ফাওবা শিদ্রিবদি করিগীনো ?

হুরানবা – 'ঐহাক সংসাবগী চংনবী যুমপানবা (লুহোংবা) তৌদ্রি, মরম অদুনা শিরগা, ইরল ইথুমশিং শিন্ননিংঙাই লৈত্রি, অদুনা শিবা

য়াপ্রদুনা লৈরিবনি। হৌজিক ঐ ৱা অমা নঙোন্দা হায়গে মদু য়ারবদি সনা মোহর লাক্ষ অমা পিজরমগে। মদুদি নহাক্কী নচানুপী অদু ঐঙোন্দা কন্যাদান তৌবিরো।'

ৱাদু তাবদা ধনবতী অপাম্বনা শুঙ্কাৎখিদুনা অফ ফত্তা মীনা নোক্লবা পুম্বা ৱাখল তৌখিদ্রে। লল অদু পাম্বনা মতুংদা করি থোক্লগদগে খনখিদ্রে। অদুনা হুরানবদা হায়খিরম্মী 'নহাক্কী সনা অদুদি কদাইদা লৈবগে ঐঙোন্দা উহল্লু।'

হুরানবা – 'ঐহাক মীনম্বা ৱা হায়জরোই, সনা খোংনাং পাম্বী অমা হৌরিবা অসিগী মখোংদা তৌথোক্কুনা য়েংউ।

ধনবতী –উখোং অদুদা য়েংলুবদা সনা ময়াম অদু ফংলে, অদুনা হুরানবদা হায়খি। হৌজিক ইচা নুপী অসি নঙোন্দা থাজরবনি। অদুবু নহাক্তি শিগ্রগনি, ইচা অসিদি মচাদি অমুক ফংজহৌররোই। অদুনা মহাক মচা-মৱা লৈতবা ওইদুনা ৱানা মপুন্সি লেনহৌবা তারেদো।

হুরানবা –নুপীমচা অসিনা মপুং ফানা চাউরগা মাগী হৌনবী ঋতু লাক্লবদি, কনাগুম্বা ব্রাহ্মন মচা অমদা সনা লুপা পিরগা মাগী *ঋতু পালল তৌহল্লু। (* শেল পিরগা নেক্কুনা মচা লৌবা) ৱাসি হায়রল্লগা, হুরানবা মথ্বাই নুংঙাইনা প্রান অদু থাদ্রে। লল অদু ফংলবদা ধনবতী মথ্বাই হরাওবনা লোইখ্রে। অদুনা মহাক অতোপ্পা লৈবাক অমরোমদা চৎখিদুনা লৈরুরে। মফম অদুদা ফজ-ফজরবা ফুরা দলান শাদুনা মচা নুপী অদু য়োক্কুনা নুংঙাইনা লৈখ্রে। নুপী মচা অদু নোংমা নোংমগী থানিনগী থাজগুম চাউখৎলকই। মচানা মপুং ফারক, ফারক্লগা, মমাগী মথ্বাই ৱাখরে। মরমদি লল পাম্বদগী মহাক তুংগী ৱাখল য়েংহৌদ্রে

মথ্বাইগা মান্নববা মচানুপীবু হৃরানবা অদুদা থাজরুরে। ৱাখল অদু খল্লুবদা ধনবতী মথ্বাই নুংঙাইখিদ্রে। মরমদি মচানুপী অদুগী মথোৎকারকপগী হৃরাও-নুংঙাইবা অদু উহন্দবগীনি। অদুবু সনা লুপা ময়াম অদু উহন্দুনা মচাগী মপুক্লিং ফাজিল্লি। মওং অসুম লৈরকপনা নুপীমচা অদু মাগী হৌনবী ঋতু মতি (থাগী-লৈ) ওইরক্লে। মতম অদুদা ঋতু অদু ঙাকপিনবা লৈতবনা থোইনা ৱারম্মী। মশা অদু নহা ওইবগী লাইথুংনা তনিক তনিক্লুম্মী দলান অদুগী মথক্কী থাক্তা মতাশিংগা লোয়ননা লৈরম্মী। অদুগা মখোয় লম্বীরোমদা মমিৎশিং অদু য়েংনরম্মী। মতম অদুমক্তদা ব্রাহ্মন পাখং অমা লম্বী অদোমদা মথন্তা লাক্লুম্মী। মদু নুপী মচা অদুনা উরদুনা মতা অমদা ব্রাহ্মন পাখং অদু মমাগী মনাক্তা কৌবিরুনবা হায়জরম্মী। মরমদি মমানা মাবু (ব্রাহ্মন অদুবু) উরগা ঙাংগদবা ৱা লৈবনি তাকখি। ৱাদু তারবদা মতা অদুনা চৎখিদুনা ব্রাহ্মন মচা অদু কৌরুদুনা মমাগী মনাক্তা পুরকখি। ধনবতী ব্রাহ্মন নহা অদু উবদা হৃরাওনা ফিদা থাদুনা ফক্ষল্লে। অদুগা হায়খি –'ইবুংঙো ! ঐগী ইচানুপী অসি মাগী অহানবা 'ঋতু স্নান' ওইরে। অদুনা নহাক্লা মাগী ঋতু অসি ঙাকপিদুনা মচা ধারা অমত্তা ফংহল্লু। মদুগী মনা ওইনা নঙোন্দা সনা মোহর ১০০ (চামা) শোয়দনা পিগনি। ঙসি অহিং অসি নহাকপু নুপী মচা অসিনা সেবা তৌহল্লু।'

ৱাদু তাবদা ব্রাহ্মন মচা অদু হৃরাওনা য়ারে। মথ্বাই নুংঙাইবসু হায়নিংঙাই লৈখিদ্রে। অদুনা হায়রকই –'ঐহাক অহিংদা মফম অসিদা লাকচগে। অয়ুক নুংথিন্দি লৈজরোই' ৱাদু হায়রম্লগা মহাক চৎখ্রে। ময়ুম য়ৌরগা চাবা-থকপা লোয়রে। নুমিৎ তাহন্নিংবনা নুমিৎ লোমদদা য়েংদুনা লৈখ্রে। অঙাইননা লৈরবা অদুদদি নুমিৎ অদুসু তাবা লৈখিদ্রে। প্রমান অমদা বিরাট নিংথৌগী মশেল নিপা কিচক সেনাপতিবু দ্রৌপতিনা নুমিদাং

জগোই সংদা উনসি হায়বগী কিচক্লা নুমিৎ ঙাইবগুমখ্রে। ৱানা ঙাইরবা মতুংদা অঙানবা তাখিদুনা অমম্বা লাক্লে। মদু উরবদা থীন্দনা নুপীমচা অদুগী মনাক্তা চৎখিদুনা থুংখরে। নুপী মচা অদুসু ব্রাহ্মন মচা অদু ফংলবদা মথ্বাই হরাওরে। অয়াম্বা ব্যবহারগা লোয়ননা ফমফম চানা ফহ্মহন্দুনা অচা-অথক কয়া পুথোক্তুনা সেবা তৌজখি। মনম নুংশি-নুশিংরবা চন্দন অমদি থাও পুরক্তুনা তৈররে। অদুগা সনা মোহর ১০০ লৌথোকউদুনা ব্রাহ্মন অদুদা দক্ষিনা কৎলে। ব্রাহ্মান অদু নুংঙাইনা অহিং অদু লেপ্লে নোং ঙাল্লগা ময়ুমদা হনখরে।

মতম খরা লৈরগা, বিধিগী নোংদম্না নুপীমচা অদু মীরোনখ্রে, মদু কনাদসু মখোয় হায়দোক্লখিদে। মতৌ অসুম্না লৈরকপনা গর্ভ মপুং ফারদুনা, নুমিৎ থা চপ-চানা শুরদুনা থোইদোক্লা চংখোল্লবা মপারি অমা ফংজরে। মচাগী মশক অদু উবদা মমা ওইরিবী নুপীমচা অদু হরাওজরম্মী। মতম অদুদা মমা ধনবতীনা মচানুপীদা হায়খি –'ইবেম্মা ! ইমাদি অৱা-নুংঙাই য়ান্নরে; মরমদি অয়াম্বা মীশিংনদি নহাকপু নপুরোইবা লৈতে, নয়ুম পান্দি হায়না খঙনরি। মদুদা নপুরোইবা লৈতনা মচা পোক্লে। হায়না নোক্লগনিদো ! মসিদা মী খঙহন্দনা ইমা-ইচানা কয়া কুইনা লোত্তুনা থম্বা ঙমগনি; নোংমদি শোইদনা মকা ফোংলক্কনি। মতম অদুদা মীনা নঙবু ওক্তবীনি হায়না নোক্লরক্কনি। অদুনা ইমানা ৱাখল অমা তৌরি। মদুদি নহাক অমদি ঐহাক্লা অঙাং অসি য়োকপা মতিক চাদ্রবনি। মমাগী ৱাদু তাবদা মচানুপীনা হায়খি – ইমা ! ঐহাক ইচা অসিগীদমক মীনা তিন্নবিদ্রবসু অমদি ইথ্বাই অসি মাঙবা তারবসু ইচাবু থাদোকচবা ঙমজরোই ৱাহৈশিং অসি হায়নরগা মমা-মচা অহিং অদু তুম্নখ্রে। মতম অদুদা নুপীমচা অদুগী মমঙদা কনাগুম্বা অকিবগী শক্তম পুবা খুজিন খুয়া শাংনা

খাকপা মকোই মরাং চোম্বা, মখুত্তা ত্রিশুল পায়বা, মকোক্তা জটা পুবা নিপা অমা লাক্লগা মাগী মোন মনাক্তা ফম্লগা হায়রে —'নুপীমচা ! নহাক অঙাং অসি য়োকপা মতিক চাদে, অঙাং অসি মতিক মগুণ লৈবা মীনি, মহাক শোয়দনা লৈবাক অসিগী নিংথৌ ওইরগবনি অদুনা মাবু নিংথৌগী থোঙজিন্দা থিন্দনা থম্মুরো। মদু ওইরবদি ময়াম্মক্কী মঙ্গল ওইগনি। অদু নত্রবদি নহাক্কী অৱাবা দশা য়াম্না লাক্কনি। ৱাসি হায়রম্লগা নুপা অদু খঙহৌদনা মাঙখ্রে। নুপীমচা অদু মিকপ থোক্লে, অদুগা মঙগী ৱা অদু মমাদা তমখ্রে অদুগা হায়খি —'অঙাং অসি ঐনা য়োকপা মতিক ওইরোইদৌমাল্লে। পুক্লিংদা চিংনবা অমা পোক্লক্লে। মচানুপীগী ৱাদু তাবদা ধনবতী নুংঙাইরে, অদুনা থীন্দনা কোরিগী শেম্পাক অমদা সনা লুপা কয়াগা লোয়ননা অঙাং অদু হাপলে। অদুদগী লোম্না অঙাং অদু পুখিদুনা নিংথৌগী সনথোংদা থম্মুরে। অহিং অদু মমৈ ওইরক্লবদা নিংথৌ নুংঙাইনা তুমখুল হুল্লি। মতম অদুদা নিংথৌগী মমঙদা ওইথোক্তবা মঙ অমা উরম্মী। মদুদি মখুৎ ১০ পানবা অকিবগী মাইথোং ওইরবা মহাদেবগী মুর্ত্তি অমা ঈগুম্না, ঙাঙলবা ফি শেৎলি, হকচাং অদু য়াম্না চাউ শাংই, কুচুনা পিথ্রাইগুম্না লংই; মখুত্তা ত্রিশুল অমা পায়রগা লাক্লুনা নিংথৌদা হায়রম্মী —'মহারাজ ! নহাক থুনা হৌগৎলো। তুম্বা মতম নত্রে। নহাক্কী অফবা মতম থুঙঙরে, নপুক্লিংগী অনিংবা পুম্বা থুংলগনি। হৌজিক লাইগুরুগী অরান খুভম ফংলগনি, হৌজিক নহাক থীন্দনা মপানগী সনথোংদা চত্তুনা য়েংউচো ! সনা, লুপা কয়াগা লোয়ননা নপারি অমা ফংজরগনি। মহাক অদু চেকশিন্না য়োক-থাকউ, অদুগুম্বা নচা অদুনা লৈবাক অসিগী নিংথৌরেল ওইরগদবনি।' নিংথৌ ৱাদু হেক তাবগা, মিকপ খঙথোক থোকখি। অদুনা রাম রাম শোন্দুনা থুনা হৌগৎলে। অদুগা মঙগী ৱাদু নিংশিংদুনা ৱাখল তৌখি। অদুদগী মপানগী থোঙলোমদা

হরাওনা থোক্লকই। মদুদা সনা মোহর লিশিং অমগা লোয়ননা অঙাং অমা লৈরম্বা থেঙনরে। থীন্দনা অঙাং অদু লৌখৎলগা কোনুং মনুংদা হরাওনা চংখরে। অদুগা মহারাণীদা পিরুরে। রাজারাণী মচা ফংজরবদা হরাওবনা হায়নিংঙাই লৈখিদ্রে।

রাণীনা মনিংথৌদা হঙ্গৎখি — শ্রীযুৎ ইবুংঙো! হৌজিক ইচাগী মঙ্গোল ওইনবা কর্ম্ম পাংথোকসি, পারি অদু ননাইদা পিন্নবিরো, অদুগা ৱাংগোল শংদা লেংশিল্লসি।'

অঙাং অদু রাণীনা অমুক লৌখ্রে। অদুগা লৈবাক প্রজাদা মহারাণী অঙাং উনরে হায়না লাউথোক্লুনা নিংথৌগী পুংজাও থিনখ্রে। নোংঙাল্লগা নিংথৌনা মচাগী মঙ্গলগীদমক অয়াম্বা হরাও কুম্মৈ তৌদুনা প্রজাশিংবু পিজ পিথক তৌখি। মফম মফম খুদিংদা, জগোই, ঈশৈনা নিল খোংদুনা নুংঙাইবা ফোংদোক্লখি, লাইরা অনং ব্রাহ্মন-বৈষ্ণবনচিংবা সনা, লুপা কয়া কয়া দান কৎখি। অয়াম্বা প্রজাশিংনা হৰাওবদা মপা লৈনখিদে। নিংথৌ মপারি অমা ফংজরবদা মথাই নুংঙাইজরে। অদুনা য়াম্না চেকশিন্না য়োকচৈ। মচাগী কর্ম্ম মথং মথং পাংথোক্লকপদা, মমিং থোনবা মতম য়ৌরদুনা হরিদত্ত থোল্লে। মতম অদুগী মহৈ চৎনবী লিরুং তেন অমদি রাজ নিতি মতিক চানা তম্বীখ্রে। নুমিৎ খরনিগী মতুংদা অয়াম্বা মহৈ মশিং কৈখি —খঙখিদুনা পণ্ডিত অমসু ওইরে। মচানা মতিক চারবা মতম অদুদদি, নিংথৌ পদবী শিন্নদুনা বাজ ভিষেক তৌবিখ্রে। মচাদা লৈবাক্কী ৱায়েন থৌদা শিন্নরম্লগা অহিং নুংথিল ঈশ্বর নিংদুনা লৈখ্রে। অসুম্না মতম খরা লৈরম্লগা নিংথৌ পুন্সি মতোল লোমখরে।

মপাবুং মহারাজ নোঙ্গাখ্রবদা, হরিদত্ত নিংথৌ লৈবাক্কী অঙম অথৌগা করি তৌফম থোকপা তানখি।

অঙম অথৌ মন্ত্রিশিংনা গয়া ক্ষেত্রদা চত্তুনা পিণ্ডদান কৎলু তাকপিখি। মপা মপুগী অরান-খুভম ফংনবনি খন্দুনা হরিদত্ত নিংথৌ হরাওনা লেংখ্রে। অদুগা 'গয়াপুর, গদাধর তীর্থদা মপাবুংগী 'পিণ্ডদান' কৎলক্লে। মদু উবদা মপা-অহুম লাক্তুনা মখুৎ অহুম তিংথোক্লক্লে। মদু উবদা হরিদত্ত নিংথৌ ঙকখ্রে। মহাক করম্না মপাগী খুত্তা পিণ্ড অদু পিশিগে খল্লি। বেতাল্না কোন্না বিক্রমাদিত্যদা হায় ! হায়য়ু মহারাজ ! পিণ্ড অসি করম্না মপানা লৌগনি।

বিক্রমাদিত্য – 'মহাশয় ! হন্দকী পিণ্ড অসি হুবানবা মপা অদুনা লৌগনি মাগী অধিকাবনি।

বেতাল–'হুবানবা অদুনা পিণ্ডগী অধিকাব ওইবগী মরম হায়য়ু তাসি। অদুগা মাগী বীর্য্যদগী পোকচবা ব্রাহ্মন অদুনা পিণ্ডগী অধিকাব ওইদ্রিবা করিগীনো ? অমদি য়ামনা চেকশিন্না য়োক থাক্তুনা রাজপদবী পিবিরম্বা অদুনা করিগী পিণ্ড লৌরোইদৌরিবনো শেংনা তাকউ।'

বিক্রমাদিত্য – 'নিংথৌ অদুসু সনা মোহর লাক্ষ অমা লৌদুনা য়োকচখিবনি। ব্রাহ্মন অদুসু মোহব ১০০ লৌদুনা মাগী আমৃত (বীর্য্য) অদু য়োম্বোকপনি। পুন্নমক অসি হুবানবগী মবল ঙাক্তনি। থাঙ্গৈশেংবা হুরানবগী নুপী (মতু) নি। মপুরোইবনা থনম্না সনা পুন্নমক্না শিনবনি। মরম অদুনা পিণ্ড অসিগী মপুদি হুরানবা নিপা অদুনি। ৱাহংগী পাওখুম অচম্বা অদু তারবদা বেতাল থীন্দনা শিংশাপা উথক্তা হন্না কাখ্রে।

মসিদা ১৭ শুবা বেতালগী ৱাহং লোয়রে।

# তরানিপানশুবা ৱাহ

নিংথৌসু অমুক হন্না উথক অদুদা কাদুনা বেতালবু থুনমক ফাকরে। মরেংবান্দা খোঙ্গভুনা হরাওনা কুমথরক্লে। অদুগা থুনমক পুদুনা চৎলক্লে। মদু উবদা বেতান্না অমুক হায়রকই। "মহারাজ নহাক্না অসুক য়াম্না নপুক্লিং তয়াং তয়াংনা তপথবা নাইদ্রিবা কারি কান্নবা ফংগদৌরিবনো? হৌজিক ঐগী ৱাহং অমগী পাওখুম অমুক পিখো। মদু নত্রবদি চৎপা খক য়াবোই।

চিত্রকূট লৈবাক্তা রূপদেন কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লি। নিংথৌ অসি য়াম্না মপুক মপাও তপ্পা, অমসুং ধর্ম্ম লৈ; অদুনা তাইবংপান অসিদা মমিং ফাওই। লাইগী নোংমগী নোংমা নিংথৌ অসি বন্দা শক্তি তানবা , মদুদা শাডি অমত্তা থেংনখিদে, অদুনা ৱাবনা শিদৌরে, ঈশিংদ থীনাংনা খাংবা ভুমদ্রদুনা ঈশিং থিনম্মী। মতম অদুদা ওস্তোক্লা মুস্রনা পুক্রি অমা থেংনরে, মদুদা থম্মালনা কয়া ফজনা শাৎখ্রে। অয়াম্না ঈশিংগী চেক্লাশিংনা কয়া ইরোইদুনা শান্নবা, খোইমুশিংনা থম্মালগী লৈহী চুপকদবগী ভুংদুনা নয়া পাইরি। য়েংবদা পুক্রিং শুক্ষৎনবা দৃশ্যনি। য়েংবিয়ু, ঈশ্বরগী খুজিল অঙ্ককপনি। মতম অদুদা মুনিগী মচানুপী শক খোইদোক্লা নিংথিনবী অমা, পুখ্রি অদুদা মথন্তা ঈশিং শোক্কে হায়বগী লাক্লম্মী। মাগী মশাক ফজবগী শক্তম হায়দুনা কান্নদ্রে, শম্না হায়ববদা সংসাবগী শক ফজবী হায়দুনা হেক লৈরিবা পুন্নমক অদুদগী মানা খরা খোইবম্মী।

অদুগুম্না শক নিংথিবী অদু উরুবদা, নিংথৌ অদু অরাম খৌরাং পুন্নমক কাউথোকখিদুনা; মপুক্লিং অদু তপথবা ভুমখিদ্রে। মুনি কন্যা অদু মাগী ঈশিং পুল অদু থুনমক শোক্লগা ময়ুমদা চৎখরে। নুপীমচা অদু উদ্রবদা নিংথৌ লৈফম খণ্ডদ্রে। অদুনা রাখল তৌবদুনা মুনিগী আশ্রমদা

নুপীমচা অদুগী খুদুং ইন্দুনা থুংখরে। অদুগা মুনিগী চরন্দা খুরুমজরগা মখুৎ লোম্নদুনা হায়জখি —'মুনিদেব ! ননাই ঐহাক চিত্রকুট লৈবাক্কী নিংথৌ ৱূপদত্ত হায়বা অদুনি। শজি তানবা লাকচবনি, মদুদা অরাম-খৌরাংবনা হকচাং অসি চোকথরে। নুমিৎ তাখরে, ঐগী লৈফম লৈত্রদুনা মুনিগী অতিথি ওইজগে লাক্লবনি। মুনি হরাওনা ফম্ননবা য়াথং পিবিরে, অদুগা হায়রকই। ঙসি অতিথিগী সেবা ফংজবসিদি ঐগী আশ্রমগী মঙ্গলনি। নুপী হাৎপা, ব্রাহ্মন হাৎপা অমসুং ষন হাৎপগী পাপ অদু য়ুম অদুদা অতিথি সেবা নিংথিনা তৌজরবদি পাপ পুম্নমক কোকই হায়নৈ। অদুগা লেপ্পমক শিরগা স্বর্গ কায় হায়না 'বেদনা' লাউরি। ঙসি ঐগী লাইবক ফবনা নিংথৌ নহাকপু অতিথি ওইনা ফংজবনি। অসুম্না মুনি, নিংথৌ ৱারী শান্নে। ৱারী অসুম শান্নবদগী নিংথৌবু নিন্দা ওইবা ৱাহৈ খরা মুনিনা হায়খি মদুদি —'মহারাজ ! নহাক্না ফত্তবা লমচৎ জীব হাৎপগী থবক তৌরিবসি করিগীনো'? তোল্লবা শজি অদু হাৎলগা নহাক্কী করি কান্নগদৌরিবনো ? মীগী মাঙনবসু তৌজদবা বন্দা হাজং চাদুনা লৈজবা জিবনি। মাবু করি দোষ লৈদুনা হাৎলিবনো ? অমদি অহিংশা, জিববু নুংশিবীবগা মান্নবা ধর্ম্ম অমুক লৈত্রবনি। জীব হিংশা তৌরবদি শোয়দনা **'নরক'** তাগনি। অদুনা হিংশাগী থবক থাদোক্কদবনি।

মুনিগী ৱাদু তাবদা নিংথৌ ইকাইরন্মী, অদুনা হায়জখি। 'মুনিদেব ! ধর্ম্ম অধর্ম্ম অফ-ফত্তগী ৱা খরা অমসু হায়বিয়ু।'

মুনি—'ঐনা খঙবা খরা হায়গে তাও ! সংসারদা দানগা মান্নবা ধর্ম্ম অতৈ লৈত্রবনি। জীব পুম্নমক **'আত্মা'** চপ মান্নে, হায়বা ৱাখল তৌগদবনি। চংজরকপা মীবু ঙম্না মখৈ ঙাকপিবা হায়বা অসি অথোইবা দান তৌবগুম্বনি। কিরদুনা চংজরক্লবা অদুদি ইশাগী থৱাইমক কথোক্কুনা

মাবু কন্নবা হোৎনগদবনি। ঙাকপি হৈবগা মান্নবা অতোপ্পা লাইনিং– (তপস্যা) লৈত্রবনি। থৌজান্দগী হেন্না চান্নবা মরুপ থক থিবা ফংলোই। ধর্ম্মগা মান্ননা চান্ন তিন্নবা মপা লৈতবনি। ধর্ম্ম লৈবা পণ্ডিত ওইবা মীশিংনা অতোপ্পগী মতেং পাংগদবনি। ইপোৎ হুন্দোক্লগা মীপোৎ পাম্বা থক হৌনদে। হায়নখ্রবদা থবক অদু ঙম্বা মখে পাংথোক্লবা হোৎনগদবনি। অদুগুম্বা মী অদুদি শিবগা 'যম' উনবা হৌনদ্রে। নিংথৌ ওইরবসু প্রজাবু ঙাক-শেনবীদ্রবা, মীনমদুনা মীগী মপোৎ লৌরগা অমদি থা ৫ দগী হেন্না মীরোল্লবা নুপীবু 'রতি' ক্রিয়া (তিন্নরবা) মদুগী পাপ অদুদি হায়দুনা লোয়বা ঙম্বা নত্রে। অদুনা মহারাজ পাম্লী ওইবা মীশিং অদুদি শোয়দনমক নরক্তা চৎকনি।'

নিংথৌ –মুনিনা তাকপিবা পুম্বা অচুম্বা ঙাক্তনি, হায়বা ঐ য়াজরে মতুং অসিদদি ঐহাক ফত্তবা থবক থাদোকচখ্রগনি।

নিংথৌগী মরা তারবদা মুনি মপুক পেল্লদুনা অপাম্বা বর অমা নিযু পিবিগে তাকপিখি।

নিংথৌ–মুনিদেব ! কৃপা তৌবিরবদি, নহাক্কী কন্যা অসি ননাইদা লুহোংবীরো !' নিংথৌগী হায়জবা ৱাদু মুনিনা য়াবিরদুনা হায়খি –'ঐগী ইচানুপী অসি নহাক্কী ননাইনুপী ওইজরো !' মুনিগী য়াথং ফংলবদা নিংথৌ হরাওজরে।

মুনিনা মচানুপী, নিংথৌদা গন্ধর্ব্ব বিবাহ তৌখরে। নিংথৌ অহিং অদু লেল্লে, নোংঙাল্লবদা মাগী নুপীগা লোয়ননা, মুনিদগী বিদায় লৌরগা শগোল থৌদুনা মরৈবাক লোমদা অমুক লাক্লে। মখোয়না লাকপসি অচিকপা বন অমদা থুংলরে। মতম অদু নুংথিলগী শরুক লোইখিদুনা

সন্ধ্যা মতম ওইরক্লে। নুমিৎ তাখিবা অদুদা নিংথৌ ৱাখল তৌই। হৌজিক ঐখোয় কদাইদা চৎলগা মফম কদাইদা লৈরুগনি। ৱাখল ঙহাক খল্লগা শগোল অদু উপাল অমদা পুনশিল্লে, অদুগা বাজ রাণী মখোয় অনি উথক অদুদা কাখত্তুনা লৈরক্লে। তাঙ্গা অসিদা হিংচাবা অমা মফম অদুদা লাক্লে। মশক অদু অকিবগী মওংনি, ময়ানা চৌখ্রিবা অঙকপনি। হিংচাবা অদু উবদা মুনি কন্যা অদু পাখৎখ্রে। হিংচাবা অদুনা নিংথৌগী মনাক্তা লাক্লগা হায়রে — 'মহারাজ ! নহাক্কী নুপী অসি ঐনা চাবা তারে। ব্রহ্ম রাক্ষস ওইবা ঐগী খুত্তগী নাম্থোকপা য়াবরোই।' অদুনা মরম খঙনা নহাক থবক অসি পাংথোকহল্লু। ৱাদু তাবদা নিংথৌনা হায়জে —'তাও ! হে রাক্ষস ! মদু ঐঙোন্দা হায়বিগনু ! নঙগী খয়াত্তা করন্না ঐগী নুপী অসি পিজগনি। বেদ পুরান্দা কয়া লাওনখ্রে, মদুদি মপুরোইবনা মাগী গৃহিণীবু ঙল্লিবা মখৈ কনগদবনি। অদুনা মাবু ঐনা কনগদবনি, করন্না নঙোন্দা চাউ শিন্নশিগে !

হিংচাবা —'মহারাজ ! নহাক্না হায়রিবা অদু অচুম্বা শাস্ত্রগী নিয়ম্নি। অদুবু কবিগুম্না অৱাবা অমা কনগে হায়রবদি লল খরা তিংবা হৌনবনি। নরল-নথুম খরনা নথৱাই অমদি নঙগী নুপীবু কল্লু। নথ্নাই হিংনিংলবদি লল খর তিংবা নহাকপু চারবদি নঙগী নুপীবু কনানা কনবিগনি। শাস্ত্র হৈবা, হৈতবা বেদগী ৱা কয়া লৈরী। অদুনা নুপীবু পীজরগা নথ্নাই কল্লু।'

নিংথৌ — 'হায়রিবা ৱাদু অচুম্বনি, অদুবু কবিগুম্বদসু ঐগী থৱাই লৈরিবা মখৈ নুপীবুদি পিবা ঙম্লোইদৌরি। মদু নত্তবা লৈবাক, শগোল দোলাই হেক ঐগী লৈরিবা মখৈ অপাম্বা লৌখিবা য়াগনি। মদুদা ঐগী করিগুম্বা অৱাবা অমত্তা লৈজরোই।'

হিংচাবা–'অদু ওইরবদি ঐ ৱা অমা হায়গে মদু য়াও ! চহি ৭ তা ঙাইরিবা ব্রাহ্মন নিপামচা অমা, নপুক্লিংদা অৱাবা লৈতনা মঙক অদু কক্কুনা হাংলু। মাগী ঈ অদু ঐ পুক থন্না থক্কে। মদু য়ারবদি মহারাজ, নখোয় ঐগী ইফমদগী নাম্বোকপা য়াগনি। নিংথৌ মপুক্লিংদা অকিবা অমদি নুংঙাইতবনা ঈরাক্লরম্মী। অদুবু উপায় লৈতবদগী, মদু তৌজগে য়াখরে। নিংথৌগী ৱা তারগা হিংচাবা মাগী মফমদা হনখরে।

হিংচাবা হনগ্রবা মতুং ঙহাক লৈরগা, অহিং অদু লোইখ্রদুনা অঙানবা লাক্লে। মতম অদুদা মুনি কন্যা অদি পুদুনা নিংথৌ মাগী কোনুংদা হল্লক্লে। মদু উবদা প্রজাশিংনা হরাও-কুম্মে কয়া কয়া উংখি। অদুদগী নিংথৌনা হিংচাবগী ৱারী অদু লিদুনা ময়ামদা তাহনখি। মখোয়না তিংলকপগী মওং অদু তম্লখি। নিংথৌগী নুংঙাইতবা ৱাদু তারগা মন্ত্রিনা হায়খি –'মদুগীদমক শ্রীযুৎনা সনা পুক্লিং ৱাবিগনু। লল লৈরিঙৈদা তৌবা ঙমদবা থবক করম্বা লৈবগে মহারাজ ! মদুগী ৱাখল্দা চিংনবীগনু। ননাই মন্ত্রিনা ইৱা ৱাদনা ব্রাহ্মন মচা অদু পুজরক্কুনা কচ্চগনি।' মন্ত্রি ৱাদু হায়রম্লগা বাখল অমা তৌরে অদুদগী খুৎ-শা হৈবা সুনারী (সনা শাবা) কৌবদুনা সনানা মীগী মুর্ত্তি অমা শাহল্লে। সনাগী মুর্ত্তি অদু খুল্লক লৈরক্কা পুদুনা চৎলগা লাউথোকই। তাও ! লৈবাক প্রজা পুম্নমক, মসি নিংথৌগী হুকুম্নি। মদুদি কনাগুম্বা চহি ৭ তা শুরিবা ব্রাহ্মন নিপা মচা অমা নিংথৌনা বলি কৎকনি। মদু মশা অমদি মপা মমানা য়ারবদি সনাগী মী অসি পিগনি। মসিদসু নত্তনা অতোপ্পা লল থুম কয়া অমসু পিগনি। মরম অদুনা কনাগুম্বনা অৱা ৱাখল লৈতনা ব্রাহ্মন মচা অদু পিয়ু। সনা মোহর লাক্ষ অমদি শোয়দনা ফংলগনি।'

নিংথৌগী মনাইনা শন্দোরকপা পাও অসি লাইরবা ব্রাহ্মন অমনা

তারে। অদুদা মাগী ব্রাহ্মনী অদুদা ৱারম পুন্নমক অদু তল্লে। ঐখোয়গী ঈশ্বরনা ইচানিপা অহুম পিনবিরে। মসিদা চাননবা চাক্তি লৈতবনিনা হকচাং অসি ময়েং তারে, লাম্বনা প্রান অসি মপাল থোকখিগদৌরে। য়েংউদো! ইবেম্মা, চাবা ফংনদবনা অয়াম্বা মী পুন্নমক শিনরক্লে। অদুনা নিংথৌগী থবকসু কান্নখিনবা ঐখোয়গী থৱাইসু হিংনবা ইচানিপা অমা পিথ্রসি।' ৱাদু তাবদা ব্রাহ্মনী অদু মথ্থাই ৱাবনা হায়নিংঙাই লৈখিদ্রে। অদুগা মপুরোইবা ব্রাহ্মন্দা হায়জখি —'ইবুংঙোনা তাকপীবা ৱা ননাইনা য়েৎচবা ঙমজদে। অদুন্নদি ওইরবদা ইচা অতোনবদি পিজবা ঙমজবোই।

ব্রাহ্মন —'ইচানিপা অহন্না ঐখোয়গী শ্রাদ্ধ শোনবগী মথৌনি অদুনা মাবুসু ঐনা কৰিগুম্বদসু পিথোকপা ঙম্লোই। মপা-মমা অনিগী ৱাদু তাবদা মচানিপা য়াইমনা হায়রকই। 'ইপা ইবুংঙো ঐবু য়োনবিরগা অয়াম্বা সনা লুপা ললশিং অদু ফংবিয়ু। শংসারদা ইপা ইবুংঙো, লাইরবগা মান্ননা অৱাবা লৈত্রবনি। ঐগী প্রান মাঙখ্রবসু ইপাগী অৱাবা কোকহৌরবদি অফবনি। ঐ অমা শিখিবগী অৱাবা ৱাখল খনবিরুগনু। মচা নিপা লৈহৌরিবা অসিগা, মতুংগী পুন্সি নুংঙাইনবা শিন্নবিহৌ' ৱাহৈ অসি হায়রম্লগা ব্রাহ্মন মচা অদু সংসারগী ময়া পুম্বা থাদোক্কুনা, মপাগা লোয়ননা নিংথৌগী মনাক্তা লাক্লে। নিংথৌনা ব্রাহ্মন মচা অদু ফংলবদা, সনানা শাবা মী অমসুং অতৈ অতোপ্পা লল থুম কয়া পিবিরম্মী। সনা লুপা যাম্না ফংলবদা ব্রাহ্মন অদু মচাগী নুংশিবা খঙদনা হরাওনা ময়ুমদা চৎখরে। মতম অদুদা রাক্ষস অদু নিংথৌ মনাক্তা লাক্কুনা থুংলরে। হিংচাবা অদু উববদা নিংথৌনা ব্যবহারগা লোয়ননা ফমহল্লে। অদুগা মনম নুংশিববা থাউনচিংবা পুথোক্কুনা ব্রাহ্মন মচা অদু তৈবিরে। অদুদগী অশেংবা ঈশিংদা ঈরুজবিরে, অদুগা নিংথিজরবা ফিজোল শেৎপিরে

মনম নুংশিরবা চন্দন থিনবিরে, ফজবা লৈরাং পরেং শিজিনবিরে। মনম নুংশিরবা ধুপ থাউমৈ, কৎলে অয়াম্বা পোৎলম চৈরম্না হৌনবী মতুং ইন্না সুনা কৎলে। অদুগী মতুংদা নিংথৌনা মখুৎনা থাংশাং পায়দুনা চংলক্লে। থৌরাং অদু উবদা ব্রাহ্মন মচা অদু কন্নমক নোকখিরম্মী, অদুগা ঙহাক লৈরগা অমুক কপখিরম্মী মতৌ অদু অউবা মীশিংনা ঙক্লখি। মরমদি মীওইবনা শিরগনি খঙলবদি ৱাবনা কপ্পনি। অদুগা ব্রাহ্মন মচা অদুনা নোকখ্রিবা অদুগী মরম কনাসু খঙবা ঙমখিদে।

বেতান্না বিক্রমাদিত্যদা হায় 'মহারাজ! অসিগী অচুম্বা মওং অদু ঐঙোন্দা নহাক্না হায়য়ু।'

বিক্রমাদিত্য – 'মহাশয়! ৱাহংগী অরেপ্পা পাওখুম কয়া নঙোন্দা হায়জখ্রে। হৌজিকসু তাবিয়ু। ব্রাহ্মন মচা অদুনা শিরমদাই অদুদা খনখি। অঙাং ওইরিঙৈ মতমদা ইমা ইপানা মচানি হায়দুনা লুনা য়োকপিখি। অদুদগী লৌশিং জ্ঞান লৈননবা ইমানা অমুকসু য়োকপিরে। অদুদগী মখোং কারকপা মতম অসিদা ঐনা নিংথৌবু কনগদৌরি। ঐবুদি কনবীনবা জীব অমত্তা সংসার অসিদা লৈররোই। ইপানা লল পাম্বনা ঐবু য়োম্থোক্লকল্লবনিনা, ঐগী উপায় লৈত্রে। হৌজিক নিংথৌনা মখুৎমক্না থাং পায়দুনা লাক্লে। ঈশ্বরনা ঐবু বলি কৎলগা পেনবা ওইগদৌরি। মতম অসিদা ঐবু কনবীগদবা মরুপ কনা লৈরিবগে। ৱাখল অদু খল্লুবদা ব্রাহ্মন মচা অদু মথ্বাই ৱাখিরম্মী। মরম অদুনা হন্দক মানা নোকপা অসি হরাও মীনোক নত্রে, অৱাবগী মীনোক্লি। মীওইবা অসি নুংঙাইমল্লবসু কপ্পা, অমদি ৱামল্লগা নোকপা মওং অমসু লৈবনি। ৱাদু হেক তাবদা বেতাল হরাওবদা মপা লৈখিদে, অদুনা হন্না শিংশাপা বৃক্ষদা কাখিরম্মী।

মসিদা ১৮ শুবা বেতালগী ৱাহং লোয়রে।

## তরামাপনশুবা ৱাহং

নিংথৌ বিক্রমাদিত্যসু অমুক উথক্তা কাখৎখরে। অদুগা অমুক অশিবগী মশক ওইরবা বেতাল অদু ফারুরে। অদুদগী মরেংবান্দা অশিবা হকচাং অদু থোঙ্গত্তুনা মখাদা কুমথরক্লগা সন্ন্যাসিগী মনাক্লোমদা চৎলক্লে। মদুদা বেতান্না বিক্রমাদিত্যাদা হায়রকই। মহারাজ! ঐহাক ৱাহং অমসু হায়গে তাও! বিসাল পুরী কৌবা সহর অমা লৈরম্মী। মফম অদুদা বিপুলেশ্বর কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। দনদত্ত কৌবা ইনাকখুনবা লল্লোনবা নিপা অমসু লৈরম্মী। মাগী মচানুপী অনঙ্গ মঞ্জুরি কৌবী অমা লৈ। মনিলাল কৌবা অতোপ্পা ইনাক খুনবগী মচানিপা অমসু লৈ। মখোয় অনি হায়বদি, অনঙ্গ মঞ্জুরী মনিলাল লুহোংলম্মী। মতুং নুমিৎ খরনি লৈরগা মনিলাল লল্লোনবা মীরৈবাক্তা চৎখিরম্মী। মনিলাল লংফৈদা মতম খরা কুইনা লৈখিরম্মী। অনঙ্গ মঞ্জুরী মপুং ফারবী নুজা অমনি। নোংমা অনঙ্গ মঞ্জুরী দোলালগী মথক্তা ফমদুনা লম্বীরোমদা য়েংলম্মী। মতম অদুদা কমলাকর কৌবা ব্রাহ্মন মচা পাখং অমা লম্বী অদুদা লাক্লম্মী। মখোয় অনি মায়োক্লনা মমিৎ চানরম্মী। হেক উনবা অদুদা মখোয় অনিমক মপুক্লিংশিং অদু শুম্মৎনরম্মী। খঙহৌদনা মখোয় অনি নুংশি মৈচাক ফাওখিরম্মী। অদুবু ব্রাহ্মন পাখং অদু ঙহাক মিৎচানরম্লগা, মথৱাই নুংঙাইতনা ময়ুম চৎখিরম্মী। অদুগা অনঙ্গ মঞ্জুরী অদুসু ৱানা ময়ুমদা অদুম লৈহৌই। ব্রাহ্মন মচা অদুনা ময়ুম য়ৌরগা মাগী মরুপ অমদা থৌদোক অদু তমখি।

'ঐহাক নুপীমচা অদু উরুবদগী থম্মোই কায়খ্রে। হকচাং অসি তপথবা ঙমদ্রে, তনিক তনিক্লে। কামগী ভেন্না পান্দুনা দেহে অসি পুবা ঙমদ্রে। করিগীদমক ঐনা অসুক য়াম্না নুংশি মৈশা লাংলিবনো! ৱাদু

তাবদা মরুপ অদুনা ব্রাহ্মন মচা অদু নিংথিনা ফক্মল্লে, অদুগা মনম নুংশিরবা থাউনচিংবা অদু মশাদা তৈবিরে। অদুগা ইংখ্রবা ঈশিং খরা পুরক্কুনা পিরে, অগুরু চন্দনচিংবা পুরক্কুনা মশাদা তৈবি থিনবিরে। অদু ওইরবা ফাওবা ব্রাহ্মন মচা অসি অমত্তা মশা অদু ইংথবা ঙমদ্রে। মশা অদু অহোইননা নুংশি মৈচাক হেনখ্রে। কনাগী চন্দন নুংদোন করি অমত্তা মঙোন্দা কান্নখিদ্রে। কমলাকর চিংনবা অমা পোক্কে। অসুম্না ব্রানা খাঙখি। অসোমদসু অনঙ্গ মঞ্জুরী অদু মশক ফজখ্রবা ব্রাহ্মন পাখং অদু উরুবদা নুংশি মৈচাক্না মশা অদু অনা লোইরম্মী।

নুংশি মৈশা খাঙবা ব্রারে, ব্রাখল মেল তাদ্রে। নুংশি মৈচাক্না হেঞ্জিল্লক্কুনা মথন্তা কাম কৌবা লাইবু নিন্দা তৌখিরম্মী – হেঃ কাম কৌবা লাই ! নহাক অসি ওক্লরবা মী মহাক অদু অফ-ফত্তা হেক্তা খঙহন্দে। মদুগী মহয়না মীওইবদা তমথিরবা অরাবা অমা হেক-হেক পী, নহাক অসি ওম্বোক্না থৌজাল লৈতেদা ! ইপুরোইবগা কায়নবগী লাইবক থীরবী নুজা ঐবু 'কাম' নহাক্না জ্ঞান মাঙহনবিরে। নহাক্কী পঞ্চবান (নুংশিগী তেন মঙা) না থাবিদুনা থরাই অসি মাঙবা তাখ্রে।

হৌজিক পাম্বে অমা উদ্রে, ঐবু মৈচাক পীরগা ! মসিদা কাম কৌবা ঈশ্বর, নহাক্কী করিবু তোংজবা লৈরিবা। অসিগুম্বা দোষ অসিবু শাওখিদুনা শিব মহাদেবনা মশাদা উৎ তৈশিনখি, অদুম ওইরবা ফাওবা লাইনা অসিগী হিদাক্তি থাদোকপা ঙমখিদে। ব্রাখলশিং অসি খল্লুবগা অনঙ্গ মঞ্জুরী মতা অমগী মফমদা হায়জখি ইতা চান্নবী ! ব্রাহ্মন মচা অদুবু মফম কদাইদা লৈরিগদগে ? মাগী মশক অদুদবু ঐনা কাউবা ঙমখিদ্রে। হৌজিক মাগা উনবা ফংদ্রবদি ঐ শোয়দনা প্রান থাবা তারে।' ব্রাদু তাবদা মতানা হায়খি –ইতা ! ইতা নহাক করিগীদমক অদুক ফজদ্রবা নব্রাহে

অদু হায়রিবনো ? নহাকপু ইকাইবা হায়বা অদু খক য়াওদ্রবা ? অমকপা লৈত্রবা পম্বৌগী মাইদা ফত্তবা কালি তৈহল্লগেরা ? শাগৈ নাতে মরুপ মপাংশিংনা থীনা নোক্লরগনি। নহাওইরিবী নহাক্লা নশাগী ইজৎ পুম্বা মাঙহল্লগেরা। ইশাবু মীনা নিন্দা তৌহল্লবদি ইপা, ইপু লৈখা তারগনি। নহা ওইবগী ময়াই কারকপা অদুবু লাকশিঞ্জবা ঙমদ্রবদি, হয়েং অহল ওইরবা ফাওবা মীনা থিনা ঙাংনবা তোক্লোই।'

অনঙ্গ মঞ্জুরী – 'ইতা ঐহাক অদু খঙন-খঙনা জ্ঞান অসি মাঙশিল্লক্লে। নহাক্লা হায়রিবা ৱা পুম্বা অচুম্বা ঙাক্তনি অদুবু কাম কৌবা লাইগী মচিল তুম্নবা তেন্না থাখিদুনা মদুগী হুনা চাকপা মৈশা খাঙবা ৱারে। ঐহাক ৱাখল ঙাওখিদুনা অফ-ফত্ত ৱাখল খঙলক্তরে। ইতা ঐহাক মৈরানবীগী মতৌগুম্লে। তীলনা ময়োল চিকথৎলবা উপালবু কনানা কনগনি। নুংশিরবা মহাক নত্তনা ঐবু অৱাবা পোত্থাহনগদবা কনা লৈরি ? মতম অসিদা ব্রাহ্মন মচা অদু পুরক্তুনা পিবিদ্রবা শাগৈ জাৎকী ইকাইবা অকিবা পুম্নমক থাদোক্তুনা শোয়দনা ঐহাক প্রান অসি থারগনি। মওং অদু উরবদা মতানা হায়খি –'ইতা মদু ওইরবদি অৱাবা থাদোক্লো; ঐহাক শোয়দনা ব্রাহ্মন মচা অদু পুবিরক্লগে অৱা ৱাখল থাদোক্লো ৱাসি হায়রম্লগা মতা অদু অতোপ্পা মথৌ অমদা মপুক্লিং অমুক চংখ্রে। মতানা কয়া থৌশাদবা মওং অদু উবদা অনঙ্গ মঞ্জুরী নিংবা পুম্বা কায়দুনা শিরগে চপ যুংনা খল্লে, অদুনা থৌরী য়াল্লগে থৌরাংখ্রে। মতম অদুমক্তদা অমুক মতা অদু মনাক্তা লাক্লম্মী। অনঙ্গ মঞ্জুরীগী থৌরাং উবদা ঙকখ্রদুনা হায়খি – করিনো ইতা ! নহাক্লা তৌরিবসিবো। ঐগী ৱা অমুক্তা তাখো। ঐনা শোয়দনা পুবিরক্লগে, শিখিগনু হায়বনি। থৌরি অদু মতানা মুন্দুনা লৌথোক্লম্মী। অদুদগী ব্রাহ্মন মচা অদু কৌরুনবা চৎখ্রে। কমলাকর অদুসু নিংবা থুংদ্রদুনা লফুরা অমা থাদুনা তুমদুনা

লৈরম্মী। মশা অদুদি মনম নুংশিবা চন্দন্না লৈতেং ওইরদুনা, ওয়থোইনা খাঙলম্মী। মতম অদুদা—দুতী অদু লাক্কুনা হায়খি। ঐহাক অনঙ্গ মঞ্জুরীনা থারকপনি, নহাক্কী ৱাখন্দা মহাক ঙাওদুনা লৈহৌরে। দুতীদুগী ৱা তারগা কমলাকরনা হায়খি ঐগী দশা অসি মঙোন্দসু থোক্লবোইরে।

দুতী —'হৌজিক অতোপ্পা অমা ঙাংদুনা মতম মাঙহনবা কান্নদ্রে। ঐখোয়না করিগুম্বা পম্বুরবদি মহাক শিবনা হাল্লম্লগনি।' দুতীগী মৱা তারবা অদুদদি কমলাকর থীন্দনা সখি অদুগা লোয়ননা লাক্লম্মী।

অসোমদা অনঙ্গ মঞ্জুরী মতাগী তাৎ ওইরবোই নিংদুনা মশা অদু জ্ঞান তাদ্রে, অদুনা মাগী পুন্সি অদু নিংবা থুংদবগীদমক পুন্সি অদু ইখন্নখ্রে। মানা তাইবং থাদোক্লমদাইদা খঞ্জখি। 'হয়েংমুক্কী লাংওন্দা ব্রাহ্মন মচা অদু ইপুরোইবা ওইনা ফংজগে! ৱাখল অদু তৌনা তৌনা অনঙ্গ মঞ্জুরী প্রান থাখরে।

অনঙ্গ মঞ্জুরীনা শিখ্রবা মতুংদা ব্রাহ্মন মচা অদু থুংলরে। অদুদা মানা নুংশিজরবী অদুনা, মশুংলাংগীদমক শিরম্বা অদু উবদা মশা অদু লৈফম খঙদনা মৈচাক পিরম্মী। কায়না মৈচাক খাঙবা ঙমদ্রদুনা মহাক দেবীগী চরন্দা চঙলগা প্রার্থনা তৌখি – হে ঃ ইমা ভগবতী ঐগী নিংবা অসি মপোক অসিদা থুংবা ঙমদ্রবনিনা, হয়েংমুক্কী মপোক্তা অনঙ্গ মঞ্জুরী অসি ঐগী খোংলোই ওইজগেকো! ৱাখল অসি খল্লম্লগা ব্রাহ্মন মচা অদুসু অরোইবা পুন্সি বিদায় লৌখরে। অনঙ্গ মঞ্জুরীগীদমক ৱাদুনা কমলাকরসু শিদোকখ্রে। থৌদোক অসি অতাবা, অউবা মী পুম্নমক ঙক্লখিরম্মী। মখোয় অনি কুফাং চন্দুনা পোৎলোইসি হায়দুনা ময়াম্না থৌরাং তৌখ্রে।

মতম তাঞ্জা অদুদা অনঙ্গ মঞ্জুরীগী মপুরোইবা লংফৈ চৎখিবা অদু ময়ুমদা থুংলবে। মদুদা নুপীনা শিরম্লিবা অদুগী মরম পুন্নমক লোয়না তারে অমসুং খঙলে। মদুদা মথ্বাই নুংঙাইখিদ্রদুনা কয়া কপ্লে, অদুগা হায়খি—'মতম কয়াগী মতুংদা ইয়ুমদা হল্লকপদা নুংশিরবী মাগী মাইথোং থাজমানবী অদু উজবা ফংখিদ্রে। হৌজিক নহাক লৈত্রবদি ঐনা লৈহৌবগী করিমুক কান্নখিগনি। ৱাহৈশিং অসি ঙাংলম্লগা অনিগী পোৎলোইরিবা, মৈনুং অদুদা মহাকসু চোংশিন্দুনা মথ্বাই থাখিরম্মী।

মতম অমত্তদা মী অহুম পুন্না পোৎলোইখ্রে। অঙকপা ৱা অসি অতাবা মীশিংনা য়েংগদবগী মফম অদুদা থন্না লাক্লরম্মী।

বেতাল্না বিক্রমাদিত্যদা হংলকই —'মহারাজ! মখোয় ৩ অদু কনানা নুংশি মৈচাক কনবগে'?

বিক্রমাদিত্য —'নুপীনচা অদুসু অপাম লাংদা থুখিদুনা, লৈবাক্কী শাগৈ ঙাইগী অকিবা ইকাইবা থাদোকখ্রবনি। অতোপ্পা নিপা অমগীদমক মথ্বাই থাগ্রিবনি। তিরম পুন্নমক অদু মপুরোইবা অদুনা খঙলবা তারবা অমদি মনিংমক্লা উরবনি। অদুমক্তদা মহাক করিগুম্বা অশাওবা অমত্তা পোকখিদে। অদুগা নুপী অসিগীদমক মহাক জ্ঞান পুন্নমক মাঙখি। অদুনা মপুক্লিংদা চিংনবা অমদি অরা-অনা লৈতনা মথ্বাই থাদোকপা ঙমই। মরম দুনা ঐনা হায়র্জারবা অসিনি। নুংশি মৈচাক কনবসি মপুরোইবা অদুনা মখোয় অনি অদুদগী খরা হেল্লি। ৱাহং অদুগী পাওখুম তারবদা বেতাল পেনখ্রদুনা, অমুক হন্না শিংশাপা উগক্তা কাখ্রে।

মসিদা ১৯ শুবা বেতালগী ৱাহং লোইবে।

# কুনশুবা ৱাহং

নিংথৌ বিক্রমাদিত্যসু অমুক হন্না উথক্তা কাখৎখ্রে। অদুগা বেতাল অদু ফারুরগা হন্না নখাদা কুমথরকই। অদুদগী সন্ন্যাসিগী মনাক্লোমদা থুনমক চৎলক্লে। বেতাল —'কদাইদা চৎলিবনো, মহারাজ। নপুক্লিং তয়াং তশোইরিবা করিগীনো ? অতোপ্পা ৱাহং অমসু হায়গে তাও ! জয়স্থল কৌবা সহর অমা লৈবম্মী। মফম অদুদা বন্ধন কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। লৈবাক অদুদা বিষ্ণুশর্ম্মা কৌবা ব্রাহ্মন অমা লৈরম্মী। মহাক্কী মতিক চাদ্রবা মচা নিপা মরিখক লৈরম্মী। ময়াম্না অহল অদুনা মতম খুদিং জ্বারদা শান্নদুনা মরল মাঙহল্লি। অনিশুবা মচা অদুনা ওক্তবীগী ময়ুমদা ঙাক্তা মতম লেল্লি। অহুমশুবা মচা অদুনা হেন্না ফৎখিদ্রে। মহাক অহিং চুপপা মীগী মরা লৈবী নুপী ঙাংনবা চৎলি। মরিশুবা মচা অদুনমুক শরুক ও হেন্না ফৎখিদে। মমা-মপা য়েংদে, নুমিৎ চুপ্পা অথি-অথিবা ৱাঙাং শাঙাং ঙাক্তা ঙাংই।

বিষ্ণুশর্ম্মা মচাশিংগী মরমদা মীমাং ফিরুক খুম্না হায়বা অদু ওইবম্মী। মরম অদুনা নোংমা মচা ৪ অদু কৌরগা হায়রম্মী। ইচাশা ! করিগুম্বদা শেল থানদুনা শিংনবা অমা ওইনা শান্নবা হাযবা অসি অমুক তৌরগনু। থবক তৌবদা খ্বাইদগী হেনমনবা মতৌ খক ওইরোইদবনি। শেল মাঙলবা পুকচেল চাউবা মী লৈতবনি। পুক্লিং ৱাবনি। ফত্তবা লমচৎ ৱাখল ফত্তবা মদুদগী মীগা খৎননবগী মরম ওইবনি। জ্বার শান্নবা মফম অদু লক্ষ্মী খক লৈবা হৌনদে ওক্তবী নুপীগী মনাক্তা চঙলর্বদি য়ু থকপগা চপ মান্নে। অপংবগী মতৌগুম জ্ঞান হেক্তা মাঙবনি। লৌনম তৌদুনা লল ফংবা য়ানবা নুংশি শাজিন্নদুনা মমৈথংদা ফাঁশিগী থৌরীনা

ঙক্তো হুকপগা মান্নবনি। মদু মাগী লৌনম লাংদা থুখিদুনা করিসু খঙলক্তে। ওক্তবী (বেশ্যা) শিংদি লল হেক লৈরিবা মখৈ লুনা চান্না তৌগনি। অদুগা লল হেক লৈরক্তুবা মখোয়দা পিরক্তুবদি মীচিনা ফাওবা হন্না য়েংলক্লোই। অদু য়ৌরবা ফাওবা চন্দানগী য়ুম অদু থক থাদোকপা ঙম্লোই। মমৈথাংদা পৈশা অদুগী মরমগীদমক হুরানবা ওইরক্কনি। শাগৈ-ঙাই-অহল-লমনগী ইকাইবা অকিবা থাদোক্লক্কনি। অফ-ফত্তগী ভাব মাংখিনি। অদুনা মপা-মমা, মচিন-মনাও, মচে-মচনগী অমসুং মতুমচা ফাওবা মাঙনবা হোৎনবক্কনি। লাই ব্রাহ্মন গুরু-জাতি পুম্না থাদোরক্কনি। মমৈদা শাগৈগী মৌ মীগী মপুরোইবা লৈবী নুপী ফাওবা অশেংবা ধর্ম্ম মাঙহল্লক্কনি। জাৎ বিজাৎ নাইরক্লোই। পাপ পুন্যগী ৱা থাদোক্লক্কনি। মদুনা মরম ওইদুনা মথংদা হুরানবা ডাকু ওইখিনি। মদু কনাগুম্বনা খঙলক্তুনা অফা-অপুন হেক লৌদুনা অৱা খুভম ফংলক্তুনা মতিক চাবা দণ্ডি তাদুনা মথ্বাই মাঙখিবা য়াই।

জ্ঞান লৈতবা অপংবশিংদি মতিক মপা চাদনা ৱাখল য়াম্না তৌগনি। থকশি-খাশি লৈরোই, অথিবা ফজদবা ৱাঙাং-ৱাতা ঙাক শিজিন্নগনি। চাবা থকপদসু অহাও-হাওতগী ৱাঙাং ফজদবা ঙাক ঙাংলক্কনি। অচুম-চুমদা খঙলোই মীদা পংখৎ খৎনবা ওইগনি। অঙাং ওইরিঙৈদবু মহৈ বিদ্যা হৈহৌদ্রবা মী অদুদি মখোক্কারকপদা মীগী মতু-মচাদা অকাইবা কয়া তৌরক্কনি। অহানবদা খঙলমদবা থবকশিং অদু মতম হেনথ্রবা তুংদা হেক শঙজরকপদা মথন্তা অনুতাপ (অৱাবা ৱাখন) লাক্কনি।

মথক্কী ৱাহৈশিং অসি মচা ৪ দা হায়রম্লগা বিষ্ণুশর্ম্মা মীরৈবাক্তা মপাগী ৱাহৈশিং অদু তারগা নিংবা কাইরদুনা মচিন মনাও মখোয় ৪ ৱা তান্নৈ। ঐখোয় ইহৈ-ইশিং হৈননবা মীওইবগী গুন খর লৈনবা মীরৈবাক্তা

চৎলসি হায়দুনা দেশ কোইখ্রে। লৈবাক কয়া কোইরুদুনা মহে বিদ্যা কযা তমদুনা হৈনরক্লে। মহে মপুং ফানা হৈরবদা মখোয় ৪ মরৈবাক্তা অমুক হরাওনা হল্লক্লম্মী। মখোয়না লাকপদা লম্বীদা শরু মতেক অমা তাদুনা লৈবা উরম্মী। মদু উবদা মখোয় ৪ হায়নরকই। ঐখোয়না মতম অসুক কুইবসি মীরৈবাক্তা ইহে তম্লুরিবসি, ইরৈবাক য়ৌরগা মীগী মমাংদা উৎনবা অচুম-চুমদা খণ্ডনবা অভ্যাস (শাজেল) য়েংখিসি।

ৱাসি হায়নরগা অমনা শরূ ময়াম অদু মন্ত্র অমা শোন্দুনা লোইনা পুনশিন্দুনা লৈহল্লি। মদু অমনা মন্ত্র অমা অমুক শোনবদা মাগী মাগী মফমদা লোইনা শৌজিন্নরম্মী। মদু হেক উবদা অমনা মন্ত্র অমা হেক শোনবদা তোংশা ঈ অমদি মউন মতু লোইনা হৌদুনা মুর্তি হেক পাল্লি। মতুং অদুদা অমনা মন্ত্র অমা অমুক শোল্লুবদা নোংশা অমা মথ্বাই পান্দুনা হিঙ্গলক্লগা চপ হেক লেপ্পরে। মতম কুইনা চারক-থক্লক্রুবা মপুক লাম্লবা নোংশা অদুনা মমাংদা মী লৈবা উরবদা চোংশিল্লক্লুনা মখোয় ৪ অদু ফাদুনা চাথোকখ্রে। ৱারী মতাং অসিদা বেতাল্লা বিক্রমাদিত্যদা হংলকই। মহারাজ! মখোয় ৪ গী বিদ্যা মন্ত্রনা অশিবা নোংশা অদু হিংহল্লে। মসিদা অচুম্বা পাওখুম পীয়ু। মখোয় ৪ গী মনুংদা করম্বা নিপানা খ্বাইদগী হেন্না অপংবা (মুর্খ) ওইখিবগে ?

ৱাদু তাবদা বিক্রমাদিত্যনা খুমখি —'জ্ঞান লৈতবা অপংবা মখোয় ৪ গী মনুংদা অশিবা নোংশা অদুবু মথ্বাই হাপ্লুবা অদুনা খ্বাইদগী হেন্না অপংবনি। মহে হৈতবা মীসু মবুদ্ধি মরৌশিং য়াম্না লৈবা মীদি খ্বাইনা থাগৎনৈ, অপংবা ওইদে। অদুগা মহৈদি য়াম্না হৈবা মরৌশিং লৈতবা মীবু মহে হৈজরবসু মাবু মীনা অপংবা কৌই। মহৈদগী লৌশিং শিংবা মীনা অথোইবনি হায়নৈ। নোংশাদি মী চাবা জীবনি অদুবু মথ্বাই হাপ্পুনা

হিংহল্লুবদগী মখোয় ৪ মথ্বাই থাখিবনি। ৱাদু তাবদা বেতাল নিংথৌবু কয়া থাগৎলম্লগা শিংশাপা উথক্তা অমুক হন্না চেনখৎখিরম্মী।

মতাং অসিদা ২০ শুবা বেতালগী ৱাহং লোয়জরে।

## কুনমাথোইশুবা ৱাহং

নিংথৌ অমুক হন্না উথক অদুদা কারগা অশিবগী মশক ওইরিবা বেতাল অদু ফারে। থিন্দনা মখাদা কুমথরক্লগা সন্ন্যাসিগী মনাক্লোমদা চৎলক্লে। বেতান্না হায়রকই, নিংথৌ নহাক্না ঐবু পুরগা কদাইদা চৎলিবনো ? মদুনা নঙগী করি কান্নবা ফংগদৌরিবা ? ঐগী ৱা লৌ, ঙহাক্তং তপথখো অতোপ্পা ৱাহং অমা তাখো। বর্ম্মপুর কৌবা লৈবাক্তা ধর্ম্মযজ্ঞ কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। মাগী লৈবাক্তা গোবিন্দ কৌবা লাইরিক লাইশু য়াম্না হৈবা ব্রাহ্মন পণ্ডিত অমা লৈরম্মী। ধর্ম্মদা থোইদোক্না মপুক্লিং চঙবা মতম খুদিং যাগযজ্ঞদা মপুক্লিং লুপচবা অদুগা মাগী মতিক চারবা মচা নিপা মরিসু লৈজে। মচাশিংগী মমিং হরিদত্ত, সোমদত্ত, যজ্ঞদত্ত অমসুং ব্রহ্মদত্ত কৌই।

অসুন্না নুংঙাইনা মতম খরা লৈরবা মতুংদা মচা অহল হরিদত্ত শিখিরম্মী অদুনা ব্রাহ্মন অহন গোবিন্দ মথ্বাই ৱানা অহিং নুংথিল নাইদনা কপ্পুনা ঙাক লৈরম্মী। নিংথৌগী রাজভসাদা শাস্ত্র য়াম্না খঙ হৈরবা বিষ্ণু স্বামীনা লাক্তুনা গোবিন্দদা হায়রম্মী। মরুপ নহাক্না কান্নদবদা করিগী অদুক য়াম্না ৱারিবনো ? তাইবংপান অসিদি অরেপ্পা মশক লৈতবনি, মাগী মাগী কম্মগী মতুং ইনবনি। অথুপ্পা মওং কনাসু খঙবা ঙম্বা নত্তে। অতৈদি লাইরি নশামক্কী হকচাং অদু করম ত্তৌনা ওইরকপনো ? ইপা-ইমানা করিনো ? ইচানা কদাইদনো ? পুন্নমক অসি হঙ্গৎ হন্দা ওন

তৈনবা চৎপনি কনানা কনাগী মপানো, কনানা কনাগী মচা নিপা, নুপী অমসুং মরুপ মপাং ওইরিবনো ? পুম্নমক অসি মথক মখা ওন্নবতনি। মদুদা করিগী অদুক ৱানা কপ্পনো ! জীব হায়বা ঐখোয়সি, অচৌবা উপাল অমদা অহিং ওইরক্লবদা, নুংথিল চুপ্পা চাক তারম্বা চেক্লানা মকোল য়ৌবা ঙমদুনা উশাদা হরাওনা য়ারেক্লম্বা অদুগুম্বনি। নোংঙাল্লগা অদুগুম্বা অহিং য়ারেকমিন্নরম্বা চেক্লাশিং অদু মানা মানা চৎনিংবা পাইনিংবা মফমদা মনিং তম্না অৱা-অনা খঙদনা পাইনখি। অমদি লম্বীদা চৎপদা মীশিংনা লমশাং চৎপদা ৱারদুনা উরুম লাংবা উখোংদা পোখামিন্নরম্বা অৱাবা অদুনা হন্দোক্লগা মাগী মাগী জাগাদা চৎনখিবা কনানা কনাবু হন্না য়েংনদবা অদুগুম্বনি, সংসার, মীওইবগী মপোক অসিসু শ্রীকৃষ্ণনা মমাগা পোকমিন্নবা মাতুল মপানা ভারত ফাওরবা আর্জ্জুন, অদুবু অভিমন্যু কৌরবকী লান্দা শিখি। মরম অদুনা ইবুংঙো ! মীওইবা ঐখোয় অসি মতমনা মপুং ফারক্লবদি মিনিট অমা ফাওবা নাম্থোকপা পম্ববা ঙম্না নত্তে। অতোপপা অমনা কলি লাক্লবনিনা, অয়াম্বা ধর্ম্ম কর্ম্ম ৱাৎলক্লে, অদুনা মতম চাদনা শিনরিবনি।

মী পুম্নমক পাপকী থবক্তা পাম্নরগনি, অচুম্বা ধর্ম্মগী লম্বী চৎনরক্লরোই শোয়দনা 'নরক্কী লম্বী চৎলরগনি। মী পুম্নমক মানা মানা তৌজবা কর্ম্মগী দোষনা হন্না হন্না গর্ভগী অৱাবা ফংলগনি। ইমাগী গর্ভনুংদা লৈরিঙৈ পাপ পুন্যগী ৱাখল তৌরম্মী। তাইবংপাল হেক থোক্লকপগা মায়া জাল অমনা হেক্তা কুপশিনখিদুনা খল্লকপা ৱাখল পুম্না লোয়না কাউহনখি। জ্ঞান লৈত্রবা অদুদদি অমৃত থক্কুনা ফত্তবা থিয়ুং তৈদুনা লেল্লে। মতম অদুদা কনা অমত্তা ঐ ৱারে নংলে খঙদে; অঙাংগী হৌনবী চানিং থক্লিংবগী অৱাবা নত্তনা। মদুদগী যৌবন (মখোক্কারকপা) মতম লাক্লে, মী পুম্নমক নিপা নুপী হায়বা ৱাখল নুংশি মৈচাক অমা

লাক্কুনা মতম অমুক লেল্লে। মতম ওইরক্লবদি হকচাং অসি অৱা অনাগী লাইথুং কয়ানা থক থক নিক্লক্লে, অদুদগীদি পুন্সি লোয়রক্কুনা অদুমক শিরে।

তাইবং পানবগী অমম্বা গুহাদা জীবশিং অসি হন্না হন্না তাদুনা অরানবা খুভমগী লম্বী ফংবা ঙমদে। মরম অদুনা ঐনা হায়বা ৱা লৌ অৱাবা হঞ্জিল্লু, ঐখোয়বু শেম্নীরকপা ঈশ্বরদা ঈরাৎ পুজা কচ্চদুনা মতম লেল্লু।'

ৱাহৈশিং অসি হায়দুনা গোবিন্দ শর্ম্মবু খামজিল্লম্লগা বিষ্ণু স্বামী ময়ুমদা হনখিরম্মী। গোবিন্দ শর্ম্ম অদু অৱাবা পুন্নমক কাউরগা মমাঙঙৈগী মতৌগুম যজ্ঞ অমা হৌগৎলক্লে। অদুদগী মচা নিপা অহুম কৌদুনা হায়রকই —'ঐহাক যজ্ঞ অসিগীদমক থেঙ্গু শদোং খবা পামই। নখোয় নচিন-ননাও অহুম্না থেঙ্গু ফাদুনা পুরকউ।

মপাগী ৱা তারবদা মখোয় মচিন-মনাও থেঙ্গু ফাবা চৎখ্রে। অদুগা ঙাফাবা দুমশিংদা মমল পৈশা পিদুনা মখোয়গী ঙাফানবা ঈল অদু হুনহল্লে। ঈল হুনবা অদুদা থেঙ্গু অমা ফারে। থেঙ্গু অদু উরবদা মখোয় অহুম্না খন্নরকই। মখোয় কনা অমত্তা থেঙ্গু অদু পায়নিংদ্রে। অমনা অমদা ইনশিন্নদুনা লৈনরে। থেঙ্গু অদু পায়রুবদি মখুৎশিং অদু নমথিবনা খাঙবা ঙম্লরোই ঙাক হায়নরে। মখোয় মশেল খৎনরে। থেঙ্গু অদু অদুম তাদুনা লৈরে, কনা অমত্তা পায়নদ্রে।

মখোয় মশেল লৌতানবদগী নিংথৌ য়ৌনবে। নিংথৌনা মখোয় মচিন মনাও মশেল খৎনবগী মরম হংলে। মখোয় অহুম্না ৱারম অদু তম্লে। মখোয়গী ৱাহৈ তারগা নিংথৌনা, করিগী থেঙ্গু অদু পায়নিংদ্রিবনো

হংলকই। নিংথৌগী ৱাহং অদু তারবদা ময়াম্না অহল অদুনা হায় – মহারাজ ! ননাই ঐহাক চাবদা য়াম্না মমুৎ তানা হৈশিংনা চাজবা মীনি। পোৎকী মহাও মুন্না খঙজে। অদুনা থেঙ্গু অসি করম্না পায়গনি। মহাক্কী নমথীবা মনম অসি ঐঙোন্দদি ওম্থোক্না হৈনদে মাবু পায়কুরবদি করম্না চাবা থকপা য়াগনি।

অনিশুবা মনাওনিপা অদুনা অমুক হায়রকই – 'মহারাজ ঐহাক্তি নুপী য়াম্না খনবা নুপীগী অফ-ফত্তা খঙগনবা, ইশা নাঞ্জবা মীনি। অদুনা মাগী (থেঙ্গু) মনম অসি হকচাংদা পকহন্নিংদে। অসিগুম্না থবক অসি ঐহাক কয়া পামজদে।'

অকোনবা মনাও অতোনবা অদুনা, অমুক হায়রকই – 'মহারাজ ঐহাকসু খ্বাইদগী কাহেন্না তুমজবদা হৈশিংবা য়াম্না ফমুং-ফানুং তনাল তকুজবা মীনি। থেঙ্গু অসিগী মশা অসি য়াম্না কনবা পোৎশক্নি। অদুনা ঐহাক থেঙ্গু অসি পায়জবা ওমজরোই।

মখোয় অহুমগী ৱাদু তারগা নিংথৌনা হায়রকই–'ফরে নখোয় অহুমদি ঐগী কোনুংদা ওসিদি লৈরো। মসিদা নখোয় কনা অমত্তা নপুক্নিং চিংনগনু। হয়েং নোংঙাল্লগা ঐহাক নখোয়গী বিচার তৌবিগে ! ৱাসি হায়রগা নিংথৌনা মনাই অমা থাদুনা থেঙ্গু অদু ব্রাহ্মন অহল অদুদা থিলহল্লুরে। অদুগী মখোয় মচিন মনাও অহুম অদু কনানা খ্বাইদগী চতুর (হৈশিংবা) ওইবগে হায়বা খঙলগে হায়দুনা নিংথৌ হরাওনা লৈরে।

অদুনা মরম ওইদুনা চাবা হৈশিংই হায়বা নিপা অদুনা ইঙ্গাং মথেল ৫০ গা লোয়ননা চানবা চাক পিদুনা চাহল্লে। অদুগা নিংথিজরবী নুপীমচা অমা লৌরুরগা নুপীদা য়াম্না চতুর ওইবা নুপীগী শিদ্র খঙই হায়বা নিপা

অদুগা অহিং লৈমিন্নহল্লে। অদুদগী থোৎলবা লশিং মফোলগী ফমুং শঙ্গোম মপালগুম্না নৌরবা অমদা তুম্বদা চঙখোন্না হৈশিংই হায়বা নিপা অদু তুম্বল্লে। নোংঙাল্লবদা নিংথৌনা মখোয় অহুম অমুক কৌথোক্লগা ৱা হংলকই।

হায়য়ু নখোয় অহুম! ঙসি করম তৌনা অহিং অসি লেনবগে? চাবা হৈবা — মহারাজ! ননাই ঐহাক অসি চাক চাবদা অশিবগী মনম্না নথথীখিবনা করিগুম্বা অমত্তা চাজখিদ্রে, ৱানা লেনখ্রে।

ৱাদু তাবদা নিংথৌ ৱাখল তৌই —'ঐমক্লা চারিবা চিঞ্জাকপু করিগী মনম নমথীবিবা।' ৱাখল অসি খন্দুনা, কোনুংগী ভণ্ডারি কৌদুনা করম্বা মফমদগী চেং-হৱাই অমদি মনা-মশিংনা থোংবা চাক ইঞ্খাংনো! হংখি। মদুদা ভণ্ডারি অদুনা খুমই —শ্রীযুৎ ইবুংঙো! ঙরাংগী ইঞ্খাং অদু মংফমগী মনাক নকপা জগাদা তৌবা মনা মশিং মতৈ মরোং খরা য়াওখ্রে।'

নিংথৌ ৱাদু তাবদা ঙকপা লোইখ্রে, নিপা অদু চাবগী মরমদা মহাও চংখোন্না খঙলে হায়বা য়ারে খনখি।

২ শুবা নুপীগী শিদ্রখঙবা অদুনা হায়রে —'মহারাজ! ঙসি অহিং ননাই ঐহাক্কী অৱাবা করি হায়রুগনি। নুপীমচা অসিগী হকচাং অসি হামেং মনম্না ঙকখ্রে, অদুনা অহিং তুম্বা শুমখিদ্রদুনা মিশেন খাঙবদা ৱাখ্রে, ৱাদু তাবদা নিংথৌনা নুপীমচা অদু পুরকপা দুতী অদু কৌরগা হংখি নুপীমচা অসি করি দোষ লৈবগে? কনাগী মচানো? মহাকপু করম তৌনা নহাক্লা মফম অসিদা পুরকপনো?

দূতী — 'ইনিংথৌ! ননাই অসি য়াম্না অঙাং ওইরিঙৈদা মমা শিখরে। অদুদা মাবু য়োকপি থাকপিনবা লৈতদুনা ননাই ঐহাক্লা

য়োকচখিবনি। মমাগী অমৃত ফংদবনা নুতি নুমিৎ খুদিংগী হামেং মখোম লৈদুনা পিজ পিথক তৌদুনা হিংলকপনি।' ৱাদু তাবদা নিংথৌ ঙকখ্রদুনা ৱাখল তৌই; নিপা অসি মহাক্না নুপীগী শিদ্র মুন্না খঙই হায়বা চুম্লে। তুম্বা হৈশিংবা –'মহারাজ! ননাই ঐহাক লশিং মফোনগী ফমুং অদুদা শম্না অমা য়াওবদুনা মদুগী মচিন্না থিনবদা অহিং অসি ৱানা লেনখ্রে। ফমুং নুংঙাইতবনা মিংকী কল্লা অমা তুমখিদ্রে।' ৱাদু তাবদা নিংথৌ অদু ফমুং অদু য়েংবা চৎলম্মী। ফমুং অদুদা লশিং মফোল মরক অদুদা শম অমা য়াওরম্লে। মদু উবদা নিংথৌনা কয়া কয়া থাগৎখি। নিপা অসি থাঙ্গৈশেংনা তুম্বদা ফমুং ফানুং মশক মুন্না খঙলবা হৈশিংবা মী অমনি।

মতাং অসিদা বেতান্না বিক্রমাদিত্যদা–'মহারাজ! ঐনা হায়খিবা ৱা পুম্বা লোয়না তারেদনা। হৈশিংবগী মরমদা তোঙানবা মরম অহুমখক তাক্লেদো। মখোয় অহুমগী মরক্তা কনানা খিৎ হেন্না হৈশিংবগে তাকউ।

বিক্রমাদিত্য –'মহাশয়! মখোয় অহুমগী মরক্তগী তুম্নবা ফমুংদা হৈশিংবা নিপা অদুনা খরা হেন্না চলাক ওইগনি।' ৱাদু হেক তাবগা বেতাল হরাওনা শিংশাপা বৃক্ষদা তন্না কাখ্রে।

মসিদা ২১ শুবা বেতালগী ৱাহং লোয়জরে।

## কুননিথোইশুবা ৱাহং

নিংথৌসু তন্না উথক্তা কাখ্রে, অশিবা অদু ফারুরে। হরাওনা মখাদা কুমথরক্লগা সন্ন্যাসিগী মনাক্লোমদা অমুক চৎলক্লে। মতম অদুদা বেতান্না য়াম্না মেংলবা ৱাহৈনা তপ্না তপ্না কদাইদা চৎলিবনো মহারাজ? নপুক্লিং থুগৎকনু ৱাহংগী অচুম্বা পাউখুম থুনা অমুক্তা পিরমখো। গৌর দেশতা শেখর কৌবা নিংথৌ অমা লৈরম্মী। মাগী মতিক মগুণ লৈরবা

ধৰ্ম্ম কৰ্ম্ম খংলবা মন্ত্ৰী অমা লৈ, মাগী মমিং অভয়চন্দ্ৰ কৌই। মহাক ব্ৰহ্মচাৰ্য্যগী মওংনি। মহাক্না নিংথৌদা হায়খি।

'মহারাজ! রাজ ভোগনা করি কান্নগনি, লৈবাক্না করি তৌনগনি, ননাইনা হঙ্গচ্চবা অসিদা নিংথৌগী লনগৈদা লৈরিবা লল পুন্নমক ব্ৰাহ্মন বৈষ্ণবতা দান কয়া কৎপিয়ু। সংসার অসি কান্নদবনি, (মচি লৈতবনি) খঙনা খঙনা করিগী শ্ৰীগোবিন্দগী চরণ কাওথোকপিরি। হন্দক্কী মপোক অসিমদি লোইখ্ৰগনি; হয়েংমুক্কী মপোক্তা য়াইফনবা শিনবীয়ু। শ্ৰীকৃষ্ণগী নাম খক কাউবিগনু। সংসারগী মায়াগী থৌরী ককথত্তুনা অরান খুভম ফংগনি, শোয়দনা বৈকুন্থ ধাম য়ৌগনি। করিগী ইতু-ইচা ইরল ইথুম হায়না খন্দুনা মায়াদা তাওগদৌরিবনো? হয়েং শিরবা কান্দা ইথন ইথন্তা চংখিগনি কনাবুসু লোয়ননা চৎপা য়ারোই। মতম অদুদা ইরল-ইথুম, মরুপ-মপাং খক লৈবরোই। ৱাখল খন্দুনা য়েংবিয়ু মমাংঙৈগী ইপা ইপু অপুম্বা নিংথৌ ওইদুনা লোয়না লৈরম্লিবা ঙাক্তনি। হৌজিক মখোয় কদাইদা চংখরে, লৈবাক অসি কনাগীনি হায়বা খঙবা ঙম্বা নত্তে। মহারাজসু নপারী ঙাক্তা লৈরিবনি, করি তৌফম থোকপগে খনবিয়ু। কনা অমত্তা কনাগী ওইবা য়ারোই, পুন্নমক মীনম্বা ঙাক্তনি, মতৌ অসুম্না মমাংঙৈগী মতমদগী চৎনরক্লিবনি। অদুনা মহারাজ দানগা মান্নবা ধৰ্ম্ম অমা লৈত্ৰবনি; অদুনা দানদা পুক্নিং চংবিয়ু। অদু ওইরবদি অৱা-অনা লৈতনা স্বৰ্গ ফংবা ঙমগনি। লাইনিংথৌ শোরারেনগা মান্নমা ইকাই খুম্নবা ওইগনি। অরিকপা তৌদনা দান যাম্না তৌরবদি মীনা পিনহৈবনি ঙাংনগনি। মশাগী ওইজবা য়েংদ্ৰবা মী মহাক অদুদি অরান খুভম ফংবা শোইদ্ৰবনি। অরিকপা ওইদদুনা দান যামনা কত্তুনা পিন-হৈরবদি, হয়েংমুক্কী মপোক্তসু লল থুম ময়াম অদু অদুম লৈরগদবনি।

মনাই মন্ত্রিগী ৱাহৈশিং অসি তারুবদগী নিংথৌ পুন্য কর্ম্ম তৌগে হায়না মপুক্তা লেপখ্রে। অদুনা ব্রাহ্মন বৈষ্ণব অমসুং লাইর অনগুদা শেল থুম য়েঙ্গোক্লম্মী। মনি, মুক্তা, সনা, লুপা অমসুং ফিরোল ষনবী ১০০, ১০০ না খুজিং ওইদুনা যজ্ঞদা ফম্না ব্রাহ্মন পাঞ্জিদা দান কত্তুনা মপাগী কর্ম্মনচিংবা তৌরম্মী। নিংথৌ অসি ঘি খরা চায়, ব্রাহ্মচারী ওইদুনা অদুম লৈরে। মন্ত্রি অদুগা লোয়ননা মতম খুদিং হরিনাম শোনবদা পুক্লিং লুপখ্রে। নিংথৌগী থবক লৈবাক ৱাৱেল থৌদাবগী মরম লৈত্রে। মদুদা হুরানবা দাকুশিংনা থোইদোক্লা চাউখৎখ্রে। ওক্তবা নিপাশিংনা লৈকাই খুনগী অঁহৈ শাবদা অচৌ পিশক খণ্ডদ্রে, শাগৈ জাৎ নাইদ্রে। কনানা কনাগী মরল হুই, কনানা নুপী মুন্দুনা লৌনরে। লৈবাক অদু অকনবনা লৈবাক্কী মপু ওইখ্রে, অকনবনা অচুম্বা শাই হায়বা পাউরৌ অদু তারে। প্রজাশিংগী মওং অদু উরকপদগী নিংথৌ য়াম্না শাওনিংলে, অদুবু নুমিৎ খরনিগী মতুংদা স্বর্গতি ওইখ্রে। মদুদা মন্ত্রি মথ্বাই নুংঙাইখিদ্রে।

নিংথৌ অসিগী মতিক চারবা মচা নিপা অহুম লৈরম্মী। মখোয়না মপাবুংগী শ্রাদ্ধ কর্ম্মনচিংবা পুন্নমক মথং মথং পাংথোকখ্রে। মখোয় মচিন-মনাও অহুম অদু **'হরি-হর'** ঈশ্বর অনিনা তিন্নবগুম তিন্নরম্মী। নোংমতা থক থাদোক্লদে। ময়াম্না অহল অদুদা রাজ পদবী পিদুনা লৈবাক্কী ভার পুহল্লে।

মতম অদুদদি হান্নগী মন্ত্রি অভয়চন্দ্র লৈবাক অদুদগী তাম্থোকখ্রে। অতোপ্পা মতিক মগুণ লৈবা মী অমা য়েংদুনা মন্ত্রি খুভম হাপখ্রে। মতৌ অসুম তৌনা লৈবাক ৱায়েন থৌদাবা হৌরক্কে। নিংথৌ মন্ত্রি অনি অসিনা যমগী মতৌগুম অফবা মীবু য়োকপা ফত্তবা হুরান চম্থিবা মীবু ফাদুনা মদুগী মরি মতা ফাওবা হাৎলম্মী। মপাঙ্গল মথৌনাদা রাবন

নিংথৌগুম্লম্মী। মদুদদি লৈবাক প্রজা য়েক্লবা লৈতনা ঈংনা পাঞ্জবা ঙমলে। নোংমা বসন্তগী মতম য়ৌরক্লবদা নিংথৌ অমসুং মনাও অনি মখোয় অহুম লৈ ঙাক্তা শাৎপা উমং অমদা লাক্লম্মী। অয়াম্বা লৈশিংনা মকা-ফন্না শাৎতুনা বন অদু থোইদোক্লা নিংথিজহল্লি। মদুগী ময়াইমক্তা থম্বাল ঙাক্তা শাৎপা পুখ্রি অমা লৈরম্মী। পুখ্রি অদুদা অয়াম্বা ঈশিংগী উচেকশিংনা ঈরোইদুনা শান্নে। লৈহী পাম্বা খোইমুশিংনা মাইগৈ খুদিং ঙংদুনা পাইরি। মতম অদুদা মখোয় নিংথৌ মচিন-মনাও অহুম পুখ্রি মপাল অদুদা ফমদুনা থম্বালশিংনা ফজ ফজনা শাৎপা অদু য়েংলম্মী। মদুদা থম্বালশিং অদুগী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না ৱাংখৎনা ফজথ্রবা থম্বাল অমা শাৎপা উরম্মী। মদু লোয়নরক্লিবা মন্ত্রিনা চত্তুনা নিংথৌদা কৎলম্মী।

নিংথৌ অদুনা থম্বাল অদু মখুৎনা হেক লৌগে তৌবদা, খুৎফম নাম্থোকখিদুনা মখোংদা থম্বাল অদু তারম্মী। থম্বান্না থেংবা থাবা অদুগী চৈনাখোন্না নিংথৌ ৱাহ্নদুনা তারম্মী। ঙহাক লৈরগা, নিংথৌ নিংশিংবা ফংলদুনা হৌগৎলক্লম্মী। থম্বালগী শাফু অদুনা নিংথৌগী মখোং খোংবী অদু কায়দুনা ঈ থোক্লম্মী। মদুদা নিংথৌ য়াম্না ৱানা খাঙখি। মখোয়গী মচিন-মনাওশিং পুম্নমক অদুম ঙাক্তা তৌই। মনাও যাইমা অদুসু মশাদ অয়িংবা থাবলগী মঙান্না য়ৈবদা অৱা মৈশা খাঙজবা ঙমজদে।

মনাও অতোনবা অদুনা কনাগুম্বগী য়ুমদা ফৌ শুবগী শুকখোল হেক তাবদা মখুৎ হেক্তা পোকথোক্লুনা অনা খাঙই।

বেতান্না বিক্রম নিংথৌদা হংই –'মহারাজ ! মখোয় অহুম অদুগী মরক্তা কনানা হেন্না থোৎ-নৌনা মেঙনা নুংঙাইনা পানবগে অচুম্বা অমা হায়য়ু ?

নিংথৌ –'মহাশয় ! নহাক্কী নফমদা হায়গদবা থোইদোক্লা অকিবা অমা ফংলে। অদুবু ঐনা ৱাখল খঞ্জবদা, কনাগুম্বা অমনা অরাপ্পদা ফৌ শুরগা মদুগী শুকখোল তাবদা মখুৎ পোকথোক্তুনা অনাবা ফাওরিবা নিপা অদুনা হেন্না থোৎ নৌনা নুংঙাইবনি। মরমদি অতোপ্পনা ৱাবা উবদা মানা হেন্না ৱাবিবনি। অদুগা খ্বাইদগী মেঙবা থোৎনা নুংঙাইবা মীনি।

ৱাহং অদুগী পাওখুম হেক তাবদা বেতাল শিংশাপা উথক্তা হন্না চৎখরে।

মসিদা বেতালগী ২২ শুবা ৱাহং লোয়জরে।

## কুনহুমদোইশুবা ৱাহং

নিংথৌসু অমুক হন্না উথক অদুদা কাগ্রে, বেতাল অদু ফারগা কুমথরক্লে। অদুদগী সন্ন্যাসিগী মনাক্লোমদা চৎলক্লে। মদুদা বেতান্না হায – 'মমাংঙৈদা বিশ্বরূপ হায়না কৌবা দেশ অমা লৈরম্মী। অদুদা বিদগ্ধ কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। লৈবাক অদুদা ব্রাহ্মন অহল চহি ৮০ হেল্লবা, মমিং নারায়ন কৌবা অমসু লৈরম্মী। নারায়ন মশা মথন্তা নোংম ৱাখল অমা তৌজে। ঐগী দেহে অসি লাইথুং কয়া পক্লবনি, পাঙ্গলসু ময়েং তারে। অদুদা ঐদি মন্ত্রগী শক্তিনা অতোপ্পা দেহে অমদা চঙবা ঙমগনি। মসিদা অহল ওইরবা হকচাং অসি করিগী অমুক পুদুনা লৈখিগদগে। অহল ওইবা হায়বা অসিদি নুংঙাইবা পুন্না ফংদ্রবনি। পুম্নমক হল্লে হায়দুনা অহল কৌরবনি। অদুনা হৌজিক অমুক অনৌবা হকচাং অমা য়েংদুনা ঐহাক চঙখ্রগে।' ৱাখল অসিদা নুংঙাইখ্রদুনা মহাক নুংঙাইনা মপুক্লিং তপথনা লৈরম্মী। অদুনা মরম ওইদুনা শাগৈ নাতৈ

কৌরদুনা মানা হায়খি। ঐহাক তাইবংপান অসিদা কুইনা অমুক লৈররোই। অদুনা যোগি ওইদুনা লাই নিংজখ্রগে। সংসার অসিদি, হয়েং, থাখাই, থা অমসুং চহি অমা মতৌ অসুম্না চক্রগী মওংগুম লৈরিবনি। মদুগী মতুং ইন্না মী পুম্নমক নোংম নোংমা হৌখিদুনা মতোল লোমলিবনি। অদুবু কনা অমত্তা ঐ শিগনি, খন্নরুদে। কোক্তা শম ঙৌরবা অমদি য়া তেক্লবা ফাও অমদি খুত্তা চৈশু পায়রদুনা চৎলবা মতম অদু ফাওবা নুংঙাইবগী ৱাখল থানদ্রে। অদুবু মতম অদুনা য়ৌরক্লবদি মী পুম্নমক অশিবগী খায়াত্তা হেক্তমক মতাখি। অদুন্নদি ওইরবদা, শিরমদাই য়ৌরে খঙলবা ফাওবা মীওইবগী নাপন্দি খক থাদোক্লুদে। তাইবং পানবগী লমচৎ অসি অঙকপা ওইথোক্তবা মওং অমনি।

ঈশ্বর মায়ানা মী পুম্নমকসু শুঙ্কৎহল্লি।' ৱাহৈশিং অসি নারায়ন শর্ম্মানা ময়ামদা হায়রে। অদুদগী খ্বাই পুম্নমক্কী মফমদগী বিদায় লৌদুনা লাই নিংবা চৎখ্রে। মানা লাকপা অসি অতোপ্পা, লৈবাক অমদা থুংখ্রে। মফম অদুগী মোংফম অমদা যোগ ধ্যান তৌদুনা যোগী ওইনা লৈখ্রে।

হায়রিবা নারায়ন্না লাইনিংলিবা লৈবাক অদুদা সোম কৌবা ব্রাহ্মন অমা লৈরম্মী। মহাক অদু নিংথৌগী পুরুহিত ওইনা লৈবাক অদুদা মমিং চৎলি। মাগী ব্রাহ্মনী অদুগী মমিং সাধ্যা দেবী কৌই। থোইদোক্লা সতী ওইবী নুপী অমনি। ধর্ম্ম কর্ম্মাদা পুক্নিং চঙবী নুপীনি। মখোয়গী মচানিপা অমথক পোকচরম্মী। মচানিপা অদু চহি ১২ রোম শুরক্লে। নোংমা ব্রাহ্মন অদুনা যজ্ঞ অমা লিঙ্খৎলম্মী। মদুদা অয়াম্বা মরুপ মপাং ব্রাহ্মনশিং বার্ত্তণ তৌজদুনা লাক্লরম্মী। মদুদা ব্রাহ্মনী অদু য়াম্না হরাওজরম্মী। ব্রাহ্মন অদুনা লাকপিরিবা ময়াম অদু পিজ-পিথক্তুনা হোৎনজরম্মী। মতম অদুমক্তদা ইখঙ খঙহৌদনা ব্রাহ্মনগী মচানিপা অদু শিরে। মদু উবদা ব্রাহ্মন ব্রাহ্মনী ৱাবনা হায়নিংঙাই লৈখিদ্রে। মকোক্তা মখুৎ থাঙ্গত্তুনা

লাউখোংনা কপ্লখিরম্মী। খুঙ্গংগী মী পুম্নমকসু খরা তেংথা খোঞ্জেন কয়ানা নিন খোংনরম্মী।

পাও দু তাবদা শাগৈ-ঙাই পুম্নমক মাঙলে মাঙলে হায়দুনা কয়া চেন্নরক্লম্মী। কনানা করম তৌবদগী শিরিবনো ? হংই। কনানা কপ্লা কপ্লা অশিবগী থৌরাং হোৎনরৈ। মদুদগী (শ্মসান ঘাট) মী পোৎলোইফমদা মৈ থানবা পুরক্লে। পোৎলোইফম অদু য়ৌরগা অশিবা অদু থমদুনা পোৎলোইফম শীং শেন্নরি। ময়াম্না হোৎনরিবা থৌরং অদু শ্মসান্দ যোগী ওইনা লৈরিবা নরায়ন ব্রাহ্মণ্না উবম্মী। মদুদা ব্রাহ্মনগী মচানিপা অঙাং ওইরিবা অদুগী নঙা ঙইবিবা হকচাং অদু উবদা মপুক্লিংদা নুংঙাইবা অমা পোক্লক্লে। অদুনা মন্ত্রগী শক্তিনা মাগী অহল ওইরবা দেহে অদু থাদোক্লুনা অশিবা ব্রাহ্মন মচা অদুগী দেহেদা মাগী থৱাই অদু চংখ্রে। প্রান অদুনা হেক চঙলকপদা ব্রাহ্মন মচা অদু অমুক তুম্বদগী হৌগৎপগুম্না হিংগৎলক্লুনা ঝুক হৌগৎলকই। অদুগা মথৱাই ৱানা কপ্লম্মী। অদুদগী ঙহাক লৈরগা অমুক নোকখিরম্মী। অঙকপা মওং অদু উবদা মীয়াম পুম্নমক ইঙক ঙক্লখি।

ৱাবি মতাং অসিদা বেতাল্না নিংথৌদা হংলকই। 'ঐহাক মসিদগী মসিগী মরম মুন্না খঙলে। মদুদি শিরবা ব্রাহ্মন মচা অদু অমুক হিংগৎলে। মদুদা কপি অৱাবা ৱাখল লৈরদুনা কপলিবনো ? অদুগা ঙহাক লৈরগা নোক্লিবা অদুনা করিগীনো ? অদুগী মরম পুম্নমক হায়য়ু মহারাজ !

বিক্রমাদিত্যা -'অহল ওইরবা ব্রাহ্মন নারায়ন্না মন্ত্রগী শক্তিনা অতোপ্পা অনৌবা হকচাংদা চঙখিবনি। মাগী হান্নগী দেহে অদু থাদোক্লম্লগনি। মদুদা সংসারগী মায়ানা মাগী হান্নগী মতম কুইনা লৈজরক্লবা হকচাং অদু নুংশিজদুনা কপ্লনি। অদুগা মানা অমুক নোক্লকপদি

অসিনি অরিবা মল্লবা হকচাং থাদোক্তুনা অনৌবা দেহে অমা ফংলে খল্লুবদা হরাওদুনা নোক্লিবনি । সংসার অসি অনৌবনা হেন্না হেন্না নুংশিনৈ। মসিনা অচুম্বা ওইগদ্রা হায়না খল্লি ঐদি ।' ৱাহংগী পাওখুম অদু হেক তাবগা বেতাল শিংশাপা উথক্তা কাখ্রে ।

মতাং অসিদা ২৩ শুবা বেতালগী ৱাহং লোয়রে ।

## কুনমরিশুবা ৱাহং

নিংথৌসু অমুক হন্না উথক্তা কাখ্রে। অশিবগী মশক লৌরবা বেতাল অদু ফাদুনা পুথরক্লে; অদুগা সন্ন্যাসিগী মনাক লোমদা অমুক চংলক্লে। মদু উবদা বেতান্না বিক্রমাদিত্যদা হায়রকই –'মহারাজ ! নহাক্না নপুক্নিং অসুক তয়াং তয়াং উরিবা করিগীনো ? অতোপ্পা ৱাহং অমসু তাখো । হস্দক্কী ৱারী অসি ওইথোক্কবা অঙকপনি । মদুদি –'দেশ অমদা মখোয় মরুপ ৪ খক লৈ । অমনা নিংথৌ মচানি, অমনা সনা লুপা, মণি মুক্তা ললোনবা মীনি । অনি অমনা কব্রং মুগাগী ফিরোল শাবা অমসুং উশুবা মী ওইরম্মী ।

মখোয় ৪ অসি ৱা তান্নদুনা তীর্থ চৎসি হায়দুনা লাক্লম্মী । মখোয়না পুজবা য়াবা মপোৎ-মচৈ সনা, লুপা খরা পুরম্মী। মখোয়না ময়ুমদগী যাত্রা তৌদুনা লাকপসি ফনা য়াম্না লাপ্না লাক্লে । মতম অদুদা নুমিৎ তাখিদুনা অহিং ওইরক্লে । মফম অদুসু বন ওইনা তৌই; অদুনা মখোয় ৪ ৱাখল তৌদুনা উখোং অমদা অহিং অদু লেক্লবা শেম শারে । মতম অদুদা নিংথৌ মচানা হায়, ঐগী ৱাসি মরুপশিং য়াবিয়ু । মদুদি ঐখোয় ৪ নি, অদুনা ঙসিগী নোংঙান্দ্রীবা ফাওবা পুংশিং নাইনা শস্ত্রি তৌনসি । মফম অসি শা-কৈ য়াম্না লৈবা, অকীবা জগানি । ঐখোয় লোয়না তুমদুনা

লৈথোকপা খুদোংচারোই। ৱাদু মখোয় ৪ মক য়ানরে। অদুনা অহানবা শস্ত্রি উশুবা নিপা অদুনা পুরম্মী। মানা অসুম ফমদুনা লৈবা অদুদা উতুপ মতেক অমা তাদুনা লৈবা উরম্মী। উতুপ অদু মানা লৌরগা লাইফদিবী অমা শারম্মী। অদুদগী মাগী সস্ত্রি মতম লোইরদুনা ফিশাবা নিপা অদু হৌদোক্লগা মানা অমুক তুমখ্রে। ফি শাবা অদুনা উগী লাইফদিবী অমা লৈরম্বা অদু উরে, মদুদা মানা খল্লি, মসি মরুপ উশুবনা শাবা ওইরিনি। অদুনদি ঐহাক মফি থোনবীগে, মফি য়াওদবা অসি য়েংবা নুংঙাইতে, হায়দুনা নিংথিরবা ফিজোল খরা শেৎচিনবিরে। মাগী মতম অমুক লোইরদুনা মহাকসু তুমখ্রে। অদুগা সনা লুপা লল্লোনবা নিপা অদু অমুক হৌগৎলক্কুনা সস্ত্রি লৈরে। মানা উগী লাইফদিবী অমা লৈরম্বা অদু উবদা হরাওখ্রদুনা লৈতেং ওইনা মোইবুং খুজিনচিংবা লৈতেং অমুক শেমজিনবিবে। মাগী পুংশিং শুরদুনা মহাক অমুক তুমখ্রে। অকোনবদা নিংথৌ মচাগী পাল্লী লাক্লদুনা অমুক তুমখ্রে। অকোনবদা নিংথৌ মচাগী পাল্লি লাক্লদুনা হৌগৎলে সস্ত্রি অমুক লৈরে। মদুদা লাইফদিবী ফজখ্রবা অমা লৈরম্বা অদু উবদা য়াম্নমক হরাওখ্রে। মদু মানা খল্লি, ইতাও উশুবনা শারম্বা লাফদিবী ওইরিনি। মদুদা মরুপ ফিশাবনা থোনবা ফিজোন্নি। অতোপ্পা লৈতেংশিং অসিনা ইতাও হৈশিংবনা লৈতেংলম্বা ওইরমগনি। ঐদি করি তৌসিগে ৱাখল তৌবদা ৱাখল থোক্ক্রে। মমৈদদি মহাক লাইফদিবী অদু মথৱাই হাপ্লগে খল্লক্লে। অদুনা মহাক ৱাশক লৌরে, ঐহাক লাইফদিবী অসিবু মথৱাই হাপ্পা ঙমদ্রবদি নোং হেক ঙানবদা প্রান অসি থাগ্রগে ! ৱাখল অদু খল্লুবদগী খুদক অদুমক্তদা রাজকুমার, ভগবতী দুর্গাবু (পুজা) কংখিরম্মী। রাজ কুমারগী ভক্তিদা, থৌজান হৈবী মনাইনা খুদুম চনবী দেবীনা মনাইগী ৱাখল উরদুনা লেঙবিরক্লে। অদুগা লাইগী য়াথং ওইবা অদু লাউবিরকই 'তাউ ! হে বাজকুমার ! নহাক্লা নিংলিবা

আশা অদু থুংনবা নহাক্কী পুন্সি তঙ্খাই অমা পিরগে হায়না নপুক্তা খল্লু। মদু ওইরবদি উগী লাইফদিবী অদু মথৱাই পাল্লকনি।' লাইগী য়াথং অদু তারবদা রাজকুমার মথ্বাই নুংঙাইবগী ইপাক্তা তাওরে। অদুদগী রাজকুমার মাগী পুন্সি খাইবোক অমা লাইফদিবী অদুদা পিরগে হায়না য়ারে। মানা হেক য়াবগা উগী লাইফদিবী অদু মী ওল্লক্লে। মানা ওইরক্লিবা মওং অদুদি য়াম্না ফজরবী নুপী মচা অমা ওইরম্মী। তাঞ্জা অসিমক্তা অহিং হৌখিদুনা নোংঙাল্লম্মী। নোংঙাল্লবদা তুম্বা মিকপ থোক্লদুনা মখোয় ৪ মহৈ মহৈ য়াহৌনরক্লে। মখোয়না হৌগৎলকপদা নুপী মচা অদুগী মশক ফজবা অদু উবদা শুম্মাৎনখি। মরম অদুনা মখোয় মরুপ ৪ মক চপ মান্ননা নুপী মচা অদু ঐগী ওইনি, ঐগী ওইনি, মুন্নরক্লে।'

বেতাল্না বিক্রমাদিত্যদা হংলকই —'মহারাজ! নুপী মচা অদু কনানা ফংগনি।

বিক্রমাদিত্য —'মহাশয়! নুপী মচা অদু ফি শাবগী মচানুপা মফি মরোল থোনবিবা অদুনা লৌগনি। নিংথৌগী ৱাদু তাবদা বেতাল হরাওনা শিংশাপা পাম্বীদা হন্না কাগ্রে।

মসিদা ২৪ শুবা বেতালগী ৱাহং লোয়রে।

## কুনমঙাশুবা ৱাহং

বেতাল্না হন্না হন্না চেল্লবা অদুদা, বিক্রমাদিত্য মপুক্লিংদা ৱাখল তৌরক্লে। ঐনা উদা হন্ন-হন্না কয়ারক কারে। অদুবু সন্ন্যাসিগী মনাক্তা বেতালবু পুদুনা চৎপসু ঙমদ্রে, অহিং অসিসু মমৈ ওইশিল্লক্লে, হকচাংসু ৱাবনা চোকথরে। মাগী ৱাহংগী পাওখুম কয়াসু পিরে। অশিবা হকচাং অসিনা হেক হেক নাম্থোক্তুনা চেল্লিবা অসিনদি অশিবা হকচাং ওইরিবসি

অচম্বা হকচাংদি ওইদবা তাই; অদু ওইরবসু মাবুদি ঐনা খক থাদোক্লরোই। সন্ন্যাসিগী মনাক অদুদদি য়ৌনবা পুদুনা মচৎলগে !

ৱাখল অসি খল্লদুনা নিংথৌ উথক্তা তন্না কাখ্রে, অদুগা অশিবগী মশক ওইরবা বেতাল অদু অমুক ফারুরে, অদুদগী থীন্দনা কুমথরক্তুনা সন্ন্যাসিগী মনাক্লোমদা লেপ্তুনা চৎলক্লি। মদু উবদা বেতাল্লা অমুক হায়রকই।

'মহারাজ ! নহাক কদাইদা চৎলিবনো ? নঙনা ঐবু ফাদুনা পুরিবসি করি কান্নবা ফংগদৌরিবনো ? নপুক্লিংদা অহিং অসি মমৈ ওইরক্লে হায়দুনা নমাই লাংশিল্লি। অদুগী শরুক নয়ুমদদুম চৎলগা নিংথৌ অমা ওইবগী করি-করি অহাও-অথুম খরা চারগা নুংঙাইনা পোত্থারু। ঐনা হায়রিবা ৱাসি নহাক্কী য়াইফনবনি। অদু নত্রগা ৱাহং অমসু হায়গে মুন্না তাও !

দক্ষিনাত্যদা নিংথৌ অমা পাল্লি। মহাক খুৎকল পাঙ্গনবা কাংবুনি মমিং বিজয় কৌই। মহারাণীগী মমিংনা চন্দ্রবতী কৌই। মশক মতৌ য়াম্না চঙখোল্লি ফজৈ মদুবু শিংথাবা ঙম্বা নত্তে।

মহাক্কী মচানুপী অমা লৈ, মমিং কলাবতী কৌই। মীনা হেক য়েংবদা পুক্লিং শুক্কাৎনিংঙাই ওই।

অদুগা অতোপ্পা চন্দ্র সংহ কৌবা নিংথৌ অমসু থংনবা লৈবাক্তা লৈরম্মী। মদুসু মপাঙ্গল য়াম্না কল্লি লাল য়াম্না হৈ, নিংথৌ অনি অসি মরল মথুম লৈবা মপাঙ্গল কন হৈবা অক্মানি। অমনা অমবু উশিংনদে, অদুনা লৈবাক মুন্নবগী ৱাথোক্তা লাল থেংনরম্মী।

বিজয় মহারাজ অয়াম্বা লাম্মী খোম্লগা, শগোল শামুগা লোয়নন্না লাল শোক্লবা চৎলম্মী। মদুদা মাগী মহারাণী অমদি মচানুপী মখোয় অনিসু লানফম অদুদা চৎলগা লাল য়েংজগে হয়না নিংথৌদা

হায়জখিরম্মী। নিংথৌসু অহানবদদি য়ারমদে। মরমদি লানফমদা নুপী চৎপা মতিক চাদে হায়না। মদুদা মহারাণী অদুনা হায়জখি, 'ঐখোয় লাপ্পা লৈজরগা লাল য়েংজগে, পুক্লিংদা চিংনবীগনু।'

লাইগী খুজিল, মীনা খঙবা ঙমদে। নিংথৌ, রাণীগী হায়জবা অদুদা অফ ফত্তগী ৱাখল পুন্নমক কাউখিদুনা, মচানুপী ১ সুং মহারাণী পুরগা লাল চৎখ্রে। যাম্না লাপ্পা চৎলবা মতুংদা নিংথৌ উনদুনা লাল মাইয়োক্লরে। নিংথৌ অনিমক ময়াই কারবা শামু লমশানা শামু অমোম হাকন্নবগীদমক য়াথিন্নগদবগী হোৎনবা মওং অদু মঙাই। তেঙ্গোল অনিমক লালগী পুং শেল যন্ত্র কয়া কয়া খোংবা য়ৈবা তৌনরক্লে। য়েংবদা চাংজৌ নাইদ্রবা সমুদ্রনা প্রলয়গী মতমদা ঈথক তৌরকপা অদুগুমখ্রে। খোংনা চৎপগা খোংনা চৎপগা থাঙ পায়বগা চেনশিন্নৈ শগোল তোংবা – লাম্মীশিংনা শগোল মথক্তা লালগী লাল্লাউ কয়া কয়া লাউনখি। মল হৈবগা হৈবগা, শামুগা শামুগা লাম্থেংনরকই। দোলাই তোংবা কাংবুশিংনা তেন্না নোংচুবগী মতৌগুম কাপ্নরকই। লানফমদা তেন থাবা, থাঙনা য়ানবা অমসুং তানা থিন্নবগী ঈ মক্তনা পৃথ্বী অদু ঈৱম নাইনা চেল্লক্লে। তেঙ্গোল মশিং লাকঙমদনা শিনরক্লে। অদু ফাওবা নিংথৌ অনি লাল হন্নবা লৈতে, অতৎপা নাইদনা লালগী খোল্লাও লাউনদুনা লিরুংগী শরিক খিংবা তোক্লদে। লাম্মীশিংনা চেল চোংদুনা লাল শোক্লবদা পৃথ্বি থক-থক নিকই। মাইগৈ অনিমক্কী শগোল, শামু অমসুং লাম্মী মশিং খঙদনা শিনরে। মখোয় কনা অমত্তা লাকচনবা পাক য়ারমদে, পুং ৪ রোম লাল থেংনরম্মী। ঈ তনা তুরেল ওইনা ঈচেল নাইনা চেল্লে। মমৈথংদা বিজয় নিংথৌগী লাম্মী পুন্নমক খাঙবা ঙমদ্রদুনা লাল হন্দোক্লম্লগা মমাই ওন্দুনা চেনখ্রে। মাগী লাম্মী তেঙ্গোল কায়খ্রবা অদুদদি নিংথৌসু রাণী অমদি মচানুপী লৈহৌরি হায়বা খন্দনা মথৱাই পুদুনা লাল চেনখ্রে।

মহারাণী অদু অহানবদা নিংথৌ অনিগী লাল উবদা অকিবা অঙকপা পোক্লম্মী। কিবমক্তনা মশাদু থক-থক নিক্লম্মী। মরম অদুনা মচা নুপী পুদুনা বন মনুংদা চৎখিরম্মী। রাণী মশা অদু কৈ মউল অমা কুপশিল্লগা লোত্তুনা লৈ, মচানুপীনা ৱাহোং মতুনা মশা অদু কুপ্তুনা লোত্তুনা লৈখ্রে।

লাল অদু চন্দ্রসিংহ নিংথৌনা জয় ওইরে। লাল ঙম্লবদা চন্দ্রসিংহ মহারাজ হরাওনা মাগী লাম্মী পুদুনা ময়ুমলোমদা হল্লক্লে। মতম অদুদা চন্দ্রসিংহ নিংথৌগী মচা নিপা যুবারাজগা লোয়ননা মথৱাই হরাওদুনা বন অদুদা বনগী ফজবা য়েংবা ওইনা কোইরকই। বন অদুসু কয়াদি ফজখ্রে, হৈ-লৈনা কয়া শাৎলিবা; উচেকশিংনা কয়া নুংশি-নুংশিবা খোঞ্জেল্লা খোঙলিবা। খোইনুশিংনা লৈদগী লৈঙী চুপ্তুনা কয়া ঙংলি। কোকিলশিংনা কুহু, কুহু খোংলি। মলয়া নুংশিৎ নামিবনা লিরি লিরি শিৎলি। হাজং চাবা শজি শঙাইনা হরাওনা চেন চোংদুনা শান্নরি।

দৃশ্য অদু উরুবদা নিংথৌ চন্দ্রসিংহ থোইদোক্লা মপুক্লিং থোৎ নৌখ্রে। মরম অদুনা মপা মচা অনি উখোং অমদা ফমদুনা বনগী ফজবা অদু হরাওনা য়েংলি। মানা অসুম য়েংবদা বনগী উফুল মরক্তা নুপী খোঙ্গুল তাবা উরম্মী। অদুনা মচানিপা যুবারাজদা নিংথৌনা হায়খি —'য়েংউ যুবরাজ ! লাম্মীশিংগী মরক অসিদা নুপীগী খোঙ্গুল মানবা য়াওরি। মখোয়শিং অদু শোয়দনা বন অসিদা লোত্তুনা লৈবল্লগনি। ঐখোয় ফংনবা থিশি। অদুগা করিগুম্না নুপীশিং অদু থেংনরবদি থেংনবা মীনা অদুম লৌনসি।'

নিংথৌ মপা মচা বন মনুং অদুদা কোইখি থিরক্লে। মদুদা রাজকন্যা, (বিজয় নিংথৌগী মচানুপী) অদু ৱাহোং মতুনা কুপ্তুনা লোৎলম্না থেংরুরে। নিংথৌনা উচেক মতু অদু হায়দোক্লুবদদি পুর্ণিমাগী থাজবু অনঙবা নোংনা কুপ্লম্বদগী হায়দোক্লকপা অদুগুম্না নিংথিজৈ মাগী মশক অদু উবদা নিংথৌ শুম্মৎখ্রে। অদুনা পম্বুবা তৌদনা মাগী দোলাইদা নুপী অদু হাপ্লগা কোনুং

লোমদা লাক্লে। অমরোমদা রাজকুমার যুবরাজ অদুসু কৈ মউন্না কুপ্তুনা লৈরিবা মহারাণী (বিজয়গী নুপী) অদু থেংনরুরে। যুবরাজনা কৈ মউন অদু হায়দোক্লুবদা নোংথাংকুপ্লগী মওংগুম্না মঙাল ফাওরক্লে। রাণী অদুসু অউবা নিপাশিংগী মীৎফম হোংবা য়াদবা শক্তম্নি। মদু থেংনরবদা যুবরাজ, মাগী দোলাইদা হাপ্তুনা হরাওনা কোনুংদা হল্লক্লে।

মপা নিংথৌনা লাইবক ফবনা লৈশাবী ওইরিবী রাজকন্যা অদু ফংখ্রে। মচানিপা যুবরাজনা নুপীমচা অদুগী মমা, মহারাণী, অদু ফংলে। মখোয় মতম খরা লৈরগদি ঙম্না হৈরাং মরু হুন, তাউজিং মমী তম্নরক্লে। মতম অমত্তদা মখোয় অনিমক মপারি অমমম ফংনরে। হৌজিক মচা নিংঙোন্না মনেম ওইখ্রে। মমানা মমৌ ওইররে। ৱারী মতাং অসিদা বেতান্না বিক্রমাদিত্যদা হংলকই।

'মহারাজ ! মমা মচানা পোকচরিবা অঙাং, অনি অমদি মখোয় মমা মচা অদু করি করি মরি থোক্লবগে ?'

ৱাদু তাবদা বিক্রমাদিত্য য়াম্না নোল্লুকপা ৱাহৈনা হায়জে –'মহাশয়! হন্দক্কী ৱাহং অসিনা অচুম্বা পাওখুম পিগদবা খরা লুরে। নিংথৌ অদুনা অপাম্বনা হাকমনখিদুনা ৱাথল তৌহৌদবনি মহাক অঙাওবগী মওংগুম্বনি। ৱাহং অসিগী অশেংবা পাওখুম পিনিংঙাই মী অতোপ্পা অমা লৈররোই।'

নিংথৌগী ৱাদু তাবদা বেতাল থোইদোকনা নুংঙাইখ্রে।

বেতালগী ৱাহং ২৫ মক্কী ৱারী মসিদা লোয়জরে।

বেতালনা মাগী ৱাহং ২৫ মক্কি মতিক চাবা পাউখুমশিং বিক্রমাদিত্যদগী ফংলবদা পেল্লদুনা বিক্রম্বু পৃথ্বী শীনবা থুংনা মমিং চৎপা নিংথৌ অমা ওইনবা হোৎনবদা মতেং পাংবা হৌখ্রে।

# বিক্রমাদিত্যনা তাল বেতাল ফংবা

বেতাল —'মহারাজ ! নহাক সন্ন্যাসিগী অশেংবা মপুক খণ্ডদ্রে। মরম খণ্ডদনা নহাক্না প্রান অদু মাঙহন্দুনা চংনবগী ঈপাক্তা তাহনগদৌরি। সন্ন্যাসি অদুদি মপুক য়াম্না ফত্তবা; লৌনম তৌবা মীনি। মহাক্না নিংথৌবু হাৎলগা অথোইবা পদবী অমদি বেতাল হায়বা ঈশ্বর অদু ফংগদবগী হোৎনরিবনি।

বিক্রমাদিত্য ঙকখ্রদুনা —'মহাশয় ! মাগী মরম অদু ঐঙোন্দা তাকপিদুনা খণ্ডহনবিয়ু। ঐবু নুংশিবিদুনা করম তৌরগা থব্রাই অসি কনবা য়াগদগে পাওতাক পিনবিয়ু। ঐদি জ্ঞান লৈতবা নিংথৌনি, ইবুংঙোদা চণ্ডজরিবা অসিনি। ঐহাক ননাই ওইজগে। থৌজাল পিনবিয়ু, সন্ন্যাসিগী মফমদগী চিংনবা অকিবা অসি কোকহনবিয়ু।

বেতাল —'ঐগী ইমিং বেতাল তৌই মহারাজ ! নহাক্কী পুক্লিংনা অপামবা অদু ঐনা থুংহনবীগনি। ব্রাসি হায়রম্লগা অশিবা হকচাং অদুদগী অশেংবা মুর্ত্তি অমা চোংথোরক্লে, অদুগা হায়রকই —ঐনা মহারাজ মতুংইনবা ওইনা মতম খুদিং লৈবিরগনি। অদুগা হোরেল মনাক য়ৌরগা সন্ন্যাসি অদুনা মহারাজবু দণ্ডবৎ প্রনাম ওইনা খুরুম্মু হায়রক্কনি। মদু নহাক্না য়ারোইদবনি। অপংবগী মওংগুম্না হায়য়ু, খুরুম্বা অদু করম তৌবা জাৎনো হংউ ! মদুনা সন্ন্যাসি অদুনা লৈমাইদা মখোং মখুৎ তিংথোক্তুনা দণ্ডবৎ প্রনাম তৌবগী মওং তাকচরক্কনি। মহারাজ চেকশিল্লু ! মতম অদুদা নপুক্লিংদা ভদ্রকালি দেবী নিংশিংলগা অথৌবা থাংশাং অদু শত্তুনা মঙক অদু ককথৎলু। অদুগা অককপা ঙক অদু পুরগা মৈগী যজ্ঞ কুণ্ড অদুদা লংথদুনা থুনমক আহুতি পীয়ু। মদু ওইরবদি থবক মঙ্গল ওইরদুনা ভগবতীনা পেল্লবনিনা ইন্দ্ররাজ লাইনিংথৌ শোয়দনা লাক্কনি।'

ৱাহৈশিং অসি তাকপিরম্লগা, বেতাল শুলতরংদা চৎখরে। অদুদগী অশিবা হকচাং অদুনা নিংথৌনা পুদুনা লাক্লে। বিক্রমাদিত্য মপুক্লিংদা অৱা-নুংঙাই য়ান্ননা লাক্তুনা সন্ন্যাসিগী মনাক্তা থুংলরে। মদু উবদা, সন্ন্যাসিনা হায়রকই —'মহারাজ ! নহাক য়াম্লা থিল্লকপদি করি তৌরে। ফরে, হৌজিক লাকও ! অহিং অসিসু লোয়খিগদৌরে, নহাক য়াম্লা ৱাররিগনি খল্লি !'

বিক্রমাদিত্য—মহাশয় ! নহাক অসি য়ামনা থৌজাল হৈবা সন্ন্যাসিনি, অদুবু মসিগী পরিচয় (অশেংবা) মরম তাকপিদ্রিবা করিগীনো ?'

সন্ন্যাসি – 'মহাশয় ! হৌজিক হোম, জোব লোয়শিল্লক্লে। পুজা অসিগী মঃহৈ লৌগদবদা মঙাইরক্লে। চৎলসি ঐখোয় অনি যজ্ঞগী পুস্পাঞ্জলি কৎলুরসি। হকচাং অসি স্নান তৌদুনা শেংদোক্লুরো ! অদুগা অশেংবা ফি হোংদোক্লো। নশা অদু আগুরু চন্দননচিংবা থিনজিল্লো। মনম নুংশিরবা লৈগী পরেংশিং অসি নঙক্তা শিজিল্লো।' ৱাহৈশিং অসি হায়রম্লগা সন্ন্যাসী মপুক্লিংদা কালিগী মন্ত্র শোনবা হোৎনরি। মৱাহৈ মতৌ অদু উরবদা নিংথৌনা মঙং খঙলদুনা মথন্তা খঞ্জে। 'করিসু লৈত্রবা সন্ন্যাসি মতোমদনা ঐঙোন্দা করিবু তৌজবা ঙমগনি। মানা ঐঙোন্দগী হেন্না কনবসু ওইরোই। মাবুদুম শোয়দনা কালিগী চরন্দা বলিদান কৎলগে। ঙসি লাইবক্লা তন্না লৈরম্লগনি।'

ৱাখল অসি খন্দুনা নিংথৌ যজ্ঞদা পুস্পাঞ্জলি কৎখ্রে। অদুগী মতুংদা সন্ন্যাসিনা হায়রকই —'মহারাজ ! নহাক ভক্তিগা লোয়ননা দণ্ডবৎ প্রনাম ওইয়ু।'

নিংথৌ—ঐদি দণ্ডবৎ প্রনাম হায়বা অদুদি খক উদ্রি অমসুং খঙদ্রি। মরমদি অয়াম্বা মীনা ঐঙোন্দা খুরুম্বনি, ঐনদি কনাদসু খুরুমদবনা হৈতে।'

সন্ন্যাসি –'ফরে হৈত্রগা ঐ তাক্কে মুন্না খঙনবা য়েংউ।' সন্ন্যাসি লৈপাক্তা কুম্থরে, অদুগা দণ্ডবৎ খুরুমদুনা নিংথৌদা য়েংহল্লম্মী।

মতম অদুদা নিংথৌ বেতালগী ৱা নিংশিংলক্লদুনা মপুক্লিংদা ভদ্রকালিগী চরণ খুরুমজরগা, খুৎলৈ থুনা নাকন্দগী থাংশাং অদু শৎলক্লে। অদুগা হায়খি –'ইমা ইবেম্মা ! ভগবতী কালি, ননাইদি ইমাগী চরন্দা বলি কৎনবা মন্ত্র যন্ত্র হৈজদে, অদুনা ঙসি অশেংবা পুকচেল্লা মীনম্বা সন্ন্যাসি অসি বলি কচ্চরি। লৎনদনা লৌবীয়ু ইমা।

নিংথৌ চোংশিন্দুনা সন্ন্যাসিগী মঙক অদু তুবৎ ককথৎলে। অদুদগী অককপা কোক অদু থীন্দনা লৌখৎলগা যজ্ঞ কুণ্ডদা হুম্থদুনা আহুতি পিখরে।

মতম অদুমক্তদা স্বর্গদগী লাইয়াম্না ধ্যননি, ধ্যননি, হায়না লাউরক্তুনা মঙ্গোলগী য়াথং পিনরক্লে। স্বর্গগী লাই পুন্নমক পেনখরে। অদুনা নিংথৌগী মথক্তা স্বর্গগী লৈমক্তনা নোং চুবগুম্না চাইথরক্লে। মতুং অদুদা বিক্রমাদিত্য মহারাজ মঙক্তা ফি য়েৎচরগা কালিগী চরন্দা খুরুমখিরম্মী। অদুগা মচিন্দা শোনখি –ঐগা মান্ননা ফত্তবা থবক তৌবা মী লৈরম্লরোই। ঐহাক নাপীদগী হেন্না তোনখ্রে। ব্রাহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর, ব্যাস অমসুং বাল্মীকি মুণিনচিংবনা থরদং হায়বি, শোনবিরম্বা তাজখি। ননাইদি তোনখ্র তাথ্রবা ভক্তিসু খঙজদবা মীনি। ইমা নংদি অতোন অতাগী থৌজাল হৈবিনি হায়না জগৎনা শোন্নরি। সংসারগী অৱা-অনা পাপ পুন্নমক কোকপিবা ঙম্বী ইমা, ইমা কালি। ননাই তোল্লববু ননাইমকনি

খনবিদুনা থৌজালগী মিৎয়েং য়েংবিয়ু ইমা নহাক্তি সংসারগী লাই হিংচাবা মী অমসুং গন্ধর্ব্বশিংগী মমানি।

ইমা নহাক্কী মায়া শক্তিনা মরোল অহুম (স্বর্গ, মর্ত্ত, পাতাল), শুম্মাৎনবগী মরুনি। নহাক্তি স্বত্ব, রজ, তম হায়বা গুণ অহুম্না তিল্লিবনি। ননাই ভক্তগী মফমদা, মনাইগী মখা পোনবী ওইবীবা হে আদ্যাশক্তি নরায়নী। ইমা নহাক্তি মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, পৃথ্বী অমসুং আকাশগী মওংনি। তাইবং পানবগী জীব পুম্নমক্কী থৱাই ওইনা লৈরিবনি। অনন্ত ব্রহ্মাণ্ড (অনন্তগী মকোক্তা লৈবা ব্রাহ্মানা শেম্বা পৃথিবী) অসি ইমা নহাক্কী ৱাখল্দগী শন্দোকখিবনি। ননাইদি করিসু খঙজদে। চুম্নগী ননাই ওইজবতনি তাইবং পানবগী মনুংদা মওং নাইবা অমদি নাইদবা পুম্নমক করিসু খঙজবা নচ্চদে ঐদি। নিপা ওইবসু নহাক্লি, নুপীগী মওংসু নহাক্লি। শিবা মহাদেবমক্লা ইমা নহাক্কী তত্ব অশেংবা খঙবা ঙমদে। মঙালগী মশক ওইবীনি, শক্তি পুম্নমক্লা তিনবিনী।

ইমা নহাক্লা, ব্রহ্মা কৌবা লাইগা মান্নবনি, মওং তোপ্পদনি। বিধি, বিষ্ণু অমসুং শিববুসু নহাক্লা পোকপিবনি। অমনা রাধা, লক্ষ্মী, সরস্বতী, অমসুং ব্রহ্মাগী নুপীসু নহাক্লি। নহাক্তি সতীসু ওইদো সতী নত্তবসু ওইদো তাইবং পানবগী শেমগৎ শাগৎপা অমসুং মাংহনবসু ওইবিদো। ননাইবু ইমা নহাক্লা পাঙ্গল লৌশিং শক্তি, ভক্তি অমদি অরান খুভম পিনবিয়ু। ননাইগী অরানবা ৱাখল ঙাকপিয়ু। ইথ্বাই শিনিংদবনা সন্ন্যাসিগী মথ্বাই মাংহল্লে। পুকচেল পিকপা মীনি হায়দুনা ননাইবু থৌজালবিদবা তৌবিগনু। (মতাং অসিদা লাইরিক ইজরিবা তোল্লবা ননাইসু ইমা নঙগী চরন্দা অৱা অনাগী মতেং পাংবিয়ু হায়না কোটি প্রার্থনা তৌজরি)।

ব্রাহৈশিং অসি হায়জদুনা বিক্রমাদিত্য মহারাজ কালিগী চরন্দা খুরুমজৈ। মতম অদুমক্তদা দৈববাণী (লাইগী খোঞ্জেল লাওরকপা অমা তারে। 'তাও হে : নিংথৌ ! নহাক্কী থবক পুন্নমক অদু ঐ পেল্লে নঙগী মপোক অসিগী ফলনা হৌজিক থবক পুন্নমক মঙ্গোল ওইরিবনি। সন্ন্যাসি হাৎপগী করি অমত্তা চিংনগনু। হিংশা তৌবা মীবু হাৎপদা দোষ লৈতবনি। নহাক্কী পাপ লৈতে।' লাইগী য়াথং তাবদা বিক্রমাদিত্য নুংঙাইজরে। অদুনা কালিগী চরন্দা হন্না হন্না খুরুমজখি।

মতম অদুমক্তদা তাল, বেতাল অমদি মমিৎ লিশিং অমা পাল্লবা স্বরারেন লাক্তুনা নিংথৌগা উনররে। লাইনিংথৌ উবদা বিক্রমাদিত্য হরাওবদা মপা লৈখিদে। ঈশ্বরবু লৈশি-লৈথোন্দুনা ভক্তি ওইজখি। স্বরারেন্না পেল্লদুনা বর নিজৌ তাকপিখি।

মদুদা বিক্রমাদিত্যনা ভক্তিগা লোয়ননা তাল বেতাল হায়বা ঈশ্বর অনি অদু মতম খুদিং মতেং পাংবিনবা নিজখি। মদু লাইনিংথৌনা হরাওনা পিবিরম্লগা স্বর্গদা লেঙখি।

অদুগী মতুংদা তাল, বেতালনা অমুক হায়খি। 'তাও হে নিংথৌ। নহাক পুন্য চেনবা মীনি। নহাক্কী অঙকপা মী অমনা হেক ঙম্লরোইদবা থবক অসিগী ব্রাবী জগৎ ফাওরসনু। ঙসিদগী ঐখোয় নহাক্কী মতুং ইনবা ওইনা লৈরগে। নঙনা থৌদাবা অদুদা তৌগ্রগে। মরম অদুনা নহাক্না করিগুম্বা চিংনববা অমদি ঐখোয়বু উনিনংলবদি নপুক্লিংদা হেক্তা নিংশিংলকউ, ননাক্তা ঐখোয় হেক্তা থুংলগনি। ব্রাসি হায়রম্লগা তাল বেতাল চৎখরে। মতম অসিদা নোংসু ঙাল্লক্তুনা নুমিৎ থোরক্লে। নিংথৌ বিক্রমাদিত্য মাগী কোনুংদা হল্লকখি। বেতালগী ব্রাহংশিংগী ব্রাবী মপুং মতাং অসিদা ফারে।

# বিক্রমাদিত্য ভানুমতী লুহোংখিবগী ৱারী

বিক্রমাদিত্য মহারাজনা "তাল বেতাল" ফংলবা মতুংদা মহাক্না ঈশ্বর অনি অদুবু শিজিন্নরগা ভোজরাজগী মচানুপী ভানুমতী লুহোংখিবগী ৱারী মতেক অমা শন্নপ্না হাপচরি। ৱারী অসি 'বতিশ সিংহাসন' (সিংহাসন মখোং উগী লাইফদিবী ৩২ ওইনা পানবা) অদুগী ২৯ শুবা মখোঙ লাইফদিবী অদুনা লিখিবদগী লৌথোকপনি। খ্বাইনা অমুক্তং পাদুনা য়েংবিয়ু। নোংমা বিক্রমাদিত্যগী রাজসভাদা মাগী রত্ন ৯ অমদি অয়াম্বা প্রজা পুম্নমক শাস্ত্রগী মরমদা খন্ন নৈনরিঙেদা, মনাই দুত অনা পাও অমা পুরক্তুনা নিংথৌদা তমখি। মদুদি – ভোজ দেশকী নিংথৌ মমোম ইবেম্মা রাজকন্যা ভানুমতী লুহোংনবগী মরমদনি। হায়রিবী রাজকন্যা অসি মশক ফজবদা হায়নিংঙাই লৈতবা জাৎনি। মদুদা মপাইবুংঙো ভোজরাজনা মচানিঙোল থাজনবগীদমক শঙ্কলপ (ৱাশক) অমা লৈ। মরমদি ভোজরাজ অসি যাদু বিদ্যা মিত্রং য়ামনা খঙ হৈরম্মী। মাদা নত্তে মচানিপা ২, মমিংনা নর নারায়ন কৌবা অদুগা মনাই নুপী ২, কুব্জ-কুব্জী হায়বী, মখোয় অসিসু দেবীগী বরগা লোয়না যাদু বিদ্যা মিত্রংদা অঙকপা ফংনা হৈরম্মী। অদুনা ভোজরাজ অসিনা মচানুপী থাজবগী নামাদা লৈবাক জয় তৌনিংলম্মী, অদুনা নিংথৌ অসিনা ৱারোল অমা লাউথোক্লম্মী। মদুদি কনাগুম্বা নিংথৌ অমদি নিংথৌমচাশিংনা মাগী মচা ইবেম্মা ভানুমতীবু পামদুনা লুহোংনিংলবদি, মাগী যাদু বিদ্যা মিত্রংগী আইতেম ৩ খকপু, মাইথিবা পীবা ঙম্নবদি, নিংথৌ অদুগী মখাপোনবা ওইনা ভানুমতী লুহোংদুনা পিজগনি, করিগুম্বা মহাক্না (ভোজরাজনা) ঙম্নগা, লাক্লিবা নিংথৌ অদু মাগী মখা পোনগদবনি। পাও অদু তাবদা লৈবাক কয়াগী নিংথৌ অমদি নিংথৌমচাশিং ভানুমতী পাম্বদগী ভোজ দেশতা লাক্লবদা শুমা মাইথিবা ফংদুনা ভোজরাজগী মখা পোনবা ওইনা লৈনখিরম্মী।

মমৈথংদদি ভোজগী মিত্রং কিবদগী কনাসু লাকনখিদ্রে। মতম অদুদা ভোজনা মচানিংঙোল থাজবা ফংলরোইদ্রা খল্লবনি। পাও অদু উজ্জলদেশতা বিক্রমাদিত্য রাজদা দুতনা তমখিরম্মী। পাও অদু তারবদা বিক্রমাদিত্যনা মাগী মন্ত্রি কালিদাসনচিংবা কয়াগা খন্নবদা, কনাসু যাদু বিদ্যা মিত্রং অদুবু ঙম্নবা শক্তি লৈরমদে। মতম অদুদা বরাহঠাকুরনা পাঞ্জি খুৎহোত্তা য়েংবদা ঈশ্বরগী কৃপাদগী ঙমজৌ হায়বদি লৈ, অদুগা মখোয়গী (পাঞ্জিদুগী) শক্তিদি লৈতে হায়। মমৈথংদা নিংথৌনা তাল-বেতাল নিংশিংবদা সিদ্ধি ২ অদু লাক্লম্মী। মদুদা ৱারী অসি তমদুনা খঙহনবদা, তাল বেতালনা হায়! মহারাজনা, ঐখোয়না হায়বা ৱা ইনগনি হায়না ৱাশকউ, অদু ওইরবদি শোইদনা ঙমগনি। ৱাদু তারবদা বিক্রমনা, মখোয়না হায়বা পুম্বা ইনগনি ৱাশক্লে। মদুদগীদি তেঙ্গোল লাম্মী ময়াম পুদুনা বিক্রমাদিত্য ভোজদেশতা চৎলম্মী। মখোয়না ভোজদেশ য়ৌরবদা, চিঠি অমা ইরগা ভোজরাজদা মহাক্কী লাকপগী মরোল খঙহনখিরম্মী। চিঠি অদুগী মরোল খঙলবদা ভোজরাজনা মচা ২ নর নারায়নবু বিক্রম ওক্লুনবা অমদি লম্বীদা মাইথিবা ফংখিনবা য়াথং পিরম্মী। য়াথং ফংবগা নর নারায়ন চৎখিরম্মী, অদুগা নারায়ন্না মাঙ থারগা লম্বীদা অঙকপা মিত্রংগী তুরেল ১ শেমখ্রে, তুরেল অদু অকিবা ফংনা ঈচেল কল্লি, গুম্ভীর, লাইরেলনা য়েংবদা পুক্লিং থুকই, তোর্ব্বান অদুদা ফজ-ফজবা নিংথৌগী পোত্থাফম শেমদুনা থমই, অচা-অথক, অহাও-অথুম কয়া লৈহল্লি। য়েংবদা মীওইবদি লাইরি লাই ফাওবা ঙক্লবা মওংনি। মদু হেক উবদা বিক্রমাদিত্য ৱাখল তৌই। লাম্মী শগোল-শামু ময়াম অসি তুরেল অসি করম্না লানগনি খল্লিঁঙে মতমদা ফজখ্রবা নুজা ১ না মথন্তা হি ১ হোন্দুনা লৈবা হেক উই। মওং অদুদা বিক্রমাদিত্যনা চিংনবা অদু খঙলদুনা বেতালনা হায়রকই। মহারাজ! মমাংঙৈদা ঐখোয়না হায়বা ইনগনি

হায়খিবদাই, অদুনা হৌজিক তুরেল অসি থৌশারুনু, পোৎ চৈ পুম্নমকশী হন্না য়েংঙু; মসি চৎপদা নফি তাখৎকনু, শউনগী খুরুম তোংদুনা থৌশাদনা অদুম চৎলু। তাঞ্জা অদুদা নারায়ন লাক্কুনা নিংথৌবু খুরুম্লম্মী, অদুগা মাবু ওকপা মপা নিংথৌনা থারকপনি তমখি। মদুদদি বিক্রম্না মাবু কোনবিরম্মী। মতম অদুদা হিহোনবী নুজা অদুনা লৈরাইদা হি থাংলগা হিথক্তা তোংলনবা ঈঙ্গিৎ তৌরম্মী। অদুবু বেতালগী ৱাহৈদগী নিংথৌ থৌশাদনা ঈশিং মথক অদুদা শউন্না শাবা খুরুম অদু তোংদুনা থৌশাদনা অদুম চৎলি, মদুদা মফিদা করিগুম্বা ঈশিং মরিক অমত্তা চোত্তে, ময়াম্না য়েংবদদি অকিবা ওইনা থোকই, নিংথৌনা মায়াগী তুরেল অদু লাম্থোকখ্রবদদি লাম্মীশিং অদু বেতান্না পুদুনা লোয়না লাক্লম্মী। মদুদদি নারায়নগী মায়া মিত্রং অদু ময়াই চমদুনা তোকখ্রে । অদুদগী থরা চৎলগা অমুক নরনা নাপী হৌবা লম্বাং অমদা মায়াগী ফুরা দালাল পুখ্রি ফজবদা হায়নিংঙাই লৈখিদ্রবা লাইরৈবাক্কুম্বা অমা অমুক শেমদুনা লৈরম্মী। মদু উবদা বিক্রম, মপুক্লিংদা, ফজমনবা অদুদা অঙকপা পোকই, কনাগী কোনুংনো খল্লম্মী। মদু খঙলদুনা তালনা হায় মহারাজ, মসি অশেংবা নত্তে মায়ানি, অদুনা মখোয়গী রত্নগী য়ুম মনুং অসিদা খোঙ হামজিল্লু, ঈশিং চৎশিল্লু তাকই। নিংথৌনা অদুমক হেক তৌরুবদা মায়া মদু মাঙখিদুনা নাপী হৌবা লম্বাং ওইরম্মী। মওং অদু উবদা নর-নারায়ন চেনখিদুনা মখোয়না মাইথিবগী পাও অদু মপা নিংথৌদা তমখিরম্মী। ভোজরাজ অমদি পাত্র মন্ত্রি পুম্নমক থন্নখি। ভানুমতীগী মপুরোইবা লৈররোইদ্রা থনবদি হন্দক উজ্জলপতিনা লৌখিবা তারে। অদুদগী ব্রাহ্মন অমা চঙলদুনা রাজ সভাদা বিক্রমাদিত্যবু লৌরুনবা থাখ্রে। অদুগা রত্নগী হিংহাসন অমা থাদুনা থমখ্রে। বিক্রম থিন্দনা কোনুং চঙলক্কুনা সিংহাসন ফমখ্রে, মনাইশিংনা নাক য়েত্তা চামর থৌগল তৌদুনা লৈখ্রে।

মতম অদুদা ভোজরাজনা মমোম ইবেম্মা ভানুমতীবু ফিজেৎ লৈতেং কয়া তৌরদুনা পুথোক্লক্লে, মনাই কয়াগা লোয়ননা, মতম অদুদা ভোজরাজনা লাগ-লাগ হায়না লাউদুনা খুবাক ৩ লাক খুখি, মদুদা নুপী ময়াম অদু লোয়নমক, ভানুমতী ঙাক্তা ওইখ্রে। মদুদা ভোজরাজনা, বিক্রমদিত্যদা হায়রকই। মহারাজ ময়াম অসিগী মরক্তগী ভানুমতী ফাদুনা ননাক্তা পুরকউ। ভোজগী ৱা তাবদা বিক্রম ঙকখিরম্মী। মদু খঙলদুনা তাল বেতালনা হায়রকই। মহারাজ চিংনগনু, ঐখোয় শাক্ষি পিগে, মদুদি ঐখোয় ২ না খোইমু ওইরগা ভানুমতীগী মমাই মপাদা ঙংদুনা পাইগে, মদু নহাকনা হেক্তা ফাও। হায়রল্লগা তাল-বেতাল খোইমু ওন্দুনা ভানুমতীগী মমাই মপাদা ঙংদুনা পাইরম্মী। মদু ভানুমতীনা কয়ারবক তাম্থোকই, য়াবা লৈত্রে, রাজকন্যা হুমাং কাংলে, মতম অদুদা বিক্রমাদিত্যনা পরপ পরপ চঙখিদুনা ভানুমতীগী মখুঞ্জেং তাপ পাইদুনা ফারগা পুরকই। মদুদদি মায়া মিত্রং অদু মাঙখিদুনা তশেংনা ভানুমতী ওইরে। মদু উরবদা ভোজরাজ ইকাই খুম্নবগা লোয়ননা মচাইবেম্মা ভানুমতীবু বিক্রমাদিত্য রাজাদা চাউনা অওং অউন কয়াগা লোয়ননা লুহোংখিরম্মী। মতুং অদুদা ভানুমতীনা বিক্রমাদিত্য মবুংঙোদা মনাই নুপী ২ কুন্জ কুঞ্জী পিয়ু হায়যু ইনশিন্দুনা, হায়হল্লগা মনাই যাদুগর ২ অদু অউনপোৎ ওইনা বিক্রমাদিত্যনা ফংখি। মতৌ অসুম্না তাল বেতালগী মতেংদগী মীনা ঙম্নদ্রবা বিক্রম্না ঙমখি।




